# পথের দাবী

( অনিশুবা শরুক )



শরৎ চন্দ্র চট্টোপাধ্যায়

হন্দোকচবা-

রঘুমণি

ডাক্তর ওক লিটরেচর উপাধী ফংপ্রবা উপন্যাসকার অমগী অসিগুম্বা শক্লাইরবা উপন্যাস অমবু মতোপ্পা লোন্দা হন্দোকপা হায়বসি ভওয়ায় তয়াবরা মতৌ, মহুদা অশোয়-অঙাম খোক্লোই হায়নিংঙাই লৈতে। অহুমকপু উপন্যাস অসিনা পীরিবা শেন্নাইদ্রবা মপাওত্ পামজক্লবনা হন্দোকচক্লবনি।

উপন্যাস অসি চাউমনখিবনা মশনচিংবদা থুদোংচাদবা খরা লৈবদগী শরুক অনি খোক্লা লাক্তোকচবগীদমক পাবিরিবশিংনা দোষ লৌবিরোই মিংজৈ।

উপন্যাস অসিগী অহানবা শরুক কোংদোকচপ্রগা অসিগুবা শরুক মতম ময়াং শাংনা পাবিরিবশিংগী মরমদা লাক্তোকচবা ভবখিদ্রে। মসিগী মরুওইনা মরমদি, অসিগুম্বা শরুক অসিনা খরা হেন্না চাউখিবনা মশনা শেল-থুমগী থুদোংচাদবা লৈখিবদগীনি। মরমসিনা পাবিরিবশিংনা ঐগী ইরাল অসি ভাকপিবগা লোয়ননা অতৈ মখংগী লাইরিক পুথোকপদা থুদোংচাননবা লাইরিক অমমম লৈবিহনা মহৌশাগুম তেংবংবিরকনি হায়না আশা তৌজৈ।

অনুবাদক—

# পথের দাবী

( অনিশুবা শরুক )

## তরা তরুক

মথংগী নুমিৎকী সুংখিনদা সুমিত্রাগী থৌশিল মখাদা কয়াম লম্পাক্তা সভা তৌনবা অহুদা মী খোইনা পুন্দে, অমসুং বক্তৃতা পীপনি হায়রুনা অয়াবা পীরকখিবা মখোয় অয়াম্বনা লাক্লুনা শরুক য়াম্বা ঙমখিদে। মরম অয়াম্বকুম্মা সভাগী থবক হৌবদা অপনবা খোকখি অমসুং মৈগী থৌরাং লৈত্তবনা সন্ধ্যা ওইরকপগা সভা লোইশিনখি। সুমিত্রা মশাগী বক্তৃতা নত্তনা সভা অহুদা পমিংঙাই ওইবা কবিসু য়াউদে, অহুবু মহুশি হায়রুনা লম্বীগী দাবীগী অহানবা থৌরাংসু অর্থ য়াউদবনি হায়রনসু লৌকবা য়াদে। মরমদি মাহৎকি নখিদা শিল্পীশিংগী মতুংদা থৌদোক অমা পাউথাং রৈরুনা শন্দোকপদা য়ৌদবা মকম লৈখিদ্রে, মতৌ অহুম্মা কারখানাগী কর্তৃপক্ষশিংগী মাকোং য়ৌবদসু শরুখিদ্রে। মওং অমদসু ওইজসু, মসিমক মকম পুম্নমক্তা শন্দোকপ্রে মহুদি কনাদো বাঙালী মুণী অমা পৃথিবী 'পুরা

খুংগা কোইকরগা মমৈথংদা বর্মাদা লাক্লুনা খুংলুবে, মহাক মশক কল্লবা অহুক শক্তি লৈ। মতোন্দা অথিংবা পীবা কল্লাগী মতিক লৈগনি! কমদৌহুননো সাহেবশিংগী মনা পাম্লহুনা পুরক্লগা শিল্পীশিংগী মাইকবা-খুদোংচাবা মখল খুদিংমক নমহুনা লৌগনি, অমস্তুং মখোয়গী খুংগুমল শরুক অনি হেনগংহনগনি; মশামক্লা বা পুম্মক অনি কোংনা লাউথোকত্রবনি। পাউ কংহৌদহনা নুমিং অহদা লাক্লুনা মহাক্কা মচিন্দগী বা পুম্মক অসি তাবা কংশিদবা মখোয় অহু লাক্লিবা থাংজ নুমিংতা লম্পাক্তা লাক্লদবনি।

ক্রোশ কুনমরি-কুনমঙাগী মনুংদা লৈরিবা কল-কারখানা-শিংহুদা পাউ অসি ঈশিং ঈচাউগুম শন্দোকত্রে। সুমিত্রাবু মী কয়ানয় মমিংতা উৎমগনি, অদুবু মহাক্কী শক অমস্তুং শক্তিগী মিংচং কা-হেয়া হেনগংনা ঙাংনত্রে, মহুদ: নঙ্গনা মীওইবদগী থাক য়াংথংনা মীগী নাকোং য়োনশ্রবা মতম অদুদা লাইরিক হৈতবা শিল্পীশিংগী মঙক্লা থঙহৌদনা চয়াং-চথক্লুত্রে। মতম চুপ্পদা সংসারদা নৈহংপিরক্লবা, চৈথেং কংলক্লবা, পাংদবনি হায়রহনা মীওইবগী অংম্বা অধিকার কাওবা ময়াম চংহুনা কংহনবিরক্লবা, মশানা মশাবু থাজনমগী করিগুম্বা মরম অমত্তা সংসারদা খিবা কংজরক্লবা মখোয় অহুমক্লা থাজবদি ঈশ্বর অমস্তুং লাইবক্তা তম্বনা খাইদগী হেল্লি। সুমিত্রাগী মরমদা মীনা ঙাংনরিবহু মখোয়গী মফমদা করিস্থু ময়াম চাদবা ওইনা থোক্লে,— মসি মঙং অমদা লেপ্পত্রে মহুদি, নোংমগী থবক লেপতুনা থাংজ

স্মিত্তা কয়ার লম্পাক্তা চংকদবনি। মহাক্কী বা অমম্তুং পাউতাক্তা মতুংগুদা মাই করিগুম্বা খরা মাউরংদি মতুংগী মতেংবা লোংমগী চরা তান্নিবা লাইর-অনংবগী লাইবক অহিং লেপ্পবা ভূপেংনা মাতুংগী মতৌগুম লাইবক কবা এহনা কাথংলক্কমবা লৈরবদি মগুং অমমবু ওইরবস্তু কংজমদবা পোংলক অহু মখোয়গা খোমজিন্দুনা পুরক্কদবনি।

তুমিং অহুগী নুংথিলগী সভাহুদা বক্তা বাংপদগী অপুক্বগী মতৌগুম্বা পত্তদা-ত্তদানবা মীলক কাওবা কম্না ভক্কুহনা হায়জরকপা খাংজমদতুনা বা অনি-অহুম লেপখংলগা হায়বা ভাখি। মহাক্কী বা ভাংবগী অভ্যাস করিগুম্বা মত্তমদস্তু লৈরক্কে, বা ভাংলুরগস্তু মতু খোইদোক্কা মগুং তাদে অমস্তুং মতগীদমক্কা মপুক্কিংদা মহাক হায়নিংজাই লৈত্তনা ঈকাইজখি। অহুবু ভসি থত্তহৌদনা পাউ কংলে, মখোয়গী তুমিং অহুগী বক্তৃতা অহ অবেম্বদদি মাংখিরে, খোইদোক্কুহুম কল মসি য়ৌখ্রে মতুদি, মখোয়গী মথংগী সভাদা কল-কারখানাগী থবক পুম্নমক লেপতুনা শিন্মাগী কাংলুপ পুক্কগনি হায়না য়াশক য়ারেপ্প্রে, মত্তম অহুদা থাগংলকপগী অহুগা মপুক্কিং হয়াওজবগী নুংজাইজবনা মহাক্কী-থম্মোয় থুমহংলক্রে। তুমিং অহুদা মশানা পীখিবা ভাবনবু মহাক্কা ময়েক লেংহনবা ভ্রমখিদে হায়না চিংনজরম্মী, অহুবু মহাক্কী অকীব অহু কোক্রে। মীয়াম অমাংদা লেপতুনা বা ভাংবগী মনুংদা চেক্সিবা নেশা অহুগী মহাও থরমখৈ তুমিং অহুদা মহাক্কা কংখি, ভসি ওকিল কায়কপদা কংবা তুমিক্কাগী চিঠিদা মগুং কয়াদা থাগংলকপদা লোয়নবা

মথংগী সভাগীদমক্তস্থ অমুক হন্না বক্তাগী নিমন্ত্রণ পীররুবদা মহাক মপুক্কিং চরাংনবনা তথক তথক্রক্লে' ওফিসকী থবক্তা মপুক্কিং চংবা ওমক্লে, অমস্থং করম তৌরগা অমুকস্থ মরেক শেংনা, অমুকস্থ তেজ লৈনা অহুগা অমুকস্থ চংখোন্না ভাংবা ওমপদগে হায়বা অহুমক মতম অহুদগী হৌনা এরাইবা তৌরগ্‌ট।

সুংখিলদা টিফিন চাবা কম্বদা ওসি মহাক্না খওহৌদনা রামদাসকা মকমদা রাকম অসি কোংদোকউরে। নোংমা মহাকমকী হাক্তকী মহাক্না ভারতীবু ঊকাইবা পীখি. মওদগী হৌনা মহাক্না তোংন-তীররকপগী রাকম মরিক অমত্তস্থ মুপা অসিগী মকমদা কাংখোকউপদবা খোইদোক্না ঊকাইরম্মী। কোর্টতা জরিমানা তৌখিবা মুমিং অতদগী কৌনা শিংথাবা য়াবা মুমিং কয়ামা হৌরে! মসিগী মরক্তা তমথীরবা বদমাস ওইবা আহেব অহু শিরে, মহাকী বাঙালী মুপীহুস্থ শিরে অমস্থং মখোয়গী তমথীরবী মচানুপী ক্রীশ্চন অহু যুমহ থাদোকুনা কনায়দনো চংরে— মসিমখেদনি রামদাসনা খওলম্বা। অহুবু চৈরক অসিমক্তদা যুম থাদোকপ্রবী মুপীমচা অহুদা মনা-মনিল নাইদনা লোয়া মহাকী মরূপকা পুন্সিদা কয়া চাউবা অরাবা ইতিহাস অরাবগা লোয়নবা ঊচেল য়াংনা চেন্থরক্লিবগে হায়বা কবিগুপ্তা পাউ অমত্তা মহাক্না ফংলমদে। ওসি হয়াও-মখোই কামনখিবনা রাকম পুন্নমক অপুর্ব্বনা তমকই, মতম অহুদা রামদাস মহাকী মাইখোংদা য়েংলহুনা তুম্মিন্না কমহুনা লৈ।

ভারতী, সুমিত্রা, নবতারা মসিদা নত্তনা যুগাওবা হুপা

অদু কাওবা পান্দুনা অপুনবনা মখোয়গী লম্বীগী দাবীগী থবক অমত্তুং পাক্সম কেল্লগা হুমিং অতুনা লাইমগী শঙদা চংগী রারী মথং-মনাও নাইনা লিখরকই, মতম অদু কাওবা রামদাসনা য়াহং অমা কাওবা হংলক্লে। নোংমা লৈবাক্কী দমক মুপা অসি জেল চংলুরগনি, চৈ চাগ্রবনি। অদুগম্ভ ওং-লৈবা কয়া মংলম্না থাই, মুপ্পদগী নোংমথক নগুনা কবিগুম্বা রারী অমত্তা মহাক্না রামদাসকী মকমদগী ভাবা কংখিদে, অদুম ওইনমক মত্তমকপু কল্লে। লোয়না চাউনা লৌহনা অপুনবনা ওফিস মনুংদা চাউবা কেল্লবশু মশাবু মতম পুম্নমক্তা হপ্পনা থক্সদবা ওয়মদে। হন্নবা মওোয়না ‘ণজে, রামদাস মহাক্কী মরুপত্র— মরুপপু য়েংখিবা মওোয়দা লৈতে, অদুবু অরাংবা অকেন্না রাখল অদুসু মহাক্না মপুক্কিংদগী তাক্লোকপা ওয়মদে। মতো অম্মুয়া ভৌহনমক চান্নরব মরুপ অনিগী মরক্তুন্থ থংতুনা পল অমা থোনগংলকখি। ওসি সুমিত্রাগী চিঠি অদু মহাক্না রামদাসকী মিংশেং-মাংদা থমজুনা মশাবু লম্বীগী দাবগী মরু ওইবা সদস্তনি অমম্ভুং লৈবাক্কী থবক্তা মথৱাস্ক কখোক্লবা মীশক অমনি হায়না মশাগী মশক তাক্কুনা মিংকুপ অমম্ভদা মহাক্কী মরুপকা থাক মামনা কাখংলকপগুমক্রে।

চিঠি অদু ইংরাজীদা হবনি, তলম্বারকরনা থৌবদগী লোইবা কাওবা অনি-অহুমক থোক্লেল থোক্কনা পাররা ছুংদা ময়াই নোনথংলক্লগা হংলকই, “বাবুজী, রাকমশিং অসি ঐহোক্না অদোম্না নোংমতম্ভ তাকপিখিজ্রিবা কবিগীনো?”

অমত্তা লৈত্তে হায়বা বাকম অসি ঐ মতম চুপ্পদা খঙজে। ঐ'খায় হিন্দুগী ইমুংদা লুহোং'বা কায়বসি ধর্ম্মনি, ইমা লৈবাকী সেবা তৌবনা মচাদগী তেনবা অথোইবা ধর্ম্মনি। ধর্ম্ম অমা শু'কপদা ধর্ম্ম অমা কায়গনি হায়বা অসি-ক নিঙশিংবা নোংমতা ওইরবস্তু খল্লগা থোক্লবদি বাবুজী, ঐ কৈদৌঙৈদসু লুহোংলরোই।"

মহাক্কী মাইথোংদা য়েংলুরগা মপুর্ব্বনা অমুক য়েংলুদনা তু শ্মনা লৈরে। অদুবু হায়বিবসি মহাক্কা মপুক্কিংদা শোগংপদি ঙমদে। লোংমা লৈবাক্কী থবক্তা নুপা অসি অরাবা কয়া লংরে, ঙসিগু মহাক, থম্মোয়গী মঙলদু মপুং কানা মুংখিদ্রে, অদুনু মচাদগী হেন্না অ'ক্ত কখিল্লু মহাক্কা তশেং তশেংনমক আশা পোক্‌লে। পাশিল্লুরবদি মত্‌-মচাগী মায়া থদংভুনা মথোয়দু য়োকপ-থাকপগী লগীদা হিঙ্মং পৈশিল্লগা পুন্নীগী দাবীগী সদস্য ওইননবা চেন্নকনি হায়বসি মহাক্কা থাজবসু ঙমদে, পামলুবসু লৈত্তে। দেশ-সেবাগী অধিকারগী মং শুমিং থরনি অসিদা মঙোম্দা অঙক রাংনা কাগ্রবনি। খঙকোদনা হায়রম অদু থম্লগা মথংগী সভাগী শরুক অমনি পাম্দম মকুপক। চকমনা ভাকপদা খঙহোদনা কৌতুক ঙচম্বা খোঙ্গেলদা কায়দোকখ্রে মতুদি, লোংমথক অদু নওনা মপুক্কিদা কৈদৌঙৈদসু মহাক্কা বক্তৃতা পীখিদ্রে; সুমিত্রাগী নিমন্ত্রণ থোওইক্লদবা ঙম্লোই, অদুবু মী অমগী বা মীয়ামদা হাইনবা য়াবা অদুগুম্বা লোন নক্লা অভিজ্ঞতা (experiance) করিমগুম্বা মঙোম্দা লৈত্তে।

তলবারকরনা হংলকই, "করি তৌবিগদবগে মতু ঙকিরবদি?"

অপূর্ব্বনা হায়রকই, "বক্তৃতা পীবগী মতৌংগুম ওপ্পগী মোংমখক্তং ঐগী পূন্সিদা কারখানা উনলবগী খুদোং কংখি। মহুগী কুলা-শিল্পীশিংগী অয়াম্বা শক্তা শাগী পুন্সি লৈমিন্নি হায়বা অসি ঐ চিংনবা লৈতনা লৌশিনবা ঙম্লে, অদুবু করিগীনো, করিগীদমক্তা মখোয়গী কন্নিন্তু লৈত্রিবনো হায়বদি করিমত্তা খঙবা ঙমদে।"

রামদাসনা নোক্কুনা হায়রকই, "অদু ওইরবন্তু অদোম্না বা ঙাংবিক্লাখ্রগদৌরিত্র? ঙাংবিগদবগ্নি।"

অপূর্ব্ব ছুম্মিন্না লৈ, অদুবু মহাক্না মাইথোং উবদা রামদাসন্না শেংনা খঙবা ঙম্মী, অদুক রাংবা মর্য্যাদা অদু থাদোকপা মহাক্না মকমদা ওইখোক্তে।

রামদাস মশামক্না মতম অদুদা হায়রকই, "অদুবু ঐদি মখোয়গী বা খরা খঙই।"

"কমদৌনা খঙবিরক্রিবনো?"

"মতম শাংনা মখোয়গা য়াওনহনা লৈরম্মী অপূর্ব্ববাবু। ঐনা খবক তৌবগী সার্টিফিকেটশিংদুদা অমুক্তং মিংথ্রেং তাবিরবদি ঐ হইরেবাক। কারখানা, কুলা অমদি শিল্পীশিংগা লোয়ননা মতম লেমকখি হায়বা উবা ফংবিগনি। করিগুম্বা অমুক্তং হুকুম পীবিরবদি অরাবা রাবী কয়া কয়া ঙমজবা ঙমগনি। থাঙ্গেশেংনমক মখোয়বু হয়া য়েংলুত্রবদি লৈবাক্কী অচুম্বা মওংগী মৈচাক পুকমহুমক উবা ফংলরোইদবনি।"

অপূর্ব্বনা হায়রকই, "সুমিত্রানা রাকম অসি হায়খি।"

রামদাসনা হায়রকই, "মহাক কায়দনবগী উপায় লৈতে। অদুগা মহাক থক্তবি কায়চুমলনি লম্বাগী মাবাগী লুচিংবী মহাক্না ওইরিবা। বাবুজী, থরাং কথোকপগী ইচৌরক্কী মচুম ফিদনি। দেশ-সেবাগী তৌফমগা মতমগী মগুংখেলিং মহাক্তা মনিংলনা কংহৌরবি অদোমগী থৌরাং পুম্নমক, পামজবা পুম্নমক মরুজুমিগী মাঁতোংদুম নুমিৎ নিনিদা কংখিগনি!"

রামমণিংসি অপূর্ব্বনা মসিনা নৌনা-তাংখা নাংদু, মহুক রামদাসগী থম্মোয়-সুংদগী রাংশিংদু মথোল তৌনা পাংথোকপা মওংক থম্মোয়না থুনা থিজ্জুনা চৈনাথোল পীরুপগে। রামদাসনা অমুক্কম্ম কর্নিনা হায়গদবা তৌরকই, অদুবু থংতৌনা পর্দা কায়দোকুনা সাহেব চংলকপদা মখোয় অনিমক চংক্লনা কুক কুক তৌগংলি। সাহেবনা অপূর্ব্বদা অতয়না হায়রকই, "ঐ চংলে। নহাক্কী টেবিলদা মথক্তা চিঠি অমা থনম্মনি, হয়েংমক মহুগী পাউখুম দরকার ওল।" অসি হায়রগা মহাক পুংদক্কা মপালদা থোকখ্রে। মবাংদা ঘড়িদা য়েংলুবদা ওকপগা লোয়রনা উরক্রে, সুংখিল পুং মরি তাখ্রে।

## তম্নাতরেং

সাহেব চংশ্রবদা ওসি থবা তক্তকা ওফিস ছুটি থাদোক্লুনা মখানি কখার লম্পাক ভম্মা থোরক্লে। পুং মথাদা মিচিং হৌবগী রাকম লৈ, মহ অমুক কুইশিল্লক্লে। মাইকৈ সোমদা

পাঙ্গী কংখে, মরম অদুনা থবা কয়া চংত্রবদি মত্তম চানা লৌমরা ময়োইত্রা চিংনৈ। লম্বীদা অপুর্ববনা থোইনা বা করিম্নু ঙাংখে। মহাক্কী পুন্সিদা ওসি থোংদোকপা নুমিৎ অমনি। মিংজিং-মাংজিংনবা অমম্বুং পুংতাইবগী লাংতক্নবনা মহাক্কী থোয়মদা ইথক চোবকই। মিস্ত্রী অমম্বুং কুলী-শিন্দীশিংগী মরমদা থরমথৈনা লাইরিক অমদগী অদুগা থরমথে অমনা রামদাসকী মকমদগী মহাক্তা থোমজিন্দুনা লৌশিন্নে, পুম্নমক অদু মথং-মনাও মাইনা শেমজিন-শাজিন্দুনা অপুর্ববনা মনা-মশিং মাইদনা ঙৌরাই ঙৌরাইদুনা চংলি। ১৮৬৩ ইংদা বোম্বাইগী মকম কদায়দা ইহান হায়া লশিংগী কারখানা লিংথংখিবগে, অদুগী মতুংদা ৮১ পুম্নম শন্দোক্লকুনা ওসি মচুশিংদুগী মশীং কয়া থোক্লকবগে, মতম অদুদা কুলী-শিন্দীশিংগী কয়া শাথীনা ফিভম চাদবা ৪৩ঃ ওইরম্বগে, কমদৌনা অহিং-নুংথিল তত-নোম্বা তাম্বগে, অদুগা মসিগী মরিদা বিলাতকী লশিংগী মিল মপুশিংগা ভারতবর্ষগী মিল মপুশিংগা থংমবগী অহানবা মাথৌদোক কমদৌনা ওইখিবগে, অদুগা কারখানাগী আইন করম্বা চঙিদা তারিখ কয়াদা কৰি কৰি অপনবা লাম্নোক্তুনা পাস তৌদুনা লৈবাক অসিদা ইহান হায়া চংনখিবগে অমম্বুং মহু শর্ত কৰি লৈরম্বগে, অদুগা হৌজিক্কা আইন অদু শেমদোক্লুনা করম্বা ফিভম ওইরক্লবগে, মতম অদুগী অমদি হৌজিক্কী বিলাত অমদি ভারতবর্ষগী শিন্দীশিংগী মরক্তা কয়া য়াম্না থেম্বা লৈবগে, মখোয়গী শন্ধ (ইউনিয়ন) শেম্বগী কান্নবা কৈদৌইদে অদুগা

কনানা হোৎলোকখিবগে, মতুগী কল করি ওইবগে, মৈথাক অতুগী অমদি মৈথাক অসিগী শিল্পীশিংগী অক-কত্তা নীতি চাংদমহনা মৈবমবদি করি উবা ফংবগে অমসুং সংসারদা অমাং-অতোংগী চাং যতুদা কদায়দা লেপ্পবিবগে হায়বনাচিংবা খিজিন-হুমজিনবগী পোইন্ট অফ ব্যাংখিগত্রা চিংনথনা মথাক মপানা মশাবু হমা হমা চেকশিন্নহল্লি। মহাকী নিংশিংবগী শক্তি য়াম্না কুপ্পি, ভাবগ পীবিদুও মরক্তা কাউথোকখিরোই, একজামিন কয়া কয়া নিংখিবা পাশ তোংকপগী ফল-। মসি মহাকী থাজবা নৈ। মরম অতুনা মহাকী মচিন্দগী থোইদোক্না মচং ওইবা মাহৈগী ঈচেল অসি কান্তুশুম্বদনা অরাংবা থোক্লেলদা করিশুম্বদনা থোক্লেল লুয়', খল্‌লাউ লাউবা রাঙাংদা চেম্বরকপা বক্তৃতা পীবা লোইবা মতম অতুদা পাক-শন্না তৌন্নিবা মীয়াম্না খুবাক খুবা পাক হেক তোক্লিংলোই। সুমিত্রাগী হয়াও-মিংয়েং মহাক্না মরেক শেংনা উরকই। অতুগা ভারত! মতম অতুদা অতুক য়াম্বা জ্ঞান অমসুং অভিজ্ঞতা মহাক্না করি কমদৌনা তানশিল্লুরিবনো হায়বা অসিমকী তক্না হয়াওজবনা মাগী মাইথোং লংথলক্লি, অমসুং পীরাং থাংবা শিংয়েং হৌজিক্তা মহাকী মাইথোংদা থল্লক্লি, কল্পনাদা মখিংমক্না উরক্লুনা অপূর্ব্বগী কোকৌ ঈগী ঈচেল কনথংলক্লে।

মহাকী অকনবা থোক্তথাং অতুগী মতুং ইন্দুনা চংপা তলবারকরগী থকমদা তুশিদি ওইথোক্তবা ;ওইনা থোকক্লে। মথোক্কনা লম্পাক য়োমক্লবদা উবে, মকম অতুদা খুজিল অমা কাওবা

অহাংবা লৈত্রে, মী তৌরম্মিবা অহুগী মশীং থিবা ঙম্বা নট্টে। সুমিৎ অহুগী বক্তা অমা ওইনা অপুব্ববু মশক খঙবশিং অহুমা থৈদোক-থৈজিন তৌহনা লম্বী পীরকই, শক খঙদবা মখোয় অহুনমক থোকনা তৌখিবহুগী মতুং ইন্না থৈদোনরকই। মপাল নাদেব, ম য়ামগী ময়াইদা ফম্পাক হাহুনা লেপ্লম্মী। ডাক্তর ভলি কাওবা হল্লাক্লে, অহুনা গুপ্পগী মহাক নওনা লম্বীগী দাবীগী সদস্য পুম্মক তৌরম্মে। ফম্পাক মথক্তা মতম অহু কাওবা থেক্ত অমা হাংহুনা লৈরম্লি, মিংনা গঙ্গত (এগ্রা)। সুমিত্রানা মফম অদদা মখোয়বু কপ্পিরনবা খঙহল্লকই। ফম্পাকী মমাং থংবদা লেপতুনা পাঞ্জাবী অমনা থোংদোক্লা অকৌবা থংলবা নুংগী পীরম্লি, মহাক তাম্মোকপিরক্লবা মিস্ত্রী নত্রগা অহুগুম্বা করিমো অমা ঙাংলগা য়াহ, অপুব্ব থুংলবদা মিংকুপ থরদং জাপন্দা ফংলগা অমুক হন্না মশিঙ্গা ফুদোক্তুনা লাক্তরকই। অফবা বক্তাগী মফমদা যুক্তি-তর্ক পাম্মদে, করিগী চিংথোক্লিবনো হায়বা রাকম অসি মখোয়দা দরকার ওইদে, কওবা অহু কয়া য়াম্না ফওবগে হায়বা মশীং নাইদনা নৈনবা অহু তায়গা মখোয় পেক্তরিবনি। পাঞ্জাবী অসিগী অকনবা য়াক্তাংদা গুণ অসি ঙমখৈ নাইদনা য়াউমাল্লে, অহুনা তাম্রিবশিং অহু কমদৌনা ফিক্সংনরকপগে হায়বা মখোয়গী মশক উবদা খঙবা ঙম্মী। ইথক্ত খঙদৌদনা কমদৌহুনবো তমথীংবা ফংনা অপনবা অমা থোকপ্রমাগে। লম্পাকী নাকল অমদগী মশীং থিগুমদবা ফাজিনবা খোঙ্জেলনা পাথংনা চম্মাংনরক্লে, অমস্তুং থংনেবা মিংকুপমক্তদা মীয়াম্না ইনবহুনা

চেপ্পনবা হোংনবা উরক্রে। অদুবু মখোয়গী মরক থাদুনা মতুং হন্দোকহন্দুনা শগোল তোংবা গোরা পুলিশ কর্ম্মচারী কুনমরি-কুনমঙা পয়-পরপ চংশিল্লক্লি। মখোয় মথুং নাম্বনা থুরজী পেটৈ, অদুগা অতোপ্পা মথুংতনা শার্টে পায়,— মখাংদা পিস্তল থাম্লি। মখোয়গী লেংঙুমদা থেংলিবা ময়োংকী বেচ ইরং লংই, অদুগা তোরবা নাইখোংশু শাউব। অমসুং তারমদায় হুমিংকী মঙালনা য়েংবদা তশেংনা সিন্দুরগী মচৌগুম ওাংরে। বক্তৃতা পীরিবা হুপা অদুগী বক্তৃগুম্নবা খোঞ্জেল অদু থুদক্তা করম্বা কালদন্নে চপ লেপক্রে, অমসুং ফম্পাক্কী মথাদা মীরক্তা মিংনা বুজবা মহাক কদায়দা লোংত্রবগে খল্লবা ওমহিক্রে।"

গোরা পুলিসবা স্টেজ মপাল থেংনা চংশিল্লগা খোঞ্জেল য়াক্লা হ য়রকই, "মিটিং তে কদবনি।"

সুমিত্রা কৌজিক ফাওবা নাবা ফজিবনি, চয়া হেনবদা থুইজিল্লবা মাইথোংদা মপু'ক্লুং লুংজাইতবগী মমি তাকরে, অদুবু মহাক্লা থুদক্তা হোপংনা হায়রকই, "করিগীনো?"

গোরাদুনা হায়রকই, "হুকুম।"

"কনাগী হুকুম্নো?"

"গভর্নমেন্টকী।"

"করিগীদমক্তনো?"

"স্ট্রাইক তৌনরবগীদমক শিল্পীশিংবু ইথাং হৌহনবা য়াদে।"

সুমিত্রানা হায়রকই, "অহেনবা ইথাং হৌহন্দুনা কুমৈ য়েংনবা ঐখোয়গী মতম পংদে। ইউরোপনচিংবা লৈবাকশিংগী

মতৌঙুব মথোয়গী বন্ন শেংনি দরকার ওইবহু থঙহনবনা মিটিং অসিগী পান্দস্লি।"

সাহেবনা হায়রকই, "দল শেম্বা? কার্মগী মাংয়োক্তা? মহু লৈবাক অসিদদি শাথীনা সাইনা য়াদবনি। মহুদা শোয়দনা শাস্তি কাররবা য়াই।"

স্নুমিত্রানা হায়রকই, "শোয়দবনি, ওইরবা য়াই কমদৌনি। লৈবাক অহুগী গোভর্নমেন্ট হায়বদি ইংরাজ ললোনবা কাংবুনা লৈবাক অপুনগী ঈ থক্লবগীদমক্তা লৈবাক অহুনা অচোৎবা মেছিন থিল্লরবা—"

মহাকী বা ডাংবা লোইশিনবা ফংথিদ্রে, গোরাগী চাংনবা অমিত্তা বৈ হোৎরক্লে। থমকা তৌহুনা হায়রকই, "অনিরক চন্না রাকম অসি পল্লরবনি ঐনা এরেস্ট তৌদনা ড়মোইদৌরা।"

স্নুমিত্রাগী লোমচংতা থংক্তা কিঙ্গংলকপা উদে, গুপ্তনগী চাইহাক্কং মহাকী মাইথোংদা মুন্না মেংলুরগা থোইকম মোমোম হাইকেং তৌরকই। হায়রকই, "ঐ চকলাং ডথদে, অহুগা রাম্না শোক্লি। মহু নংলমথ্রনদি অনিরক্না কাংগীনো, রাকম অসি চাম্মরক হন্না লাউহুনা মীয়াম অসিনা তাংহল্লগদবনি। অহুবু উসিদি ঐগী শক্তি লৈদ্রে।" অসি হায়রগা মহাক্না অমুক মোককেং তৌরকই।

অনাবা রুপী অসিগী অতম্ন অঙ্গ বা মীনোক অসিগী মকথদা সাহেব মপুক্লিংদা ঈকাইবগুন কাওরকই, "অলরাইট। অদোম্বু চেকশিলহল্লবনি।" পোকেট ঘড়ি লৌথোরক্লগা হায়রকই, "মিটিং

থিংনবগী হুকুম ঐঙোন্দা লৈ, অদুবু থুগাইনবদি লৈতে। মিনিট তরাগী মতম পীজরি, বাদৈ অনি-মরিদা মথোইগী শাস্তি ওইনা চংনখিনবা নায়রিবু। অদুগা করিগুম্বা হুরিতস্ত্র মপিশুবসিদ শিনবিরোইদবনি।"

হৌজিক থরনিদগী সুমিত্রা চয়া পুরহেন হেনবগুম লেপ্লক্লিবনি। মরাম্না কনা খামহুনস্ত্র মহাক মপা থরমথৈ ওমদ-ওমদনা সভাদা য়াউরুরিবনি, অদুবু চোকথবা অথদি শোহ্নবনা মহাকপু পুনশিন্দুনা থস্তুম ভোরক্লে। চৌকিদা মকোক চাথহুনা মহাক্না শেংফাওবা খোঙ্গেলনা কৌরকই,"অপূর্ব্ববাবু, অপ্নগী মিনিট তরাগী মতম লৈরি, মহুস্তু ফারমদবা য়াই। লাউহনা থত্তহনবিয়ু, ময়াম পুনবা নত্তনা মথোইগী ওপার অময়ুক লৈক্তে হায়বা। কারখানাগী মপুশিংনা ডসি ঐখোয়বু ঈকাইবা পীরিবসি করিগুম্বা মথোইনা মী ওইরবদি লমন খুমগদবনি।" চাংনা চাংনা মহাকী শোহ্নরবা চরম কায়গদৌরক্লে, অদুবু সভানেত্রীগী য়াথং অসি তাবদা অপূর্ব্বগী মাইথোং তাইকেং তাইত্রে। মৈপা লাংলবা মিংমেংনা সুমিত্রাদা মেংলহনা হায়রকই, "ফিঙ্গংহনবা আইন কারবা ওইরোইদ্রা?"

সুমিত্রানা ওকুমা খোঙ্গেল পিক্লা হায়রকই' "পিস্তলগী পাঙ্গলনা সভা থুগায়বদি য়াত্রা? অদেম্বদা ঈমু-মাইমু তাহনবা ঐ পামদে, অদুবু বাকয অসি শক্তি পুরমক শিজিন্নহনা ওসিগী ঈকাইবা নংনবা শিন্মীশিংনা করিগুম্বা মতমদস্তু কাউওমদনবা তাহনবিথো।"

লমীগী দাবীগী অতৈ মুপা মরি-মত্তাম্ব স্টৈজহুদা করি,

মখোয়গী মাইথোং উবদা মখোয় মীচম অমসুং মীরেম ওঁাক্তা মাঁল্লি। শিল্পী নত্রগা অতৈ কবিসো থবা ওইরম্বা যাই। অপূর্ব্ব মীনৌ ওইরবস্তু সমিতিগী লাইরিক হৈবা অমসুং মশক যাইবা সদস্যদি। অস্থুক য়াম্বা মীয়ামগী মফমদা বা ওাংনবগী থৌদাং মতোম্দা নত্তিষ। অপূর্ব্বনা থোক্লেল কংনা হায়রকই, "ঐদি হিন্দী নিংখিদা হৈতে।"

সুমিত্রা বা ওাংবা ওয়রক্লে, অহুম ওইনমক হায়রকই, "অথওবা মওংদুদা বা অসিদদি ওাংবিথো অপূর্ব্ববাবু, মতম মাংহনবিয়ু।"

অপূর্ব্বনা ময়ামগী মাইথোংনা লৈহুনা য়েংলকই! ভারতী মমাই লৈথোক্কুনা লৈ, মহাক্কী মপুক্কিং থওবা ওয়ত্রে, অহুবু থহলে পোড়া লুচিংবগী মপুক্কিংগী ফাবা। মহাক্কী থোইদোক্না নক্কুনা, থোইদোক্না মরেক শেংনা অমসুং থোইদোক্না অথাবা মিংয়েংগা মিংচামক্করে। বা ওাংনবগীদমক্তা অপূর্ব্ব হৌগংলক্লে, মহাক্কী চিনবান লেংলক্লে, অহুবু নিক্লিবা চিনবাম অনি অহুদগী বাংলা, ইংরাজি, হিন্দী, কবিগুম্বা লোন অমত্তা থোয়ক্লে। থোইদোক্না কাহংলবা মাইথোংদগী হায়বকপা অহু ওইনিংবা ওইজসনু, লম্বীগী দাবীগী সদস্যশিংগীদমক্তদি নত্তে।

তলবারকর হৌগংলক্লে। সুমিত্রাদা য়েংহুনা হায়রকই, "ঐহাক বাবুজীগী মরুপ্নি। ঐ হিন্দী হৈ। যাথং কংলবদি য়ানা ওাংগদবহু ঐ লাউহুনা মীয়ামদা তাহঞ্জগে।"

• ভারতীনা লৈশিন্দুনা য়েংলকই, সুমিত্রাদা ওক্না মুম্না য়েংহুনা লৈরম্বে অমসুং মুপী অনি অসিনা য়েংলবপা মিংয়েং-মাংবা

ইকাইরবা, নুংবংনরবা, লোন খোক্লবা অপূর্ব চপ ছুনো মক নুকশঙ্গনা থরাং প্লান্দরগুম কয়থরে।

রামদাস হন্দোক্লুনা লেপরে। অদুগা মাগী মেংতা ওইদা মাংদা মীপাইরবা, কীরবা, তনিক্লবা মীরামগী মকমদা খোঞ্জেল য়াংনা হায়রকই, "ইচিল-ইনাও পুম্নমক। এগী হায়নিংবা বা হান্না নল, অদুদু মখোয়গী ০কচাংগী পাঙ্গলনা ঐখোয়গী চিন মেঞ্জিল্লে।" অদি ওয়রদুনা মকাক্লা মথুং থিন্দুনা লপোনবা পোয়া পুলিশশিংবু উংলগা হায়রকই, "থৌজিল্লগা চৎপা হুইশিংসিনু ওখোয়গী মায়োক্তা, নখোয়গী মায়োক্তা থৌজিন্নক্লি, থৌজিন্নক্লিবা মখোয় অদু নখোয়গী কারখানাগী মপুশিংছুননি। নখোয়গী অরাবা খুদোংথীবগী বা ন.থায়দা থজহনবা মখোয় কনানন্নু কবিগুম্বা মওংদম্ব পাযদে। নখোয়দি মখোয়গী মেছিন চানাইনবা পোৎলুম থাংনবা শানি! অদুম ওইনমক মখোয়গ্ম মীনি, মতৌ অদুমক পূক থমা চানবা, থম্মোয় মকা লাম্না হুংতাইনবা অধিকার অদু নখোয়ম্ন পোকপগা ঈশ্বরগী মকমদগী ফংলক্লবনি, অদুম্না অদিবু মখোয়না শক্তি পুম্নমক শিজিন্নদুনা, তাং কয়া কৌহুনা নখোয়বু থজহন্দনবা হোৎনরি। কবিগুম্বা নখোয়না অমুক্তং থিং পাংলবা, ওদগম অমুক্তং অচুম্বা অসি থজবা ওন্নবদি নখোয়ম্নু মীনি, নখোয় অতুক নংলবা, অতুক লাইরবা, অতুক লাইরিক হৈরবা, অদু ওইরবম্নু মীনি, নখোয়গী মীওইবগী দাবীবু কবিগুম্বা মরম অমতনা কনানম্নু ইথোক্লুনা থম্না ঙম্লোই, অদু ওইরবদি, কারখানাগী মপু থম্না অসি নখোয়গী মকমদা কয়াম্নু

য়াম্লে ? অচুম্বা অসি নখোয় খঙলরোইদ্রা ? মসিদি ঙুপ্পুগী ঈনাক-খুৎনবগী ম'য়ে ক্লা লাইরবগী মশা কল্লনবগী ল'ন ! মসিদা লৈবাক লৈতে, ধর্ম্ম লৈতে, মতামত লৈতে,— হিন্দু লৈতে, মুসলমান লৈতে,—জৈন, শিখ করিগুম্বা অমত্তা লৈতে,—লৈরিবদি ঙুপ্পদগী লন্দা ঙাওরবা মপু অহুগী ওমখৈ নাইদনা থৌশাবিক্লবা, চাবা ফংজবা শিন্নীদনি ! নখোয় জ্ঞান তারকপ্রা খনবদা মখোয়গী ঈ কংশিন্নবনি ! পাঙদবা, অশোনবা, অপঙবা, কঙবা নীত্তিদা হৈনরবা নখোয় মখোয়গী হৱাও-তম্বাম্নথম ওইবা, অমত্তা ঙাক্নরবা থোঙনেংফম্লি ! অহুনা, মখোয়গী শিংনবমখৈদগী কেন্না থোইদিং মথায় অমা ফাওবা মখোয়না মশানা য়াংনিংনা করিগুম্বা শুমিত্তম্ব পীরোই— অচুম্বা অসিবু থাশ্ম'য়দ পোঁশিনবা ঙম্বু নখোয়গী মফমদা অহুক হাক্লা লুন থোক্লিবা। অত্তগা রাকম অসি মরেক শেংনা হায়দোকপগী মরালগীদমক ঙসি গোরাশিং অসিগী মফমদা এইহাক মীওং-মীনৈ থাংবনা মরু ওইরবা য়াং ! লাইরবগী হিংননবা লানকম অসিদা নখোয়না শক্তি পুম্নমক পুথোক্লুনা য়াউরবা ঙরোইদ্রা ?"

গোরা লুচিংবনা লৈবাক অসিদা হিন্দী লোন থরমখৈ খঙবা অহুনা ঙাংলিবা অসিগী রা মচং করিম্ব খঙলুবা ওমজে, অহুবু তীগ্নিবা অভাবশিংগী মাই-মিঙা তারিবা ফিক্সংপগী মমি উবদা মশামকম্ব ফিজংলক্লে। মহাকী রিক্সারাচদা মিংরেং চিংশিন্দুনা হায়রকই, "অমুক মিনিট মতাগী মতমদা ঙাইরে, অদোম লোইশিনবিরো।"

তলৱাকরমা হায়রকই, "তুপ্নগী মিনিট মঙাখক! মহুদগী মিংকুপ অমা কাওবা হেক্রবা! অদু ওইরবস্তু মমল নাইত্রবা মিনিট খরা অসি ঐনা করিগুম্বা মওংদস্তু অরেম্বদা মাংহল্লোই। থোশাবিরবা "কাংবুগী টচিল-ইনাওশিং! নখোয়গী মফমদা ঐনা হায়জরি— ঐখোয়বু নখোয়না থাজদবা তৌগনু। লাইরিক লৈকনি হায়রগা, অরাংবা শাগনি হায়রগা, কারখানাদা থং-থোমগনা 'চর' তাম্দে হায়রগা ঐখোয়বু চিংনবা মিংয়েংনা য়েংবন' নখোয় মশামা নশাগী মাংজনবা শিনগন্। মখোয় মিংকপ থোকচনরব' অঙাঙ খোম্লাও লৈবাক খুদিংমক্তা মতম পুদিংমক্তা ঐখোয়দনা লাউরক্লিবনি। ঙসিদি খঙবা ঙমদবস্তু য়াই, অদুবু তশেংনা খঙ্জিল্ল, লম্বীগী দাবী অসিদগী হেনবা নখোয়গী মরুপ লৈবাক অসিদা অতোপ্পা অমত্তক লৈত্রবনি হায়বা।" মফাক চয়ম কংশিল্লক্লে অমস্তং ফুনগংলক্লে, অদুগা ওইনমক মশক্রায় খুবাক্তা দাপতুনা লাউদুনা হায়রকই, "ঐহাক মতম শাংনা নখোয়গী মরক্তা থবক তৌদুনা লাক্লবনি, ঐখোয়বু নখোয়না শক খঙ্গে, অদুগুম্বু ঐনদি নখোয়বু শক খঙই। নখোয়না মপুনি হায়না শক খঙলিবা মখোয় অদুগী মরক্তা নোংমা ঐন্দু অমা ওইরম্মী। মখোয়না করিগুম্বা মওংদস্তু নখোয়বু মী ওইনবা অদুগা ঐনা ওইহল্লোই। তুপ্নগী শাগী মতৌগুম থমদুনা নখোয়গী মীওইবগী অধিকারবু মখোয়না থিংদুনা থম্মী, অমুক করিগুম্বা মওংদস্তু অধিকারদু ফংহল্লোই— বাফম অসি নখোয়না খঙদবা য়াদবনি। নখোয় সাধু নত্তে, নখোয় লৈখা ফারবনি,

নখোয় ইন্দ্রিনা খুদুম চল্লবনি— মখোয়গী মচিন্দগী অসিগুম্বা ওইদবা। এা করা অসি নখোয়না মতম চুপ্পদা তজনা তারক্কি। অতুনা, মখোয়গী মকমদা নখোয়গী দাবী খঙহনবা মতম অংমক্কদা নখোয়গা অয়া-মনং পুন্নমক্কী মফমদা নখোয়গী অখিংবা লৈতবা লমচংজা দাবী থৈজিন্দুনা মখোয়না নখোয়গা চাউখৎ-লবা মখল খুদিংমক খিংলক্কি,— ভুপ্লদগী মীনম্বা অসিদবু নখোয়দা মখোয়না মতম লৈবা খিবিক্লা খঙহল্লক্কি,— অকবা নল্লবদি কনাস্থ চাউখৎপা করিগুম্বা নুমিত্তস্থ ফংবা ঙমোই হায়না। অদুবু, ঙসি এৈনা নখোয়গী নকমবা চিংনবা লেজনা অমস্থং মীনম্বা মরিং অমত্তা পক্কনা খংহনবা পাম্মী মখদি, মখোয়না হায়রিবা বাকম অদু কৈদৌঙৈদস্থ মপুং ফানা অচুম্বা নত্তে। মখোয়গী লমচংজনা ভুপ্লগী নখোয়গী ফিজমগী দাবী নত্তে, মখোয়বু খৌওহবিদ্রিবা ভুহংপিরিবা মওং অসিস্থ নখোয়গী লমচংকীদমক দাবীনি। মখোয়গী চুমদবা অসিবু ঙসি নখোয়না চিংনবা লৈতনা য়ানিংদবা কোংদোকদবনি। নখোয়গী অপুনবা খোল্লাওনা লাউগদবনি মদুদ, ভুপ্লদগী শেলদনা পুন্নমক নত্তে।" ভাংনা ভাংনা মহাকী কংলবা চরমদগী খোরকপা খোঞ্জেল খোইদোক্লা বাক্লক্লে, হায়রকই, "ভ-নোমদনদি সংসাবদা করিস্ত পুখোকপা ঙমদে— অদুনা, শিক্ষীস্থ তশেংনা মখোয়গী মত্তোঙম মপুনি— তশেংনা মখোয়গী পোং পুন্নমক্কা, কাবখানা অপুম্বা অখিকার চপ চানা লৈ।"

অসিগুম্বা মতম অসিদা কনানো পাঞ্জাবী ভদ্রলোক অমনা

গোৱা লুচিংবা অহুগী মনাকোংদা ভুম্মিল্লা করি ৱাবো অমা হায়ৱকপমক্তদা মহাক্কী ঙাংলবা মমিং মৈতাল অৱাবগুম লংখং-লক্লে। মহাক্লা ঙংহুনা হায়ৱকই, "স্টোপ! মহু ৱারোই! মহুনা শাস্তি কায়গনি।"

অপুর্ব্ব পাখংলক্লে। রামদাসকী ফুরিং মচি পায়হুনা থক থক চিংলকই,— "তোকও, রামদাস লেপ্লো। সহায় লৈতবা মরুপ-মপাং লৈতবা মীহৈবাক অসিদা নহাক্কী নুপী লৈরিবে— নহাক্কী পিক্লিবা ভনৌরিবী নচানুপী লৈরিনে!"

রামদাসনা মনাদা কাওবা হাপখিন্ত্রে। লাউহুনা হায়ৱকই, "মখোয় বিচার রাউদবা কাংবুনি! মখোয় মী.ৱৈহংনি! অচুম্ববু মখোয়না করিগুম্বা মওংদম্ব নখোয়গী মকমদা তাহনবা পামদে। অহুবু অচুম্ববু খৌরি মেংহুনা হাংপা ঙমদে হায়বা মখোয়না খঙদে। মহুদি শিবা নাইদবা পোংশক্লি! মহুদি অমরনি।"

গোৱানা মসিগী অর্থ খঙদে। অহুবু খঙহৌদনা মী লিশিং লিশিংগী হকচাংদগী থক্তোরকপনা তমথীনা মৈশা কল্লবা শঙ্গু ওইনা মমাইদা পাল্লরে। মহাক্লা ঙংলকই, "মসি রাজবিদ্রোহনি!"

মিংনা কুপ্লদা নুপা মঙা-তরুক শগোলদগী কন কন চোংখ-রক্লগা রামদাসকী মখুং অনি তাপ তাপ পায়হুনা মহাকপু চিংখহুনা মখাদা পুথরক্লে। মহাক্কী রাং-চাউরবা হকচাং শগোল অমম্বুং শগোল তোংবশিংগী ময়াইদা মিংকুপকী মথুংদা মপক উথিন্ত্রে, অহুবু মহাক্কী তমথীনা য়াক্লবা খোজেলদি কাজিনবা ঙমত্রে, "ইকদৌভৈদম্ব ঐবু অমুক উররোই, অহুবু মী ওইনা পোকপগী

জৈকাই-থুম্বা করিগুম্বা মথোয়গী মপু ওইরিবা অহুগী খুরা-খাদা হৈখত্নুনা তুহনা লৈখোক্রুবদি অন্নুক তমথীবা মীওং-মীনৈ, অন্নুক জৈকাইবা নংবসি মথোয়না খাংহনা লৈখোক্কম্ন।"

অহুবু বা ঙাংবা লোইহিন্দ্রিবৈঙমক্তদা লাঙ্গাও থোকপগুমদ্রে। শগোল চেল্লক্লে, শাজৈ থাবা লেপ্পা লৈতে, অহুগা জৈকাইবা নংলবা চঙক্লরবা নৈহংপিরবা শিশ্নীগী কাংবু মথরায় খুবাক্তা হাপতুনা চেন্নবদা কনানা কমাগী মথক্তা কারি অমম্তুং কনানা কনাগী মখোঙ ময়াদা থয়ো থয়ো ওল্লি, মহুগী অয়েপ্পা লৈখিদ্রে।

নৈহংপিরবা অশোকপা মী থরা নত্তনা লমহাং অপুম্বা অহু মী তাকপদা খিন্থখিদ্রে। করিগুম্বা মওং অমদা শেক্কৌ শেক্কৌ চংশ্লিবা মথোয় অহুদা মমিং কুপ্তুবমথৈ য়েংহনা স্নুমিত্রা চপ মুংনা লৈ, অমম্তুং মঙোন্দগী থোইনা লাপ্পদনা অপুর্ব অমদি অতোপ্পা মীশক অমা চঙক্লনা অহুম্মা নুংবংননা লে·দনা ফমহুনা লৈ।

গাড়ী কৌবা চংখিবা নুপা অহু মিনিট তরাগী মতুংদা গাড়ী পুহনা লাক্লবদা স্নুমিত্রা বা ঙাংদনা ভারতীগী মখুং পায়হনা তপ্পা তপ্পা লাক্কুনা মহুদা কাখৎলমে। মশানা বা ঙাংলক্রুবদি মহাক্কী চিন্তাদা অপনবা পীক্লমবা কনানম্ব মঙোম্দা অয়েম্বদা হংলুদ্রে। মক ওইনা, ঙসি মহাক মশা ঙমদে, চোকথরে, অমম্তুং জৈকাইবা নংলে।

ভারতীনা হম্মক্লগা হায়রকই, "চংলসি।"

অপুর্ব্বনা মমাই নোনখংহুনা য়েংলকই, মিংকুপ থরা লৈরগা করিনো থক্লগা হংলকই, "ঐবু কদায়দা চংসি হায়রিবনো?"

ভারতীনা হায়রকই, "ঐগী মুমদা।"

অপূর্ব্ব মিংকুপ খরা তুম্মিনা লৈ। মখৈথংদা তপ্পা তপ্পা হায়রকই, "ইবেম্মখোয়দি খঙবিরিবনি ঐ সমিতিগী মতিক চাবা মীশক নত্তে হায়বা। মকম কদায়দসু ঐগী চংবকয় অমুক কংলেরোই।"

ভারতীনা হংলকই, "অদু ওইরবদি হৌজিক কদায়দা চংপিগদগে? লৈকমদরা?"

"লৈকমদা? অমুত্তং য়োরুবা তাই।" অসি হায়রগা অপূর্ব্বগী মিংলুদা পী য়রা চেল্লক্লে; মহু করিগুম্বা মওং অমদা থিংলগা হায়রকই, "অদুবু মীরৈবাক অসিদা অতোপ্পা মকম অমদা মতৌ কমদৌনা অমুক চংকদগে হায়বা ঐ খনবদা লাগা কংদে ভারতী।"

সুমিত্রানা গাড়ী মনুংদগী য়াম্না শুমদনা কৌরকই, "নখোয় লাকও।"

ভারতীনা অমুক হায়রকই, "চংলসি।"

অপূর্ব্বনা মচক হাইদুনা হায়রকই, "লম্বীগী দাবীদা ঐগী লেপকম অমুক লৈত্রে।"

ভারতীনা খঙহৌদনা মাগী মখুং পায়গে তৌরুই, অদুবু মশাবু কাখজরগা মিংকুপ অমরোম মহাক্তা মাইথোংদা মিংয়েং পুন্নমক থমদুনা মুমা য়েংদুনা লৈরগা তুম্মিন তুম্মিন হায়রকই, "লম্বীগী দাবীদা লেপকম লৈত্তবসু য়াই, অদুবু অতোপ্পা দাবী অমদগীদি তাম্মোকপা শুমগদবা অদুওম্বা করিসু লৈত্তে, অপূর্ব্ববাবু!"

গাড়ীদা সুমিত্রানা ড্রাইবা শুমক্লদুনা অমুক হন্না হংলকই, "নখোয় লাকদবা য়াংলিত্রনে ভারতী?"

ভারতীনা মখুং হাইহনা গাড়ীৱালাদা চংখিনবা ইঙ্গিত তৌরগা হায়রকই, "অদোম লেংবিয়ো, নকই ঐখোয় খোঙনা লাক্লগে।"

লম্বী চংনা চংমা অপূর্ব্বনা খঙহৌদনা হায়দোরকই, "নহাক ঐগা লোয়ননা চংমিন্নসি ভারতী!"

ভারতীনা হায়রকই, "চংমিন্নরিবসিনি।"

অপূর্ব্বনা হায়রকই, "মহু নত্তে। তলৱারকরগী মুপীগী মনাক্তা ঐ কমদৌনা চংলুগদগে, চংলুৱগবু মঙোন্দা করি হায়না পাউ তমলুগদগে, মাগী উপায় করি তৌগদগে হায়বা ঐদি করিগুম্বা মওংদম্ভু লাম্বা কংত্রে। রামদাসপু মকম অসিদা পুহনা লাক্লনবগী ঐগী অপঙবা রাখল অহু কমদৌনা থন্নুরিবা!"

ভারতী ভুম্মিন্না লৈ।

অপূর্ব্বনা হায়রকই, "মীরৈবাক অসিদা খঙহৌদনা কয়া শাথীনা খুদোংথীবদা তাররা। ঐদি লৈরায় লাম্বা কংত্রে।"

ভারতীনা মপুক্লিংগী করিগুম্বা রাখল অমত্তা কোংদোরক্কে।

মবানি ভাইহাক ভুম্মিন্না লম্বী চংলবা মতুংদা অপূর্ব্বনা উপায় লৈতবা অরাবা রাখলনা মপুক্লিং লাংতরক্লনা খঙহৌদনা হায়রকই, "ঐগী দোষ করি লৈবগে? হন্না হন্না চেকশিলহন্নবা কাওবদম্ভু কনাগুম্বনা করিগুম্বা মঙক্তা থৌরি থুহনা য়াঙবা তারবদি ঐনা মাবু কমদৌনা কনগদগে? অহগুম্বা বক্তৃতাহু ঐনা পীয়ু হায়খিত্রা? মহু লৈ, মচা লৈ, মুম্বান। মীনি হায়বগী জ্ঞান য়াউদবা— মহাক্না শিত্রবদি কনানা শিগদগে? চংজসহু অমুক হন্না চহি অনি জেলদা!"

ভারতীনা হায়রকই, "অদোম্বু মাগী নুপীগী মনাক্তা হৌজিক চৎপিয়রোইদ্রা ?"

অপূর্ব্বনা মহাক্কী মাইথোংদা য়েংহুনা হায়রকই, "কৈদোনা চৎতনি! অহুবু, সাহেবদবু হয়েং করি হায়না থুমগদগে ? অহুবু নঙোন্দা হায়রিবসিনি ভারতী, সাহেবনা য়া অমত্তং হায়রকপদা ঐ থবক তোকথোক্কনি।"

"তোকথোক্লগা করি তৌগদগে ?"

"থুমদা চৎথ্রগনি। নৈবাক অসিদবু মী নৈবা হৌনদ্রা ?"

ভারতীনা তপ্লপ্না হায়রকই, "মহাকপু থাদোকহল্লবস্থু হোংনবিরোইদ্রা ?"

অপূর্ব্বনা চপ লেপ্লগ হায়রকই, "চৎলুসিদনা অকনা ব্যারিস্টর অমগী মনাক্তা ভারতী! ঐগী লুপা লিশিং অমরোম লৈ,—মসিনা য়াররোইদ্রা ? ঐগী ঘড়ি-মুংলি য়েংখোক্লবদি লুপা চামা-চাতরুক অমগম্থু ফংবা য়াই। চৎলুসিদনা ?"

ভারত না হায়রকই, "অহুবু মাগী নুপীগী মনাক্তা চৎলুবনা থ্বাইদগী হেন্না দরকার ওই অপূর্ব্ববাবু! ঐবু অমুক থিনবিরনু, মকম অসিমক্তদগী গাড়ী অমা কারগা স্টেশন্দা চৎপিগ্রো। মাগী অপাম্বা করি লৈবগে, অৱাংপা করি লৈবগে, মরু ওইনা পাউ অমা পীক্লবস্থু য়াম্না দরকার ওই।"

অপূর্ব্বনা মঙক নোমহুনা য়ানিংবা উৎলকই, অহুবু অহুম ওইনমক লোয়নহুনা অহুম চৎমিন্নরি। ভারতীনা হায়রকই, "খিত্তং অসিদি ঐ ইথন্দা চৎচখিবা ঙমগনি, অদোম হন্নবিহৌরো।"

পাউথুম পীবদা অপূর্ব্ব হজ্ঞানরম্বা য়াই, অদুবু মিংকুপ খরদনি। অদুগী মতুংদা হায়রকই,"ঐ ইত্তোমদা চংপা ঙম্মোই।"

ভারতীনা হায়রকই, "লৈকমদগী তেৱারীগা চংমিন্নগে হায়রগা চংমিন্নবিয়ু।"

"নত্তে, মহাক্তা চংমিন্নরুসি।"

"ঐদি অরুবা থবক লৈ।"

"মহু ওইরবস্থু চংলুসি।"

"অদুবু করিগীনো ঐবু অস্থুক হাক্তা পুনশিনরিবিবা অপূর্ব্ববাবু ?"

অপূর্ব্ব তুম্মিন্না লৈ।

ভারতীনা মহাক্তা মাইথোংদা য়েংহুনা নোকফেং তৌরকই, হায়রকই, "করে, ঐগা চংমিন্নরুরসি। ঐগী থবক্তু হায়া অমুক্তা লোইশিন্নমখিগে।"

লম্বী ময়াইদা ভারতীনা খঙহৌদনা মতম অমদা হায়রকই, "অদোম্বু থবক তৌহনবা মীরৈবাক্তা থারক্লিবা মহাক অদুনা অদোম্বু মুন্না খঙদে। মহাক হৈমা ওইরবস্থু খঙদ্রে। তেৱারী মরৈবাক্তা হনগদৌরি, ঐ ইশামক চংলগা শিন্দুনা মহাক্তা লোয়ননা অদোম্বুস্থু য়ুমদা থারগনি।"

অপূর্ব্ব থা ঙাংদে।

ভারতীনা হায়রকই, "পাউথুম পীবিদ্রেনা করিমত্তা ?"

অপূর্ব্বনা হায়রকই, "পাউথুম পীনিংঙাই করিস্থু লৈত্তে। ইমা হিংলমত্তরবনি ঐ সন্ন্যাসী ওইরমগদবদি।"

ভারতীনা ঙকুনা হায়রকই, "সন্ন্যাসী ? অহুমু ইমাদি হিংলিদনা !"

অপূর্ব্বনা হায়রকই, "হোয় । ইবৈবাকী খুদংদা ঐখোয়গী য়ুম মচা অমা লৈ, ইমাবু ঐনা মকম অহুদা পুগনি ।"

"অহুগী মতুংদি ?"

"ঐগী লুপা লিশিং অমা লৈরিবা অহুনা হরায়-চেংবায়গী চুকান মচা অমা কমগনি । ঐখোয় মী অনিগীদি লেনবা য়াগনি ।"

ভারতীনা হায়রকই, "মহু চংপিবা য়াই । অহুবু খঙহৌদনা মসি দরকার ওইরক্লিবসি করিগীনো ?"

অপূর্ব্বনা হায়রকই, "ওসি ঐ ইশাবু মুন্না খঙজরে । ওপ্রগী ইমাগী মকমদা নত্তনা ঐগী মমল লৈতে । ঈশ্বরনা শিনবিসন্থু মসিদগী হেন্না ঐনা কনাগী মকমদগীসু করিসু পানলুদনবা ।"

ভারতীনা মিংকুপমুক মহাক্কী মাইথোংদা য়েংহুনা লৈরগা হংলকই, "ইমানা অদোম্বু খঙলে য়াম্না সুংশিরিরিনিরে ?"

অপূর্ব্বনা হায়রকই, "হোয় । মতম চুপ্পদা ইমাদি য়াহুনদা লেপ্লরুবনি, ওপ্রদগী কীজরিবদি অরাবত্থু অমুক হেনগংখিগত্রা অসিদনি । ঐগী থবক-থৌরম খুদিংমক্তা ঐগী ভত্থায় অরা ইমা ওইহুনা লৈরক্লিবনি, অতোপ্পা ভত্থায় অহু চেংনা কোরশিন্দুনা থম্লিবনি । মসিদগী ঐহাক মিংকুপ অমা কাওবা নাম্বোকপা ঙমদে, ভারতী, অহুনা ঐ পাংদবা ওইরিবদি, অহুনা ঐ ময়াদগী সুংশিদবা মীপক ওইরিবনি ।"

অসি হায়রগা মহাক্কী মচিন্দগী মুংশা মপী অমা হোক্নোরকই।

মসিগী পাউখুম ভারতীনা পীদে, শুপ্রদগী মহাক্কী খুৎ অহু তপ্পা তপ্পা খিংখোক্লুনা অপূর্ব্বগী খুবাম-মুংদা পায়হল্লগা তুশিল্লা লম্বী চৎলকই।

সন্ধ্যাগী অমম্বা য়ায়া মমশিঙ্কক্লে, অপূর্ব্বনা লাংতক্লবা খোঞ্জেলনা হায়রকই, "রামদাসকী মতু-মচাগী করি উপায় তৌগদগে ভারতী? শুপ্নগী মীনাই-মুবী নত্তনা নৈবাক অসিদা মখোয়গী মরৈবাক্কী মী ফনাম্মু নৈতে। নৈরম্লগম্মু কনানা মখোয়বু য়েংবি-থিবিগদগে?"

ভারতী মশামক্লম্ম খনবদা করিস্মু লাম্বা কংদ্রে, শুপ্নগী খোনা হাপকৎনবগীদমক্তা হায়রকই, "চৎলুসিদনা অমুক্তা য়েংলুসি। উপায় অমদি তৌবিবা তাবনি।"

অপূর্ব্বনা খঙলে মসি মমুং হোবা রাকল্লি। মহাক্কী মপুক্কিং নৈতাকম করিমক্তা খঙদ্রে। হায়রকই, "নহাক মকম অহুদা নৈবা তারবা য়াই।"

"অহুবু ঐদি ক্রৌশচল্লি, মখোয়গী করি খবক্তা চল্লগদগে?"

"মহু ওইবা য়াই।" বা অহুনা নৌহোননা অপূর্ব্বগী খম্মোয়দা পাল্লি।

মবানি নৈকমদা থুংলবা মতম অহু সন্ধ্যা মতুং কনা কোল্লে। অহিং অসিদা কমদৌনা করি তৌগদগে হায়বা চিন্তা তৌবদা মখোয়গী মপুক্কিংদা চিংনবা অমদি লাংতক্লবগী ভমখৈ নৈখিদ্রে। মথাগী কা খোঙ হাংলম্মী, ইমুংদা খোঙ থাংজিনবমক্তা

ভারতীনা উরে, অসোমগী হাংহনা নৈরিবা থোঙনাও ময়াদা ইজিচেয়ারদা কনানো মপা অমা হিপতুনা লৈ। মহাক্না মঙক থাঙ্গংতুনা য়েংলকপমক্তদা ভারতীনা মশক খঙলহনা হৌ'ওনা হায়বকই, "ডাক্তরবাবু, করম্বা কালদা য়ৌবিরকপগে? চেম্মা স্মিত্রাগা উরবিরব্রা?"

"উরদ্রি।"

অপূর্বনা হায়রকই, "তমগীবা থৌদোক অমা থোক্লে ডাক্তরবাবু, ঐখোয়গী একাউন্টেন্ট রামদাস তলৱাকরবু পুলিশনা ফাহনা পুগ্রে।"

ভারতীনা হায়রকই, "ইনসিনদা মহাক ভাড়াদা লৈ। মফম অহুদা মহাক্কী নুপীগা মচানুপীগা লৈ, মখোয় হৌজিক ফাওবা করিস্ত খঙদ্রি।"

অপূর্বনা হায়রকই, "অহুক লাপ্পা অমম্বা অহিং অসিদা— কয়াদা শাথীবা থৌদোক্লোদো ডাক্তরবাবু!"

ডাক্তরনা হৌগংতুনা চুম্না ফল্লগা নোক্লকই, ভারতীদা হায়রকই, "ঐ য়াম্না চোকথরে, চা খজিক্তং লোন্দুনা ঐঙোন্দা পীথকপা ঙমগব্রা ইচল?"

ভারতীনা হায়রকই, "ঙমগনি, অহুবু ঐখোয় হৌজিকমক চংপা তারি ডাক্তরবাবু।"

"কদায়দা?"

"ইনসিনদা। তলৱারককরগী লৈকমদা।"

"দরকার করিস্ত লৈতে।"

অপূর্ব্বনা চঙক্লনা মহাক্কী মাইথোংদা য়েংহনা হায়রকই, "দরকার লৈত্রিবদি কমদৌননো ডাক্তরবাবু ? মাগী থুদোংচাত্রবা ইমুং-মনুং য়েংশিনবিবা মক্ত ওইনা পাউ অমত্তং লৌক্লবদি দরকার ওই হায়না খল্লি।"

ডাক্তরনা নোক্লনা হায়রকই, "মহুদা চিংনিংঙাই লৈতে অদুবু থৌদাং অদুদি ঐগীনি ; অদোমথোয়না কনা থৌনা কহুমন্থু অমম্বা অসিদা অহিং চুপ্পা ইনসিনদা উমং-ঙাংমংদা কোইচং চংপা ঙম্বিগদ্রা,— মমৈথংদা য়ুম কাওবা থিবা কংবিদবা য়াই।" অসি হায়রগা মহাক্না অমুক নোক্লগা হায়রকই, "মহুগী শক্লকপুদি অদোম কম্বিবু, অদুগ ভারতীনা চা লোল্লুরগা পুরকসন্থু। অদুবু অদোমদি থকপা য়ারিরোইনে ? মহু ফরে. হোটেলগী বামোন-ঠাকুরবু চানবা থরা শেংনা শেমগল্লগা পুহন্নক্লসন্থু, চার-থক্লগা পোথাহনা লৈবিরো।"

ভারতীনা চিন্তা তোক্লনা মপুক্লিং মকা লায়া চা লোনবা মথক্তা কাখংত্রি, অদুবু অপূর্ব্বদি থাজবা করিমত্তা ঙমদ্রে। ডাক্তরগী য়া পুয়মক মহাক্না মকমদা করেম্নবা ওইনা থোক্লনা মপুক্লিং শুংঙাইদ্রে। ভারতীদা অতম্না নিংবা কায়বা থোক্নাংনা হায়রকই, "অহিং অসিদা রাগদবদগী মহাক্কি লাক্লোক্লে, অদুবু ঐগীদি দায়িত্ব য়াম্না চাউই। অহিং কনা থেংলবন্থু ঐদি মকমদুদা চংলুদবা য়াদে।"

মহাক্কী য়াসি তাবদা ভারতী চপ লেপত্রে, অদুবু মকম অদুমক্তদগী ডাক্তরগী মিংতা য়েংলুরগা অমুক চিংনবা লৈতনা য়ুথৌ তৌবা চংত্রে।

ডাক্তরনা মোমবাতি মতেক অমা চুথংলগা পকেটতগী চিঠি কয়ামরুম লৌথোররুগা পাউথুম ইবা হৌরম্রে। মিনিট তরা তুম্মিন্না ঙাইরবদা অপূর্ব্ব হারোয়রক্লে অমসুং খোইরাং-খোইশাউনরক্লে। হংলকই, "চিঠি অসু মাম্না মরু ওইব্রা?"

ডাক্তর মমাই মোনথংলক্লে, হায়রকই, "হোয়।"

অপূর্ব্বনা হায়রকই, "অসোমগী কিভম অমা শেম্বিরুবসু খোইনা মরু ওইদবা নত্তে। অদোম্না মাগী লৈকদা কনাসু থাবিরুরোইব্রা?"

ডাক্তরনা হায়রকই, "অসুক থেংলবা অহিংসিদা? হয়েং নোংঙাম্রিঙৈগী মমাংদদি মী অমুক কংলোই।"

অপূর্ব্বনা হায়রকই, "অসু ওইরবদি মাগীদমক অদোম্না অমুক হাবিরুরসু, অয়ুক্তদি ঐ ইশামক চংলুবা ঙমগনি। ভারতীবু খিংবিরমত্রবদি ঐখোয় ঙসিমক চংলমগদবনি, অদুগা মহুমক্তা খাইদগী হেন্না করম্বনি হায়না খল্লি।"

ডাক্তরগী চিঠি ইবদা অপনবা লৈত্তে, মরমদি মহাক মমাই মোনথংপা কাওবা শংদে, তুপ্পদগী হায়রকই, "দরকার লৈত্তবনি।"

অপূর্ব্বনা থম্মোয়গী হারোৱা হাবমখে নমথরগা হায়রকই, "দরকারগী হাথল হীরম অসিদা অদোমগীগা ঐগীগা মামবা নত্তে। ঐগী মরুম্বি মহাক্তি।"

ভারতীনা চাগী মপোং-মচৈ পুহুনা মথাদা কুমথরক্লে অমসুং চা কপ অনি শেম্নগা মমাক্তা থম্রে। ডাক্তরগী চিঠি ইবা অমসুং চা থকপা থবক অনিমক অমুক্তদা চথরি। মিনিট অনি-অহুম

ডুম্বিরা লেল্লবা মতুংদা থঙহৌদনা ভারতীনা ওইনজবগী খোল্বাংদা হায়রকই, "দাদাদি মতম চুপ্পদা থৌ চিল্লি। নিংকুপ অনিদং দাদাগী নাক্তা কমহনা রা তাননবা মতম কাওবা ঐখোয় কংদে।"

রাখল অমদা তাউরিবা ডাক্তরগী নাকোংদা লুপীমচা অসিগী ওইনজবগী স্নুরনা য়ৈররে, মহাক্না চাগী কপ্তুগী মমাই লৈথো ময়ুগা মোককেং তৌনা হায়রকই, "কমদৌনি ইবুংগী ইবেম্মা, পুং অনিগী ট্রেন্দা অমুক চংপা তারিবনি।"

পাউ অসি তাবদা ভারতী চঙকুপ্লে, অমস্তুং অপূর্ব্ব মপুক্লিংদা মাগী মরুপকী মরিদা চিংনবা থঙহেন হেনগংপ্লে। ভারতীনা হংলকই, "অহিং অমা কাওবা পোথানবা মতম কংবিরম্লোইদ্রা ডাক্তরবাবু?"

চা থকপা লোইশিল্লগা ডাক্তরনা হায়রকই, "ঐগী শুপ্নগী নোংমথক ছুটি লৈ ইবুংগী ইবেম্মা ভারতী, অহনু পোথানবা মতম ওসিস্ত থুংলদ্রি।"

ভারতীনা ভাব তাবা ওমদ্রহনা হংলকই, "মহ কৈদৌঙৈ থুংলগদগে?"

ডাক্তরনা মসিগী পাউখুম পীদে।

অপূর্ব্বগী মপুক্লিংদা রাকম অমথক শুপ্নগী হজিন হজিন মওল মওল থল্লক্লি, মহাক্না অহমক পন্দুনা হায়রকই, "সমিতিগী সদস্ত অমা মক্ষ্রবস্তু রাবদাসনা শাস্তি কংবা চংখিবহ অচম্বা নত্তে।"

ডাক্তরনা হায়রকই, "শাস্তি কংলদবস্তু রাই।"

অপূর্ব্বনা হায়রকই, "মহৃ নত্তুগদা মাগী ময়াইবক ওইরম্বা য়াই। অদুবু করিগুম্বা মহৃ ওইবা তারবদি পুম্নমক ঐগী ইরালনি। ঐনা মাবু পুরকপনি।"

পাউগুমদা ডাক্তরনা গুপ্নদগী খোজেল খোক্তনা নোকখেং তৌরগা তুম্মিন্না লৈখ্রে।

অপূর্ব্বনা হায়রকই, "লৈবাক্তাদমক চহি অনি খেল চং-নুরবা, মশীং নাইদবা চৈ. চাখিবগী মনঙ্গলদা ওসি কাওবা চৈফম মুক্কিবা, মীয়রবাক অসিদা মতু-মচাগী হম্না য়েংনদা কনা লৈত্রবা অদুগুম্বা মীশক অদুগী অদুক ইচং থোবা অদুনু ঈকাই-থুম্নবিদবা! মসিগী অমুক চাংদম্নিংঙাই লৈত্রে।"

মহাক্না মকুপকী মরিদা ফোংদোরক্লিবা তাং য়াউদবা থাগং-য়াহৈগী মনুংদগ্নু থুপচান্নবা চৈথেং অমা য়াউই, অদুবু মহৃ মপুং ফানা মচিন কুমখ্রে। ডাক্তরনা মাইথোং লংনা হায়রকই, "মহৃদা অমুক চিংনম্নিংঙাই করি লৈনি অপূর্ব্ববাবু! মীখা পোনবগী মৈনা থম্মোয়-নুংদা অমুক-নুমিদাং চাক্লিবসিদা মসি নত্তনা মহৃগী উপায় অতৈ করি লৈপনি! সাহেবকী চুকান্দা অচৌবা ফম নত্তুগা হৈনসিন্দা লৈরিবা মতু-মচা ইমুং-মনুংনা মাবু নমথহ্নবা থম্বা গুপঙম ঙম্লোই, মসিমক মহাক্কী অমঙা ঙাইরবা লম্নি।"

অরাবা রাখল অমম্নুং তমথীবা ফংনা চিংনবনা অপূর্ব্বগী লোপিং অমদি জ্ঞান নৈহংলমত্রবদি মহাক্না অমুক শাথীনা লান্না লৌবা ঙম্নমোইদবনি। ডাক্তরগী য়া অসিবু মহাক্না

করেম-কথাইরবনি হায়না খন্দুনা শং হেক্তা ফিঙ্গংলকপগুমগ্রে। হায়রকই, "অদোম্না মনুংগী অথুপ্পা ঈচেলহ্ খঙবা ঙম্মিগ্রে, অদুবু সাহেবকী দুকানগী থবক তৌবনা তলরায়করগী মতৌগুম্না মীওইবু তোম্থহনবা ঙম্লোই। ঐবু অদোম্না করেম্মনিংবমথৈ করেম্মবিয়ু, অদুবু রামদাসদি কৰিগুম্না শরুক অমত্তনা অদোমদগী হক্থবানত্তে! মসি অদোম্না চিংনবা নৈতনা খঙজিনবিগদবনি।"

ডাক্তরনা ঙক্তুনা হায়রকই, "ঐ চিংনবা লৈতনা খঙই। মাবুদি ঐনা অতোনবনি হায়দে অপূর্ববাবু!

অপূর্ববনা হায়রকই, "হায়বিরিবনি। মাবু অদুগা ঐবু অদোম্না করেম্মবিরি। অদুবু ঐ খঙই, মমা লৈবাক মাগী মকমদদি মথরায়দগী হেন্না নুংশিজবা পোংশকি! মহাক্তি অথৌবনি! অদোমগী মতৌগুম মহাক্তি লোৎতুনা চংতে। অদোমগী মতৌগুম্না পুলিশপু কৌবদগী শক লোৎতুনা খোঙ শেক্লা শেক্লা চংতে। অদোমদি পাংদবনি।"

শাথীনা ঙকপনা ভারতী চময়গ্রে, অদুবু মহাক অমুক খাংবা ঙম্লক্তে। চাউথোকপা খোঞ্জেলনা হায়রকই, "অদোম্না কনাদা করি হায়বিরিবনো অপূর্ববাবু? খঙহৌদনা ঙাওরক্লব্রা?"

অপূর্ববনা হায়রকই, "নত্তে, ঙাওদে। মহাক ওইনিংবা ওইজরনু, রামদাস তলরায়করগী থুম্না-উকুল ওইবা ফাওবা মতিক চাদে, রা অসি ঐনা ইথৌ পোংনা হায়রিবসিনি। মাগী তেজ, মাগী বক্তৃতা পীবা ঙম্বা শক্তি, মাগী কৌশলবু মহাক্না মপুক্রিংদা কল্লকই। অদুনা মহাকপু চংহন্দ্রিবনি, অদুগা ঐবুস্থ লোশিং তৌহন্না খাম্লিবনি।"

ভারতী হৌগৎতুনা লেপখৎলক্লে। মশাবু অঙম্বমথৈ যতব তৌনা কাখজহুনা মহাক্না অচম্বা খোঞ্জেলনা হায়রকই, "অদোম্বু ঐনা ঈকাইবা পীবা ঙম্মোই, অহুবু মকম অসিদগী লেংবিগ্রো অপূর্ব্ববাবু। অদোম্বু ঐখোয়না লান্না লৌরুরে। মুংশাথীবদা অফ-ফত্তা জ্ঞান লৈতবা অঙাওবা মীশকী মকম অসিদা মকম লৈতে। অদোমগী রাহুমক অচুম্বনি, লম্বীগী দাবীদা অদোমগী মকম লৈররোই। মসিগী মতুংদদি ফনা লৌশিং তৌহুনম্নু করিগুম্বা নুমিত্তম্নু ঐগী লৈফমদা চংলক্লুবা অমুক হোংনবির-রোইদবনি।"

অপূর্ব্বনা খুমমনা হোগৎলকপমক্তদা ডাক্তরনা মহাকী মথুং পায়হুনা খাম্নকই। হায়রকই, "অমুক ঙাইহাক্তপা ফম্বিখো অপূর্ব্ববাবু, অমম্বা অসিদা নতোমদা চৎপিখিনু। ঐনা স্টেশন চৎপা লম্বীদা অদোম্বু লৈফমদা থিল্লমগনি।"

অপূর্ব্ব জ্ঞান তারক্লে, মহাক অমুক হম্না মরু লুকচায়না কমথক্রে।

চাবদা লেম্বা বিস্কুটশিং অহু ডাক্তরনা পকেটতা হাপচিল্লকপা উৎদা ভারতীনা হায়রকই, "তৌবিরিবহু করিনো?"

"অহাওবা পোং খোমজিন্দুনা থল্লিবনি।"

"থাঙ্গেশেংনমক ঙসি অহিং চৎপিবা তারব্রা?"

"অহু নত্রবদবু অরেম্বদা অপূর্ব্ববাবুবু থামহুনা থমখিগদ্রা? মরাম চংহুনা অম্মুয়া থাজদ্রবদি ঐ করম্না হিঙ্গদগে হায়যুদনা?" অসি হায়রগা মহাক্না শাউশিল্লরকপদা ভারতীনা ওইনহুনা

হায়রকই, "নত্তে, ঙসি চংপিবা য়ারোই, অদোম য়ায়: চোকথরে। অহুদা নত্তনা ইচেবেম্মা স্নমিত্রা মশা ঙমদে, অহুগা কদায়দনো হেক্তা চংপিগদৌরিবা,— বা অমত্তম্ম তংকল্লমদে, পাউতাক অমত্তা পীরমদে, লম্বীগী দাবী ঐ ইত্তোমদনা কমদৌনা চালাই-গদগে হায়বিয়ুদনা ? ঐস্থ মহু ওইরবদি চংনিংবা মকমদা হেক্তা চংখিগনি ।"

অইবা চিঠিশিংহু ড্রাক্তরনা মাগী মখুত্তা পীরগা নোক্তুনা হায়রকই, "অমনা নহাক্কীনি, অমনা স্নমিত্রাগীনি, অতেপ্পা অহুনা নখোয়গী লম্বীগী দাবীগীনি। ঐগী পাউতাক্কি হায়গে হায়রো, য়াথংনি হায়গে হায়রো, পুম্নমক মসিগী মন্নুংদা কঙ্গনি।"

চিঠিশিংহু পায়শিল্লগা ভারতীনা মাইথোং মকশিন্না হায়রকই, "কন্দক্কি মতম কুইনা চংপিগদৌরিত্রা ?"

"দেবা ন জানন্তী—" হায়রগা ডাক্তর মোমোন নোক্লকই।

ভারতীনা হায়রকই, "ঐংখোয় য়ায়া লুরে, শক উদনা, বা তাদনা পুক্রিংগী বা খঙলুনবা উপায় লৈতে। কৈদৌঙৈ হল্লক্কদগে শেংনা হায়বিরম্মু।"

"হৌজিক্তা হায়খিবহুনি, দেব ন জানন্তি—"

"নত্তে, মহু য়ারোই। হৌশেংনা হায়বিরম্মু কৈদৌঙৈ হনবিরক্কদগে ?"

"অহক কম্না তকশিল্লক্রিবা কবিগীনো হায়মুদনা ?"

ভারতীনা হায়রকই, "খঙুদে কবিগীনো কন্দক্কি চিংনবনা পুক্রিং অসে নিংথোক নিক্কোক লাউই। পুম্নমক কায়-তোয়হুনা মকম-মবাং

খঙ্গপরোইদ্রাগুম নিংই" ঙাংনা ঙাংনা খঙহৌদনা মহাক্কী মমিৎ পীরাংনা থুমহৎলক্লে।

মওক্কী মথাক্তা মথুং থম্লদুনা ডাক্তরনা মরৌ থাংনা হায়রকই, "করিস্সু তৌরোইদনে, করিস্সু তৌরোই,— পুম্নমক করিস্সু কায়রোই।" খঙহৌদনা খংপ্রেক খংনা থিক থিক লোকখোক্লগা হায়রকই, "অদুবু মশক অসিগা অস্তুম্বা কান্নদবদা খংনকুবদি তশেংনমক কপচগনি হায়বদু হায়হৌরিবাসনি। অপূর্ববাবু শাউগনি হায়বা য়াই, অদুবু শুংশিজরিবা মীশক্কুবু শুংশিবস্তু হৈ। মীওইবগী মরক্তা লৈরিবা থপ্মোয় হায়বা পোংশক অদু মশাক্তা ঐখোয়গা তীম্র-তোংনদুনস্তু হৌজিক কাওবা কংশিন্দুনা থ্রাং থ্রাং লাউহিক্লি। পোমশাংনরিবা থম্বালগী মতোগুম তশেংনা তগং তগং ৎক্লা লৈরি!"

ভারতীনা করিনো পাউখুম অমা পীগে তৌরকই, অদুবু অপূর্ববনা খঙহৌদনা মমাই নে নখংলকপদা মহাক্কী মাইথোং উক্লবদা মহাক মশাগী ওচিন্দগী রা ঙাংখোকপা ঙমখিদ্রে।

অসিগুম্বা মতম অসিদা খেংতু মরমদা শগোল গাড়ী অমা লাক্লুনা থাম্লরে, অমস্তু ঙাংহাক্তা মনুংদা মুপা অমি হমুংদা চংলকই। মুপ অমগী খেংতদগী তোন কাওবা সাহেবকী ওইবা পোশাক শেংলি. ডাক্তর নত্তনা অতৈ পুম্নমক্লুদি শক খঙলম্লোই; অদুগা অতোপ্পা মুপা অদুনা রামদাস তলবারকরনি। অপূর্ববগী মাইথোং লংখংলক্লে; অদুবু চরাং-চথক্লুনা মহাক্তা মরুপপু ওকপা চংশিল্লুদে। রামদাসনা চংশিল্লক্লগা ডাক্তরগী

খুয়া-উপুল লৌরে। অপুর্ব্বগী মফমদা মসি অঙকপা ওইরা থোকখ্রে। অদুবু ডাক্তরগী মাইথোংদা মখিং কুপ্পমথৈ ভুম্মিগা য়েংহুনা মহাক মনা-মনিল নাইদনা লৈখ্রে।

ইংরাজগী কিজেং শেংপা মুপাহুনা ইংরাজিদা রা জাংলকই, হায়রকই,"জামিনগীদমক অম্মুক থেংলক্লিবনি। কেস গোভর্নমেন্টনা চালাইরগদবা য়াই।"

ডাক্তরনা নোকক্ষেং তৌনা হায়রকই, "মহুগী অর্থদি গোভর্নমেন্টপু মহাক্না চুসি কাওবা শক খঙ্দ কৃষ্ণ আইয়ার "

রা অসিদা রামদাসনা নোক্কুনা কেংবাশিল্লগা হংলকই, "লমহাংদগী থানা কাওবা মতম পুম্নমক্না তঙনা উরম্মী, অদুবু খঙহৌদনা করম্না মতমদনো মাংখিবা মদুদদি খঙবা মঙমদৌদ্রে!"

ডাক্তরনা মোমোম তৌনা হায়রকই, "মাংবগী অখুম্না মরম লৈ রামদাসবাবু। মদুদা নঙনা অহিং লোম্দনা অসিদগীম্ব মাংখিবা ভারি।"

রামদাসনা হায়রকই, "নুমিং অদুদা স্টেশন্দা অদোম্মু শক খঙবা ঙমখি।"

ডাক্তরনা মঙক নোমহুনা হায়রকই, "খঙই। অদুবু চুমত্রিংনা লৈকমদা হনখিদনা অম্মুক থেংলবা অহিংসিদা মকম অসিদা লাক্লিবা করিগীনো?"

রামদাসনা হায়রকই, "অদোম্মু খুরুমজনবনি। পুনাগী সেন্ট্রাল জেলদা ঐ চংগ্রবা মতুংদা অদোমদি চংপিখ্রে। মতম অদুদা খুদোংচাবা ফংখিদে। নীলকান্ত যোশী কমদৌগ্রবগে খঙবিব্রা? মহাক্তি অদোমগা লোয়নহৌবনি।"

ডাক্তরনা মথক নোমত্তুনা হায়রকই, "হোয়। ব্যারাক্কী লৈপল লাল্লা চোংবা ওমদে হায়ত্তুনা সিঙ্গাপুরদা মহাকপু ফাঁসি তৌখি।"

অপূর্ব্বগী মফমনা পুম্নমক অসি রাখলগী রাংমদনি. থোই-দোক্না অওকপা অকৈ-ভুজু'বা মওগী মতৌগুম থোকখ্রে। মহাক্না অমুক তুম্মিন্না লৈথোকপা ওম্নক্রুহ্নুনা খওহৌদনা হায়দোকখ্রে, "ডাক্তরবাবু. অদোমস্থু অদু ওইরবদি ফাঁসি তৌরমগদ্রা ?"

ডাক্তরনা মহাক্কী মাইথোংদা য়েংত্তুনা নোকফেং তৌরকই। মীনোক অসি উবদা অপূর্ব্বগী লরায়গী শম কাওবা চপ য়ুংখ্রে।

রামদাসনা খওনিংনা হংলকই, "অদুগী মতুংদি ?"

ডাক্তরনা হায়রকই, "অমুক্তি সিঙ্গাপুরদা ঐ চহি অহুম জেলদা লৈবা তাখি, অওম-অথৌশিংনা ঐহাকপু শক খঙই। অদুনা অশম্বা লম্বী কোইথোক্লুনা ব্যাক্কী থোঙ লম্বীদা চীং কাহ্নুনা টেভয়দা থুংলখি। লাইবক ফবনি ! খওহৌদনা উমংগী লম্বীদা শামু মচা অমস্থু ঈশ্বরনা ফংহনবিখি। মদু লোয়নহ্নুনা চংমিন্নবনা হন্না হন্না থুদোংচাবা কয়া ফংখি। মমৈথংদা শামু মচা অদু রোঙ্হোক্লগা ইরমগী জাহাজদা য়ুবী চালান তৌবদা রাউশিন্দুনা থা অহুমগী মনুংদা তশেংনা আরকান্দা থুংলুই। -ইশা পুম্নোং লোংপা ওয়ম্বী তারাদাসবাবু. খওহৌদনা খানা মনুংদা ওসি য়াম্না চারবা অমগা মায়োক্লহ্না মিংচান্নখি। ভি, এ, চেলিয়া কোই মাগী মমিং য়াম্না লুনা তৌখি ঐদু। মতম কুইনা উন্নত্রহ্নুনা অম্মুম খিরকপদা তশেংনা সিঙ্গাপুরদগী

বর্ম্মাগী লমদমদা য়ৌবিরকখিবনি। মওং মতৌ উবদা হিরা কংলবাল্লে নিংই। অদুম ওইনমক মীরক্তা অদুক হাক্লা মিংয়েং থঙ্গা উমখিদমাল্লে, অদু নংলমক্রবদি পারেন-পুরামগী ফংলবপা ডক অসি—”

অসি হায়রগা মহাক্না হাঃ হাঃ নোক্লকপদা অহুক্কপীদনা অপূর্ব্বগী মাইথোং উকবদা ভশেংনা চঙক্লগে,— “বরিনো তৌরিবা অপূর্ব্ববাবু? করি তৌরহুগে অদোম্বু?”

অপূর্ব্বনা মচিনবান চিকশিন্দুনা, মশাবু ফাথজনবা কন্না হোৎনরম্লিবনি, মহাকী রা লোইরম লোইফাংদ্রিঙেদ মহাব মথুং অনিনা মমাই থুমহনা ইমুংদগী মপালদা চেন্থোকখ্রে।

## তরানিপান

অপূর্ব্বনা মতৌ অসুম্না থোকখিবদগী ময়াম পুম্নমক ঙকখ্রে। কাদু মৈ থোইনা ঙাম্দে, অদুবু মহাকী মওং চাদবা মাইথোংগী শকওং অমম্পুং পীনা ফুনগৎলবা থোক্লেল থোকদেক্লা যজদনা থোকই। ব্যারিস্টর কৃষ্ণ আইয়ারনা ওইহংক ভুম্মিয়ম্না নৈরগা হংলকই, “মহাক্সি করানো ডাক্তর? থোইদোক্লা সেন্টিমেন্টেল ওই।”

মহাকী অকোনবা রাসিদা ময়েক শেংনা রাকৎপগী কোংচি

অমা থাংই। হায়রদি. মী অদুক য়াম্না মকম অসিমা কয়িগী লৈরম্বিবনো ?

ডাক্তরনা মোবক্কে তমক তৌরকই, অদুবু খুদক্তা য়াহং অসিগী পাউথুম তলৱারকরনা পীরকই। হায়রকই, "মহাক্তু মিস্টর হালদার -অপূর্ব হালদারনি। ওফিস অমত্তদা ঐখোয় থবক তৌমিন্নে, ঐখোয়গী সুপরিয়র ওফিসারনি।" লেপকক তৌরগা শ্রদ্ধাগা লে য়ননা নোম্জুক্না হায়রকই, "অদুবু ঐগী মঙ্গুং-মপাল নাইদবা মীশক্তি,—ঐগী অথোইবা মরুপ্নি। সেন্টিমেন্টল ? ই—য়েস ! ডাক্তরবাবু, অদোম হায়বিয়ুদনা মহাক্না রেঙ্গুন্দা অহানবা থোঙদারবগী বারী তাবিরেনিন্নে ? মদু—"

খঙহৌদনা তারক্তদা মিংয়েং ডাক্তবমক্তদা মহাক্না ঈকাইহুমা চপ লেপ্লগা হায়রকই, "মদু ওইনিংবা ওইজসন্থু, শকখঙনব অহানবা মুমিং অদুদগী হৌনা অদুম ওইনমক ঐগী মরুপ ওইরক্লবনি,— তশেংনমক অথোইবা মরুপ্নি।"

তলৱারকরগী ইচং থৌবা অদুগা থোইদোক্না মহাকী অথোইবা মরুপ্নি হায়বা য়াহৈসি হন্না হন্না শিজিন্নরকপদুদা সেন্টিমেন্টালিসত্তা কোংচি কোংলুনবা ব্যারিস্টর সাহেবনা অমুক মথৌনা ফরুবা ঙমদ্রে, অদুবু মহাকী মাংথোংদা চিংনবা অমম্লুং পেন্দবগী মখি তাবগুম্মী।

ডাক্তরনা মাইথোং মকা লাম্না হায়রকই, "সেন্টিমেন্টাল হায়রবা লোংশক অদু থোইদোক্না ফত্তবা নত্তে রুক্ষ আইয়ারা

অদুগা মীপুম থুদিংমক মহাক্কী মতৌগুম থম্মোয় নুংগুম কন্নবদি চংনবা য়ায়োই হায়না খনবসু অচুম্বা ওইরোই।"

কৃষ্ণ আইয়ারনা পেন্দে, হায়রকই, "মহ ঐনা খনবা কাওবা খন্দে, অদুবু অসিদং থল্লুবসু দোষ লৈত্রবা হায়না নিংই ডাক্তর, য়ুম অসি নত্রবসু মখোয়গী চংথোক-চংশিন তৌকম মতিক চানা পাক-চাউবা লম পৃথিবীদা হাংদুনা লৈরি।"

তলবারকরনা মপুক্কিংদা য়ায়োরকই। মহাক্না অথোইবা মরুপ্নি হায়না হন্না হন্না পল্লিবা মহাক্কুবু মহাকমক্কী মমাংমক্তদা মতিক চাদবা মঁাশক ওইহল্লবা হোৎনরকপা অদুদা মশাবু ঊকাইথা পীবনি হায়না লৌদুনা হায়রকই, "মিস্টর আইয়ার, অপূর্ব্ববাবুবু ঐনা মশক খঙই। মহাক ঐথে য়গী মন্ত্রদা দীক্ষা লৌখিবা মতম কুইবা নত্রি অচুম্বনি, অদুবু মরুপ্না থনগুম্বগী য়াংমদা থাদোরকপা উবদা থরুমথৈ পুক্কি' চরাং-চথক্লুবদি ঐথোয়গী মাইকৈদসু অরানবনি লৌনদে। সংসারদা চংথোক-চংশিন তৌনবা লম অপূর্ব্ববাবুগী মতিক চানা লৈ, অদুগা য়ুম অসিদসু মাগী চংকম করিগুম্বা মতমদসু অথিংবা লৈরোই হায়না খল্লি।"

কৃষ্ণ আইয়ারনা ওসি মীয়াম মরক্তা লেপত্তুনা অপূর্ব্বদা মিংয়েং থম্লকখিবনি, মহাক তুশিল্লা লৈত্রে, অদুবু ডাক্তরনা মহাক্কী মথৌশাগী ওইবা শাস্তিগা লোয়নননা হায়রকই, "তশেংনা অথিংবা লৈরোই তলবারকর, তশেংনা অথিংবা লৈরোই।"

অসি হায়রগা মহাক্না লৈহুনা পুম্নমক্কী মাইংথোংদা

তুম্মিন্না য়েংহুনা লৈরকপা মমৈথংদা ভারতীমক্তদা থোইদোক্না অতন্নবগুম থঙ্হৌদনা শককম হুজিন্দুনা হায়রকই, "অহুবু মরুপ ওইবা হায়বা অসি কয়াদা মপুন্সি তেনগ্রবা পোৎশক্লোদো ভারতী! করিগুম্বা হুমিংতম্ম কায়নবগনি হায়না খনবা কাওবা খনঙমগ্রবা মীশক অহু নোংমা করিস্ম লৈতবা মরম মচা অমদগী পূন্সিগী ওইনা কায়নরি! মসিস্থ ওইথোক্তবা নত্তে তলয়ারকয়, মহুগীদমক্তা থোঙকম শেমহুনা লৈহৌবা কৈ। মীওইবা হায়বসি য়াম্না শোল্লি কৃষ্ণ আইয়ার, য়াম্না শোল্লি! মতম অহুদা সেণ্টিমেণ্ট অহু দরকার ওই মহু ঙাকথোক্লবগীদমক।"

বা পুম্নমক অসিগী পাউথুম পীনিংঙাই করিস্ম লৈতে বা ককল্লুবস্ম য়াবা নত্তে; মবানিমক তূম্মিন্না লৈ, অহুবু ভারতীগী মাইথোং কাহৎগ্রে। ডাক্তরগী মকমদা মখোয়গী লেংদবা অমদি মপাল নাইদবা শ্রদ্ধা লৈ, মরম চাদবা বাহৈ অমা কাওবা পনবা স্বভাব নত্তে, অচুম্বা অসি ভারতীনা খঙই, অহুবু কনাদা করি ইঙ্গিত তৌহুনা বা অসি মহাক্না হায়রিবনো, অমস্থং অশেংবা স্থংগী অর্থ করিনো হায়বা খঙবা ঙমদ্রহুনা মহাকী থম্মোয়-স্থংদা শুপ্নগী নুংনাংবা অমদি চিংনবনা থনগৎলক্লে।

ডাক্তরনা মাংদা লৈরিবা খড়িয়োমদা য়েংলগা হায়রকই, "ঐগীদি চংকদবা মতম অম্নুম অম্নুম নকশিল্লক্লে ভারতী, ঙদি অহিংগী গাড়ীদা ঐ চংলগনি তলয়ারকয়।"

কদায়দা অমম্থং করিগীদমক্তা, য়শানা হায়দোরক্লুবদি অসিগুম্বা দরকার ওইদবা লাংতক্লবা কোংদোক্লবা মখোয়গী

নিয়ম লৈতে। মিংকুপ অময়োম খঙনিংবা মিংয়েংনা য়েংদুনা লৈরগা তলৱারকরনা হংলকই, "ঐঙোন্দা অদোমগী করম্বা মাখং ?"

ডাক্তরনা নোক্তুনা হায়রকই, "মাখংমক্রি হায়বা মাই! অহুবু বা অমা লৈ। বর্মাদা লৈবা করিগুম্বা খুদোং চাম্রবম্বু লশাগী নরৈবাক্তদি খুদোংচাদবা লৈরোই হায়বা খঙই। শিন্মী শিংদা মিংয়েং খরা থম্মু।"

তলৱারকরনা মঙক নোমহুনা হায়রকই, "কনি। কৈদোংদা অমুক উরবা ফঙদগে ?"

ডাক্তরনা হায়রকই, "নীলকান্ত যোশীগী শিষ্যনি নহাক্তি, অমুক বাহং অসি করিগীনো তলৱারকর ?"

তলৱারকর তুম্মিন্না লৈখ্রে। ডাক্তরনা অমুক হায়রকই, "অমুক পন্থরম্বু চংলো— লৈকমদা য়োৎদা নোংজামখ্রগনি। প্রাকটিস অহু ওইরবদি মকমসিদা 'স্লম তৌরগে লেপ্লত্রা কৃষ্ণ আইয়ার ?"

কৃষ্ণ আইয়াররনা মঙক নোমহুনা চুম্মী হায়বা খঙহল্লকই। ভাড়াগী গাড়ী মপালদা ডাইহুনা লৈরি, মখোয় অনিনা থোক্লম-দায়দা তলৱারকরনা গুপ্লদগী অমুক্তং হায়রকই, "অমম্বদা অপূর্ববাবু কনাক্বা চংখ্রবনো অমুক উমম্রেদো।"

অহুবু বা অসিগী পাউথুম পীবা কনানম্বু দরকার ওইদে খনমাল্লে। ডাইহাক্তংগী মতুংদা গাড়ী মথোলদা মখোয় চংখ্রে হায়বা খঙলে। মতম অহুদা ডাক্তরনা হায়রকই, "নহাকপু অপূর্ব চংলম্রগনি হায়না খনত্রা ?"

ভারতীনা মচুক হাইহনা হায়রকই, "থম্মে, মপাকম্বাইদা কদায়দনো নাইথহনা লৈরম্বা য়াই, অমুক্তং খিহনা য়েংলবদি থেংনগনি। অদোমগা উন্নবমদনা মখাক কৈদৌঙৈদস্ত চংখিরোই।"

ডাক্তরনা নোকুনা হায়রকই, "অহু ওইরবদি মিনিট তরামঙাগী মপুংদা থবক অহু মহাক্না পাংথোক্লবা দরকার ওই। মহুদগী হেরদ ঐ মতম পীবা ঙম্লোইদৌরি।"

"নঙে, মসিগী মপুংদা মখাক লাক্কনি।" অসি হায়রহনা ভারতীনা শুপ্নদগী মনাক্তা লেপ্লিবা ডাক্তরগী বাগী পাক্তখুম অমা থোক পীবা নঙে, মহাক মশানা মশাদা থাজবা পীরিবনি। অসিদা অপুবি মচোমদা কদাংদস্ত চংলোই, মরম অহুনা কদায়দবু ওইরবস্ত মনাক অহুরাবদা লৈরমগা হায়বা বাকম অসিদা মহাক্না চিংনরুবা লৈতব। অহুগুম্বা মথোয়না অথাকপা লৈত্তনা ভক্তি অমস্তং শ্রদ্ধা কৈজরিবা অথোইবা মীওইবা অসিগী পিদায়গী পুংফম য়োম্রেক্লেগী মিংকুপ্তা অমুক্তং থম্মোয় শেংনা মখাকপু ডাক পনবা হায়জহৌবা দরকার ওই হায়বগী মরিদস্ত চিংনরুবা লৈতে। মাহকৈ কয়দা মরম কয়াদা ডাস অপূর্ব্বনা মরোল য়াম্না লংশিংখ্রে, মতম লৈরবৈদা পুম্নমক অহু ডাকশিহনলহৌদ্রবদি ভারতী কমদৌনা ফিজদগে? অহুবু, মমল নাইদ্রবা অচেমবা মতমহু অরেহদা লোইশিল্লক্লে,— অপূর্ব্বগী মশক উবা ফংদ্রি! অমম্বা খোঙ-লম্বীদা ভারতীগী তথক্লবা মিংয়েং কুপশিল্লক্লে অমসুং লৈতাকম থঙদ্রবা থম্মোয়না মপালদা মশক থঙবা থোঙথাং মথোল ভাইবদা তশেংনা ইথক থকংলক্লে।

কঙায়দনো মহাক থুংনা লাম্বা কংবদা লৈ, অমুক্তি চেঙোক্লনা মহাকপু মিংকুপ অমগী মথংদা থিহনা পুরকপা পায়রকই, অদুবু অদুক হাক্লা কিঙ্গংপা উংপম্মু ঙসি মহাক থোইদোক্লা ঈকাইবগুম তৌই। ডাক্তরনা মহাকী স্ট্র্যাপ-পুনবা কিয়োম অহুদা মিংয়েং তাক্লরগা হোৌগংলক্লে, ভারতীনা ফক্লাং-খড়ীদা য়েংবদা মিমিট মঙা-তরুক্তগী হেন্না মতম লৈত্রে হায়বা উরে, হায়রকই, "অদোম্মু থোঙনা চংশিগদৌরিবত্রা?"

ডাক্তরনা মঙক হাইদুনা হায়রকই, "নত্তে। মিমিট কুনগী মথুংদা সড়ক অচৌবা য়োরগা হল্লকপা অহাংবা শগোল গাড়ী কংবা য়াই, ভাড়াবু পীরবদি স্টেশন কাওবা থিল্লু য়ারকনি।"

ভারতীনা হায়রকই, "শেল পীত্রবম্মু য়াগনি। অদুবু চংত্রিঙৈদা ইচে-বেম্মা সুমিত্রাগা অমুক্তম্মু উমবিন্নরমোইদ্রা? মহাক তশেংনা নায়রবনি।"

ডাক্তরনা হায়রকই, "ঐদি মহাক নাদে হায়দে। অদুবু ডাক্তর য়েংহল্লবদি কমদৌনা কগদগে?"

ভারতীনা হায়রকই, "অদুবু মদু করিগুম্বা ওইরবদি অদোমগী হেনবা ডাক্তরবু পৃথিবীদা কনা লৈরিবগে?"

ডাক্তরনা মক্লৌ লৈনা থুম্নকই, "মদু ওইরবদি হেক্তা য়ারবা! মতম কুইনা প্রাক্টিস থাদোরক্রবনা বিদ্যা অদু পুমকাউ কাউত্রে, মহুদা নত্তনা কমদুনা কনাবু লায়েংনবা মতম শংলিত্রা?"

মহাক্লা বা ঙাংবা লোইকাংত্রিঙৈদা ভারতীনা থোক হায়রকই, "মতম শংলিত্রা! মতম শংলিত্রা! কনা শিবা

তারবস্থু মতম শংলরোইদবা—অহুক চিনবা লৈবাকী থবক? য়েংবিয়ু ডাক্তরবাবু, বিদ্যা কাউথোকখিগদবা থম্মোয় নত্তে; কব্বিগুম্বা কাউথোকখিবা তারবদি মহু দয়-মায়াদনি!"

ডাক্তরগী যোমোম্নবা মাইথোংদা গুপ্তগী মিংকুপমুক শকফম হজিল্লুরগা হায়গী নিংখিবা শক্তমদা অমুক হজিল্লক্রে। অহুবু মীতেক-মায়োঁ থওলবী ভারতীনা মিংকুপ অহুমক্তদা মশাগী ময়াল থগুজবা ঙম্মে। মথোয়গী চায়বহু ফনা য়াম্না কাওবা মকশিময়ে অচুম্বনি, অহুবু মায়কৈ অসোমদা মথুং থিল্লুনবগী অধিকার ঙসি কাওবা মহাকী লৈত্রি। মরু ওইনা, সুমিত্রা কনানো, ডাক্তরগা মহাক্তা করি মরি লৈনবগে, অমম্বুং কৈদোইঙ্গ কমদোহুনা দলদা য়াউশিল্লকখিবগে ঙসি কাওবা ভারতীনা মহু কখিমত্তা থগুত্রি। মথোয়গী কাংলুপ্তা লম্নাইগী ওইবা পরিচয়গী ময়মদা থগুনিং-উনিংবদা অকনবা অখিংবা লৈ। ময়ম অহুনা, ভাবনা শাবা নত্তনা তাংদাংবা করিম্হ থগুলুনবা মহাকী উপায় লৈতে। গুপ্তগী সুপী-অঙাং ওই হায়হুনমক মহাক্তা সুমিত্রাগী মপুক্লিংগী ফিভম থগুবা ঙমখিবনি। অহুবু মশানা ভাবনা শাজবা অহুনা পাম্বে ওইহুনা ইথগু-থগুকৌদনা অহুক চাউবা ইঙ্গিত কোংদোকলুবদা মহাক গুপ্তগী নিংজিং-মাংজিংনবদা নত্তে, কীবা কাওবা কীয়ক্লে। কীরিবহু ডাক্তরবু নত্তে,—সুমিত্রাবুনি। বা অসি কব্বিগুম্বা মওংদম্হ মহাকী বনাকোং য়োহনখিবা য়াবা নত্তে! মহাকী অতোপ্পা পরিচয় থগুলুত্রবম্হ অবানবদগী হোৌনা বা ডাক্তবী, মিংথেং ফুপ্পী, লাইরিক হৈবী, লৌশিং লৈবী

সুপী অদুগী উঙমদবা অথুপ্পা পরিচয় কনানদু খঙদবা লৈতে। মহাক্কী খিঙং ঙাংথোরকপা বাঙাংদা, মহাক্কী লম ঙান্না কজবগী খোঙথাং থুদিংদা, মহক্কী রাখল লৈবা র'যৈদা, মহাক্কী ফিজংঙবা শাজংকী চীংলেম্বদা অমম্থং হৎচিনবদা দল অসিগী মথুংদা লৈহুনদু মপাল নাইদনা লাপ্পা মশাগী অত্তাবীগী মতৌঙুম ময়াম্না লৌনবঙুম তৌই। অদুদা নত্তনা মহাক্কী নাবগী রা হায়রক্লিবমথৈ থম্ন নৈনক্লনবা কাওবা কনাগীম্থু মথৌনা লৈতে। অদুবু নোংমা কায়ঙমত্রবা অচেৎপা অদুমগী ঈফুং ক'ওরক্তুনা মহাক্কী থোইদোক্পা থুপচায়বা অশোনবহু অপূর্ব্ব অমত্থুং ভ'রতগী মাংদা কোংদোকখি, মী অমগী বিদায়গী মিংকুপ্পা সুমিত্রানা মশাবু কাথজবা ঙম'খদে, মুমিং অদুমক্তুদগী হৌনা ময়ামগী মকমদগী অমুক হেন্না য়াম্না থাপ্পা সুমিত্রানা মশাবু লাপচোক-হনখিবঙুম তৌই। অদুক লাপ্পা থাপ্পবহু মরম চাদনা অত্তোপ্পগী মীমুংশিগী লিচিংনা চিংশিল্লুনবা হোংনবগী শঙ্ম ফংবমক্তুদা মহাক্কী থম্মোয়দা পৈথংতুনা য়োকখংলম্বা মৈচাক অদু ভশেংনা থংমাং মাংখিগনি হায়বা রাকম অসি চিনবা লৈত্তনা ভারনা খঙলদুনা ভারতীগী শাউগংলম্বা থম্মোয় চিংনবগা থরগংলরুদবনি।

ডাক্তরনা আরাম-চেয়ারদা নিংথিনা ঙাথদুনা হিপথরগা শাংলবা মখোঙ অনি অদু মাংদা লৈরিবা টেবিল মথক্তা তিংথোক্লগা য়াম্না আরাম ফংবগী শোর ,মপী হোন্দোক্লগা হায়রকই, "আ: —"

ভারতীনা চঙক্লদুনা হায়রকই, "হিপথদিরবদি কৈদৌরবা ?"

ডাক্তরনা শাউনা হায়রকই, "করিগীনো, ঐবু শগোল্লা হাইকেংঙং তিপলুবদা চৈ চাগদবা ? ঐ তুম্মিংঙে,— নখোয়দোনা ঐদি লেপ্পা লেপ্পা তুম্বা হৈতে "

ভারতীনা হায়রকই, "লেপ্পা লেপ্পা তুম্বা ঐখোয়শু হৈতে। অদুবু কনাগুম্বনা ক'রগুম্বা অদোমদি চেম্না চেম্না তুম্বা হুম্মী হায়রবা খোল্লবশু মতুদা ঐদি তক্লোই। অদোমগী হকচাং অদুনা তমদবা করি লৈবগে হায়বা কনানশু খঙদে। অদুবু মতম ওইরক্লোম ; হৌজিকমক চংথৌত্রবদি গাড়ী নাম্থোকপ্রনিয়ে!"

"নাম্থোকপ্রসনু।"

"নাম্থোকপ্রসনু হায়বদি মওং কমদোম্না ?"

"উঃ— শাথীনা তুম্মিংলে ভারতী, মিং পাংবা তমদ্রে।" অসি হায়রগা ডাক্তর মমিং উইশিনদ্রে।

রা অসি তাবদা ভারতগী মকালায়বা থম্মোয়দা অশুম্না কাওরকই, গুপ্তগী মহাকমক্তা হায়জবদগী ঙসি মহাক চংপা তোক্লিবনি। মতু নংলমদ্রবদি গুপ্তগী তুম্মিংবগী রা থমখো বত্র ভারক্লগনি হায়রবা কাওবা মহাক্কী ফিরেপ হোংফনবা ঙম্বা নত্তে। হায়রকই, "অদুগা তুম্মিংবমক করিগুম্বা তশেংবা ওইরবদি মথক্তা কাখৎলগা হিপ্লিয়ু।"

ডাক্তরনা মমিং উইশিল্লা অদুম হংলকই, "নহাক নশাগীদি কমদোৌবা ? অংপুর্কবু ভাইহুনা অহিং চুপ্পা কমহুনা লেল্লগদ্রা ?"

ভারতীনা হায়রকই, "ঐগীদি য়ারে। থংনবা কা মচাদা কম থারগা হৌজিকমক তুম্মুরগনি।"

ডাক্তরনা হায়রকই, "শাউহনা হিপলুবদি য়াই, অদুবু শাউনা তুম্বগি য়ারোই। কমুংদা হিপতুনা থরো থরো ওনবগী মতৌগুম্বা চৈরাক অমমুক লৈতে। মহুগী শরুক থিহনা কোরকউ— ঐ কনাদম্বু হায়দোক্লোই।"

ভারতীগী মাইথোং ভাংলক্রে, অদুবু ঈকাইবা অহু উবদি ফংখিদ্রে। মরমদি ডাক্তর মমিং উইশিন্দুনা লৈ। মহাকী উইশিল্লিবা মমিংতা মিংয়েং থম্লহনা ভারতীনা মিংকুপ থরা তুম্মিল্লা লৈহনা মশাবু ফাথজরগা তপ্না তপ্না হংলকই, "ফরে ডাক্তরবাবু, কমুংদা হিপতুনা থরো থরো ওনবগী মতৌগুম্বা চৈরাক অমমুক লৈতে হায়বিরিবসি কমদোনা খঙবিবগে?"

ডাক্তরনা খুম্লকই, "মীনা হায়নৈ, অদুনা তাবনি।"

"ইশাবদি করিমত্তা খঙবিদ্রা?"

ডাক্তরনা মমিং পাংথোয়রক্লগা হায়রকই, "কদায়দগী ইবেম্মা, ঐথোয়গী মতৌগুম্বা লাইবকথিবশিংগীদি হিপ্লনবা কমুং ফংদে; অদুদা অমুক থরো থরো ওনগদৌরিবা! অদুক হাক্না বাবু শাবনবা মতম লৈত্রনে?" অসি হায়রগা মহাক নোকখ্রেং তৌরকই।

ভারতীনা খঙহৌদনা হংলকই, "ফরে ডাক্তরবাবু, ময়াম পুম্নমক্না অদোমগী হকচাংদা অশাউবা লৈতে হায়নৈ, মসিবু করিগুম্বদা ওইথোকপা য়াত্রনে?"

ডাক্তরনা হায়রকই, "ওইথোকপা! কৈদৌনুংদম্বু নত্তে, কৈদৌনুংদম্বু নত্তে। মীনা মীবম্বা হায়জিন্দুনা ঐগী মারোল্লা তোকত্তা শন্দোকই,— মথোয়না ঐবু হন্না য়েংনিংদে।"

ভারতীনা নোক্কুনা হায়রকই, "নত্রগা খোইদোক্লা হেন্না নুংশি হায়হনা. তোকঙা শন্দোক্লিবনি। মখোয়না অম্ময়ম্ম হায়, অদোমদি ওইনবা-য়ারোবা হৈহতে, দয়া-মায়া লৈতে, খঙ্মোয় 'পুম্বা ভশেংবা নুংনা শাবনি।"

ডাক্তরনা হায়রকই, "মসিম্ম য়ায়া নুংশিবিবগী য়ানি। অহুগী মখাদি ?"

ভারতীনা হায়রকই, "অহুগী মতুংদা নুং মতুম অহুগী মমুংদা ওপ্পগী পোংশক অমখক লৈ,— ইমা পোক্কফম লমদম! মহুগী অহৌবা লৈতে, অয়োইবা লৈতে, অমাং-অতা লৈতে,— মহুগী অকীবা ফংলবা শক্তমহু ঐগী মিংনা উবা ফংদে হায়হুননি অদোমগী মনাক নক্লা লৈবা ওয়িবসি, অহু নত্রবদি—" ঙাংনা ঙাংনা মহাক্লা মিংকুপ অমা খংলেপ লেপলুরগা হায়রকই, "মতৌ কমদৌননো খঙবিত্রা ডাক্তরবাবু, ইচে-যেম্মা সুমিত্রাগা লোয়নহনা ঐ নোংমা বর্মা ওয়েল কোম্পানিগী কারখানা ময়াদা চংলম্মী, মুমিং অহুদা মখোয়গী অনৌবা বোয়লর অমা চাংয়েং তৌরম্মী। মীয়াম তীন্দুনা কুম্মে য়েংলম্মী। অমুবা চৌংগী মতৌগুম্বা মথরায় পান্দবা অচৌবা পোংশক অমনি,—অহুবু, মহু থরায় পান্দবা অচৌবা পোংশক অমা নত্তনা করিম্ম নত্তে। খঙহৌদনা মহুগী খোঙ অমা হাংদোয়কপদা মহুগী মমুংদা মৈগী ঈথক হৌবগুম নিংই। মকম অহুদা পৃথিবী অসিবু কাওবা তাপ লাক্কুনা লংশিল্লবদি মিংনা কুপ্পদা তুমখিগদবগুম্মী। অহুমখক্তনা চাউরবা কারখানা অহু চালাইবা য়াই হায়ত্রা

করিনো তাখি। থোঙ খিংজিনখি, অমুক চীংমুক চাউবা পোংশক্কু ভুস্মিন লৈখি, মমুংদগী মঙাল মচেং অমা কাওবা মপালদা থোরক্কে। ইচে-বেম্মা স্নুমিত্রানা শাংলবা মুংশা মপী অমা হোন্দোরকই। ঙক্কুনা হংলম্মী, 'করিনো ইচে?' স্নুমিত্রানা হায়রকই, 'অকীবা কংলবা মেছিম অসি কাউংগন্নু ভারতী, নখোয়গী ডাক্তরবাবুবু মশক খঙবা ঙমগনি। মসি মাগী অশেংবা শক্তম্নি।' " অসি হায়রগা মহাক্না মিংকুপ খরা ডাক্তরগী মাইথোংদা য়েংলকই।

ডাক্তরনা তরং-মালংদা তাউবগী মতোঙুম নোবখেং তোরগা হায়রকই, "ময়াম পুম্নমক্না ঐবু কয়াদা মুংশিবিরিবা। অহুবু ভুম্মিংবনা মিং পাংবা অমুক ঙম্লক্কে ভারতী, করিনো অমা শিল্লো! অহুবু মহুগী মমাংদা মুপা অহু কনায়দা লৈংখগে অমুক্তম্নু খিক্রররোইদ্রা?"

"অহুবু অদোম্না কনাগী মকমদম্নু রারী শাখিক্রবা য়ারোই।"

শারোই। অহুবু ঐবুদি খঙলে ঈকাইবা দরকার ওইরিরোইনে?"

ভারতীনা মঙক হাইদুনা হায়রকই, "ওইদে। মীওইবগী মকমদা মীওইবনা ঈকাই!" অসি হায়রগা মহাক লালটেন পুদুনা মপালদা থোকখ্রে।

, মিনিট তরামঙারোমগী মতুংদা হলক্লগা হায়রকই, "অপূর্ব্ববাবু চংখ্রে।"

ডাক্তরনা চঙক্লহনা হোগংতুনা কয়গা হায়রকই, "অমম্বা অসিদা ? মথন্দা ?"

"মহুদা তারে।"

"অঙকপনি !"

ভারতীনা হায়রকই, "ঐগী কমুং থ'দুনা লৈ, তুম্বিক্লরো।"

"নহাক্কি ?"

"ঐগীদি মথাদা কম্বল-নুংবল্লা কয়িনো খরা থাগনি। লেংলসি।"

ডাক্তরনা হোগংক্লনা লেপ্লগা হায়রকই, "করে, চংলসি। ঈকাই-হঙ্গোইবা মীওইবদা তোই,— ঐদি নুং নত্তনা করিম্মু নত্তে !"

মথক্তা কাখংলগা ডাক্তর কমুংদা হিপগ্রবদা ভারতীনা কাম্বল থারগা মাইকৈ মরিমক চেকশিন্না য়েপশিল্লে, অমম্মুং মহুদগী থোইনা লাপ্তনা মথাদা লৈমায়'থক্তা মশাগী কম থারে। ডাক্তরনা মাইকৈ অদোমদা য়েংলহনা নুংঙাইতনা হায়রকই, "ময়াম চংহনা ঐহাকপু মত্তৌ অম্মুম্না থৌওইদ্রবদি ঐগী আত্মসম্মান্দা চৈথেং কংই।"

ভারতীনা নোক্লনা হায়রকই, "ঐখোয় ময়াম চংহনা অদোম্মু মীওইবগী কাংলুপ্তগী পুথোক্লনা নুংগী লাই ওইনা শেমহনা থম্লবনি।"

"মহুগী অর্থদি ঐবু কীবা শুপ্লে লৈত্রবা ?"

ভারতীনা চিংনবা লৈতনা খুম্লকই, "বিন্দু অমা কাওবা

লৈতে। অদোমগী মকমদগী কনাগীম্থু শগ্না অম ফাওবা অমাংবা খোক্লনি হায়রবসি ঐখোয়না খল্লুবা ওমদে।"

মহুগী পাউথুমদা ডাক্তরনা নোক্লুনা অশ্নম্নদা হায়রকই, "ফরে, নোংমা খঙলকনি।"

কমদা হিপথরগা ভারতীনা খঙহৌদনা হংলকই, "ফরে, কনানা অদোম্বু সব্যসাচী হায়বা মিং অসি খোনখিবনো ডাক্তরবাবু? মসিদি অ:দামগী অশেংবা মিং নত্তে।"

ডাক্তর নোক্লকই। হায়রকই, "অশেংবহু ওইনিংবা ওইসন্নু, শাজিনবা মিং অসি ঐখোয়গী পাঠশালাগী পণ্ডিত মহাশয়না খোনবিখিবনি। মহাক্কী য়াম্না বাংবা হৈনৌ অমা লৌরম্মী, ওপ্রগী ঐদদি লৈতুম লংহুনা হৈনৌ হেকপা ওম্রম্মী। নোংমা ছাদ মথক্তগী চোংথরুবদা ঐগী থুং য়েং শিংলি থুপখি। ডাক্তর লাক্লুনা ব্যাণ্ডেজ য়েংলগা ওক্তা য়ানখংলম্নগা হন্নখি। ময়াম পূম্নমক থুংঙাইরবদে, গুপ্রগী পণ্ডিত মহাশয়দনদি হয়াওহুনা হায়রম্মী, 'থুংঙাইরেদা, ঐগী হৈনৌ খরহু ককপা ওম্ররোইদনা। মুম্নগা অম-অনি চাবা কংলবন্থু য়াই।' "

ভরতীনা হায়রকই, "য়াম্না ঙাওশিম্নবিরম্বোইরে!"

ডাক্তরনা হায়রকই, "হোয়, মিংচং থিবা খরা লৈরম্মী হায়বা তাই। অমবু ওইরবম্থু মথংগী থুমিংমক্তদগী ঐ অমুক হেনৌ ককপা হৌরম্মী, অহুবু পণ্ডিত মহাশয়না কমদোননো পাউ কংহুনা থুমিং অহুদা থুংথেংননা ফারম্মী। ডাইহাক লৈরগা ঐক্তোন্দা য়েংহুনা হায়রকই, 'ঐ লাক্লে[illegible]ইথুংতো সব্যসাচী, ঐ

অমুক হৈনৌগী আশা অমূক তৌরয়োই। নখুৎ য়েং তেক্লে, নখুৎ ওই শিজিন্নরি, নখুৎ ওইহ্ তেক্লবস্থ নখোঙ অনিহ্ শিজিন্নরবা য়াই। করে ইবুংঙো অহুক রানা কোংনক্রুয়ন্থু, লেম-হৌরিবা হৈনৌ খরসি মী থাজিন্দুনা হেক্তোকহল্লগে।' "

ভারতীনা খিক খিক নোক্লগা হায়রকই, "পণ্ডিত মহাশয়না য়াম্না নুংঙাইতনা থোনবা মিং ওইরে!"

ডাক্তর মশামক নোক্লগা হায়রকই, "হোয়, য়াম্না নুংঙাইতনা থোনবা ঐগী মিংনি। অদুবু মহুদগী হৌনা ঐগী অশেংবা মিংদু মীনা কাউনখ্রবগুম্মী।"

ভারতীনা ঙাইহাক তুশিন্না লৈকুরগা হংলকই, "করে, ইরৈবাকা অদোমগা, অদোমগা ইরৈবাকা—অনি অসি অদোমগী মকমদদি তশেংনা অমগুনি হায়না মীনা হায়রৈ—মসি কনদোনা ওইখ্রিবনো?"

ডাক্তরনা হায়রকই, "মহুস্থ অঙাং ওইরিঙৈগী থৌদোক অমনি ভারতী। পুন্সি অসিদা কয়া লাকখ্রে, কয়া চংখ্রে, অদুবু নুমিৎ অহ্ পুন্সি আসিদা তশেংনা অমাং-অতা লৈতনা লৈরি। ঐখোয়গী খুঙ্গংগী মতামদা বৈষ্ণবশিংগী মঠ অমা লৈ, নোংমা অহিংদা মকম অহুদা লুট চংলৈ। লাউ-খোংবা, কপ্ন-লাউনবদা খুঙ্গংগী মীয়াম চেক্লোক্লহুনা য়াইকৈ মরিদা কোই-শিন্দুনা লৈ, লুট চংলক্লিবা ডাকুশিং অহুনা নোংমৈ অগুবী পায়, মখোয়না মহ্ মরক মরক্তা কাপ্পা উবদা কনাগুম্বা মী অমত্তা মখোয়গী মনাক নকশিল্লুবা ঙম্রমদে। ঐখোয়গী শাগৈগী ইয়াম্বা অহল অমা লৈরম্মী, মহাক মখোনা য়াম্না কৈ অমম্নুং মীগী

য়াইকনবা য়াম্না ভোই, মহাক চংশিন্নিংবনা খাংঙমখিদে, অদুবু চংলুরবদি শোরদনা শিহুনা তোক্কনি খঙহনা ময়াম্না কাহিন্দুনা থম্লম্মী। করিগুম্বা মওংদস্থ মশা নাম্থোকপা ঙমগ্রহনা মহাক্না মফমহুদা চোং-ফল্লি অমস্থং ডাকুশিংহবু চৈ-থাংবা হৌরম্মী। অদুবু মহুনা করিগুম্বা ফল অমত্তা কংখিদে, মখোয়না লোংমৈ অমথক অদুগী শক্তিদনা মী চানি-চাহুমগী যমাংদা মোহন্ত বাবাজীবু উখোঙদা পুল্লগা খজিক খজিক মৈ থাহনা মীহাং খিনা হাংখি। ভারতী, ঐ মতম অদুদা অঙাং ওইরি, অদুবু ঙসি ফাওবদা মাগী হায়জ-নোঞ্জবা, ঙসি ফাওবদা মাগী থম্মোয় কায়রবা মীকপ-মীরাওখোল মরক-মরক্তা নাকোংদা তাবগুম তৌরি। উঃ— মহু কয়াদা থম্মোয় কায়রবা খোল্লাওনো!"

ভারতীনা শোর ফুনগংনা হায়রকই, "অদুগী মথাদি?"

ডাক্তরনা হায়রকই, "অদুগী মতুংদা বাবাজীগী মপুন্সি নিবগী অরোইবা হায়জবা খুঞ্জা পুম্নমক্কী মমাংদা তপ্না তপ্না মমি শামখি, মখোয়গী লুট-পাটকী থবকস্থ ঈংথখিহনা লেপখি,— চংলমদায় মতমদা সর্দারনা তাচৌদা অতয়না মপা শান্দুনা রাশকখি মহুদি, মখোয় ঙসিদি চোকথয়ে, অদুবু থা অমরোমগী মতুংদা লাক্তুনা মহুগী লমন থুম্লগনি। তাচৌনা জিলাগী মেজিস্ট্রেট সাহেবকী মমাক্তা চংলগা কপত্তুনা নোন্দুনা লোংমৈ অমা পাম্মী হায়জরুই। অদুবু পুলিশনা য়াবিখিদে। চহি অনিগী মমাংদা থোইদোক্না তমথীবা পুলিশ সব-ইন্সপেক্টর অমগী মনা লৈরুবগী মরালদা মাবু থা অনি জেলদা পীবদি য়াদত্রা?

অহুগা মরাল অহুগী মরিদা ম্যাজিস্ট্রেট সাহেবনা হায়রম্মী, করিগুম্বা মওংদম্মু য়ারোই। তাচৌনা হায়রম্মী, সাহেব, অহুদি ঐখোয় শিবা তারব্রা— সাহেবনা নোক্তুনা হায়রম্মী, অহুক হাক্লা কীরবদি মহাক ময়ুম-ইঙ্খোল থাদোক্তুনা ঐগী জিলাদগী অতোপ্পা জিলাদা হোংখিবা য়াগনি।"

ভারতীনা মপুক্লিং লাংতক্লহুনা ফমদগী হৌগংতুনা ফম্লগা হায়রকই, "পীদবা? অহুক হাক্লা থুদোংথীরে থঙহনম্মু পীদবা?"

ডাক্তরনা হায়রকই, "পীদে। অহুগা শুপ্নগী মহুখক্তা নত্তে, তাচৌমা পাখংচহুনা লৌরুং-তেন অহুগা থাং শারম্মী, পুলিশকী মীওইনা পাউ ফংহুনা মহু ফাওবা মুশিবিখি।"

"মহুগী মথা কমদৌখিবগে?"

ডাক্তরনা হায়রকই, "মহুগী মতুংগী থৌদোক্তি য়াম্না তেল্লি। থা অহুমক্তদা সর্দারনা মাগী বাশক তাক্লখি। হন্দক্তি নোংমৈ অমগম্মু হেন্না পুরকপ্রা নিংই। ইমুংগী মী পূম্নমক চেন্নখি, শুপ্নগী তাচৌদদি কনানম্মু মচি লেংহনবা ঙমখিদে। মরম অহুমক্লা ডাকুগী গুলিদা মথরায় মাংখি।"

ভারতীনা মাইথোং ঈ থাংদনা তাইফেং তাইনা হায়রকই, "মথরায় মাংখিবা?"

ডাক্তরনা হায়রকই, "হোয়। পুং মরিরোম জ্ঞান তানা হিংলম্মী। খুঙ্গা হুপ্না য়োমশিন্দুনা চম্বাংনরম্মী, কনানা ডাকু-শিংবু, কনানা ম্যাজিস্ট্রেট সাহেবপু চৈ-থাংলম্মী, তাচৌদি তুম্মিন্না লৈরম্মী। খুন্নুংনি, হাসপাতাল য়ুথক তরা-তরানিথোই লাম্লি,

অহিংনি, খুঙ্গংগী ডাক্তর ব্যাণ্ডেজ য়েৎপা লাকপদা মাগী মথুং ইস্থোক্লগা অস্থয়া হায়রম্মী, তোকও, ঐ হিংনিংদ্রে। ঙাংনা ঙাংনা শাজাও অহুগী খোঙ্গেল নিক্লপ তৌই।” ঙাইহাক তুশ্মিন লৈরগা হায়রকই. “ঙাচৌনা ঐবু য়াম্না লুনা তৌবিরম্মী। ঐনা কপ্পা উবদা অমুক্তং মমিং পাংথোক্লনা য়েংলকখি। অহুগী মতুংদা ঙপ্পা তপ্পা হায়রকই, অচ্চা! নুপীশিংগী মতৌগুম্না নুপানবু যণ, জীরোই, হামেংশিংনা কপ্পদোনা নঙ অমুক কপকনু লৈশল। অহুবু নিংথৌ ওইবা পাম্বদগী লৈবাক পূম্বদা মীওইবনি হায়বা য়াবা জীব অমত্তা ফাওবা থমদ্রিবা মাখায়বু নঙনা মপূন্সিদা কৈদেঙৈদসু ঙাকপিরোইদবনি। ব্রা অসিথক্তনি, মাসদগী হেন্না অতোপ্পা ব্রা অমত্তসু মহাক্না হায়রমদে। তুকচ্চবনা উঃ আঃ অমত্তা ফাওবা মাগী মচিন্দগী থোরকখিদে, অভিশাপ ফংলবা মীখা পোনবা লৈবাক অসিবু পূন্সিগী ওইনা থাদোক্লনা চৎখি। গুপ্তগী ঐদদি খঙই ভারতী, নুমিৎ অহুদা থোকখিবা থবায় অহু কয়া চাউবগে হায়বা।”

ভারতী তুশ্মিন্না চপ য়ুংনা লৈ। কৈদৌঙৈ খুঙ্গংগী করম্বা লমদমদনো থোকখিরা থৌদোক অমগী ব্রাইনি। লুটকী থৌদোকসু কনানসু খঙবিদবা মমিং চৎভবা নুপা অনিথক মথবায় মাংখিবনি। অসিনিদনা! জগৎতা অচৌ অচৌবা শক্তিগা মায়োক্লখিবগী থাংঙমদবা অরাবগী মফমদা মসিগী মমল করিবু লৈপনি! অহুম ওইনমক নুংগী থম্মোয় অহুগী লৈরোম্নংদা কয়াদা কয়া চৈনাখোল ফাওখ্রবা! চাংদমুবা অয়াদি শিংথাবগী মাইকৈদা

অশোনবগী অরাবগী ইতিহাসতা মীহাৎ অসিগী তমথীবতু থোইনোক্লা করিস্নু লৈতবনি। ভারত অসিমক্তদা মুমিৎ খুদিংগী মী কয়া কয়া হুরানবা ডাকুগী মখুৎতা মথরায় মাংলি! অদুবু মসিন্তু শুপ্নগী মতুখক্তরা? নূং অদু চৈথেং খজিক্তুং কংবা অসিদা তোয়গ্রব্রা? ভারতীনা লোয়না য়েংলকই। অদুগা নোংথাংনা মিৎকুপ্তা অমম্বা তাম্ফোক্নুনা উবা ফংলমদবা পোৎ খিংয়েং-মাংদা চিংশিল্লকপা অদুগী পান্দমগুম নূং অদুগী মাই-থোংদা মহাক্লা খঙ্ঙমদবা রহস্য পূন্নমক মিংনা কুপ্পদা উবগুম তোই। মহাক্লা উরে, মৈচাকী ইতিহাস অসিদা শিবা করিস্নু নত্তে,—শিবনা মঙোন্দা চৈথেং পীবা ঙমদে, অদুবু থম্মোয় কাওনা চৈথেং পীরিবদি মীহাৎ অনি অদু খিংননবা অধিকার অদুখক্তং কাওবা মঙোন্দা পীদে—অধিকার লৈ, শুপ্নগী মিৎ পাংথোক্নুনা তুম্মিন্না য়েংননবগী। ভারতীগী থম্মোয়দা খঙহৌদনা খল্লকই, জাতি 'পুম্বগী অরাবনা থল্লবা তুহৎপীবা অমদি ঈকাইবা নংবগী থৈনাথোলনা নূং অদুগী মাইথোং শিন-থুংনা হামুক তৈশিনবগুম্মী।

মৈচাক্লা ভারতীগী পুক-নুং অদু থনগৎলক্লে, হায়রকই, "দাদা!"

ডাক্তরনা ঙকচান্নলা মমাই নোনখৎলগা হায়রকই, "দাদা হায়না নহাক্লা কৌরিবতু ঐঙোন্দরা?"

ভারতীনা হায়রকই, "হোয়, ফরে, ইংরেজশিংগা নহাক্না করিগুম্বদম্নু তাইশিন্নবা যাররোইদ্রা?"

"য়াম্রোই। ঐঙোন্দগী হেনবা খ্বাইদগী য়েক্নবা মখোয়গী অমমুক লৈত্রে।"

ভারতীন মপুক্কিং নুংঙাইজরক্তুনা হায়রকই, "কনাগুম্বগা য়েংথিনবা. কনাগুম্বগী অমঙ্গল ওইননবা নহাক্না খনবা ঙমগনি হায়বদি ঐ খল্লুবা কাওবা ঙমজদে দাদা।"

ডাক্তরনা মিংকুপ খরা তুম্মিন্না লৈরগা ভারতীগী মাইথোংদা য়েংলদুনা নোকক্ষেং তৌরগা হায়রকই, "ভারতী, রা অসি নহাক্না হায়দোরকপদা পকচৈ, অদুগা মসিগীদমক ঐনা নঙোন্দা আশীর্বাদ তৌরি, নহাক নুংঙাইনা পাল্লু।" অস হায়রগা অমুক নোকক্ষেং তৌরকই। অদুবু, ভারতীনা রাকম অসি খঙই মদুদি, মীনোক অসিগী মমল য়াউদে হায়বা, মসি করিগুম্বা অমা ওইরম্ব য়াই,— মসিগী অর্থ শাগংলুবা অরেম্বনি। অদুনা মহাক তুম্মিন্না লৈখ্রে।

ডাক্তরনা তপ্না তপ্না হায়রকই, "ঐগী রা অসি নঙনা মপূক্নিদা কাউরোইদবনি ভারতী, ঐখোয়গী লৈবাক মীথুং চনখ্রে হায়দুনা ঐনা মখোয়গী য়েক্নবা ওইবা নত্তে। নোংমা মুসলমানগী মথুংতম্ব লৈবাক অসি তাখি। অদুবু মীওইবা 'পুম্বগী অক্লুক ঙমথীবা য়েক্নবা অতোপ্পা অমমুক লগংতা লৈত্রে। মশাগী ওইজবদা য়েংবদা তপ্না তপ্না মীওইব্বু শা ওইহনবনা মখোয় অসিগী পামজরবা সংস্কারনি। মসিনি মখোয়গী কারবার, মসিনি মখোয়গী অথোইবা লন। করিগুম্বা ঙম্বদি ইরৈবাক্তী নুপা-নুপীশিংদা অদুম্বা অসিখক্তংদি তাকপিয়ু।"

মখাগী ঘড়িদা ক্রিং ক্রিং খিংহনা পুং মরি তাপ্রে। মাংদা হাংদোক্কনা নৈরিবা থোঙনাঙগী মপালদা অহিং মমৈগী অমম্বা অস্থয় অস্থয হেজিন্নক্রি, অহুবু জাতি 'পুম্বগী মায়োক্তা অহুক চাউনা মরাল শিখবু অচুম্বনি হায়না থাজকুবা করিগুম্বা মওংদন্থু মহাক্না ঙমদে।

## তরামাপল

ঙরাং অহিং চূপ্পা ভারতী তুম্বা কংখিদে। মুংখিলগী মতমদা মহাক্কী হকচাং অমস্থং পূক্লিং অনিমক মুংঙাইরমদে, অহুনা ঙসিদি থরা ঙম্না চায়-থক্লগা কমুংদা চংবা পাম্লম্মী। মহুগীদমক্তা সন্ধ্যা ওইরকপগা মহাক থোং-থাকপদা মপুক্লিং চংলম্মী। অসিগুম্বা মতম অসিদা দলগী মী অমা লাক্লগা মঙোন্দা চিঠি অমা পীরে। সুমিত্রানা ইরকপনি, মহাক্না রাইহে পরেং অমত্তদা শুপ্নগী অস্থয়দা হায়হনা মাবু কৌরি মহুদি, লৈরম্লিবা কিভম অহুমক্তদা থবক অমবু তৌহনা লেরবস্থ মহু থাদোক্কনা মহাক চিঠি পুরক্লিবা অহুগা লোয়নহনা লাকদবনি।

সুমিত্রাগী য়াথং হিক্তোক্কনবা উপায় নৈতে, অহুবু ভারতী চঙক্লগ্রে। হংলকই, "মহাকপু থঙহৌদনা অনা-অয়েক তৌব্রা?"

পাউথুমদা চিঠি পুরকপা মুপাহনা হায়রকই, "করিম্বু তৌদে।"

মথাদা কুমথরকপদা উরে, থোঙজিল ময়াদা মথোয়গী মশক খঙলবা ভাড়াগী শগেল গাড়ী থাদুনা লৈরম্মী, অদুবু গাড়ীৱালাদি মীশক হোংলম্মী। মহাকপু উবদা গাড়ী থোৱা মহাক্কী শিন্থা মাঙ্গে। অদুদা নত্তনা গাড়ী করিগীনো? সুমিত্রাগী লৈফমদা চংপদি মিনিট অহুমদগী হেন্না চংবা নত্তে। শাথীনা ঙক্লুনা হংলকই, "করি তৌরবগে হীরাসিং? সুমিত্রাদি কদায়?"

হীরাসিং হায়বা মুপা অসি মথোয়গী লম্বীগী দাবীগী সদস্য নত্রবসু থোইদোক্লা থাজব য়াবা মীশক্নি। জাতিনা পঞ্জাবী শিখনি, হান্নদি হোংকোংদা পুলিসকী থবক তৌরম্মী, হৌজিক রেঙ্গুনদা টেলিগ্রাফ অফিসতা পিয়ন ওইরি। মহাক্না তুম্মিন তুম্মিন হায়রকই, মহুদি, মাইল মরি-মঙা লম্বা থোইদোক্লা অকুবা সভা অমা ফল্লি, মহাক চংতবা শুপয়া য়াদে ভারতীনা অমুক করিমত্তা হংদনা সন্ধ্যাগী অমম্বদা গাড়ীগী থোঙ থোঙনাও পুম্নমক থিংজিল্লগা যাত্রা তৌরক্নে। অদুগা হীরাসিং সরকারী পিয়নগী ফিজেৎতা অমম্বদা মাগী চাকা অনী পানবা গাড়ীদু অতোপ্পা লম্বীদা থোক্লে।

লম্বীদা ভারতীনা কয়ারক হন্না খল্লকই, গাড়ী হলহন্দুনা মহাক্কী রিবলভরদু লৌক্লগে হায়না; অদুবু থেংখিগত্রা হায়না চিংনবদগী অমুক হল্লুবা ঙমত্রে। থুংলাই য়াউদবা মশা কঞ্জনবা উপায় লৈতবা ফিভমদা মহাক খঙদ-উদবা লমথুংফম তাম্না চৎপা তারি। গাড়ী থোইদোক্লা কোইথোকপা লম্বীদা থোক্নি

হায়বা মনুংদা লৈরবস্থ ভারতীনা খঙবা ঙম্মী, অমস্তং ঙাইহাক্তংগী মতুংদা লৈতেম মাল্লদবা গদক গদক শুবা খুদোংথীনিংঙাই ওইবা লম্বীদা চংলিবনি ভাব তারক্কুনা সকর লাম্থোয়ক্লে হায়বা খঙলে, অহুবু তাংদাংবা মফম কদায়দনো হায়বদি খঙলুবা লুই। মশাদা ঘড়ী য়াউদে, অহুবু ভাবনা শাবদা পুং তরাগী ঙকয়া ওইরম্লগনি খল্লম্মী।

গাড়ী অত্তু বাগান অমদা থৌজিল্লকই। হীরাসিংদি হান্নবা য়েৌরম্লে, মহাক্না গাড়ীগী থোঙ হাংদোক্লরে। কোকথক্তা অচৌ অচৌবা উজাওশিংনা খন্থরক্কুনা অমম্বহু অমুক্তা তমথীবা ২শক ওইহনখ্রে মহুদি, মশাগী মথুং ফাওবা উজবা ফংদে, মথাদা পাক-শন্না শোংলবা নাপী মরক অহুদা থোঙ-লম্বী অমগী খুদম উবা ফংই, অকী-তূজুংলবা লম্বী অসিদা হীরাসিংনা মাগী চাকা অনিগী গাড়ীহুগী অপিকপা থাউমৈগী মঙালগী মতেংনা লম-জিংহুনা খাং থান্না চংলি। লম্বী চংনা চংনা ভারত না খম্মোয়দা লিশিংলক হন্না খল্লকই,—মহাক্না তৌরক্লিবসি চুমদবনি, চুমদবমক্লি। তমথীবা মফমসিদা মহাক লাকপসি চুমদবনি। ইকুই কুইদনা মখোয় য়াম্না মম্বা মচেং মচেং মিংথায়বা বিল্ডিং অমদা থুংলরে। অমম্বদা মহুগী মমি-শামি উবমক্তদা ভারতীনা খঙলে, মতম কুইনা হুন্দোক্কুনা থম্লক্লবা বিল্ডিংনি। মতম অমদা থৌদ্ধ সন্ন্যাসীশিং মফম অসিদা শোয়দনমক লৈরম্বা য়াই, মনাক নকপা কদায়দস্থ মী তারম্লোই।

অস্থক চাউবা মচেং মচেং নিংথায়রবা য়ুম অসিদা মঙাল খজিক্তা উদে, মী লৈত্তে মীওইবগী খুদম ফাওবা মুংগ্রে—

খোঙ খোঙনাও হুন্নানবনা হুদুনা পুথ্রথনি, মাংদা লৈরিবা কাদা চংলকপমক্তদা শুজা অমদি লৈহিংগী তমথীবা মনম্না ভারতী ঋন কুনগংলক্লে,—মতু ওইরবস্তু চংশিনগদৌরিবনি, মতু চেনবা লিন মফমতুদা মকোল শাদুনা লৈরম্লোই হায়নিংঙাই অরেপ্পা লৈবা নস্তে।

য়াম্না চাউবা হোল-কাগী মচি অমদা মথক্তা কাননবা লম্বী লৈ। উগী লিঁাড় অতু মরক মরক্তা উপাক য়াউক্লে, মতুদা ভারতী হীরা সিংনা মথুং শমতুনা অনিশুবা মরোলগী মমাংগী মাঙ্গোল লাংম্নোক্তুনা হৌজিক্তা অতুক অরাবা থাংলক্লবা তুংদা লমথুংফমদা থুংলরে। ইমুংদা কক থাই, মচি অমদা মোমবাত্তি অনি থাজি, অমস্তুং মতুমক্তী মনাক্তা সভানেত্রীগী আসন্দা সুমিত্রা ফম্লম্মী। অতোপ্পা নাকল অমদা ডাক্তর ফমতুনা লৈরম্মী, মহাক্তা চানবিবা খোম্থাংনা কৌদ্রবা হায়রকই, "চংলকউ ভারতী. এগী নাক্তা ফম্মো লাও।"

মকম থঙদবা চিংনবনা ভারতীগী থম্মোয়-সুং প্রুক প্রুক শোরক্লে, মচিন্দা রা অমত্তা ঙাংথোকপা ঙমক্লে, অতুবু খোঙথাং কল্লপ্পা থাংদুনা চংশিল্লক্লগা মহাক ডাক্তরগী মপা ফেংনা ফম্লরে। মহাক্তী লেংজুমদা থুং থম্নকপদা মহাক্তা রাদি ঙাংদনা মঙোন্দা থৌনা হাপ্পিবশুম ভোম্নকই। হীরা সিং কাদুগী মমুংদা চংলক্তে; খোঙজিল মমাদা লেপতুনা লৈ। ভারতীনা লৈদুনা য়েংলকই, ফমদুনা লৈরম্লিবশিং অতুগী মমুংদা মী মরি-মঙাদি মহাক্তা মশক তপথঙ থঙদে। শংথঙবশিংগী মমুংদা ডাক্তর অমদি

সুমিত্রা নত্তনা তলবারকর অমদি কৃষ্ণ আইয়ারনি। মশক উবদা অকী-তুজুংনিংঙাই ওইরবা নুপা অমদা ইহান হায়না মাগী মিংয়েং তাকুরে - মহাক্কী কিজেংতা গেরুবা মচুগী খুমিং য়ৌনা চোনবা অরাওবা ফুরিং লিংলি অমম্মুং মকোক্তা কোকয়েং চাউনা য়েংলি। মমাইদু চফু অচৌবগী মতৌগুম কোয়োক কোই অমম্মুং হকচাংগী উনশাদু শামুগঙাগী মতৌগুম থাই, মরৈ মরৈ তাই, কম্বা-করুম্নে। মমিং অম্বুকী মতিক খুই মহুদি মমিং য়াংতবগুম্মী, পোনা চয়ল চয়ল হোৎনা মকোয়দু মশীং খিবা য়াই, কুচু কোরিগুম্মী, নুপাদু অনার্য্য নক্রগা মঙ্গলিয়া জাতিগীনি হায়বা উবমক্তদা চিংনবা লৈতনা খঙবা ঙম্মী। অকী-তুজুংনিংঙাই মশক ওইরবা তমথীবা নুপা অদুদা ভারতীনা মমিং হঙ্গংনা য়েংলুবা কাওবা ঙমদে। মিনিট অনিয়োম কাদু পুমচিক চিকই, মতম অদুদা সুমিত্রানা কৌদুনা হায়রকই, "ভারতী, নহাক্কী নপুক্লিংগী ফিভম ঐহাক খঙই, অদুনা নহাকপু কৌহল্লুদুনা অরাবা পীবা ঐগী অপাম্বা লৈরমদে, অদুবু ডাক্তরনা ঙপয়া য়াদে। অপূর্ব্বনা করি তৌগ্রবগে খঙব্রা ?"

ভারতীগী থুম্লবা থম্মোয়দা মতৌ অদুম্মক করিনো অয়া মঙোম্বা থুমিং চুম্না হায়বগুম তৌরম্লিবনি। মহাক মথনাও কংপ্রে অমম্মুং মাইথোং মকশিনপ্রে, মহাক শুপ্নগী কলপ কলপ য়েংদুনা লৈ।

সুমিত্রানা হায়রকই, "বোথা কোম্পানীনা রামদাসপু ভর্সি

ডিসমিস তৌরক্লে। অপূর্ব্বস্থ দশা অহুমক তারমগদবনি, শুপ্রগী পুলিশ কমিশনারগী মকমদা ঐখোয়গী য়া পুম্নমক খোক খোক্লা ভমথোক্নুমা মাগী চাকরি কঞ্জৌরবনি। থাগী তলব পংম্নাম য়ামদবা নত্তে, লুপা চামণ্ডা ওইরম্বা য়াই।"

রামদাসনা মঙক নোমহুনা হায়রকই, "হোয়।"

সুমিত্রানা হায়রকই, "শুপ্রগী মহুখক্তা নত্তে। লম্বীগী দাবী লাহেল্লোবগী দলনি, অহুগা ঐ লোম্না পিস্তল রিভলবর পায় হায়বা পাউ অহু ফাওবা মহাক্লা লোংখিদে। মসিগী দণ্ডি করি ওইগদগে ভারতী?"

তমথীবা ফংবা মুপা অহনা ঙংহুনা হায়রকই, "ডেথ।"

হন্দক্লি ভারতীনা পীরাংনা থুমহংলবা মমিং অনি অহু তৈথোক্লপা মহাক্তী মাইথোংদা চপ য়ুংনা য়েংহুনা লৈরকই।

রামদাসনা হায়রকই, "সব্যসাচী হায়বহু ডাক্তরমক্লি হায়বা পাউ অসি মথোয়না খঙলে। হোটেলগী কা মনুংমক্তদা মাবু ফাবা ফংবস্থ য়াই হায়বা পাউ অসি পীবদস্থ অপূর্ব্ববাবুনা নীংহমবা লৈখিদে। মহুদা নত্তনা, ঐহাক মসিগী মমাংদা পোলিটিক্যালগী ওইবা ইরালগীদমক চহি অনি জেল চংলুরে— মহুস্থ।"

সুমিত্রানা হায়রকই, "ভারতী, ডাক্তরবু ফাখিবা থোক্লবদি মহুগী ফল করি ওইগদগে খঙব্রা? ফাঁসি। মহু করিগুম্বা লক্লগনা ট্রান্সপোর্টেশন! জেণ্টলমেন! মরাল অসিগী করি দণ্ডি পীবা মরাম্না পাম্বিবগে?"

ময়াম্না খোঞ্জেল অমত্তদা হায়রকই, "ডেথ!"

"ভারতী, নহাক্কী হায়নিংবা থরা লৈত্রা?"

ভারতী না ডাংবা ওমন্ত্রে, শুপ্পগী মতক হাইদুনা মহাক্কী হায়নিংঙাই করিম্ত্র লৈতে হায়বা খঙহল্লকই।

তমথীবা কংলবা মুপাদুনা হন্দক্তি বাংলাদা না ডাংলকই। উচ্চারণ তাবদা মহাক চট্টগ্রাম মাইকৈরোমগী মীনি হায়বা খঙলে। হায়রকই, "এক্সিকিউশনগী ভার ঐনা লৌরবনি। অদুবু ঐদি নোংমৈ-বোম, থাং-তেন খঙদে। মসিনা ঐগী নোংমৈনি অদুগা মসিনা ঐগী বোম্বি!" অসি হায়রগা মহাক্কী কৈগী মতৌঙুম্বা মখুং অদু খুদুম শিংদুনা মথক্তা থাঙ্গৎলকই।

কৃষ্ণ আইয়ারনা থোঙলোমদা য়েংদুনা হীরা সিংদা অত্তম্না হায়রকই, "বাগানগী অরাং কাচিন্দা কংলবা গুহা অমা লৈ—থরা নিংথিনা লৈবাক শিজিন্নগা অকংবা উনা-বানা থরা পৈশিন্দুনা থম্বা পাম্মী, মনম ফাওরক্তনবা।"

হীরা সিংনা মতক নোমদুনা খঙহল্লকই মদুদি, অশোয়বা করিমত্তা লৈরোই হায়বা।

তলবারকরনা হায়রকই, "বাবুজীদা মাগী দণ্ডিগী য়াথং তাহনবিরো।"

ভীরিবা জুরিগী মতেংনা অপূর্ব্বগী মরালগী বিচার মিনিট মঙাগী মমুংদা লোইশিল্লে। বিচারগী রায় তেনবা অদুগুম্না মরেক শেংই। খঙবা ওস্লোইদবা অরুবা কদায়দম্ব য়াউদে। ভারতীনা পুন্নমক ভাই, অদুবু নাকোং অমম্বুং বুদ্ধিগী মরক্তা

কদায়দনো হরিক অমত্তা। য়ুদবা পল অমা থাখিবনা মপালগী পোংনা করিগুম্বা মওংদস্থ মহু ফাওজিন্দুনা মমুংদা অমুক চংলুবা ঙমদে। অদুদা, হৌবদগী লোইবা কাওবা কনা কনাগুম্বনা বা ভাংলকপদা মছোন্দা ওনশিন্দুনা ভারতীনা লাংতকুবা খঙনিংবা মিংথেংনা অপঙবগী মতৌগুম থেংহুন' লৈরকই। মসিখক্তংদি মহাক্না খম্মোয়দা লৌশিনবা ঙম্মী মহুদি, অপূর্ব্ব য়াম্না শাথীনা মরাল লৈরে অমম্তুং মীয়াম অসিনা মহাকপু হাংনবা অচেংপা ৱারেপ লৌগ্রে। লৈবাক অসিদা মহাক্না পুলিস খুদোংথৈ নিংঙাই ওইরে। অদুবু খুদোংথীনিংঙাই ওইরিবসি মতৌ কমদৌননো হায়বদি মহাক্না করিমত্তা খঙবা ঙমদে। সুমিত্রাগী ইঙ্গিত্তা মুপা অমা হৌগংলগা মপালদা থোকখ্রে অমম্তুং মিনিট অনিগী মতুংদা ভারতীনা উরিবা দৃশ্য অদু কনা ৱাবা মঙদা ওইরবস্থু ওইথোকপা য়াবা নত্তে। মুপা অদুনা অপূর্ব্ববু পুদুনা কা মমুংদা চংলকই। মহাক্না মখুৎ অনি তুংবুমনা থোৱনা য়াম্না চেংনা পুল্লি, অমম্তুং মখাংদা য়াম্না লুম্বা নুংজাও অমা য়াম্থুরি। মিংকুপ খরদি ভারতী জ্ঞান মাংদুনা ডাক্তরগী মথক্তা লেকখদুনা ভাদুনা লৈরুই। অদুবু ময়াম পুরুমক্কী মিংথেং মতম অদুদা অপূর্ব্বরোমদা চংদুনা লৈ হায়দুনা গুপ্পগী মী অমখক নত্তনা য়াকম অসি কনানস্থু খঙবা ঙমখিদে।

ভারতীনা মকম অসিদা থুংলম্নিংঙৈগী মরাংদা অপূর্ব্বগী অথাম লৌবা লৌইগ্রবনি। মহাক্না থেংপা করিম্তু তৌদে। ওফিসকী বড় সাহেব অমদি পুলিশ কমিশনার, সাহেব অনি

অহুনা পুন্দুনা চপথংপদা মহাক্কী মফমদগী ময়ম পুম্নমক খঙদোকপ্রে হায়বা মহাক্কা তমথ্রবনি, অদুবু করিগীদমক্তা মহাক্কা দল অমম্ভুং লৈবাক্কী মায়োক্তা অদুক চাউবা য়েক্কবা থবক তৌক্রিবনো হায়বা মশানা হৌজিক কাওবা খঙজবা ঙমদ্রি।

ঙসি সুমিং য়ুংবা ফাওবগী মনুংদা রামদাসনা পাউ অসি সুমিত্রাগী নাকোং য়ৌখিবনি। দঙ্গি লেপ্পগ্রবগুম্বনি, অমম্ভুং উপায় করি তৌহনা অপূর্ববু খুং চনখিবগে হায়বদু শম্নপ্না মতৌ অম্ভুয়নি—

ওফিস ছুটি থাবা মতুংদা ঙসিদি অপূর্ব মখোঙনা চংননবা মথৌনা তশেংনা লৈরোই হায়না তশেংনা লৌহনা মখোয়গী ভাড়াগী গাড়ী অদু হীরা সিংগী মতেংনা ওফিসকী গেট ময়াদা থমখি। লাং অদুদা অপূর্বনা রায়া লায়না মখোঙ থাংজিনখি। খরা চংথোরক্লবদা গাড়ীবালানা খঙহল্লম্মী মদুদি, রায়া চাউবা রোলর অমা তেক্কুনা গলি হাঙজিনকম খিংহনা লৈপ্লে, কোই-থোক্লা চংপা তারে। অপূর্বনা রাবম্মী। মদুগী মতুংমক্তদগী মহাক রাখল অমদা তাউখি, অদুবু পুং অমরোমগী মতুংদা জ্ঞান তারকই, মতম অদুদা হীরা সিংনা গাড়ী মনুংদা চংলক্লগা পিস্তল শিংহনা মহাকপু রায়া লায়না মকম অসিদা পুরকখিবনি।

সুমিত্রানা কৌহনা হায়রকই, "অপূর্ববাবু, ঐখোয়না অদোমবু ডেথ সেন্টেন্স পীরবনি। অমুক করিগুম্বা থয়া অদোমকী হায়নিংবা লৈরিব্রা ?"

অপূর্ব্বনা মঙক হাইদুনা লৈতে হায়বা খঙহল্লকই। অদুবু মহাকী মাইথোং উবদদি মহাক করিমম্তা খঙবা ঙমদবোই নিংই।

ডাক্তর ঙসায়মখৈ করিগুম্বা য়া অমত্তা ঙাংলক্তে হায়বা য়াই, ভুংলোমদা য়েংদুনা হায়রকই, "হীরা, নহাকী পিস্তলদু কদায়?"

হীরা সিংনা ইঙ্গিত তৌদুনা সুমিত্রাবু উৎলকই, ডাক্তরনা মখুং তিংথোক্তুনা হায়রকই, "পিস্তলদু য়েংসি সুমিত্রা!"

সুমিত্রানা বেল্টদগী পিস্তল লৌথোক্লগা ডাক্তরগী মখুত্তা পীরে। ডাক্তরনা হায়রকই, "কনাগী মকমদসু পিস্তল নত্রগা রিভলবর অতৈ য়াউ ত্রবা?"

অতৈদি কনাগী মকমদসু য়াউদে হায়বা ময়ামা খঙহল্লক্রে। মতম অদুদা সুমিত্রাগী পিস্তল মশাগী পকেট মনুংদা হাপচিল্লগা ডাক্তরনা নোকক্নেং তৌনা হায়রকই, "সুমিত্রা, নহাক্তদি ডেথ সেন্টেন্স পীরে হায়রি। অদুবু ভারতীনদি পীদে!"

সুমিত্রানা মিংকুপমুক ভারতীগী মাইথোংদা য়েংলগা খোজেল লুম্না হায়রকই, "ভারতীনা পীবা ঙম্লোই।"

ডাক্তরনা হায়রকই, "পীবা ঙমক্মসু থোক্তে। মদু নত্রনে ভারতী?"

ভারতী য়া ঙাংদে, অরুবা য়াহং অসিগী শাউথুমদা মহাক্তা শুপ্লদগী ডাক্তরগী মতশাক্তা মমাই লোংতুনা লৈরে।

ডাক্তরনা মহাকী মকোক্তা মখুৎনা নানথিদুনা হায়রকই, অপূর্ব্ববাবুনা তৌরম্বিবদু অমুক হন্দোকপা য়াগদরা নত্তে—মদুগী

কলাকল ঐখোয়না কংলগদবনি। দশুি পীংবশু কংলগদবনি, পীত্রবশু কংলগদবনি। অদুবু ঐনা হায়নিংবদি মতুগী কায়বা লৈতে - ভারতীনা মাগী ভার লৌরসনু। পাংদবা অসিবু থরথৈখ ময়িংঙ্গেল পালহন্নবা হোংনসনু। করি হায়বগে সুমিত্রা ?"

সুমিত্রানা হায়রকই, "য়ানিংদে।"

মরাম্না চপ মান্ননা হায়রকই, "য়ানিংদে।"

উবদা অকীবা পোক্লবা সুপাতুনা খ্বাইদগী হেন্না চোং-কল্লি। মহাক্না থুদুম শিংতুনা মখুং অমি তিংখোক্লুনা ভারতীদা ইঙ্গিত তৌহনা করিনো থরা হায়রকই।

সুমিত্রানা খোঞ্জেল লুপ্না হায়রকই, "ঐখোয় পূম্নমক্কী মত অমত্তনি। অদুক চুমদবা অরানববু য়োকখৎতুনা ঐখোয়গী পূম্নমক মাং-তাকহন্দুনা দল কায়হল্লগদ্রা ?"

ডাক্তরনা হায়রকই, "করিগুম্বা কায়রবদি উপায় করি লৈ ?"

সুমিত্রাগা লোয়ননা সুপা মরি-মঙানা ঙংহুনা হায়রকই, "উপায় করি লৈ ? লৈবাক্কীদমক, নীংতম্নবগীদমক ঐখোয়না করিস্থ তৌরোইদবা ! অদোমথক্কুগী বানদি করিস্থ ওইবা য়ারোই।"

লাউ-খোংবা লেপথ্রবদা ডাক্তরনা পাউখুম পীরকই। হন্দক্তি মহাক্কী খোঞ্জেল অঙকপা কংনা ঈংনা অমম্ভুং তপ্না তাবকই। মতুদা ইচংথোবা নত্রগা ফিঙ্গংপগী মনিল কাওবা চেন্দে, হায়রকই, "সুমিত্রা ইরাং হৌবদা শৌগৎলুগনু। নখোয়না থঙলিবহুনি, ঐ ইতোমদগী মতমা নখোয় চামদগীস্থ হেন্না কল্লি হায়রবা।" তমথীবা কংলবা সুপাহুদা অপানা হায়রকই, "ব্রজেন্দ্র,

নহাক্কী ফিংবনা মরম ওইদুনা বোংমা বাটভিয়াদা ঐবু নহাক্কা দগ্ডি পীহন্দনবা উপায় লৈহনহিদে। অনিরুক হন্না উপায় লৈহন্দবা তৌগনু।"

ভারতী মমাই নোনখংতে, মতম অতুদম্ভু অতুম তুত্তমা লৈ। অদুবু মহাক্কী মশা 'পুন্না থক থক নিংক্রুকই। মনক্কলদা মুংশিনা নানবিরদুনা অদুম অচম্না খোজেলনা হায়রকই, "কৌক্রুনিংঙাই লৈত্রে ভারতী, অপূর্ব্ববু ঐনা ঙাকপিরবনি।"

ভারতী মমাই নোনখংলক্তে, থাজবম্ভু ঙমদে। মহাক্কী থুং য়েংকী তবা তবানা শাংলবা খুংশাশিংদু মশাগী খুবাম-মুংদা পায়শিল্লগা ভুম্মিন ভুম্মিন হায়রকই, "অদুবু মখোয়নদি ঙাকপিদে।"

ডাক্তরনা হায়রকই, "তরায় তরায়না ঙাকপিগদবম্ভু নত্তে। অদুবু রাক্ষম অসিম্ভু মখোয়না খঙবনি মগুদি, ঐনা ঙাকপিরবা মীশক অদুদা মখুং থানবা মথৌনা কনাগীম্ভু লৈতে।" নোকফেং তৌরগা হায়রকই, "নিংথিনা চাবা ফংদে, থাংজৈ থাংজৈ চাদুনা লেল্লিবনি,—অদু ওইরবম্ভু তবা তবাদা খুংশা খরসিনা ঙসিম্ভু তাপপু পায়শিনখ্রবদি ব্রজেন্দ্রগী অম্মুক চাউবা কৈগী খুদুংশুম্নসি তেকনি হায়বা মখোয় খঙ্লিবনি।"

চট্টগ্রামগী যাত্রাদু মমাই কাহংনা ভুম্মিন্না লৈ! ডাক্তরনা হায়রকই, "অদুবু অপূর্ব্ব লম অসিদা অমুক লৈথদবনা কৈ। মা মরৈবাক্তা হঞ্জখ্রসনু। অপূর্ব্ব ট্রেটর নত্তে, মরৈবাকপু মানা খঙোর লেংনা মুংশিজৈ, অদুবু খরমথৈ—তোক্লসি, ইজাতিগী

নিন্দা অমুক তৌররোই— অদুবু য়াম্না পাংদে। মাবু লিংজেল পালকরবা থৌদাং নঙোন্দা তশেংনা শিন্নরবনি, অদুবু ঐহাক থাজবদি ঙমদে ভারতী। মযুম য়োৎথিবগা মাগী ঙসিগী রাকম, নহাক্তী রা, করিগুম্বা অমত্তা কাউথোকপদা থোইনা মতম চংলোই। কোরগী রা থম্রসি। থোইদোক্রুহুম, ঐখোয়না সভানেত্রীগী মফমদা ঙাসগী ওইনা সভা কায়ননবা হায়জনিংই।" অসি হায়দুনা মহাক্না সুমিত্রারোমদা য়েংলকই।

সুমিত্রানা মঙোন্দ' করিগুম্বদনা নহাক, করিগুম্বদনা অদোম হায়দুনা ঈকাই-থুম্না রা ঙাংই, হৌজিক মতৌ অদুম্মক হায়রকই, "অয়াম্বা শক্তা থোইদোকপা মীশক্তী হকচাংগী পাঙ্গলদা মাইথীরবা মকম অদুবু হায়নিংবা হায়জসনু সভা কৌবদি য়াদে। অদুবু নাটক অভিনয় অসি তৌননবা অদোমগী রাশক অসি করিগুম্বা লৈরবদি হায়রনা থঙহনবিত্রিবা করিগীনো?"

ডাক্তরনা হায়রকই, "অভিনয় তৌরমদবনা ফবনি, অদুবু থোইদোকপা ফিভমদা করিগুম্বা নাটক ওইবা তারবসু সুমিত্রা, অভিনয়দু ফজে হায়বদি নখোয়না খাবা তাবনি।"

রামদাসনা হায়রকই, "মঙ অস্তুম্না ওইরক্নি হায়বা ঐখোয়দি থল্লুদে।"

ডাক্তরনা হায়রকই, "মরুপ শাম্নবা হায়বসি অস্তুম্না মিংবু প্না কায়নবা য়াই হায়না নহাক্না থনত্রা তলরায়কর? অদুম ওইনমক অলিগুম্বা অদুমম্থু জগৎতা ভাংনা থোক্লিরনি।"

কৃষ্ণ আইয়ারনা হায়রকই, "বর্মাগী একুটিভিটি ঐখোয়গী মাংজরে। হৌজিক চেনবা তাবনি।"

ডাক্তরনা হায়রকই, "চেনবা তাবনি। অদুবু মতমগী মতুং ইমা লম অমা থাদোকপা অদুগা একুটিকিটি মাংবা হায়বসি পোংশক অমত্তা নত্তে কৃষ্ণ আইয়ার। মতম শাংনা কদায়দম্ভু লৈতানা লৈবা কংদে হায়দুনা মতুংগীদমক রায়ৌকুবা ঐখোয়দা লেময়নিংঙাই ওইদে।" অসি হায়রগা মহাক্না ভারতীদা ইঙ্গিত তৌদুনা হোৌগংদুনা লেপ্লগা হায়রকই,"হীরাসিং, অপুর্ব্ববু পুল্লিবসি থোকউ, চংলসি ভারতী, মখোয়বু খরমখৈ খুদোংথীরোইদবা মফম কাওবা থিনবিগে।"

হীরাসিংনা য়াথং ডাক্তরগী চংশিল্লকপদা সুমিত্রানা খোজেল কন্থা-করুয়না হায়রকই, "অভিনয়গী অরোইবা অঙ্কদা সুংঙাইবনা খুবাক খুনিংই, অদুবু মসি অনৌবা নত্তে। অঙাং ওইরিঙৈদা কদায়দনো উপন্যাস অমা থেংনখ্রে। অদুবু খজিক্কুংদি চিংথরে। যুগল-মিলন ঐখোয়গী মাংদা ওইরবদি অভিনয় অসিদা কদায়দস্থু অমুক অশোয়বা য়াউররোইদবনি। করি হায়বগে ভারতী ?"

ভারতী ঈকাইবনা শিগদোয়ে। ডাক্তরনা হায়রকই, "ঈকায়নিংঙাই মসিদা করিস্থু লৈতে ভারতী। থোইদোক্কুস্থ ঐনা প্রার্থনা তৌজরি, অভিনয় অসিগী অরোইবদু মপু মহাক্না মোংনা কদায়দস্থু মসিগী অশোয়বা রাউবনবিদবা ওইসনু। কটভগী সুমিত্রাগীপে শিত্তলহু লোৌখোকুনা মহাকী মনাক্তা থন্নগা

হায়রকই, "ঐ মখোয়বু-খিনবিরুখিগে, অদুবু কৌরুনিংঙাই লৈতে, ঐঙোন্দা পিস্তল অঙবা অমা য়াউদ্রি।" ব্রজেন্দ্রদা য়েংলগা নোক্লুনা হায়রকই, "নখোয় পুম্নমক্না কাগি তৌদুনা হায়বদায়, অমম্বদা ঐদি মকুগুম্না খিং উই— ঙসিদি কনাম্ভ বাকম অসি কাউগনু।" অসি হায়রগা মহাক্না হরাওবা অকী-তুজুংবা ইঙ্গিত অমা তৌরগা ভারতী অমস্তুং অপূর্ব্ববু পুদুনা মপাল থোকখিগদবগী তৌরক্লে।

সুমিত্রানা খঙহৌদনা ফুক হৌগংলক্লগা হায়রকই, "ফাঁসিগী থৌরিত্ত ইশাগী ইথুংমক্না ইঙকশমদা থুজিঙ্গত্রবদি য়াদ্রব্রা?"

ডাক্তরনা নোক্লুনা হায়রকই, "করিস্ত নৈতবা থৌরিদুবু কৌরুবা তারবদি কমদৌনা খোঙ থাংবা য়ারগদগে সুমিত্রা?"

করিগুম্বা থবক অমা তৌবদা মীশক অসিদা শিগদ্রা হায়বগী অকীবা উংলুবা কয়াগী মতিক কাল্লদবনো হায়বা নিংশিংলক্লুনা সুমিত্রা মশামক ঈকাইজরক্লে, অদুবু খুদক্না লাংতক্লুবা খোঞ্জেলনা হায়রকই, "পুম্নমক্তি কায়রে-তোয়রে, অদুবু কৈদৌঙৈ অমুক উম্নগদগে?"

ডাক্তরনা হায়রকই, "দরকার ওইবপা।"

"দরকার অদু ওইদ্রিব্রা?"

"করিগুম্বা ওইয়বদি শোয়দনা উম্নগনি।" অসি হায়রগা ডাক্তর অপূর্ব্বগা ভারতীগা পুদুনা চেকশিন্না মথাদা কুমথক্রে।

ভারতীবু থিল্লকখিবা গাড়ীদু ঙাইদুনা লৈরম্লি। দুংঙাইনা তুম্লিবা গাড়ীবালা প্রভুদুবু হৌরোক্লগা মখোয় অদুম য়াক্লা

তৌখ্রে। কনা কুইনা লৈরগা অচিকপন্থ থুগায়হনা হন্দক্তি ভারতীনা মা হাংলকই। হংলকই, "দাদা ঐখোয় কদায়দা চৎলিবনো?"

"অপূর্ব্বগী লৈকমদা।" অসি হায়রগা ডাক্তরনা গাড়ীদগী মূক থিন্নোক্লুনা মিংনা উ'রবমখৈ য়েংলগা চুম্না কমখ্রে।

মাইল অনি তুম্থিন্না চৎলবা তুংদা গাড়ী খাম্লগা ডাক্তরনা কুমথগদবগী তৌরকপমক্তদা ভারতীনা হক্কুনা হায়রকই, "মকমসিদা করিগীনো?"

ডাক্তরনা হায়রকই, "হৌজিক্তি হনগ্রগে। মখোয় ক্লাইহনা লৈরমখিগনি, চমথোক্লবা অমা চংই!"

"চমথোক্লবা?" ভারতীনা মপুক্লিং লাংতক্লনা মহাক্কী মথুং পায়হনা হায়রকই, "মহু তপয়া য়ারোই। নহাক চংপিদবা য়াদে।" অহুবু বাহু হায়দোকলুবগা মহাক স্বুমিত্রাগী মতৌগুম ঊকাইরে। মরমদি, মহাক্কু ক্লাংবা বাদি পুক্লিংদা লেপ্লগা হায়দে রকপনি। অহুগা সংসারগী কবিগুম্বা ভকীবা অমহনা মহাকপু নীংহম্নবা ঙমদে। অহুম ওইনমক ভারতীনা মথুংস্থু থাদোক্তে, তপ্না তপ্না হায়রকই, "অহুবু মহাক্তি ঐগী দরকার য়াম্না লৈ দাদা!"

"মহু খঙই! অপূর্ব্ববাবু, অদোম হংচিংকী জাহাজদা যুমদা হনবা ঙম্বিরোইদ্রা?"

অপূর্ব্বনা হায়রকই, "ঙমগনি।"

ভারতীনা খঙহৌদনা য়াম্না কিজংলকই, হায়রকই, "দাদা, ঐহাক হৌজিকমক যুমদা চংঙবা য়াদ্রে।"

ডাক্তরনা মণ্ডক হাইহুনা পাউখুম পীরকই, "চংপা য়াদে। নহাক্কী চে-চাং, নহাক্কী লম্বীগী দাবীগী খাতা, নহাক্কী পিস্তল-মুংদোল পূম্নমক চৈরক অসিদা নবত্তাবানা থৈদোকপ্রবনি। মোংতাল্লমদায়দা খানাপ্লাগী তৌরগনি,— আর্টিস্ট মণামক— কালৈগী লিক্লি, অহুগা মাগী অকায়বা যেহালাহু— অপূর্ব্ববাবু, বেহালাহুদা অদোমগী দাবী খরা লৈবা মল্লা?" অসি হায়রগা মোকক্কেং তৌরগা হায়রকই, "মসি মক্তনা শাথীবা কল্লিমত্তা পুলিশ সাহেবকী মখুংতা তাররোই। হয়েং অয়ুক পুং মাপল-ত্তরাগী অহুন্নাইদা উমরগনি— চান-থক্কুবা থনম্মু।"

ভারতী চংক্রুক্রে। মপুক্কিংদা খল্লকই, অসিগুম্না য়াম্না মিৎ-না শিংন্নবদি অশিব-যজ্ঞ অসিদা কনানমু মতুং ইনবিগদগে? মচিন থোক্লা হায়রকই, "নহাক্কী মিৎতা উদবা কঙ্গিন্নু লৈতে, নহাক্লা পূম্নমকী অক-কম্রা খনবি। সংসারদা ঐগীনি হায়বা মী কনাম্নু লৈতে, নহাকী লম্বীগী দাবীদগী ঐবু তাম্হোকপিগন্নু দাদা।"

অমম্বা মরক্তা ডাক্রুরনা হন্না হন্না মণ্ডক হাইহুনা হায়রকই, "ঈশ্বরগী মককদগী তাম্হোক্লবা অধিকার কনাগীম্নু লৈতে, অহুবু মসিগী ঈচেল নহাক্লা ওম্হোকপা তাবনি।"

ভারতীনা হায়রকই, "নহাক্লা ওম্হোকপিয়ু।"

ডাক্তরনা য়া অসিগী পাউথুম পীদে, থগুহৌদনা ফিংনা হায়রকই, "ভারতী, ঐগী মতম অমুক লৈত্রে, ঐ চংলে।" অসি হায়রম্লগা অমম্বা লম্বীদা চংখিহুনা মিৎকুপকী মনুংদা মশক উক্লিত্রে।

## কুন

গাড়ী থৌনবা তৌরকপমক্তদা ভারতীনা অপূর্ব্বগী লৈকয়গী ঠিকানা তাকুনবা মমাই লৈশিন্দুনা হায়রকই, "য়েংঙোই গাড়ী বালা, নম্বর কুন্থ্রা—"

মহাক্কী রা লোইই্ত্রিডৈমক্তদা গাড়ীবালানা হায়রকই, "আই নো—আই নো।"

গাড়ীগী সিট পিকই হায়হুনা মখোয় অনি থেংননা ফম্লি, গাড়ীবালাগী মচিন্দগী ইংরেজীগী রাহৈ তাবদা অপূর্ব্বগী মশা 'পুন্না মতু চুংগ্রে হায়বা ভারতীনা মুন্না খঙলে। মহুগী মতুংদা পুং অমরোম ভাড়াগী গাড়ী গত্রক গত্রক থোরকই, অহুবু মবানি করিগুম্বা রা অমত্তা ঙাংনদে। অমম্বা অচিকপা অহিংদা গাড়ীগী চাকাগা লম্বীগী নুংগা তক্নবদা অয়াকপা মখোল থোরকই, মহুদা অপূর্ব্বগী মশাদা থিংকুপ খুদিংগী তুয়া থিল্লকপগুম শৌবিং শৌবিং লাউরকই, লৈকাইগী কনাম্থ ভুম্বা কায়রোইদবা লৈতে, অমসুং সহরগী পুলিশ পুম্মক চেল্লকনি হায়হুনা। অহুবু করিগুম্বা খুদোংথীবা অমত্তা থোক্তে, গাড়ী লাক্নুনা মখোয়গী মুমদা থায়রে। ভারতীনা মমুংদগী থোঙ হাংদোক্লগা অপূর্ব্ববু কুমথনবা ইঙ্গিত তৌরগা মশামকন্ন মহাক্কী মতুংদা কুমথরগা খোল্লেল পিক্কা হায়রকই, "ভাড়া কয়ানো?"

গাড়ীবালানা নোকফেং তৌরগা হায়রকই, "নোট এ পাই।"

মথংগী মিংকুপমক্তদা মগুক নোমহনা হায়রকই, "গুড নাইট টু ইউ।
অসি হায়রগা গাড়ী থৌহনা চুমথিংনা চংখ্রে।

ভারতীনা হংলকই, "তেৱারী লৈদনা?"

"লৈ।"

মথক্তা কাখংলগা থোঙ খিন্দুনা অপূর্ব্বনা তেৱারীবু হোঁদোকই। থোঙ হাংদোকপগা তেৱারীনা থাউমৈগী মঙালদা ইহান হান্না ভারতীবু উরকই। ওরাং অপূর্ব্ব নোংঙালমদায়দা লৈকমদা হল্লকই, ওসি হল্লক্লি অহিং মমৈদা। ভারতী লোয়নরক্লি হায়বা খঙবদা তেৱারীনা চিংথবা করিস্ব লৈক্রে; শাউবনা মশা'পুম্বা মৈ থৌরক্লে অমম্বুং বা অমতম্ব ঙাংলমদনা মহাক থুনা য়াংনা মশাগী কমুংদা চংহনা কৈজুপ চিংখংহুনা হিপখ্রে। মুপীমচা অসিবু তেৱারীনা মুংশিরম্মী। নোংমা মহাকপু শাথীবা লায়নানা শিগদোক্লবদগী কনবিখি হায়হনা খ্রীষ্টান ওইহুনম্ব মপুক্লিংদা শ্রদ্ধা লৈরম্মী। অহুবু, মুখিং খরনিগী মমাংদগী ওইরকখিবা ফিভম্না অপূর্ব্বগী মরমদা ওইখোক্লবা মথল করাগী অরাবা রাখলনা তেৱারীগী থম্মোয় থুমহংলকখি,—মহুদা মত্তনা জাত তাগত্রা হায়বসি য়ৌনা। মাং-তাকপগী অচংবা মূর্ত্তি ওসি তেৱারীগী থম্মোয়-মিংনা শং শং উবগুমথ্রে। মহাক্লা মতৌ অস্নুয়া হিপখিবা উবদা গুপ্তগী অপূর্ব্বদনা মহৌশা হৈনরকপগী মতুং ইম্না হংলকই, "থোঙ লোক্লরোইত্রা তেৱারী?"

তেৱারীগী থম্মোয় শোক্লবা ককঙাঙনবা মতৌ অহু মহাক্লা করিমত্তা উরুদে, অহুবু ভারতীনদি উই। মহাক্লা হাথু হাথু খুম্লকই, "ঐ খিংজিল্লগে।"

অপূর্ব্বনা তুম্ফম কাদা চংলকপদা ঊরে, কাংথোল মথক্তা কম অতুম কোনশংতুনা লৈরি, কম থাজ্রি। মক ওইনা, মাঙোলদা কমতুনা লপ্পীরোমদা এন্দুনা ঙাইতুনা লৈবদা ঙসি তেরায়ীনা মতম থেংজিল্লকখিবা খঙহৌদবনি, কম থাগনি হায়বা কাওবা মপুক্লিংদা নিংশিংখিদে।

অহবু মহাক্না পাউখুম পীরক্লিদৈদা ভারতীনা তকিং তকিংনা হায়রকই, "আরাম-চেয়ারদা ঙাইহাক্তা ফম্থিখো, মিনিট অমদা ঐহাক পুম্নমক লোইশিল্লগে।"

চেয়ারদা ঙাথতুনা কপ্পগা অপূর্ব্বনা অমুক কৌরকই, "ঈশিং গিলাস অমত্তা পুরকউদনা তেরারী।"

মহাকী মনাক্তা টুল মথক্তা থক্লবা ঈশিং চফু থিল্লি, অমসুং গিলাস থম্লি; কম থানা থানা মহু উংতুনা ভারতীনা হায়রকই, "তুম্লিবা মীবু অমুক হৌদোকপিরিবা করিগীনো অপূর্ব্ববাবু, ইশানা থরা হৈতুনা থকপিরো।"

অপূর্ব্বনা মখুং লামহুনা চফুহু থাঙংকে তৌবদা থম্লে; মতম অহুদা হৌগংতুনা চংশিল্লগা করিগুম্বা মওং অমদা ঈশিং হৈরগা য়াউম অমত্তদা লোইনমক থকচিল্লগা অমুক কন্নথগদবগী তৌরকপদা ভারতীনা থামতুনা হায়রকই, "অমুক মকম অহুদা কম্মুমমু, কমুংদা হেক্তা হিল্লিবরো।"

অপূর্ব্ব অতপ্পা অঙাংঙী মতৌগুম রা ঙাংদবা চংলক্লগা মমিং ঊইশিন্দুনা হিপ্লরে। ভারতীনা কাম্বল থারগা অকোইবহু নিংথিনা মেপশিনবা হোৎনরি, অপূর্ব্বনা খঙহৌদনা হায়রকই, "নহাক্তি কদায়দা তুমগদগে?"

"ঐ ?" ভারতী হাইফেং ঙকই। মরমদি, অসিগুম্বা থোৌদোক অসি অনৌবম্ নত্তে, অদুগা য়ুম অসিদা কদায়দা করি লৈবগে হায়বস্থু মহাক্না থঙদবা নত্তে। কান্নদবা রাহং অসিগী পাউগুম পীবদা মহাক্না শুপ্পগী আরাম চেয়ার অদু উৎলগা হায়রকই, "নোংঙানগদবা পুং অনিদা মঙাইরে। তুম্বিরো।"

অপূর্ব্বনা মপুং তিংথোক্লুনা মহাক্কী মথুং তাপ পায়রগা হায়রকই, "নত্তে মদুদা নত্তে, নহাক ঐগী নাক্না ফম্মু।"

"অদোমগী নাক্না?" তশেংনমক ভারতী ঙকপগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে। অপূর্ব্ব ফনা অমম্মু ওইসম্মু, অসিগুম্বা রাকমদা কৈদৌঙবস্মু মশামু থক কাউথোকচখিবা লৈতে। মতৌ অম্মম্মা লুমিং কয়ানি রাখোক-লাম্বোক কয়াদা মখোয় কা অমত্তদা অহিং লেকমিন্নখ্রবনি, অদুবু ইঙ্গং মাবা য়াবা রা অমত্তা, ইঙ্গিত অমত্তম্মু করিগুম্বা লুমিংতস্মু মহাক্কী লোনচৎ-শাজংতা ফোংদোকখিদে।

অপূর্ব্বনা হায়রকই,"য়েংউনে মখোয়না ঐগী থুং থুদেক্লিবসে। করিগীনো নহাক্না ঐনু মখোয়গী মরক্তা চিংশিল্লিবা?" মহাক্কী র লোইংশিল্লকপগী শক্রু খঙহৌদনা কপ্লিংবনা শোর ফুনগংলকই।

ভারতীনা কাঞ্জল মচি অমা হাইগংতুনা মহাক্কী মনাক্তা কপ্পরে, মহাক্না মথুংতু পায়তুনা য়েংলকই, য়ায়া কুইনা থৌরিনা চেংনা পুন্দুনা থমখিবদা মদ্মি মদ্মি মাইনা ঈ অশিবা চংলে। মমিংতগী মপী শিন্থরি, ভারতীনা ফিজিনা মপী তৈথোকপিরগা থৌনা হাপতুনা হায়রকই, "অদুবু চিংননিংঙাই লৈতে, তারেল

ঊশিং চোংহল্লগা নিংথিনা য়েংশিন্দুনা থমসি, নোংম-নিনিদা পূষ্ফ ক্ষিগনি।”

অসি হায়রগা মহাক্না হৌগংতুনা ঈরুজক্ম কাদগী গমছা অমা চোংহন্দুনা পুরক্লে, অমসুং খুনিংদগী থুংশা ফাওবা য়োমশিল্লগা খোজেল নুংশিনা হায়রকই, “ভাইহাক্না তুমথনবা হোংনবিয়ু, ঐ কোক্তা নাঙ্গগে।” অসি হায়রগা মহাক্না তপ্না তপ্না অপূর্ব্বগী কোক্তা নাল্লকই।

অপূর্ব্বনা পীরাংনা থুমহংলবা খোজেলনা হায়রকই, “হয়েং জাহাজ লৈরবদি ঐ হয়েংমক চংকদবনি।”

ভারতীনা হায়রকই, “মহু ক্ষরবনি, হংচিংমক চংপিরো। নোংমতগী মসুংদদি কত্তবা করিস্নু খোক্লোই।”

অপূর্ব্বনা ভাইহাক তুম্মিন্না লৈরগা হায়রকই, “গুরুজনগী বা তাত্রবদি অসুম্না থোকল্লি। ইমানা ঐবু হন্না হন্না থামখি।”

“ইমানা চংহন্নিংখিদবা ওইরিনিনে?”

“চংহন্নিংখিদে, চাম্মরক থামখিবনি, অহুবু ঐনা তাখিদে। মহুগী কল মসি ওইরিবসিনি, তমথীবা মীশক কয়ামরুমগী তশেংনা পুন্সিগী ওইনা য়েক্ল-তিষ্ঠং ওইরে। মহু ওইখিবহুদি ওইগ্রে, দুর্গা দুর্গা শোল্লুনা হংচিং অমুক্তং জাহাজ তোংববু কংলবদি লোইরে।” অসি হায়রগা সুংশা মপী অমা হোন্দোরকই। অহুবু মহুগা লোয়ননা অতোপ্পা মীশক অমনা মমা-মনিল নাইদনা হোন্দোরল্লিবা থম্মোর লকান্নুংদগী শাংলবা সুংশা মপী

অহূনা শরুক চামা হেন্না খম্মোয় শোকই কায়বা অহু মহাক্না খঙলুবা কাওবা ঙমদে। অহুগা নোংমা কাওবা অপূর্ব্বনা খিন্থবা পামদ্রে, দুর্গা! দুর্গা! শোন্দুনা মহাক অমুক্তং জাহাজ তোংবা কংলগা লোইরে। মহাক্না বর্মাদা লাকপা মাইকৈ পুম্নমক্কা অরেম্বা ওইগ্রে, মমুমদা হনথ্রগা লৈবাক অসিগী মী কয়াগী হু চেনবা মিংয়েংগী রাকমহু মহাক্না মপূন্সিদা অমুক কাউররোই, অহুবু মিংয়েং পুম্নমকী মরুমদা মীশক অমগী খম্মোয়-পুঙমদ্রবা মিংয়েং-বিন্দু খুদিংমক্কগী মনা-মনিল নাইদনা অমত চেন্থরি, মহাক্না রাকম অহু নোংমতম্মু নিংশিংলোই।

অপূর্ব্বনা হায়থরকই, "মুম অসিদা খোঙ থাংজিল্লকপগা নখোয়গী বাবাগা খংনখি, পোকপদগী তৌরক্রিবা জরিমানা কাওবা কোর্টতা তৌখি। মহুমক্কদগী ঐ জ্ঞান তারম্বা চুম্বনি, অহুবু ভাখিদে।"

ভারতী তুম্মিন্না লৈরকই, তুম্মিন্না অহুম লৈ। অপূর্ব্ব মশামকম্মু খিংকুপমুক তুম্মিন্না লৈরগা মহাকী আঃ ভুংয়োনা উবা মিংয়েং পন্দুনা হায়রকই, "তেৱারীনা ঐঙোন্দা হন্না হন্না চেকশিনহনখি,— বাবু, মখোয়না জাত অমনি, ঐখোয়না জাত অমনি, অহুগুম্বহু তৌবিরুম্মু। অহুবু লাইবক্তা তম্নরুবদা কনানা ককপা ঙমগদগে হায়মু? চাকরি খবকম্মু তোক্লে,— থাদা লুপা চামঙা হাৎবসি ঐগী চ.হি মতাং অসিগী মী কয়ানা কংনবগে? অহুগী মথক্তা খুং অসিবু ঐনা মীমাংদা কমদোম্না পুখোকউগদগে?"

ভারতী.মা তপ্না তপ্না হায়রকই, "নুমিৎ খম্নজিলিদা খুংকী

দাগ অসি থোকখিগনি।” মসিদগী হেন্না মহাক ঙাংথোকপা ঙমদ্রে। মকোক্তা মথুংনা নানবিরি, খুৎ অহু অমুক লেংনিংলক্লে, অমম্তুং থোইদোক্লা অচম্বা করিস্নু লৈতবা নুপাহুবু মহাক্না মপুক্লিংদা মুংশিজকুৱে খল্লুবদা মহাক মশাগী মফমদা মশানা ঈকাইজবনা শিগদোবগুমথ্রে। রাফম অসি দলগী অয়াম্বনা খঙনগ্রবদ্রি, ঙসি অপূর্বগী মথক্রায় কন্নবা হোংনক্লবদা মহাক মরাল লৈবা মীশক ওইগ্রবনি অমম্তুং সুমিত্রাগী মিংয়েংদা মহাক হন্থগ্রবনি; অহুবু থোইদোক্লা মীরেম ওইবা নুপা অসিবু হাংভুনা সন্মান ময়েং তানগদবা অদুগা ক্রে নুগদংদগী মকাক্লা মখোয়বু কল্লবনি হায়না খল্লক্কুনা হৌজিক মশাদা চাউথোকচবা কাওরকপগুম তৌই।

অপূর্বনা হায়রকই, “দাগ পাক হেক মুংলোই। মীনা হংলক্লবদি করি হায়না খুমগদগে খঙদে।” হন্দুবু তাম্বিরা মীশক্কগী পাউখুম অমত্তা ফংদ্রবদা মশা মতোমদা অমুক হায়জরকই, “থবক পুবা ঙমদে হায়না ময়ায়া খল্লগনি। মীনা ঙাংনরিবহুনি, বাঙালী মচাশিংদি বি. এ, এম, এ, পাশ তৌই হায়বদি য়াই, অহুবু অচোবা কম ফংকগা থবক পুবদি ঙমদে। ঐখোয়গী কলেজগী ইমান্নবশিংনা ঐবু থিনা ঙাংনগনি, ঐনা পাউখুম পীবা ঙম্মোই।”

“অমবু ওইরবস্নু শাজিন্দুনা থোক হেক হায়জিনবিয়ু। করে, ভুম্বিরো।” অসি হায়রগা ভারতী হোৌগংলক্লে।

“চাইহাক্কগা কোকসি প্যাররমখোদনা ভারতী!”

"ওস্রয়োই, ঐ য়াম্না চোকখরে।"

"অহুদি তোকও, তোকও। নোংঙানগদবস্থ পংকুই কুইদ্রে।"

ভারতীনা থংনবা কাদা চংলকপদা উরে, থাউমৈহু মতম অহু ফাওবা মুশি মুশি ঙাল্লি, অমস্থং তেৱারী অহুম চাদর ওপতুনা তুম্লি। মনাক্তা অতেকপঙস্রা চৌকি অমা থাম্মি, চংশিল্লক্লুনা মহুমক্তদা মহাক ফম্লে। অপূর্ব্বগী কাদা অকবা আরাম-চেয়ার অমা লৈ, অহুবু মুপাহুগী মমাংদা কা অমত্তদা অহিং লেল্লুগদবা ঙসি মঙোন্দা থোইদোক্লা হঙ্গোইনা থোক্লে। চৌকি অহুদা ঙাথরপ তৌনা ফমহুনা মপুক্লিংদা করি করি খল্লকপগে হায়বগী ওমথৈ নাইদে। মসিগী মমাংদা য়ুম অসিমক্তদা মহাক কয়ারক হল্লা থম্মোয় মৈশা লাংথ্রবনি, অহুবু ঙসিগী মতো অসিগা মহুগা চাংদম্নরুবা য়াদে। ভারতীনা অহানবদা খল্লকই, করি তৌহুনা কনাগী মপাল নাইদবা মীহুংশিনা শোয়দনা লেপ্পমুক শিরগদবদগী অপূর্ব্ববু কল্লকখিবনো হায়বা অহিং ফাঙবা লেন্দ্র-ৈঙদা অস্থক চাউবা য়াফম অসিমক মহাক্লা কাউথোকপ্রে। মহাকী চাম্ররবা মরুপ তলৱারকরগী মফমদা, দলগী মফমদা অহুগা মরু ওইনা ডাক্তর অহুগী মফমদা কয়া শাথীনা মরাল লংশিল্লখগে হায়বা য়াফম অহু ফাওবা মহাক্লা নিংশিংখিদ্রে। খবক্কী অচৌবা কম অমদি খুংকী দাগ অহুমক্লা মহাকী থম্মোয় পুম্বা থুহুম চলহন্দুনা থমগ্রে। চৌকিদা ফম্লা ফম্লা ভারতীনা উৱক্লে, মাংদা হাংহুনা লৈরিবা থোঙনাওগী অহোবদা অয়ুকী মঙাল ফাওজিল্লক্লে। মিংকুপ অহুমক্তদা হৌগংহুনা তুম্মিন্না

থোঙ হাংদোক্লে, অমস্তুং লৈখোম-লৈনাং, মওং চাদবা অহুগা হঙ্গোইনিংঙাই ওইবা মকমদা য়ু ঙাওবনা নেশা কোক্লবদা মহাক্না মমাই খুমহুনা চেল্লি, তশেংনা মতৌ অতুম্নমক মহাক থুনা মাংনা সিঁড়ি কুমথহুনা লম্বীদা থোকখ্রে।

## কুনমাথোই

মথংগী নুমিংকী নুমিৎয়ুংবা মতুংদা ৱাফম পূম্নমক থৌদোক পূম্নমক মরিক 'চুম্না তম্লগা ভারতীনা মমৈথংদা হায়রকই, "অপূর্ব্ববাবুবু অৱাংবা মীনি হায়না ঐনা নোংমতম্ সাম্না লৌথিদে, অহুম ওইনমক মহাকপু অস্তুক হস্থবা, অস্তুক তোনবা মীশক্লি হায়বা ৱাখল অসিন্থ ঐনা লৌখিদে।"

ভারতীগী কাদা কাংথোলদা ফমহুনা ডাক্তর সব্যসাচী লাইরিক অমা চেনা ফাক্লি, ভারতীদা য়েংহুনা শকফম হঞ্জিনা হায়রকই, "অহুবু ঐদি হায়দগী থঙই। মুপাহু অহুক য়ম্বা নত্রবদি নহাক্না অহু য়ৌনা নুংশিজবহু করিন্থ লৈতবা মররমগী-দমক মাঙ্গত্রা? তোক্লসি, হিংলবদি মুপীমচা, কনাবু করিনো খল্লুহুনা অরেম্বদা ৱাক্লবা খক্তনিদনা।"

চোম্জায়ননা লৈরিবা পোং-চৈশিং, মক্ক ওইনা মথাদা চাথারহুনা লৈরিবা লাইরিক ময়ামহু উবমক্তদা কা অসিদা

মসিগী মমাংদা পুলিশনা তদন্ত তৌগ্রে হায়বা খঙবা ঙম্মী। মহ পুম্নমক লোইশিন লোইশিন্না ভারতনা ঙাংলিবনি। মহাক্না মখুৎতা পায়রিবা থবক লেপ্পগা ঙকপগা তোয়ননা মমিৎ হঙ্গৎনা য়েংহনা হায়রকই, "লক্কবিরিব্রা দাদা?"

"নত্তে।"

"তশেংনমক্লি।"

ডাক্তরনা হায়রকই, "ঐগুম্বা তমথীবা মীশক, পিস্তল-পুংদোল পায়রুনা শুপ্লদগী মী হাংতুনা কোইচৎ চৎপা মহাক্নু লক্লগদ্রা?"

তারতীনা হায়রকই, "ঐদি হায়জদে নহাক মী হাংতুনা কোইচৎ চৎলি হায়না! মহ নহাক্না ঙম্মোই। অদুবু মসি করেম্লবা নত্তনা করি ওইগদগে হায়বিয়ুদনা? পুং অনি-অহুমদগী মন্থুংদা পুম্নমক কাউথোক্লুনা শুপ্নগী মখুংকী দাগ অদুগা লুপা চামঙাগী কমদমক নিংশিংই, মঙোন্দগী হেন্না তোল্লবা, মপুকচেল পীকপা মীশক্তি ঐ অমুক্তা উজদ্রি। দাদানা হায়বিখি, মসি ঐগী শুমহৎপনি। ফরে, মহ কম্নিগুম্বা ওইরবদি নহাক্না আশীর্বাদ তৌবিয়ু, শুমহৎপা অসিদগী ঐহাক পুন্সিগী ওইনা নাম্থোকপা ঙম্নবা, ঐ থবায়-হকচাং য়াওনা নহাকী লৈবাকী থবক্তা লুপশিনগনি।"

ডাক্তর খোইরুম মোমোন তৌরকপনা মাইথোং মকা লাম্লক্লে, হায়রকই, "নহাক্না হায়দোরক্লিবা বাহৈহ শুমহৎপা কোকপগী মতৌঙম্মী হায়বদা ঐ চিংনম্রে, অদুবু লুরিবদি মসিনিনে,

খোঙ্জেলদদি মহুগী মমি কাওবা তাদে। মহু ওইনিংবা ওইজরসনু, ভারতী, নহাকপু লৈবাক্কী থবক তৌহনবা— অহুবু মহু মরিক অমত্তম্ব ওইরোই। মহুদগী নহাক্কী অপূর্ব্বমক্তা হেন্নহুম কৈ। অমাং-অতোং কুপ্না বিচার তৌনা তৌনা চমখোক্লবা অমা নোংমা নখোয়না তৌরবস্থ য়াই। খোইদে'ক্লহুম মহু তৌ।"

ভারতীনা হায়রকই, "মহুগী অর্থদি ইরৈবাকপু এনা মুংশিবা ওয়োই অসিরা?"

ডাক্তরনা নোকক্নং তৌনা হায়রকই, "পরীক্ষা কয়া তৌরবদি তশেংনা কন্নিস্থ হায়বা ওমদে ইবেম্মা।"

ভারতীনা ওাইহাক নুংবংননা লৈক্লরগা খঙহৌদনা ইচং খোনা হায়রকই, "মসি এনা নত্তোন্দা ওসি হায়হৌরিবসিনি দাদা, পরীক্ষা পুমমক্তা এ মাই পাক্লনি। নহাক্কী থবক্তা অহুক হাক্লা স্বার্থ, অহুক হাক্লা নীংহম্নবা, অহুক হাক্লা তোম্বগী মকম লৈতে।"

মহাক্কী খিঙ্গংপসিদা ডাক্তর নোক্লকই, অহুগী তুংদা তৌশিন্নহুনা মরাইবক্তা খুহুন্না ওরগা হায়রকই, 'এগী লাইবকসি কয়াদা খিগ্রবা! লৈবাক হায়বগী অর্থবু অপাকপা লৈবাক মচেং অমা, তু-খোং অহুগা চীং-মান অসি ওইবা লৌরব্রা? হৌজিক্তা অপূর্ব্বগী মতাংদা পুন্সিবু অরেম্বনি খনগ্রে, বৈরাগী ওইবা পাম্লি, অহুগা মকম অহুদদি ওপ্লদগী অপূর্ব্ব লিশিং লিশিংদা নত্তে, মাগী দাদাশিংস্থ লৈরিবনি। ওঃ, মীথাপোনবা লৈবাক্কী থ্বাইদগী অচৌবা অভিশাপ্তি তৌবিমল থঙদবনি।

সেবা তৌবিরবা মখোয়মক্তা ওনখৎতুনা চিংনবা মিংয়েংনা য়েংলকনি, মথরায় কনবিরগা ওনখৎতুনা মখোয়মক্তা নহাকপু য়োংঙ্কাকপা পামগনি ! হৌন খঙদবা অহুগা হৌবিমল খঙদবনা খোঙথাং খুদিং নঙোন্দা চুমগী মচোঙুম য়ুরগনি। নোঙ্লুকপা লৈতে, মুংশিবা লৈতে, তৌবিমল খঙদে, কনানন্থু মনাক্তা কৌশিল্লোই, কনানন্থু তেংবাংবিরোই, মহু পুবা লিনগী মচোঙুম নহাকপু উবদা মীনা থৈহনা চংরক্কিগনি। লৈবাকপু মুংশিবগী মসি এখোয়গী মনানি, ভারতী, মসিদগী হেন্না দাবী তৌনিংঙোই করিগুম্বা থরা লৈরদি মহু শুপনী লাইংয়েন্ধনি। অতুক হায়রা ডমথীবা পরীক্ষাহ নহাক্তা করিগীদমক্তা তৌরুপদৌরিবনো হৈচল ? খোইদোক্লুম, আশীর্বাদ তৌবি, অপুর্বগা লোয়ংনা নহাক মুংঙাহনা পাল্লু, ঐ তশেংনা খঙই, মহাক্তী নেৎপবা, সংস্কার পুয়মক থাংঙোক্লুনা নহাক্তী মমন লোংমা মহাক্তী মমিংতা শোয়দনমক উরক্কনি।”

ভারতীগী মিৎলু নাপোম আনন্দা পীরাংনা থুমহৎলক্লে। অহুবু মিৎকুপ থরা ঢুাম্মা মরু লুকথহনা মখা য়াম্না কম্না খিংলগা হংলকই, “নহাক্তা এবু থাজবিদে হায়দুনা বহিগুম্বা মওং অমদা এবু বিদায় পীবা পাম্বিরিব্রা দাদা ?”

মহাক্তী খোইদোক্লা তোররিংবা চিংনবা লৈতবা রাহংসিগী পাউথুম অহুব পাক হেক পীকা ডাক্রবনা ওয়মদবা য়াই, নোক্লুনা হায়রকই, “নহাক্কুম্বী লক্ষ্মী চেৎনবী মুদীমচাগী মায়াদু কমদোনা তরায় তরায় কোকদগেনে ইমুংগী ইবেম্মা ? অহুবু ঙকাং

নখিংথক্লা উৱেদনা মশিগী মমুংদা লৌথুপ-লৌকোই কয়া, হিংসা কয়া, থম্মোয় শোকপা অশাউবা কয়া য়েংশিন্দুনা লৈ হায়বা। নহাকপু উবদা নহাক্তি পুন্নধক অশিগী নত্তে, মশিগী মরক্তা নহাকপু চিংশিল্লুবসি চুমদবনি। তপ্পগী মহাক্কী নকথদগী থবক লৌগদবা ঐগী নুমিৎ অমা লৈ, মহু ঐগী অরোইবা মতম ওইরক্লবা নুমিৎ অদুদা।"

ভারতীনা হন্দক্তি মমিৎতগী মপী অমুক থিংহুনা থম্বা ঙমদ্রে। অদুবু থুদক্তা মথুংনা তৈথোক্লগা হায়রকই, "নহাক মথোয়সিগী মরক্তা অমুক লৈবিক্লরগু দদা।"

মহাক্কী বা তাবদা ডাক্তর নোকথোরক্লে, হায়রকই, "অদুবু হন্দক্তি য়াম্না পঙবা মীগী মতৌগুম বা তাংলে ভারতী।"

ভারতী হঙ্গানদে, হায়রকই, "মহু থঙই, অদুবু মথোয়শিং অসি য়াম্না তমথীনা নুংশিহৈতে।"

"অদুগা ঐদি?"

"নহাকস্তু য়াম্না তমথী।"

"নুমিত্রাবুদি কয়ি ওইনা থনবগে ভারতী?"

বাহং অসি তাবদা ভারতী মক্ক লুকথক্লে। ঙীকাইবনা মহাক পাউথুম পীবা ঙমদ্রে, অদুবু পাউথুমগীদমক তক্লরকপস্তু তৌ:দ। ওাইহাক্তি মবালিমক ছুম্মিন ছুম্মিদ লৈ। কুইনা নত্তে, অদুবু ওাইহাক্কী অচিকপদুগী অহাংবা লম্বী অদুদা অঙকপনা থল্লবা নুপাদুগী মহুদগী হেম্না ওক্লবা থম্মোয়গী রহস্যনা কুপশিল্লবা তৈরোমুং কাওনা থঙহৌদনা নোংথাং কুপক্লে।

অহুবু থংনবা মিংকুপমক্তদা ভাক্তরনা থাক্ষ পুম্নমক্ক নমশিন্দুনা থমগ্রে। খঙহৌদনা অঙাংমচাদৌনা মঙক হাইহুনা সুংশিবা খোম্থাংনা হায়রকই, “অপূর্ব্ববু নঙনা য়াম্না লামনা লৌরে ভারতী। অহুক শাথীবা শিবা য়াবা থৌদৌ মহুগী ময়ক্তা লৈরমগ,ন হায়বা মহাক্না খনবা ক্ষাওবা ওয়্রমদবা য়াই। তশেং তশেংনা হায়রিবসিনি নঙোন্দা, অহুক মী মচা, অহুক তোনবা, অহুগুম্বলি মহাক কৈদৌঙৈদম্ব ওইয়োই। থবক তৌবা মীরৈবাক্তা লাকপনি, মযুমদা মমা লৈ, ময়াম্বা লৈ, মরৈবাক্তা মরুপ-মপাং লৈ, সংসারিক্তী ওইনা চাউখংহুনা তরামচাশিংগী ময়ক্তা অমা ওইবা ঙম্বা অসি মাগী আশানি। লাইরিক লৈহ, ভদ্রলোকী মচা অমা ওইনা মীখা পোনবগী ঈকাইবা মহাক্তী থম্মোয়দা ক্ষাওই। অতৈ বাঙালী মচা তরাগী মতৌঙম তশেং তশেংনমক মহাক্না লৈবাক্তী য়াইফনবা থৌনিজরিবনি। অহুনা নহাক্না লম্বীগী দাবীগী সদস্য ওইযু, লৈবাক্তী সেবা তৌ হায়বদা মহাক্না হরাওনা য়ায়ক্লিবনি। মহাক্তী বা লৌবদা কৈদৌঙৈদম্ব মঙোন্দা ক্ষত্তবা থোক্লোই হায়বা অসিমক মহাক্না চিংনবা লৈতবা থাজবিবনি। মীয়ৈবাক অসিদা অবা-মুংঙাই পুম্নমক্ত মহাক্তনা মাগী অমত্তা ঙাইয়বা পাম্বৈদি। অহুবু অহুগুম্বা নহাকমক্না খঙহৌদনা মহাকপু অশিবগী মথয়াংতা ইনশিল্লবদি মহাক্না মহু কমদৌনা খঙগদগে হায়মু?”

ভারতীনা মখিংকী পীয়াং উংন্দনবা মক্ক লুকথহুনা হায়রকই, “নহাক্না মাগীদমক অহুক হাক্না হাকন চংখিরিবা কৱিগীনো

দাদা, মহাক্তি মহুগী মস্তিক চাবা নত্তে। মাগী মচিন্দগী ওমাং ভাখিবা রা অহুগী মতুংদদি মাবু শ্রদ্ধা অমুক লৈরুবা মস্তিক চাত্রবনি।"

ডাক্তরনা নোক্তুনা হায়রকই, "মস্তিক চাদবা থবকমক অহু ওইরবদি পুন্সিদা অমদি হৌরেদনা।" অসি হায়রগা হাইকেং লেপকক ত্তৌরগা হায়রকই, "মহাক্লদি উবা ফংদে, ভারতী, অহুবু এনদি উরে। মখোয়না মাবু থোরিনা পুনবা মতম অহুদা মহাক চত্তক্লনা লৈ। মখোয়না হংই, 'নঙনা পুম্নমকসি হায়রক্ত্রা?' মহাক্লা মকোক নোমহুনা হায়, 'হোয়।' মখোয়না হায়, 'মসিগী দণ্ড— নঙবু হংপা নাই।' মহুগী পাউথুমদা মহাক্লা শুপ্নদগী কলপ কলপ হেংহুনা লৈ। মাগী তপণ্ড তপণ্ডবা মিংরেংহুনা বনাবু থিরিনমো হায়বা ঐ হংই। অহুননি মহাকপু লৌহল্লুনবা মী থারকখিবহু সুপীমচা। মৈক্তিক নহাক্লা মাবু কনা হায়নিংবমথৈ হায়হুনম্নু ভারতী, চৈথেং অহু ওসি কাওবা অপুক্সদা কোক্লমগনি নিংদে।"

ভারতীনা মশা অমুক কাখজবা ওমত্রে, মপী অর-র শিন্নুনা কপথোক্লগা হায়রকই, "করিগীনো ঐঙোন্দা অসিগুম্বা রা ভাহনবিরিবা দাদা? নঙোন্দগী হেন্না কনাগীম্নু চিংমনিংঙাই ওইবা নত্তে, মাগী শাজংতা থ্বাইদগী থুদো গীবা নঙোন্দগী হেন্না কনাগীম্নু তাগদবা নত্তে। অহু ওইরবা কাওবা শুপ্নগী এগী মাই হেংবিহুনা মাবু করমবা হেংনবিরুবদা ইমুংদম্নু মপালনম্নু নহাক্কী য়েক্লবা পোঁকপ্রবনি।"

"হৌয়। অদু ওইরে!"

"অদুদি কবিরাজ বাবু কন্দিকরিবনো হায়রিবু?"

"অপূর্ববু হায়বিত্রা? নত্তে নত্তে। এনা কন্দিবদি ইংলণ্ডকী মমল মাইকনা লৈহৌরম অদুমুনি। নখোয়গী মঙ্গোলয় ইচম চম্বা খুপা-স্তুগী অতিগী পান্দম মাংনা শাবুক্লিবা পোংশক অদুগী মমল লৈরবোইরনে; ত্রৈক্রগী মখোঙশা শায়মচংকী মখুংতা মদু মাংহনবিমনবা শিক্লত্রা? —তুমগী অসিংতগা ভারতী, তুমগী অসিদা। মদু নংনমত্রবদি এখোয়গী ইকমদু মীওইবগী থবাবগী মমল লৈতবে? মদিক অমত্তম্ব লৈতে ঙ্" অসি হায়রগা ডাক্তর হাঃ হাঃ নোক্লকই।

ভারতীনা মপী তৈথোক লৈথোক্লা হায়রকই, "কবিগী নোক্লি-বনো দাদা, নহাকী মীনোক উৎদা এ দুমাং কায়রকই। এন্না অঙ্গম্বা পায়কই মদুদি, নহাকপু থিজিনা পুনশিন্দুনা উন্ম-স্বামং অমদা পুন্সি চুপ্পা লোংতুনা থম্মুবা। নহাকপু কারণা কাঁসি তৌপ-নৌথিবা মখোয় অমনা নহাকী মমল শঙত্রা? জগৎকী মাংনমবা মখোয়না কদি তৌদ্রিবদে হায়বা মখোয়মা থঙবা চত্রা? ইরৈবাকী মীনা নঙোন্দা তাকু, ই থকপা,—হায়দবা বা কার লৈরি! অদুবু এইনা খঙি, থম্মোয়দা অন্দক হাক্লা মুংশিইবা, চানথিইবগী পুকচেল চেনবা নহাক কদমোনা মতিগী মরুপা ওঁনো থিবনো হায়বা।"

হন্দক্তি ডাক্তর অহোল্লা মাইবেদা লৈখোরগা হেংদুনা লৈরে, পাক হেক পাউখুম পীবা ঙমত্রে। অদুগী মতুংদা

মথাই ওনশিল্লকপা নোক্লবা হোৎলরকই, অদুবু হৌজিক মনীংতবা নিংখিবা মীনোক অদু মাইথোংদা উবা ফংদ্রে। মা চাংলকই, অদুবু অচবা থোক্লেস অদুদা কদায়দগীনো মথক থওবা পোৎলুম অমা লন্থরে, হায়রকই, "তখীবনা করিগুম্বা কৌরি,— করে তোক্লসি বা অদি। নতোঙ্গা বাখী অমা তমগে। 'নীলকান্ত যোগী কৌবা মহারাষ্ট্র মচা অমা নহাক্না মথক উহৌদে, অদুবু মহাকপু উবদা মাবু হেক্তা নিংশিংলকই। লমীদা অশিবা থাংহুনা পূবা উবদা মাগী মমিংতগী মপী হেক্তা শিদ্রে। লোংমা অহিংদা কলম্বোগী পার্ক অমদা ঐথোয় অনি শন্নল কামশিন্দুনা আশ্রয় লৌই। উংথাওগী বেঞ্চ অমদা তুম্বা চংলুবদা অতোপ্পা মুপা অমা তুম্লবা থেংনৈ। ঐথোয়গী থোক্লেন তাবদা মহাক্না ঊশিং ঊশিং হায়রকই, মাইকৈ মমিদগী পাথীনা নমখীবা মক্কম লাকই, —মৈথেং থেংহুনা মাগী মথক থেংনুবম কদা থওল্লমী, কোলেবা তৌরে হায়বা। নীলকান্তনা চংশিন্দুনা অমাবা লেখা তৌই। অাইকেং তাইরক্লে, ঐনা হায়রম্বা, 'যোগী, সন্ন্যাসী অমম্বা মরক্তা উপায় অমা তৌহুনা চৌকিদার উহন্দনা বাগান অসিদা লৈবা যাই, অদুবু অয়ুক্তদি মহু যারোই। বারেটকী অপাখীনি ঐথোয়দি,— মাদি পোৎলমনা শিপরবা লৈক্রে ঐথোয়ম্বু যাসা লোয়নন্না শিহুনা তোক্লনিবে। চংলসি, মাহোৎকনৌবসি!' নীলকান্ত কপ্পিং কপ্পিং তৌরকই, হায়রকই, 'ফিতম অদিদা কমদৌনা হন্দোক্লুনা চংকদগে তাই,— মহুগী শকক্‌পুদি থোইদোক্লহন নহাক চংগ্রো, ঐ লৈদ্রৌরগে।' ঐনা কম্বা তক্লবমী, অদুবু যোগীবু ঐনা মতি লেংহনবা ঙমখিদে।"

য়াহং অসি তাবদা ডাক্তর ভাইহাক ফুম্জিল্লা লৈ। পাউখুম পীবদা মহাক খঙ্গামদোই লিংই। অদুগী মতুংদা থরখথে য়াখল অমদা ভারতীগী মতৌগুম তপ্না তপ্না হায়রকই, “কথাম্না থওগনি এগী অথোইবা দরকারমতুগী ফুখিং লাকখিবত্রা! অদুবু, তোক্লসি ভারতী, মসি নহাক খঙনিংলুবনু। মদুগী শক্তমদু নহাক্কা কক্লবা তৌরবা কাওবা থাংতম্লোই, ঈথুংগী ইন্দনা।”

ভারতীনা ইঙ্গিত অসি খঙবা ঙম্লদুনা থম্মোয় তমিন্নকই, হায়রকই, “মসি মতুনা অতৈ লম্বী লৈরব্রা?”

“লৈরে।”

মহাক্কী মচিন্দগী চিংথবা লৈতবা চেনা থন্দবা পাউখুম তাবদা ভারতী তৌকন খঙখিরে, অদুবু অকী-ফুজুংলবা ‘লৈরে’ হায়রখিনা মহাকপু তশেংনমক থাজবা ঙমহল্লে। মপুক্কিং লাংতক্লদুনা হায়রকই, “মসি মতুনা অতোপ্পা লম্বী লৈতনা মতুম্দি কৈদৌঙৈদনু ওইবা থক য়ারোই দাদা।”

ডাক্তরনা মোমোন তৌনা হায়রকই, “সত্তে, করম্না লৈমনি! ইশাবু লৌনমতনবা লম্বী য় য়্যা লৈ. ভারতী, অদুবু অদুদা চৌনলবা লম্বীদি অতোপ্পা অমমুক লৈরে।”

ভারতীনা য়াজবা ঙমত্রে। ঈংনা, খোঙেল শিঙ্গা হায়রকই, “দাদা, নহাক্তি মপাল লাইদবা জানীনি। পাম্বম অসিমতুং থম্লগা নহাক্কা পৃথিবী কোইখিত্রা, নহাক্কা খঙদ-ঙমবা বজিনু লৈবা নত্তে। নহাক্কী মতৌগুম অমুক য়াংবা মীদি এ কৈদৌঙৈ-দনু অমুক্তা উখিদ্রে। নহাক্কী সেবা তৌদুনদা ইপুক্কি চুপ্পা

য়াবিংদবা লৈখিদে, অদুবু ঈশ্বরগী মকতবা ভক্তনা অমুম্না থৌনিজরি. অদুক হাক্লা য়েংখিবনা নহাকী থম্মোয় মপুং ফানা খুদুম চন্নুনা তশেংনা থমখিদনবা। দাদা, অদু ওইরবসু ঐহাক্তি নখোয়গীনি।"

ডাক্তরনা নোকনি নোকনি হায়রকই, "থোয় ঐ থত্তই, নহাক্তি ঐখোয়গীমক্তি।"

"অদু ওইরবদি লম্বী অদি থাদোকপিনু।"

ডাক্তরনা চক্কুনা হায়রকই, "কমশা লম্বী !"

"মিয়ামশিংগী মুংশি লৈত্তবা লম্বী অসি।"

"কদিগী থাদোকত্ত হায়রিবনো ?"

ভারতীনা হায়রকই, "মহাকপু শিহনবিবা ঐ ঙম্মোই। মুখিজ্ঞানদি চমথদি, ঐদি ঙম্মোই। ভারতকী মীংতলা ঐখোয় পাম্মী— অমকপা লৈতনা, চিংনবা লৈতনা, পুকচেল শেংনা পাম্মী। অশোয়বা, লৈহৎশিল্লবা, চম্না কেন্নবা ভারতবাসীগী চাকথা চিজ্জাক, শেংনবা কি পাম্মী। মী ওইনা পোকপগী মীওইবগী থাইনগী অপাম্বা স্বাধীনতাগী মুংচাইবা শক্কক থুংবা পাম্মী। ঈশ্বরগী ওইবা অদুক চাত্তবা অচুম্বনি ভাইবংদা থম্মোক্লবা অকী-মুজুংনবা লম্বী অসি মত্তদা অতোম্বা কঙ্গিঙ্গবা অমত্তা লৈৱে হায়বদি ঐনা কবিত্তবা মওংদসু থজবা ঙমদে। পৃথিবী কোইকরগা মহাক্না ঙমগী লম্বী অসিদমক থত্তলপা লাক্লে, লৈশেংবা মুখিতগী স্বাধীনতাগী তীর্থযাত্রী লিশিং লিশিংনা থোকনথ অমত্তদা হয়া হয়া চংখিবা লম্বীগী খুদোমদমক মহাক্না

পেংবা উবিবি, অদুবু পৃথিবীদা লৈরিবা মীওইবগী থাইবগী যাইফবা যাবস, মাগী মপাম লাইদবা বুদ্ধিগী ঈদেল অদুমক চেনরক্রা মহুদি, ঈগী নৈই অসি নত্তনা অতেংগা করিগুম্বা লম্বী অমত্তা করিগুবা দুবিত্তম্দু গীওইবনা উবা ফংলোইজ্রা? অসিগুম্বা অককুবা মিরমদি করিগুম্বা মওংদম্দু অচুবা ওইবা য়াগোই। দাদা, মীওইবগী ওইবা গুণ চেনবদা অচুক হাক্লা মপুংফাবদি মহাক মত্তনা অতৈ কদায়দম্দু ঐ উবিম্লি— থিংলাগী হন্না হন্না চৎনরম্লিবা লম্বী অসিদা মহাক অমুক চৎশিন্দু। থোঙ ফাওবা থিংলম্বা য়াই, অদুনা নহাক্লা ঐখোয়গীদমক্তা হাংদোকশিনু— জগৎ অসিদা লৈরিবা থিক্কপু ফংশিনপা লোয়নবা ঐখোয় মহাকী দুং ইন্দুনা চৎচগে।"

ডাক্তর মাইথোং মক্লা লোকখেৎ তোহনা থৌগৎলক্লে। অদুগী মতুংদা ডাক্তগী মকোক্তা মথুং থম্লগা অমিবক তপ্লা তপ্লা পারশিন্নপা হায়রকই, "ঐগী মতম লৈত্রে ইচল, ঐ চৎলগে।"

"করিগুবা পাউথুম অমত্তা পীথিরম্লোইজ্রা, দাদা?"

মহুগী পাওথুমদা ডাক্তরনা অস্তুম্না হায়রকই, "ঈশ্বরনা মহাকপু যাইফহনবিবা ওইসনু।" অসি হায়রম্লগা তপ্লা তপ্লা চৎলমমা লৌতারে।

# ফুম্নিথোই

ঈশিং লখৌদা মেক্রুবগী অহাঙ-লখৌ খিংঙমবগী শান্দমদা ফুরেন মপান্দা মরুগী অরোইবা মতাংদা লৈবাক্তী লিক্প তোবা লাঁমদম অমা লৈ, মকমদিদা লিপাহি-লম্ভী থোইনা লৈরে, ওপ্রগী ব্যাটরি চলাইমবশীংদগী পোত্রা-কাবাক থরা ব্যাপারা লৈ। ইংরাজগী ইরাং লৈতবা শাহিবী মতমদা খোইখোক্লা চেকশিন্না ডাক-লেনবা মকম অনিদা লৈরে। অখিংবা লৈ, তাব তাদবা কনাগুম্বা লখৌ চংশবা মচুগী পীবাদা মথুংবা চংলুবদি তাপ্নি তাদোকই, অদুবু মচুথরুনি। মশিগী থচি অমদা উবাদা নুংশা চনবা যাটকুবা অমা লৈ, কনাগুম্বা অচৌবা রাজকর্ম্মচারী লাকপগী থৌরম অমদা মশি চনখিবা ওইরম্বা যাই, অদুবু হৌজিক মশিগী চমকবশু লৈরে, লথকাবশু লৈরে। তাংবতী মরক মরক্তা মতোমদা লাক্পা মকম অনিদা থম্লে। লাকবম ডাক-লেনবগী খৌ পুরিবা মথোর কনাবশু উবে হায়বশু মরে, খোইদোক্ত ফুংশীনি অমশু অম্র-মহিলাশি থাবহুমবক মখোয়মা থানিংদবা উংতবা ওইরম্লা যাই। হৌজিকমক ফুনিং তংখিশদৌরমারে, অদুবু পুখম মমশদবদি মতম থরা যাংলি। ফু রনগী শরুক থয়া অদুগা থাংব-থাংবদা থৌরিবা উদ্ধাশিংগী মতোলদা তারগদাবগী তাম্রানবা মণ্ডলমা লৈরি, উংচক সঙ্ক লঙ্গু সে.মদগী অসোবদা পাইখ্রি, কাকী অমুবা মকচাংদা,

উৰোক্নী অতৌবা মপাদা, লম-খুমুগী লাংবা চৌকননা বাওথাংলমা মপা অপুম্বদা অভিয়াগী থাড্রানবা মতালপা তীমহূনা খুদক্কা মখোয়বু করিগুম্বা মপক থক্তবা লৈবাক অমগী তীব ওইহনবগুম তৌই। মখোয়গী মমীংতম্বা খোঙচৎ মতুং ইন্না তারতীনা মখিং কুপ্তুবমখৈ লেংহূনা লৈ। কমানা থঙগনি, কদায়দা লৈয়বগদগে মখোয়গী মহুম, অছুবু থঙ্গমগ্রবা শিচিং অহু কমানম্ম পাংখোক্তুনা চংলমবা উপায় লৈরোই। বা অসি খল্লুবদা মহাক্না নিংলু মাপোম অনিমক পীরাংনা থুমহংমক্লে। মখুংনা তৈখোক্লপা লেংলকই, লাপ্পা উজোল-রাজোলশিংদা তারবা লমা অহিংবা মচুম্ব শামথরক্লে অমমুং মথক্তা উরাওশিংনা থম্বগী তুরেল খোংপুংদা তাবিবা মখিদা ঈশিং মুশিন মুনা উক্লে, অছুপা মহুগী মরক্তা অমমবা শাংলবা মরৈ তরহূনা মাংদা লৈরিবা মতাল পুম্নমক মখোল খোক্তনাক লোংশিল্লক্লে।

থক্তরোননা তুরেলগী লেং থংবা তৌরৈনগী অপিকপা শম্পান হি অমা মাংদা চংশিল্লক্লে। হিহূদা ফিরোই নম্বা কনাম্বু তোংলে। মহাক চট্টগ্রামগী মুসলমানি। তারতীগী মাইখোংদা তাইহাক লেংহূনা লৈরগা মখোয়গী চট্টগ্রামগী তাংনরোলদা মুসলমানগী লোম্পাদা বাঙলাদা হায়রকই, "হৈবেম্মা, বাংমা লানপরোরিবা? পৈশা খরিদং পীরগদি লাম্নবিগে।"

তারতীনা মখুং হাইহূনা হায়রকই, "বন্তে, ঐ বাংমা লাক্লোই।"

হিরোইনা হায়রকই, "করে, পৈসা অসিদং পীরো, চংসি।"

ভারতীনা হায়রকই, "মন্তে, বাপু নত্ত চংলো। ঐগী যুম যোম বাংমদনি, অসোম বাংমদা চংলুরবা ঐগী দরকার লৈতে।"

হিরোই চংখিদে, নোকখেং তোহুনা হায়রকই, "পৈসা পীরোই হায়রবস্থু পীরম্থু, চংসি, অসিবাই কাওবা কোইরুসি।" অসি হায়রগা মহাক্না ঘাটকী মচি অমদা হি খাঙ্গদবগী তৌরক্লে।

ভারতী কীরক্লে। উরক-বারক্লি মকমদু মশী অমস্থুং চিকই। মতম কুইনা লৈবাক অসিদা লৈরক্লবনা মখোয়গী লোন ভাংখোকপমক ওমরবস্থু ভারতীনা যুম্না খঙই। অহুগা অসিস্থু খঙই, চট্টগ্রামগী মুসলমান হিরোই কাংবু খোইদোক্না তমথী। থুনা কুক হৌগৎলগা শাউরংবনা হায়রকই, "নত্ত চংগ্রো। হায়রিবসিনি মকমলিদগী, নত্রবদি পুলিশ কৌগনি।"

মহাকী খোঙেল য়াকপা অহুগা মিংয়েং খাবা অহুনা ওইরম্লে চট্টগ্রামগী মুসলমান্দু বন্দকি কৌহনা ছুপ্মিন লৈরম্লে। ভারতীনা লৈহনা য়েংলকই, মপাহু চাউরাক্না চদি য়াখৈ হেক্লম-লগনি, অহুমু পামজবদি থাগ্নি। কিস্নেৎতা উরি-উমা-লৈ-তিখং য়োং নম্বা লুঙ্গি, অহুমু খাউ চুবা অহুগা যোৎপনা শালাক শাৰে। মশাদা মমল য়াম্লবা মিলিটারি ফ্রোক-কোট অয়ংবনা মপান চেনবা লিংলি, অহুমু যোৎপনা কুমফু শাৰে, কিমন য়োনবা দুকান অমদগী লৈবা যাগ্নি। মকোক্তা কালিগী শেপ্‌'যবা টুপি উপ্লি, লাইবক কাওবা চিংখৈ। মুক্তি অহুদা শাউরংবগা মিংযেংনা

মে'হুনা খিংকুপ থরা লৈরগা ভারতীনা হায়রকই, "দাদা, শক লোংকে হায়রবসু লোংচৌ, অহুবু খোজেল ওন্থোক্লুনা মুসলমান ওয়বা।"

হিরোইনা হায়রকই, "চংকত্রা মত্রগা পুলিশ বৌপত্রা ?"

ভারতীনা হায়রকই, "পুলিশ কোয়নুনা মহাকপু কাহনবা চুপ্পনি। অপূর্ব্ববাবুগী অপ'রয় কৈপৌবা অমুক মপুং কাহন্দনি !"

হিরোইনা হায়রকই, "মাগী বাখক ভমগনি ! ঈবৈ খোইমা কপ্রে, বৈজ্ঞিক যুবক অনি চংখিগদৌরিবনি।"

ভারতী হিদা কাথংলক্লবদা ইথোক্লগা ডাক্তরনা নৈ-শিংবা কিরে'ইগী মতৌগুম যাংব' হোক্লকই। মথুং অদি চংহুনা হি হোনবা মাগী থৈনবাগুম্মী। হায়রকই, "দাদা জাহাজ চংখিবা ঊহৌত্রা ?"

ভারতীনা হায়রকই, "হোয়।"

ডাক্তরনা হায়রকই, "অপূর্ব্ব মাইকৈ সোমথংবদা ফাস্ট ক্লাসকী ডেক্কা লেপ্লদু উবা ফংহৌত্রা ?"

ভারতীনা মচক হাইদুনা হায়রকই, "ঊহৌদে।"

ডাক্তরনা হায়রকই, "মাগী নৈকমদা মত্রগা ওফিসতা চংলুনবা ঐগী উপায় লৈরমদে, অদুনা জেটিগী মচি অমদা শাম্পান হি পুনশিল্লগা লেপতুনা লৈরম্মী। থুং থাঙ্গংদুনা মলাম তৌরুথমক্লদা—"

ভারতীনা মপুক্লিং লাংতক্লনা হায়রকই, "কনাগীদমক্তা করিগীদমক্তা অদুক শাথীনা ভমথীবা থবক তৌখিকখিবনো দাদা ? নহাক্কী থবামদু ভপেংনা অচাংবী শামপোংলা ?"

ডাক্তরনা মতক হাইদুনা হায়রকই, "মত্তে, তপ্পং মত্তে। অদুদি ওইরগা চংজুদিবা কমিগীদমক্তসো থত্তরা? অশেংবা মতুংলাংগীদমক নহাক্না মকম অসিদা কমদুনা লৈবক্সিবা অদুগী-দমক্তনি, ইচল।"

ভারতীনা থোক্লেন থোক্না কপ্পিংলকপা থিংবা ঙমত্রে। কপথোক্লগা হায়রকই, "কৈদৌঙৈদম্মু মত্তে। সিদা ঐ চুম্না 'স্বম লাকপনি— তোইবা লাকই। কনাগী মতুংলাংগীদমক ঐ কৈদৌঙৈদম্মু সিদা লাক্কে। নহাকপু শক থত্তবা ঙমখিত্রা?"

ডাক্তরনা মোক্তনা হায়রকই, "ঙমখিদে, তপত্তম ঙমখিদে। খিত্তা অসি ঐনা হায়া সিংখিনা তত্তরকপনি,— তোপ-চুং অসিদু কাবা অরাবরা থবক নত্তে, অদুবু অপূর্ব্ববাবুনা ঐবু শক থত্তখিবা ঐ মায়া পায়রগী। অদুবু অদুক চিনমদুনা মদুগী মতম্মু কদায়দগী লৈরগদগে?"

ভারতীনা লুকচাদনা য়েংদুনা লৈ, থোইদোক্না চুংজক-চুংজানবা মাইথোংদু উবদা ডাক্তর ভাইনাক্তি চত্তরে।

ভারতীনা হংলকই, "অদুগী মতুংদা কমদৌবগে?"

ডাক্তরনা হায়রকই, "থোইদোকপা করিম্মু তৌদে।"

ভারতীনা কন্না হোৎনদুনা নোকপেং তৌরগা হায়রকই, "থোইদোকপা করিম্মু থোকহিদবদু ঐগী লাইমক কনদনি। শক থত্তবা তম্লগা থোক্লবদি নহাকপু কাংনখিরমগদবনি, ঐকাইবা নংবা অদুদগী মাল্লোক্লবগীদমক্তা ঐহাক আত্মাঘাত তৌরমগদবনি। থবক তোকচখিসম্মু, অদুবু থরাদি হিংলে।" অসি হায়রগা অহাক্না লাপ্না হাংদদা মিৎয়েং থমদুনা নুংশা মগী য়োক্লকই।

ও'রুম চুপ্সিন্না হি হোৎনা। অমহাক চুপ্সিন লৈরগা ভারতীনা মমাই লোনথংলক্লগা হায়রকই, "করি থনবিরিবনো দাদা ?"

"হায়বুদনা য়েংসি !"

"হায়থুনা ? মহাক্না থদি ভারতী হায়রা চুপীমচা অসিনা ঐহোৎনবী হেন্না মীনক থৎপা হেল্লি। মপাগী মথথায় হিংমনবা লোংনবদা কনাগুম্বা লাইহিক-ল্যাইথু হৈবা মীদুম্ অহূক হাক্লা হোনবা থবক তৌবা ওয়ি,— উকাইবা লৈবতে, তৌবিমল থৎলে, দয়া-মায়া লৈতে,— পাঙ্ক পীরক্তে, পাঙ্ক পীবুক্না, অমুকন্থ হোৎনদে,— অকীবনা থুমহংথুনা তংশেংনা শাওমু চেনখ্রি, হায়বু অসি ঐদি থম্মুবা কাওবা ওয়দে, অদুবু ভারতীবা তংশেংনা মপাম্বু মচায় লৈব্রবীনি হায়না লৌজধি। তংশেংনা মসি নত্রা! শেংনা হায়বিয়ু।"

ডাক্তরনা মমাই লৈথোক্লগা পাউথুম পীদনা হি হোৎলকই. কয়িমত্তা ওয়াংদে।

"ঐহোৎনা অমুক্তমি য়েংলকউদসা, দাদা।"

ডাক্তরনা লৈশিন্দুনা য়েংলকপমক্তদা ভারতীগী চিনবান থক-থা থক থক নিক্লক্লে, হায়রকই, "মী ওইনা পোক্লগা মীওইবগী গুণ অমত্তা চেন্খ্রিবসি মত্তো কমদোনবো দাদা ?" অসি হায়রগা মহাক্না ময়া কনা চিকশিন্দুনা চিবান নিকপচু থিংলকই, অদুবু খিংনু নাপোম অনিদগী মপী অম-অম শিন্দুরক্লে।

"করবা মতমদা ঐবু ঐগী নৈকমব "মমবিগমদগে ?"

"থিমগদবা ? ঙসি অহিংগী মপুংদা থিনবা ঙমজবদি হয়েং অমুক চংখো।"

ভারতীনা মতক হাইহনা হায়রকই, "নত্তে মামা. মচু ময়েং। মহাক্না ঐবু পুথিরকপা মকম অহুদা থিমথিবো।"

"অহুবু ঐগী বা মামা নৈনে ভারতী!"

ভারতীনা কপিগী থাউমুম পীদে, অহুম মতক হাইহনা মানিংদবা উংহনা হায়রকই, "নত্তে, ঐবু থিঁজোকপিবো।"

"অহুবু করিগীদমক্তনো ভারতী? ঐহাকপু মহাক্না থাজদব্রা ?"

ভারতী মাইথোং নুকচারবা থাউমুম পীতবদনা নৈরে।

ডাক্তরনা হায়রকই, "অসিগুম্বা অহিং কয়া নহাক নত্তোমদা অপুম্বগা অহিং লেনখিনজবিবনি, মহাকপু ঐচোক্নগী হেয়া কাওবা মহাক্না থাজবা মীপক্রা ?"

ভারতী অহুম চঙক্লনা নৈ, খোয়ম্ হায়দে মাইম্ হায়দে। খোঙলমগী মকম অসি মঙ্গা অহুক থুই। ভোক্কান অনিদগী হায়থরকপা উপানা মরক মমকা মথোয়গী মশাদা লেংই। সোমদা তুরেলগী ইরৈনা হিয়াই মাইকৈ ওইনা চিংশিনবা হৌরক্লে— ডাক্তরনা থাউমৈ লৌথোকলা চুপংলগা মমাংদা থম্লে, অহুগা লৌ থমহনা মাপাং মচা অমনা ইহোক ইহোক্লা হায়রকই, "ওদি মহাকপু ঐনা পুথিবা মকম অহু ভারতী. মংলামগী কথাবচ্ মহাকপু মকম অহুদগী করবা

ভয়োই। অদুবু ঐগী পুক্নিংগী রা মহাক্না থজবা করিগ্নু অমুক নৈরবিরোইনে?" অসি হায়রগা মহাক্না নম্ফুনা হ্যাঃ হাঃ হাঃ নোক্লকই। অমসুং মহাক্কী মাইথোংগী কিডম উবা ফংদে, অদুবু মহাক্না নোকপগী মথোলদা কনানসু থজহোদনা সুংদগী ভারতীদা চৈথেং পীরকপগুম ওোই। মমাই নোনথংলগা চিংনবা খোজেলনা হায়রকই, "নহাক্কী পুক্নিং থজবা ওমলুনবা মুখি অদুক হাক্না ঐগী লেত্তে। অদুবু, নহাক্কী লমচংগি ঐ থজই। ঐ ইঁতোমদা নৈবা চুমদে হায়দুনমক রা অহু ঙাংনরিবনি দাদা, ঐবু নহাক্না থাকপিয়ু।"

ডাক্তরনা থাইহাক নুংবংদুনা লৈরগা ইচম চম্না অঙৈংবা খোজেলনা হায়রকই, "ভারতী, নহাকপু থাদোক্লনা চৎকদবা হুংথাইতে। নহাক্কি ঐগী ইচলনি, ঐগী ইচেনি, ঐগী ইমানি,— থাজবা অসি নত্তোন্দা লৈরমদ্রবদি লম্নী অসিদা ঐ লাক্লমোইদবনি। অদুবু নহাক্কী মমল লেপ্পা ওমগদবা সংসার অসিদা ঐহাক নতুনা অতৈ কনাসু লৈতে। মসিগী চামা 'থোকপগী শকল অমত্তসু অপূর্বনা করিগুম্বা নুমিৎতা থজবা ওম্লরবদি মাগী পুন্সি মথৈ য়ানগদবনি। ইচল, সংসার মপুংদা নহাক হনশ্রো,— ঐখোয়গী ইরুক্তা নহাক অমুক লৈরগনু। ওম্লদগী নহাক্কী রুমল হায়নবগী দমক ওসি অপূর্বগা উরবা চৎলুবনি।"

ভারতী ভুম্মিন্না লৈ। ওসি রা অমত্তসু হায়রমদনা অপূর্ব চৎখ্রে। থবক তৌবা বর্মাদা লাক্লমনি, মরক অসিদা মুখিং থয়নিনং শকথজনখিবনি।

ইহাক ব্রাহ্মণ মচানি, ধর্ম্ম অমদি হিন্দুগী আচারদা মহাক্না মপ ল মাইদনা থাজবা নৈ, থাগী মরৈবাক নৈ, সমাজ নৈ, ইংখোল নৈ, ইমুং-মনুং মরি-মতা কয়া লৈরমগনি! অদুগা ভারতীদি শোক্ক-পয়বা য়াদবী ক্রীশ্চান নিংতোলনি! মরৈবাক লৈতে, মমুম লৈতে, মমা-মপা লৈতে, মশাগীনি থাজবা কনায়দস্থ কনাম্থ লৈতে। পরিচয় অসি করিগুম্বা মপুংফানা থহলম্বা খোক্লবদি থাকংনিংঙাই করি লৈখিপান! ভারতীনা মতৌ অচুম্বা অহুম চপ মুংনা কুমহুনা লৈ, ক্বগী অমহদা মরিং অমিদগী অতং-অথম লৈতনা মগী অঙ-র শিক্লরি।

খোইনা লাঙনা উরক-থারক্লা ইচম চথা মতাম থদং উবা কংলক্লে। ডাক্তরনা মঙ উংচুনা হায়রকই "মুসি ঐগী লৈকয়ি। তোরৈ অসি হেক লাংলোকপগা মসিগী কোংলোংমক্কদা কাথংলুপদোম্রিবনি। ঐ মায়া কি ভইরগী, কমদৌনুমদো মায়াদা থুরুরে, ভারতী, মহাক্তীদমক্তনি ঐনা থারিবসে। করিগুম্বা থুদোংচাবা আশ্রয় অমা মহাক্তী কংলে হায়বা আনবক্লুং করিগুম্বা ঐনা চুংশিন্নৈগী মথাংদা উথবা খোক্লবদি—"

ভারতীনা মকি কিজিনা মগী তৈথোক্লে। হায়রকই, "ঐদি মুংচাইনা লৈরি দায়া।"

ডাক্তরগী মচিন্দগী শাংলবা মুংশা মগী অমা থোঙ্গোন্নুকই। পোংশক অসি অদুক্কী মচিক মুয়ৌ থাংই মুহুদি, ভারতীগী নাকোংদা শিংথারা থৈরুমক্কে। ডাক্তরনা মথাঙাল্লা হায়রুকই, "কনায়দা মুংচাইরিবনোয়ে ইবুংগী ইথেম্না? ঐগী য়ীলা মহাক্

নহুমদা লৈরোদে হায়রে। জেটীগী মথক্তা কদায়দনো মকম অমদা মহাক্তা উরবা কনফি খল্লমী, উরবা কংথিদে হায়বা তাই. অহুমু মতম অহুমক্তদা তপে'না খল্লকখি, ডুবেল অসিগী মপালদা কদায়দনো অমদদি মহাকা থেংনগনি। মরাইমক থিবহুনা নহাকী হৃদয়-ভুংঙাইবদমক তুপ্পগী ছহুনা চেনখিবা মতে, ভারতী, নহাকা থৌনা-লীংজেল অহুম্ব মাংহল্লম্লগা চংক্লে।"

মা অসিগী অর্থ মপুংফানা খঙবা ঙমদ্রহুনা ভারতী ডুম্বিরা লৈরক্লে। ডাক্তরনা হায়রকই, "নুমিৎ অহুগী অহিংদা চিংনবা লৈতবা ঐগী কমুং থারম্লগা মহাক কম্মাংদা ডুম্মে। নহাক্তা মোক্তনা হায়খি, 'দাদা, নহাকপু মীতোপ্লনে ঐনা ঐকাইবা মম্লগা কীগদৌরিবদি? ডুম্বিরো।' অহুমু ঙসিদি নহাকী থৌনা অহু অমুক লক্লে। থোইদোক্তা থাজবা মাবা • ও অপুর্বমু, অহুম ওইনমক মহাক ননাক্তা লৈ হায়রুনা ঙরাং কাওবা নঙগী চিংনবা অদি লৈরবদবা ওইরম্বা য়াই। অঙকপদি অসিনি, নহাকী মতৌঙুগী দুপীমচা কাওবগী নীংতম্বমু মাগী মতৌঙুবা পাংদবা মীশক্তা কয়াদা লায়বা মাংহল্লম্লগা চংখিবা ঙম্লিবসিনি।"

ভারতীনা থোজেল পিক্তা হায়রকই, "অহুমু উপায় কদি লৈ দাদা?"

ডাক্তরনা হায়রকই, "উপায় লৈরবদবসু য়াই। অহুমু ঐনা খল্লিবদি ইহল, নহাকী লমচংতা চিংনবিবিনিংঙাই কনাম্ব লৈক্লে হায়রুনা নশাগী মপুক্তিংদা কল্লিঙবা মতম ধুহিংমক্তা

নপাবু চিংনখড়্না লৈরবদি নহাক কমদোনা হিঙ্গদগে? মক্তৌ অসুম্মদি কনাগীসু যথরায় হিংবা যারোই তাবরতী।"

মক্তৌ অসুম তোঙ্মা তাবতো মপানা মপাবু নৈনহনা লেংখিদে। মহূগী মতম্বু কদায়দগী লৈগনি! মহাক্কী শ্রদ্ধা অমসুং ওকপগী ওয়েথ লৈখিত্রে, অহুথু মহাক হক্রুনা লৈ।

তাক্কনা হায়রকই, "ঐ অস্তোপ্পা দুগীমচা অমগা থওই, মহাক খাতনা কুপখি। অচবু যাগী বা থম্রসি। নখোয়গা কৈদৌইদ অমুক উয়গদগে হায়বা ঐ থওদে, অচবু নোংমদি উয়বখিগদ্রা হায়না খল্লি। বিধাতানা চানবিহুনা উয়হনবিবা ওইসনু। নহাক্কা দুংশিরিবহ চাংদম্লিংতাই লৈতে, মকম অচুদগী কনামসু অপূর্ব্ববু থাংদোকখিবা তম্লোই, অচবু নপাবু য়ানা লোৌশিনবিবদা মতিক চাবী ওইবমনবা ওসিদগী পুঙ্সি চুপ্পা য়াম্না চেকশিন্না লাইনিং হোৌগদৌরি, মহূগীদমক সুমিৎ খুদিংগী সম্মান মাংবগী মৈশানা মহাক্কী মীওইবগী গুণবু তশেংনা লৈখা তাহনগদৌরি তাবরতী। ওস্তোকপনি! অসুম্মা মতম চুম্মদা থম্মোয় শেংবগী লেপল্লুকম লৈতবা মকম অচুদা মক্তে অসুম্মা থওহনবা তারিবা! থবাল শায়হনা চাত্রবদি পেনবা লৈতবা, হকচাংগী অশেংবদা মক্তৌ অসুম তোঙ্না মনা লৈরগা যাগী মকখদা মমল লেপহনবা তাবরা! ওইবসু য়াই। কনাম্ম থওগনি, ঐগী লাইবক্তা হিংনবগী থিয়াদ মতম অহু খাওবা লৈরবখিগদ্রা, অহুবু নরিবগা লৈরগা থোক্লবদি দুগীমচা, ইচলাদি হায়হনা চ.উথোকচনিংতাই অমুক সব্যসাচীগী কবিস লেমহৌবা লৈয়রে'ই।"

ডাক্তর নোল্লকই, হায়রকই, "ঐগী লৈকম য়ৌরে।" অসি হায়রম্লগা হি মচা অমু নমহুনা হিথাংকমদা হোজিল্লগা কুমথরে, অমম্বং থাউথৈমু মথুংতা পায়দুনা লম্বী উহন্দুনা হায়রকই, "খোঙউপ লৌখোল্লগা কুমথরকউ। খোঙদা লৈখোম থরদি তোংকনি।"

ভারতী চুম্থিয়া কুমথরক্লে। অচৌ অচৌবা চিঙ্গা মখোঙ মখি য়ুংলগা উথাক্লা কাংথক হাদুনা শাবা উগী অমম্বা য়ুম্নি। ঐথক্তী ঐশিংনা থুক্লেং ফাওবা লাইশংলল্লগা হাইথখিবদা থাগী-লীংথী, উ-য়াগী পংথ-পুলথবগী লমথীবা মমম্না মকমচুগী মুংশিং ফাওবা লেংহক্লে, মাংদা লৈথিবা থুহুপ অনিদা পাকপা লম্বী অমুথক এতুনা থাইদৈ মরিমক কেতুকী অমম্বং শৎলৈ পাম্বীমা অম্বুকী মতিক শাথীনা অকল ওইরে মচুদি, লিম-ফাং, কৈ-শওমদা মন্তে শামু কাংবু অমা ফাওবা লোংচুনা লৈরমম্বু উমমথগী উপায় লৈখোই। মসিগী মরক্তা মী তাম্বা য়াই হায়বা মিংনা উত্রিবমথৈ থল্লুবা ফাওবা ওইখোক্তে। অমুম্বু চুপা অসিগী মকমদদি পুল্লমক ওইখোকই।

অকায়বা উথাকী শিঁঙি অমম্বং খৌদি পায়দুনা মথক্তা কাথংপদা চহি তরেং-মিপালগী চুপামচা অমা খোয়ল্লগা খোঙ হাংদোক্লবে, মতম অমুদা ভারতী চকপদা মা তাংখা খোকবিক্লে। ইয়ুংদা খোঙ থাংজিনবমক্তদা উরে, কাংথক মথক্তা কক থায়পা হিল্লুনা চহি খোইনা য়ামল্লিবী বর্ষা চুপী অমা, চুপীমল-চুপামচা অহম-মরি লৈরম্বী, অতাংশিং অঙ্গী মরুপী অমদা

কা মহৃংদা অমাং-অংশাব তৌশিনবগী ওইরবা য়াই,— মরকায় ওইদে হায়দুনা মহু শেংদোক্রবা ওইরবা য়াই,— থাংজমদনা নমথিবনা ইমুংগী মুংশিং তু চেনহল্লে, কা অহু শিন-থুংনা মুথাক, ও' মক অমমুং তিনহৌ-চমম মকুমা পুমচায় চায়, মনাকমক্তদা চফু অমুবা মচা-অচৌবা অমি-অহুম কংখি, মহুনা অঙাংশিং অহু চাক চাহল্লখনি হায়বা থঙবা ঙম্মী ; মখোয়মক্কী মমাক্তা মক্লা চংতুনা তারতী ডাক্তরগী চুং ইন্দুনা অতোপ্পা কা অমদা লাকুনা থুংলবে। কবায়দমু পোং-টৈ কবিমু খোইদোকপা নৈতে. কাংথক্তা কক থাখি, মচি অমদা দয়ি থাখি, ডাক্তরনা মথুংমক্তা মহু কপ্পোক্তুনা থারগা তারতীবু কমহল্লে। তারতীনা বা ভাংদনা কয়গা য়েংলকই, কবিদো থঙদবা কি মরোম অচৌবা অমা ডাক্তরগী মনাক্তা তাহুমা নৈ। থুনক্তা, ভগেং ভগেংনমক কা অমি মহাক্তী নৈফংমু হায়বা থঙলে। অশোনগী কাদগী বর্মা শুগীহুনা কবিদো অমা হংলকই, ডাক্তরনা বর্মা লোন্দা মহুগী পাউথুম পীখি। পংকুই কুইদনা মুপামচাহুনা এনামেলগী পুখমদা চাক মপেন অমা, পেয়ালাদা ইম্মাং মহি অমমুং লাদা ভা অমোবা পুরক্তুনা মাচ অমদা থমরে, অহুনা অহুম চংল্লে। হিগী থাউটৈ অহু ডাক্তরনা পুরমই, মহুগী মতালদা অচা-অথক অহু তক্কবমক্তদা ত রুকীগী মশা শাউবিং শাউবিং লাউরক্লে।

ডাক্তরনা হায়রকই, "ব্রাকফু চাক লায়মগনি মিংই, অঙ্গু পুরমক অসি—"

ভারতী মচিন কাংজদা য়া চাংথোকপা ঙমদে, অদুবু মহাক্না মতক কয়া হাইদুনা নত্তে হন্দে, তুপতম চয়া ই হায়বা থজহনদ্রে। মহাক্কি ফ্রেঞ্চ নিংথৌলনি, অাংরেজদ থবদে, অদুবু মওং অমত্তা পুরকখিবা মকম অদু মহাক্না চংশনবা মমিংনা উৎরক্লবনি।

ডাক্তরনা হায়রকই, "অদুবু ঐদি চাক য়াম্না লাম্লে ইচল, হায়না পুক থলহনখিগে।" অসি হায়রগা মহাক্না মথুং হাম-দোক্লগা মাইথোং মকা লায়্না চাক চানা কমল্লে।

ভারতীনা হন্না কাওবা য়েংলুবা ঙমদে, ডুক্কচবা অমত্তুং পুত্তমদবা মৈচাক্না মমাই লৈথোক্তুনা লৈ। মহাক্কী থম্মোয়-জুংনগী কপ্পুংবনা মচিন লিপ্লিং লোংতুনা ফুকংলক্লি। অদোকপনি লৈবাক! অদোংকুম্মি সুক্তিগী শোইগংবা! অপংবা মথোয়সিগী মপাংগীদি হায়বা করিগুম্বা অমুক লেমহৌবা লৈত্রা? য়ুদ, চিঙাক, হলোইনিংঙাই ওইরবা 'ক্ষুদ্ধ, জঙ্গলদা লৈবা শাগী মতৌগুম লেম্লিবা পুন্সি, ডাইহাক্কী ওইনা শিবা কাওবা ভারতীগী মকমদা থোইদোক্লা সুংতাই-য়াইফবা ওইনা থল্লক্লে। মদু অয়াম্বনা ঙম্বা য়াই, অদুবু পুক্নিং তকচাংবু পোথাবা লৈত্তনা নৈনংবা, অদুম ওইনমক মিংকুপ খুদিংগী মশামা মশাবু হাংচল্লি-বগী থাংজমদবা মৈশা থাংলিবা, মসিগা চাংনয়্রক্নিংঙাই স্বর্গ-মর্ত্ত কপারদবু করি লৈরি! মীথাপোমবগী মৈশানা মথোয়গী পুন্সি অমিগী মৈশা থাজনদবা শক্তি পুম্নমক তশেংনা মরু কুকপ্রবা! কদায়দঙ্কুক নমত্তা লেমহৌদ্রবা! মহাক্না অপুর্ব্ববু নিংশিংলক্লে।

নহাকী থবক্তী বৈঠাক, নহাকী মকুপ-মপাংশিংগী মকমদা মখুত্তা ঐ অশিবা চংবগী ঋকাইবা,— মশিমক্তী মমাগী মচানি কোটি কয়া কয়ানি। মখোয়মক্কা লৈবাক্তী বাংলেন শক্ত ওইরি, পাশ তৌহুনা থবক তৌবদা মশিং থুংহনা নাকল অমত্তগী ওইবা পুন্সি পোকপদগী শিবা কাওবা খোইদোক্কা চনিংতাবা লেপ্লিবনি। অহুবু নুপা অসিদি খোইদোক্কা পেল্লনা থম্মোয় চমা কমহুনা চাক চারি,— ভারতীদা মিংকুপমুক্তি থম্লকই, হিমালয়গী মকমদা নুং মকুপ লিশিংদগী মখোয়দা খোইদিং মথায় অমা কাওবা হেনবা নত্তে। অহুমা মখোয়গী মথক্তগী অমত্তু দুংশিল্লহুনা মখোয়মক্তী য়ুমগী মৌ ওইবা কংত্রে হায়বগী বাক্যনা মহাক চসি থম্মোয় কায়হুনা শিগদৌরি।

ওভোদনা ভারতীনা খোংজেল লুত্না হায়রকই, "দাদা, মতাক্কা চংলিবা ঐমু-মাইমু তাবা লগী অহু কাব্রবা মওংদম্মু অফবা নত্তে। হৌখিবগী থুদম নহাক্কা কনম্ম পীরগদ্রু,— হৌখ্রবা ওইব্রবা অহুমক্কী খোঞ্জেল লিহুনা মতম চুপ্পদা থম্মোয় খুহুম চনশিল্লুনা চংকদবনি, মীওইবগী পুন্সিদা অসেঙবা নিয়ম অসিদি কবিরজগী মওংদম্মু অচুম্বা ওইরোই। নহাকী লগী নত্তে, নহাক্কী মথন খুদিংমক্কী ওইজবা থাদোকপা, লৈবাক্কী লেবাকমক্তু চুসিদগী হৌবা ঐনা ইকোকথোংনা পুজরবনি। অপূর্ব্ব নুংঙাইবা কৈসম্বু, মাগীদমক্তা ঐ অমুক রাত্রে, ঐগী হিংনবা মন্ত্র চসি ঐগী মিংতা শং শং উরে।"

তঙ্করনা চাক চারবদগী মমাই নোংমথংলক্কপা হায়রকই, "কবি তৌরবগে ভারতী?"

# কুনহুমথোই

চিন-খা ভেংলগা ডাক্তর মহাক্না কিযোমহৌগী মথক্তা ফমরে। মথক্তা পনখিবা হুপামচাহনা বর্মাগী ফুরিং হুনবা মেছিন অচৌবা অমা চিং চিংহনা কা মথুংদা চংলকই, অমত্তুং মিংকুপ থম্বা নাক্তোন্দা চিন্দা খৈখু কামথোকুবা থক্লগা চুরুট অদু ডাক্তরগী মথুংতা লীরম্লগা থোকখ্রে। ভারতীগী মাইথোংদা ঙকপগী মমি তাবা উদুনা ডাক্তরনা মোকুমা হায়রকই, "কংবু কংলবদি সংসারগী করিদু থাদোক্তবা পাম্বী ভারতী। অপূর্বগী কাকাবাবুনা ঐবু মেঙ্গুনগী হিগ্লাংকমদা অহানবা কাবা অদুদা ঐগী পকেটতগী পঞ্জাগী ডাইক ফংখি। অদু মত্রবদি, নাম্বোকপা ঙম্মদবা মাই।" অসি হায়রগা মহাক নোকখি মোকখি তৌরকই।

ভারতীনা থোদোক অসি হান্না ভাপ্রবনি, হায়রকই, "মদু থওখৈ, অদুগা লিশিংলক নাম্বোকপা ডাইনম্ব মদু নহাকি থক্তে হায়রবত্ত থওখৈ। অদুবু যুম অসি কনাগীনো দাদা?"

"ঐগীনি।"

"অদুগা বর্মিজ হুপীহুদি, অদুগা অভাংশিং?"

ডাক্তরনা নোকথোক্লগা হায়রকই, "মতে, মথোয় ঐগী মুসলমান মরুপ অমগী মতু-মচাশিংনি। ঐখোয়গী মতৌঙ্গব ফাঁসি লগাইগী আসামীনি, অদুবু মদু অতোপ্পা মরমগীনি।

মরুপ অদু অতোপ্পা লমদা চৎথি, শকথঙমমবগী খুদোংচাবা কংলরোই।"

ভারতীনা হায়রকই, "শক থঙহল্লিংবগী ঐ শাংতক্লদে, অদুবু দাদাদি অনিগুম্বা স্বর্গগী কোন্থুং অমিদা লাকুনা আশ্রয় লৌবিরি, মরমসিদগী ঐবু পুন্না ঐগী লৈকখদা থিনবিরো হায়দা, মরম অসিদা ঐ শোর কুনশংলক্লে।"

ডাক্তরনা মাইথোং মকা লাম্না হায়রকই, স্বর্গগী কোন্থুং অসি মহাক হৈরমাই, মহ নহাকপু পুরক্লিদৌদা ঐ হায়না থঙই। অদুবু, নত্তোন্দা হায়গদবা ঐগী বা য়াম্না লৈ, মতুংদি স্বর্গগী কোন্থুং অসিদা নত্তনা কোংদোকপা য়াবা অতোপ্পা মরম অমমুক লৈতে ভারতী। তসি নহাক অয়াবা থরমথে থাংবা ভাই।"

ভারতীনা হায়রকই, "নহাক থুনা মরম কদায়দনো চৎপিগদৌরিব্রা?"

ডাক্তরনা হায়রকই, "হোয়। অয়াং অমদি মোংপোকী লৈবাকশিং অমুক্তা কোইরুবা তাদ্রি। হল্লকপদা চহি অমি চংলবা য়াই। অদুবু, তসি নহাক মতং কয়াগী মেশা শাংলি ইচল, বা পুম্নমক অহ তমগদবা ঐ ঊকাই। অদুবু তসিগী অহিংগী মতুংদা অমুক পাক হেক নহাক্তা উন্নরগনি হায়বা থাজবয় লৈতে।"

বা অসি তাবদা ভারতী মথবায় বাবক্লে, হায়রকই, "অদু ওইরবদি হয়েংমক চৎপিরগদ্রা?"

ডাক্তর ফুম্মিন্না লৈ। ভারতীনা মপুক্কিংদা মাবু, অমুক থিংবা মায়রোই হ'য়বা থঙই। অদুগী মতুংদা অহি খেংজিন্নক-পগা লোয়ননা থন্নকই, সংসার্ অনিদা মহাক ভগেংনা মত্তোমদা ঙাইহৌরগনি। য়েংবি-খিবিনবা কনাম্ভু লৈররোই।

ডাক্তরনা হায়রকই, "খোঙলম্বীদা ঐহাক খা-চীনগী ক্যান্টন কাওহনা চংশিনবা ঙাই। অদুগা লম্বী অদুদা থবকী মরিদা করিগুম্বা আমেরিকাদা চংলুহনবদি প্রশান্ত মহাসাগরগী দ্বীপশিংদা কোইকরগা অমুক দেশ অসিমক্তদা লাকুনা চংজকয় লোইরগনি। অদুগী মতুংদা মৈ হৌরক্লিবমতৈ ঐ মকম সিদস্তুম লৈরগনি ভারতী।" মোকফেং থৌরগা হায়রকই, "করিগুম্বা হন্নকপা ওমবিরবশিনে ইচল, পাউ খবদি কংবা য়াই।"

মুপা অসিগী অত্তয়া খোঙেলগী অচম্বা রাইবেশিংসি করাদা চন্নিবা, অদুবু মসিগী খগী-তুত্তুংলবা শক্তময় ভারতীগী মিংয়েং-মাংদা কাওইক্র। মহাক্না ঙাইহাক নুংবংননা লৈরগা হায়রকই, "খোঙলম্বীদা চীন লৈবাক্তা চংপা কয়া শাথীরপে হায়রহ ঐ ভারদে। অদুবু খঙ্খোয়দা মোকশিন্নু দাদা, ঐ মহাকপু কীহনবা পারদে,— মহ কাওবসি ঐ নহাকপু খঙবে। অদুবু, চংশিবমক ভারবদি, করম অসিদা অদুক হন্নকপা পাম্বিবা করিগীনো? নশাগী পোক্কম নমদমদা নহাকী থবক লৈবিনত্রা?"

ডাক্তরনা হায়রকই, "মাগী থবকীদমক ঐ লৈবাক অসি থাদোক্কুনা পাক চংলোই। লৈবাক অসিগী মুপীশিং মনীং

তম্মী, মীংতম্বগী অর্থ মখোয়না খঙগনি। মখোয় ঐগী মরুকায় য়াম্লা নৈ। কবিতশা মতমদা নৈৰাক অসিদা মৈ হৌরকপা উবা ফংলবদি মফম অমদবু নৈরবঙ্‌ ভারতী, ঐগী বা অসি মতমমতুদা নিংশিংউ, মৈ অহু মুপীশিংনা হৌগংগনি। ঐগী বাসি কাউরোইদ্রবকো ?"

ইঙ্গিত অসি, ভারতীনা ভাব তারে, হায়রকই, "অহুবু মহাকী লম্বীগী লম্বী-চংপা ঐদি মত্তে !"

ডাক্তরনা হায়রকই, "মহু ঐ খঙই। অহুবু মহাকী লম্বী ফনা ওই'নিংবা ওইসনু, মবুংগী বা নিংশিংবদি দোষ নৈতে,—অহুম ওইনমক মবুংবু মরক মরক্তপ নিংশিংলকনিদনা !"

ভারতীনা হায়রকই, "ইবুংবু নিংশিংনবা ঐগী পোং য়াম্লা নৈ। অহুবু মতৌ অমুম তৌহনা মহাকী অয়ামবা লম্'দা মহাক্না চিংশিনবিরিব্রা দাদা ? অহুবু ঐবুদি চিংশিনবা ঙম্মোই।" অসি হায়রগা মহাক ফুক হৌগংলক্লে, অমম্মুং থারিবা মরি অহু কন্নোক-ম'হোক্রগা বাগী কিয়ানখোক্তগী কম্বল মোম্পাকফিদক্রচিংবা লৌথরগা মখূংমক্তা কম থানা থানা তপ্না তপ্না হায়রকই, "অপুর্ব্ববাবুগী অহাঙগী চাকানা ঙাস ঐবু উৎরম্মিবা লম্বী অহুমক ঐগী পুন্সিগী অমত্তা চাইরবা লম্বীনি। অমুক হন্না উত্তরবদি মুখিং অহুদা বাকম অসি মহাক্তমু থাজবিগনি।"

ডাক্তরনা মপুক্লিং লাংতক্নরক্তুনা হায়রকই, "খঙহৌদনা মহাক্না অহুম্না অমুক তৌক্নবিবহু কব্রিগীনো ভারতী ? কম্বল

শেগায়বদু ঐ ইশানা থাজবা হেয়োইব্রা? অদুক হাক্না ঐঙোন্দা দরকার লৈজবনি।"

ভারতীনা হায়রকই, "দাদাগী দরকার লৈবিরমদবা যাই, অদুবু ঐগীদি লৈ। কনাগুম্বশিংগী কম কদা থাকরবদু দাদা, নহাক্কী শেগায়বা কন্নল অসিদি কৈদৌৱৈদনা কাউ ফোই। ঙুগী ওইবীগী পুন্সিদা মসি কাওবগী দরকার লৈজবদি চরিদা দরকার লৈগদগে তাকপিবা ঙ'ম্বগদ্রা?"

ডাক্তরনা নোকুনা হায়রকই, "মসিগী পাউখুম ঐ পীবা ঙম্মোই, ইচল, নহাক্কী মকমদা ঐ মাইথিরে হায়বা ইশানা যাদে। অদুবু নহাক্কী মকমদা নত্তনা ইশানা মাইথিবে হায়বা কবিগুম্বা মুখিংতদু কয়াগুম্বী মুগী অমত্তগী মকমদা ইশানা মাখিবা লৈত্রি।"

"ভারতীনা মাইথোঙ মরা লাচা হায়রকই, "ইচে-বেম্মা! সুমিত্রাগী মকমদসু মাখিদবরা?"

ডাক্তরনা মচক হাইদুনা হায়রকই, "মাখিদে।"

কম থাবা লোয়রবদা ডাক্তর মাগী ফিরোমগী আমর থাদোক্লুনা চংলক্লগা কমুংদা কয়রে। ভারতীনা লাগুক্লা উথাক মথক্তা কমদুনা তাইহাক মাইথোং লুকচাননা লৈরগা হায়রকই, "চংত্রিরৈদা কবিগুম্বা বা অমগা অদুক হংলগদি নচলদুগীদু তাকপিগদ্রা?"

"তাকপিগনি।"

"অদুদি হায়দিয়ু, ইচে-বেম্মা সুমিত্রা নহাকী কনানো? কদায়দা মাবু নহাক্না থেংনরকপগে?"

মাগী মাসি তাবদা ডাক্তর কনা কুইনা ছুম্মিম্না লৈ, অদুগী মতুংদা নোককেং তৌনা হায়রকই, "মহাক ঐগী কনানো হায়বগী প্রাউখুম অসি মহাক মশানা পীরক্লনদে খঙনমথা উপায় লৈরোই। অদুবু, মতম অদুদা ঐনা মাবু খঙবা ওয়মদবনদি হায়বদু মাই, ঐ ইশামক্লা ঐগী সুপীনি হায়না মাগী পরিচয় পীখি। সুমিত্রা হায়বা মিং অসিমক ঐনা থোনবনি,— ওসি মহুমক মাগী পামজবা ওইনা উই।"

. ভারতী মপুক্লিং কাহেনা লাংতক্লরকুমা চপ থুংনা য়েংহনা লৈ। ডাক্তরনা হায়রকই, "ভাখি, মাগী মমা ইহুদি নিঙোলনি হায়রা কবিনো, অদুবু মপাদি বাঙালী ব্রাহ্মণনি। অহানবদা মহাক সার্কাসকী কাংবুংগা লোয়নদুনা জাভাদা চৎলম্মী, মতুংদা সুরভায়াগী রেলবে স্টেশন্দা থবক তৌরম্মী। মহাক হিংলিবমথে সুমিত্রা মিশনরি স্কুলদা লাইরিক তম্লম্মী, মহাক শিঙ্গবা মতুং চহি মথা-তক্কী ইতিহাস নহাক্না তাকবগী কাম্বা অমুক লৈতে।"

ভারতীনা মঙক হাইদুনা হায়রকই, "মত্তে দাদা, মদু থাদোই, নহাক্না পুম্নমক জবগদবনি।"

ডাক্তরনা হায়রকই, "ঐদু পুরমক্তি খঙদে ভারতী, ওগী মশিথক্কংদি খঙই মহুদি, মমা, মচানুপা, মামা অনি, চীনা অমা অদুগা মাদ্রাজী মুসলমান অমি পুরপা মখোয় জাভাদা কানি, গজা থাদোক-থাজিনগী কারবার তৌরম্মী। মতম অদুদদু

ঙমি তৌবগে কৱিনত্তা খঙলমদে, ভুরগী বাটাভিয়াদগী স্তুরভায়া কাওবগী লম্বীদা রেলগাড়ীদা চংখোক-চংশিন তৌবা সুমিত্রাবু তোইনা উরম্মী। কাহেন্না মশক কৈজ হায়রুনা ময়াবগী মতৌওম ঐগীস্তু মিংথেং তারম্মী। মসি কাওবদনি। অদুবু, খঙহৌদনা নোংমা পরিচয় খঙনখিবদি তেপ স্টেশনগী রেটিং-রুমদনি। বাঙ'লা নিত্তোলনি হায়বা মতম অহুমজদা অহানবা ওইনা খঙবা উমখি।"

ভারতীনা হায়রকই, "কনবীনি হায়রুনা ইচে-বেম্মা সুমিত্রাবু কাউবা অমুক ঙশিখিত্রে— নত্রনে দাদা?"

ডাক্তরনা হায়রকই, "মহু ওইনিংবা ওইরমদু, নোংমা মাতা খাদোক্লুনা কদায়দনো চংলম্মী ভারতী, কাউকদু কাউরব-গুরনি,— অদুবু চহি অমরোমগী মতুংদা খঙহৌদনা বেঙ্কুলান সহরগী হিৎকংকমদা থেংনৈ। কানি বাউবা তরক উপু অমা, মাইকৈ মরিদা পুলিশ, অদুগা মহুগী মরক্তা সুমিত্রা। ঐথু উবদা মমিংতগী মপী ঔবা চেনকখি, ঐহাক্না মাবু কনখিপনি হায়বদা চিংনমিংতাই নৈখিদে। কানিগী উপুদু তপখত খঙদে হায়রুনা তপেংনা ঐগী হুপীনি হায়না মাগী পরিচয় পীরম্মী। মহু কাওবদি মহাক্না খঙময়োই, সুমিত্রা ঙক্লম্মী। থোদোক অদুদা ঐনা মামি মমিং সুমিত্রা থোনখিবনি। অহু নত্রবদি মাগী মমিং কনা নৈরম্মী রোজ বাউদনচিংবা। মতমদুদা বেঙ্কুলানগী কেশ-দুং পাদাও সহরদা তৌই, ঐগী চামবা মরুপ পল জুগরগী মুমদা সুমিত্রাবু পুশিন্দুনা চংলম্মী। কেশতা ম্যাজিষ্ট্রেট

সাহেবনা সুমিত্রাবু থাদোকপিহনবি হায়বা তাই. অদুবু সুমিত্রানা ঐবু অমুক থাদোকপা পামখিদে।"

ভারতীনা থোক্তুনা হায়রকই, "থাদোকপা কৈদৌদৈনমু কংলরোই দাদা।"

ডাক্তরনা হায়রকই, "অদুম অদুম মখোয়গী দলগী মীনা পাউ কংহনা মুনা মুনা য়েংলবা হৌরকখি, মরুপ কুৎলবদু শক কতথদ্রে। মপুক্কিং চরাং-চথক্লে হায়বা উরম্মী, অদুগা ওইনমক মাগী মনাক্তা থনমহনা লোংবা ঐ তুম্মিনা সুমিত্রাবু থাদোকনা চেল্লম্মী।"

ভারতীনা ওক্তুনা হায়রকই, "মখোয়দুগী মরক্তা মহাকপু মতোমদা হৌদোক্লবগা? ওঃ—মহাক কয়াদা অমানবা দাদা!"

ডাক্তরনা হায়রকই, "হোয়, অয়াবা শরুক্তা অপুক্কগী মতোওম। অমুক চহি মরি হৌরে। মতমদুদা সেলিবিস দ্বীপকী ম্যাকেসা শহরদা মখিং চংবা হোটেল মচা অমদা ঐ লৈরম্মী, লোংবা মহাক্তা মতমদা কাদা চংবদা সুমিত্রা কমহনা লৈবথা উরম্মী। হিন্দু নুপীশিংগী মতৌওম য়েনবগী শাড়ী শেংলি, অদুগা অহানবা ওইনা নুমিৎ অদুমক্তদা ঐহোন্দা মহাক্না হিন্দু নুপীগী মতৌওম মচক লোন্নুনা থুকপী। হায়রকই, 'ঐ পুরমক থাদোক্লমহনা লাক্লবনি, হৌখিবা পুরমক যুমংলম-লবনি, ঐবু নহাক্কী থবক্তা পুশিনবিয়ু, ঐহোন্দগী হেন্না থাবথা য়াবা মীশক মহাক্না অমুক কংলরোই।'"

ভারতীনা শোর থিংনা হংলকই, "মহাক্কী মচুংমদি?"

ডাক্তরনা হায়রকই, "মতুংগী খোদোক্তি অসিখক্তং হায়বা ঙমগনি ভারতী, সুমিত্রাবু থাগৎলকনবা ঐ ঙনি কাওবা করিগুম্বা মরম অমত্তা থিবা কংদে। চহি কুনথাখোই চুপ্পা থাওরম্লুবা সংস্কার মোংমতদা মুংথংলম্লগা লাকপা ঙম্লিবা মহাকপু ঐনা শ্রদ্ধা তৌরি। অদুবু, থাম্মা শাথী।"

ভারতী তুম্মিনা কমদুনা লৈ। মহাক্না থাম্মা কনা হংনিং-লকই, দাবীবা ওইসনু, অদুবু, থাবু মহাক্না কয়া থাম্মা হংশিনগে? অদুবু, ঈকাইবনা বা অনি করিগুম্বা মঙংদনু মহাক্না মচিন্দা পনবা ঙমদ্রে। অদুম ওইনমক অদুকপনা থম্মবী সুপী অদুগী থম্মোয়গী অথুপ্পা ইতিহাস কয়া ঙসি মহাক্না খিবা কংদে। সুমিত্রাগী দাবীসি বা ভাজন্দবা, নুংঙংবা—মহাক্না মদুগী অর্থ খঙদবা অমুক লৈতবগুমদ্রে।

থওয়োদনা মৈচাক্না থম্মবা হুংশা মপী অমা ডাক্তরগী মচিন্দগী হোন্দোক্লগা মিংকুপমুক্তি মহাক ঈকাইখনা তৌকম খঙদবগুম্মী। অদুবু, মিংকুপ অদুখক্তনি। মতম শাংনা তৌরকপা সাথমাসা পুক্লিং অমত্তুং হকচাংগী থিন্নু খুদিংমকপু অমুক কুইখসি অমুক চেংনা থুদুম চনশিন্দুনা মহাক্না অবেহদা পৈশিনখিবা নত্তে। থংনবা মিংকুপমক্তদা মহাকী অমৈংবা খোঞ্জেল অমত্তুং চম্লবা মোহনাবা মাইখোং হজিনদ্রে, হায়রকই, "অদুগী তুংদা সুমিত্রা পুদুনা ক্যাণ্টন্দা লাকপা ভাখি।"

ভারতীনা মোক্লিংবা থাংদুনা অকপা মীগী মতৌগুম মচিন শেনদুনা হায়রকই, "লাক্তনবা নত্তোন্দা কনানা শাপ তৌখিবগে হায়রু দাদা? ঐখোয়দি কনানমু তৌদে।"

ডাক্তরনা থোকখেৎ হৌনা ভাইহাক ভুম্মিন্না লৈরগা হায়রকই, "কনানসু শাপ তৌখিবা লৈতে মহ নত্তে, অহুমু থাকন অহ কনানসু থওলোই খল্লবনি, অহুমু, নখোয়গী দোষকি অপিনি, লোইবা কাওবা ভাত্রিবমখৈ নখোয়গী থওনিং-তামিংবা অমুক কোক্লোই। অদুক ভমখোকহৌরবদি অনিভুপা মা পুম্নমক ভাবনা শাহনা লৈগদবা অহুগী শককপুদি ভমখোকহৌবনা হেল্লা কৈ।"

ভারতীনা হায়রকই, "মহুমক হায়জরিবনি দাদা। মহুথক্কং নহাক্না হায়দোকপিয়ু।"

ডাক্তরনা হায়রকই, "থৌদোক্কু অসিনিনা ঐনা লৈখিবা থোটৈলহুগী অনিভুপা মখোলদা ভুমিত্রানা কা অমা তাক্না লোই। ঐনা কনা থাম্লগী, অহনু, নহাক্না ভুপয়া মায়নদে। অহ ওইরবদি ঐহাক চংলগনি হায়রগা, মতম অহুদা মাগী মথিতগী থপী শিন্দুরগা। নহাকপু চংজনম পীথিমু হায়না ঐহোন্দা হায়জরগা। থংনবা মুখিংমক্তদা থৌদোক্কু থওলকখি। হাউজদকী কাংমু অহ শক উংলখি। মুপা ভম্বাদি, মুপা থবদি ভথাব আমবি অহুগা ভথাব নিত্রোনি, অশিকপা শামুমচাওগা, থাম্ন লাম্বনা মুখিত্র'মু থাগী মুপীনি হায়না দাথী তৌরে।"

ভারতীনা হায়রকই, "অমুক নহাকী থাংমৎপা! নখোয় অনি মাপা থংন-চৈনখিন্নিবে?"

ডাক্তরনা মচক থোমহনা হায়রকই, "থোয়। মুখিত্রানা থাথিংদবা কোংদোক্কুনা হলা হলা থায়রগী, পুম্নমক মীনথনি,

পুম্নমক অচৌবা লৌচুনবা থমনি। হায়রদি, মখোয়না বাবু কানি য়োলবা হংকং-পোংকোংগী থবক্তা অকুপ হয়না পুথিবা পাম্মী। প্রশান্ত মহাসাগরগী দ্বীপ পুম্নমক্তা মখোয়গী মকোল শাই,—মখোয়গী থাম্মা তম্বীবা ওজাবা দল অচৌবা অমা লৈ। মখোয়না ওযদবা অহুম্পা থবক লৈতে। সুমিত্রানা ঐগী ইনাক্তগী চৎনিংঙ্ঙিবা করিগীনো থওলম্মী, অমসুং মহাক্নগী হেন্না কাওবা থওলম্মী মহুদি, বাকম অহু তরায় তরায় লোই-শিনবা য়াবোই হায়বা। অহুবু মখোয় তপথবা ওম্নদে, তশেং তশেংনমক নোংমদি সুমিত্রাবু কাহুমা পুগদবগী তৌরে। ঐনা খিংলম্মী, পুলিশ তাকুনা কাবগদনি হায়না কীবলম্মী, মখোয় চৎখি, অহুবু মখোয়না চপ চানা কৌহল্লমী মহুদি, মখোয়গী মপুংতগী ওসি কাওবা মনাম্মু নাক্ষোকপা ওমব্রি হায়না। বাকম অহু থোইদোক্না মখোয়না মীনম্না চাংলবা নত্তে।"

ভারতীনা চিংনবনা ফুরগৎলক্লুনা হায়রকই, "অহুগী মহুংদি ?"

ডাক্তরনা হায়রকই, "অহিংদু চেকশিন্না লেন্নম্মী। মখোয় মমাংদ হৌহ্নবা মক্লগা লাম্বারগনি হায়বা থওলম্মী।"

ভারতীনা পাথংনা হায়রকই, "থুদক্লুদা মখোয় চেনখো-ঝিবা করিগীনো ? পুলিশতা তাক্লিবা করিগীনো ? তচ্-গোভর্ণমেন্টকী থানা-পুলিশ হায়বা করিমু লৈত্রা ?"

ডাক্তরনা হায়রকই, "লৈতবওম্মী। মহুগী মথক্তা পুলিশ ডাকটরবমু ইশাদা থোইনা থুদোংচাগদবা নত্তে। থোক্লিংবা

থোক্লরমন্না, অদুবু অহিং অদু অপন-অয়াক থোক্তনা লেপ্লম্মী। মকম অদুদা সমুদ্রগী মপাল মপালদা হোন্দুনা চৎপা ভাড়াগী 'হি মায়া কংই, মথংগী অয়ুকমক্তদা অমা তাংনরুই, অদুবু সুমিত্রা থারক্লম্মী,— মহাক হোৗগৎ-কাংথৎপা ওয়মদে। অহিং মায়া থেংলবদা থোক্ত হাংবগী মথোলদা মিৎকপ থোক্লম্মী, থোক্তনাওদা য়েংবদা উরম্মী, হোটেলবাংলানা থোক্ত হাংলি, অদুগা মী ভরামাথোই-হরাম্লিথোই ইমুংদা চংলকই। মথোয়না পাম্লিবদি ঐগী থোক্ত মপালদগী লোনশিন্নরগা নাকলগী সিঁড়িদা কাহুনা মথোয় মথক্তা সুমিত্রাগী কাদা চংবনি।"

ভারতীনা শোর থিংনা হায়রকই, "মহুগী মচুংদি? নথোয় কদোমদা থোক্তুনা চেনখগে?"

ডাক্তরনা হায়রকই, "মহুগী মতম্ব অমুক ক লিবদি কদায়? অদুবু মথোয় য়োৗরক্লিকৈন্দো থোক্ত হাংহুনা মথক্তা কাথক্লগা সিঁড়িদা থৎহুনা লৈরম্মী।"

ভারতীনা মাইথোং কাহৎনা হংলকই, "নতোমদা? অদুগী মচুংদি?"

ডাক্তরনা হায়রকই, "অদুগী মচুংগী পৌদোক্তুদি অমখদা থোকখিবনি, অশেংবা মরমদুদি তত্না ওয়রোই। অদুম ওইনমক ঐ হন্নাগীদি খঙই। তুদি অমা ওইথংবা লেংজুমদা পাম্লি, অদুগা অমনা খুকত্ত মথা ওইরম্না পাম্লি। বোংতাম্লগা পুলিশ থুংলৈ, গাড়ী য়োৗরকই, লৈচম পুরকই, মী তরক থাংহনা পুথি,— হোটেলবালানা অবান শী— হরানবা চংলকপনি! ইংরাজনা

পানবা ওইরম্লবদি তুংদা করি ওইরগদগে হায়বা লুনা থোকই, অদুবু দেলিবিসকী আইন-কানুন্দি তোংঙানমাল্লে নিংঙি, মথোয়-শিংহু মশক খঙবা ঙমদ্রবা মতমতুদদি থোক হেক ফুমজিন-খোংচিল্লগ লোইরে।"

রা অসি তাবদা কঁবা অমম্তুং ঙকপনা ঙাইহাক্তি ভারতী রা ঙাংথোকপা ঙমদ্রে, অদুগী তুংদা মাইথোং কাহনা শেংকাত্তবা খোঙ্গেলনা হায়রকই, "ফু-জিন-খোংচিল্লিবদি করিগীনো? নহাক্কী খুংগ্তা অদুদি অদুক য়াম্বা মীশিংহু শিগ্গ্রবা?"

ড ক্তরনা হায়রকই, "ঐনা মমিং ওইবদনি। অদু নত্রবদি মথোয় মশেল হাংনজবনি হায়না লৌবা য়াই।"

ভ রতী রা অমুক ঙাংদ্রে, পুংশা মপী অমত্তং হোন্দোক্লগা তুম্মিন্না লৈখ্রে।

ডাক্তর মশামকন্থু ঙাইহাক চপ য়ুংনা লৈরগা হায়রকই, "অদুগী মতুংদা মী কয়ানা হিদা, মী কয়ানা শগোল গাড়ীদা, মী কয়ানা স্টীমরদা তোংহুনা মিনাদো সহরদা থুংলম্মী, অদুগা মফম অদুদগী ইমিং-ইথা লোংহুনা চীনাগী জহাজ অমদা তোংহুনা ঐখোয় অঁন করিগুম্বা মওং অমদা ক্যাণ্টন্দা থুংলুই। অদুবু খঙলে নহাক অমুক মথা তানিংলরিব্রোইনে ভারতী? নপুক্কি'দা দাদাগী মখুংতম্থু মীওইবগী ঐ তৈ অদুম্ম' খল্লিমিনে?"

নুংবংনরবী ভারতীনা মহাক্কী মাইথোংদা য়েংহুনা হায়রকই, "ঐবু ঐগী লৈকমদা থিনবিগ্রোইদ্র, দাদা?"

"হৌজিকমক থিনগদবা?"

"হোয়, ঐবু নহাক্না থরা থিনবিয়ু।"

"অদুদি চৎলসি।" অসি হায়রগ মহাক্না কাংথক উবাক অমা খিত্তং কাংখৎলগা কবিনো পোৎ অমা লোন্না লৌথোক্লগা পকেটত হাপচিনখ্রে। ভারতীনা থগুলে, মদু পিস্তল অমত্তবীনি। পিস্তল মহাক্কীস্ত লৈ, অমস্তুং স্ত্রমিত্রাগী পাউতাক মতুং ইন্না মহাক্লস্তু মদুগী মমাংদা মদু লোম্ন পুদুনা লম্বীদা থোক্লরকখি নি, অদুবু, মদু মী হাৎনবা যন্ত্রনি হায়বগী জ্ঞান খেসিদনক মহক্না অহানবা ওইনা ফংলকই। অদুনা ডাক্তরগী পকেটত হাপখিবা অদুনা মী কয়াগী মথক্লায় লৌরম্লগনি খল্লুবদা মহ ক্কী মশা পুম্বা শিন্না তুং চুংলক্লে।

হিদা কাখৎলগা ভারতীনা তপ্না তপ্না হায়রকই, "নহাক্না ফবা অমবু তৌরবস্তু নহাক নত্তুনা ঐগী চংতফম পৃথিবীদা অনি ত্তনা লৈত্রে। ঐগী পু ক্লং খুত্তাইত্রিবমখৈ নহাক্না ঐবু থাদোক্লুনা চৎপিখিবা য়ারোই দাদা। চংলোই হায়বু।"

ডাক্তরনা নোকখৎ তৌনা হায়রকই, "ফরে মদুম্না তৌবা তারে ইচল, মহাক্কী নকমদগী ছুটি নিরগা ঐ চৎকনি।"

## কুনমরি

ছুরেল-লম্বীদা মতম চুপ্পা ভারতীনা মওল মওল ফম্না থল্লকপা অদুগী অরেপ্পা লৈতে। অয়াম্বা শরুকমক চেরঝাইনে, —শুপ্নদগী মরক মরক্তা ফাওরকপা রাখল অমনা মতোন্দা থ্রাইদগী হেন্না পীবা চৈথেং অদু সুমিত্রাগী ইতিহাসনি। মহাক্কী

যৌবনগী অহানবা শরুক্তা লাইবক থিবগী মশক ওইরবা ফজদবা বারী। সুমিত্রাবু মরুপ ওইনা হন্নুনবা অহুক থোনা করুবা কনাগুম্বী সুপী অমত্তগী মফমদস্থু অরায়বা নত্তে, মহাকপু সুংশিরুবা ভারতীনা ওমদে, অহুবু হীরম 'পুম্বদ মহাক্কী ময়ামদগী হেন্দোক-থোইদোকপগীদমক থম্মোয়গী অথুপ্পা ভক্তি মতৌন্দা কথোকখি। অহুবু কুমিং অহুদা অপূর্বনা ফনা মরাল লংশিল্লসন্নু, সুপী অমা ওইরগা শং হেক্তা মহাকপু হাংজনবা য়াথং পীখিবা অহুদা মহাক্কী ভক্তিগী হমথে মাইদনা অকৈবা ওনখি, — বলিগী শানা ঈ তৈরবা থাংপাক মমাংদা নুংবনৈ—মতৌ অহুত্তুমককি। অপূর্বনু ভারতীনা কয়াগী মতিক সুংশি-জবগে হায়বা সুমিত্রানা খঙদবা নত্তে, সুংশিবা হায়বা অসি করম্বা পোংশক্লা হায়বা মতাক খঙদবা নত্তে, অহুম ওইনমক অতোপ্পা সুপী অমগী মথরায়দগী হেন্না সুংশিজবা মীশকপু হাংননবা য়াথং পীবদা সুপী ওইনগা মহাক্লা থোইদিং মথায় অমা কাওবা নীংহন্নদে। মৈচাক্ক মৈরিংবা মহাক্কী থম্মোইসু দা মতৌ অহুম্না ওংহনা চাক্রুকপা মতম অদুদ মহাক্লা মশাবু মসি হায়হনা মপুক্কুং ফাজিজরম্বী মহৃদ, থোদাংদা অহুক করবা চৈরাক ওাকপা ওমত্রদি কনানা মহাকপু লম্বীগী দবৈগী লুচিংবী ওইহনগদগে? মশাগী পুন্সিগী মমল লৈত্রবা, সরকারগী থোঙজিন্দা সরকারগী আইন্না মথরায় লৌগদবগী ভাঙা য়েংহন্না লৈয়বা মথেরগী পাম্বে কন্নিনা হিঙ্গদগে? মহাক্কী মথোক, মহাক্কী শিক্ষা, মহাক্কী অঙাং ওইরিঙে অমসুং অমসুং যৌবনগী

অঙকপনা থল্লবা ইতিহাস, মহাক্কী অপাম লুংশিংগী ল'হোকপা ওমদবগী মশক ওইরবা অচেৎপা শক্লোন, মহাক্কী খোৗদাংগী রাখল, মহাক্কী নুংঙুল্লবা থম্মোয়, পুন্নমক ওসি ভারতীমা ময়েক শেংনা উবা ফংলে। মুপীনি হায়রহুনা মহাক্কী মকমদা রারোজবা ভ'রতীগী লৈরম্মী, ওসি মহু মশা মতোমদা তঙশেংনা করিম্ম লৈতবা ওইনা খোকপ্রে। অচুগা মহাকপু মুপী মশেলনি হায়রহুনা থল্লুবা কাওবা ওমন্রে। ওসি মহাক্লা থল্লকই, চানখিবগী মাইকৈদা স্নুমিত্রাগী মকমদা দাবী তৌরুমবা, হায়জ-নোঞ্জরুমবগী মতৌঙুম্বা কা ী পৃথিবীদা অনিশুনা লৈতবঙুম্মী।

হি ঘাট য়োহুনা থাংবমক্তদা মুপা অমা উ মরুমদগী খোরক্তুনা চংশিল্লক্লে। ডাক্তরগী খুৎ পায়হুনা ভারতীনা মথাগী সিঁড়িদা মখোঙ থাংথরকপদা খঙহৌদনা মুপা অহু উক্লবমক্তদা কীবগা লোয়মনা মখোঙ থাঙ্গৎক্রে।

ডাক্তরনা খোঞ্জেল নেম্না হায়রকই, "মা ঐখোয়গী হীরা সিংহনি, নঙবু থিনবিনবা ঙাইরম্লিবনি। (হিন্দিদা) কন্নিনো সিংজী, খবর পূম্নমক করিদমা ?"

হীরা সিংনা (হিন্দীদা) হায়রকই, "পুম্নমক করি।"

"ঐম্মু চৎপা য়াগক্রা ?"

হীরা সিংনা (হিন্দীদা) হায়রকই, "অদোম্না লেংদিনিংবা মফমদা চৎপিবদা সংসারদা কনামা থিংবা ওমগদগে?" অসি হায়রগা মহাক নোকফেৎ তৌরকই।

পুলিশকী মীনা ভারতীগী লৈকমদা থিংখেং চংলে, ডাক্তরনা চৎপদা খুদোংচাররোই হায়বা থওলে।

ভারতীনা খুং খাদোক্তে, ভুম্মিন ভুম্মিন হায়রকই, "ঐ চংলরোই দাদা।"

"অদুবু নহাক্কি মীচেন ওইবগী দরকার লৈতে ভারতী।"

ভারতীনা ভুম্মন ভুম্মিন অদুম হায়রকই, "দরকার লৈরবসু ঐ মীচেন ওইবা ঙম্লোই। অদুবু মাগা লোয়নদুনদি চংলোই।"

হানিংদবা অদুগী মরম ডাক্তরনা খঙলে। অপূর্ব্বগী বিচারগী সুখিত্তা হীরা লিং অসিমক্তা মহাকপ লৌনম তৌদুনা পুরকখিবনি। হাইকেং খল্লগা হায়রকই, "অদুবু নহাক্তা শঙলিবদুনি, লৈকাই অদু কয়া ফজরগে, অম্সুক থেংলবা অহিং অসিদা নত্তোমদা চংপদি য়াবা নত্তে। অদুগা ঐদি—"

অসি হায়রগা মহাক বা ময়ুং ফাদনা খাংতপ্তা লেপত্রে, অদুবু, অম্সুক থেংলবা অহিং অসিদ' মত্তোমদা চংপা ওইথোক্তে হায়বা অদুস্বা অসিমক মত্তোমদগী হেক্লা কননা খঙগনদগে? খুং থ'দোক্লবদা হিদগী কুমথয়রকদবগী মওং অমত্তা উদহুনা ডাক্তরনা মুংশিলিবা থে ক্ক'না ংপ্লা তপ্লা হায়রকই, "ঐনা মফম অদুদা নহাকপু পুদুনা অমুক হংগদরসু ঐ ইশামক ঈকাইজে। অদুবু ইচল, অত্তোপ্পা মফম অমদা চংকেরা? ঐথোয়গী কবিথোয়গী অদুদা? মহাক ভুরেল রা'মদা হেক্তা লৈরে। চংসিরা?"

ভারতীনা হংলকই, "কবি হায়রবদি কনাবো দাদা?"

ডাক্তরনা হায়রকই, "ঐথোয়গী ওস্তাদজী, রেংলা খোংহুনা—"

ভারতীনা হৱাওহনা হায়রকই, "বাবু যুমদা লৈরমগদ্রা ? অদুগা যুমদা যু কংলম্বা থোক্লবদি ঙাম ঙামদ্রা লৈরবা য়াই।"

ডাক্তরনা হায়রকই. "ঙক্লিংঙাই ওইদে। অদুবু ঐগী থোক্লেল হেক তাবদা মাগী মেশা পুমকোক কোকথিগনি। অদুদা নত্তনা মনাক্তা নবতারা লৈ—নত্তবু চথোম অনিদং পীজনবা শিনবত্থ ঙম্বা য়াই।"

ভারতীনা ফিংনা হায়রকই, "ঙাকপিগনি দাদা, নোংঙাম-গদৌরবা অহিং অসিদা ঐবু পীজনবা অমুক হোংলবিরগু, অদুবু মকম অদুদা চৎলসি, নোংঙানবগা ঐথোয় হল্লকদবনি।"

ডাক্তরনা অমুক হি হোল্লক্লবদা শৌরা সিং অমম্বদা তীনগ্লবঙুমগ্নে। ভারতীনা মপুক্লিং চরাং-চথক্লনা হায়রকই,"দাদা, সুপা অসিবু পুলিশনা হৌজিক ফাওবা চিংনগ্রিত্রা ?"

ডাক্তরনা হায়রকই, "চিংনদে। মহাক টেলিগ্রাম অফিসকী পিয়ন্নি, মীগী দরকার ওইবা টেলিগ্রাম য়েনবা কোইনা চৎলি, অদুনা বাবু অহিং মুংথিল লাইদনা মকম অমদা অমদা লৈরম্বদা চিংনক্লনিংঙাই ওইদে।"

ঈথক হোবা থৌরকপদা মঙাররি, অথুবা ঈথৈ অদুদগী থোক্লনা ডুয়েল অচৌবা য়ৌত্রিবমথৈ অসোম য়াংমদা মকম চানা হি থাংলুবা লুনা থোকনি, মতম অসিমক্তনা মপাল মপালদা ঙাথু-থেংথুদুনা তপ্না তপ্না য়াম্না চেকশিন্না হি হোনবগী অরাবদু উদুনা ভারতীনা থত্তহৌদনা হায়রকই, "তোক্লসি, কাম্নদে দাদা, ঐথোয় মকম অদুদা চৎলুবগী। মদুগী শক্তকপুদি

মহাক্কী য়ুমদ. হনবনহুম .হন্না কৈ। ঐখক্কা ঈয়োইননা তাউখবদা পুংখায় কাওবা কায়োই।"

ডাক্তরনা হায়রকই, "ওমগী মহুথক্কী নত্তে ভারতী. মাগা উমদব' য়াদবা ঐগী থোইদোকপা দরকার লৈ।"

মহুগী পাউখুবদা ভারতীনা ফাগী তোবগী মওংদা যোক্তুনা হায়রকই, "মহাক্কা উমবা কনাগুম্বগী দরকার লৈপনি হায়বদি ঐদি পাক .হক খাক্কবা ঙমদে দাদা।"

ডাক্তরনা ঙাইহাক চপ য়ুংবা লৈরগা হায়রকই, "ন.খায় কনানম্তু যাবু খঙবা ঙমদ্রে. ভারতী, মাগুম্বা ওশেংনা মগুণ লৈবা মীশক্তি নহাক্কা কদায়দম্তু পাক হেক ফংলোই। মাগী অকায়বা যেহলাহুনা মত্তেং ওইহুনা মামা য়েদবা অহুগুম্বা দম লৈত্তে। অহুদা নত্তনা যাদি অথোইবা পণ্ডিতনি। কদায়দা করম্বা লাইরিক্তা কৰি য়াউবগে হায়বা মতোন্দগী মত্তনা ঐনা খঙলুনবা অতোপ্পা মীশক অমা লৈত্তে। যাবু ঐ ওশেংনা হুংলি।"

ভারতীনা মপুক্কিংদা য়ানিংদহুনা হায়রকই, "অহু ওইরবদি যাবু য়ু খাদোকহম্নবা হোংনবিত্রিবা করিগীনো?"

ডাক্তরনা হায়রকই, "ঐদি কনানবুম্তু করিম্তু খাদোকহম্নবা হোংনদে ভারতী।" লেপকক তোরগ' হায়রকই, "মহুদা নত্তনা, মগুণ লৈবা মীশক্তি, মথোয়গী জাত তোঙানি। মথোয়গী অক-ফত্তগা ঐথোয়গীগা মাম্নবা নত্তে। অহুবু মহুনি হায়হুনম্তু সংসারগী অক-কত্তগী অথিংবা আইম্না যাবু ঙাকপিবা য়াবা নত্তে। মাগী মগুণগী মহৈদি মথোয় পুম্নমক যেম্নহুনা চাখিগৈ, দোষকী দণ্ড অহুদংদি মহাক মতোমদা থাংহে। অহুনা

মরক মরক্তা মরাইবকথিবা মানা য়াম্না থারক্লবা মতম্দা মাগী অরাবন্থ শক্তক য়াম্নিরবা মীশক অমু ঐহাক্তি।"

ভারতীনা হায়রকই, "নহাক্তি মীপুম খুদিংমক্দমক যাবিরিবনি দাদা, নহাকী খক্তোবদি সুমীদগী কেমা থোংলে। অচুবু, নহাকী মশুগ নৈবা মীশক অচুবু নহাক্তা থাজবিবা মতৌ কমদৌনো? মাম য়ু ঙাওরবদি পুম্নমক হায়দে,কধিবা য়াই।"

ডাক্তরনা হায়রকই, "জ্ঞান অদুদংদি মঙোন্দা লেমদ্রোই। অদুগা খুদোংচাবা অমনা অসিনি মহুদি, মাগী য়াদ থোইদোক্তা কনানম্ভ থাজবা ঙমদে।"

ভারতীনা হায়রকই, "মাগী মমিং করি কৌগে দাদা?"

ডাক্তরনা হায়রকই, "অতুল, সুরেশ, ধীরেন.— খুদক্তা মপুক্লিংদা নিংলকপা অমা। অদোংবা মমিংদি শশিপদ ভৌমিক কৌই।"

"ঐনা থনবদা মহাক নবভাক্কী শা হিক্তোকপা ঙমদমাল্লে।"

ডাক্তরনা নোককেং তৌরকই, হায়রকই, "ঐম্ভ মহুম্না থল্লি।"

অসি হায়রগা মহাক্তা য়াংনা লায়রনবা হিম হৈ চুম্নকই। ঈচেল অমম্ভং নৌ কম্না হোনবনা হিনাও অদু থোইদোক্তা কম্না চংলকই, অমম্ভং উন: উনা য়াংনদা থুংলয়ে।

সাহেব কোম্পানীগী অচৌ অচৌবা উ হিম মপৈ মপৈ ঈশিং মরাদা থম্লবা অদুগী কারক্তদা। ঈথকী ঈশিং হজিনবা

অহুদা অমাপ্পদা লৈরিবা জ্বলাজগী য়াম্না ৱানবা মৈতালনা মৈৱদ. ইরং ইরং ল লি. কারক অহুমক্তী অমদা হিনাও অহু থাংজগা ডাক্তর ভারতীগী মখুং লমহুম' কুমথরক্লে। উ মপৈদা মখোও চেংলিমা থাংহুন' খরা চংলগা অথুবা লম্বী অমা থেংনরে, ম ইকৈ মঙ্গিদা লাপী-শীংবী, উরী-বারী অমস্তুং তিম্মংলৈনা থরা লৌই, মহুমক্তী মচি অমদা লম্বী মচা অমা উমং মরক্তা চংথিহুনা কদায় য়ৌখিবনো অরেপ্পা খঙদে। ভারতীনা কীবগা লোয়ননা হংলকই, "দাদা, অংলোম য়াংমগী অকীবা কংলবা মকম অমা থাদোক্তুনা লাক্লগা অতোপ্পা অহুগুম্বা অকী-তুক্কুংলবা মফম অমদা অমুক পুখিরক্লে। কৈ শওমগী মতৌগুম লক্লবদি মখোয় অতৈ মফম কদায়দম্ম লৈবা হৈনক্রব্রা? অহুগা অকীবা করিম্ম লৈবিত্রবম্ম লিনবু কীবদি চুমোইব্রা?"

ডাক্তরনা নোক্কুনা হায়রকই, "লিন বিলাত্তগী লাকপা নত্তে ইচল, মখোয়গী ধর্মজ্ঞান লৈ, মরাল লৈতবদা চিক্তে।"

অসি তাবদা ভারতীনা হৌব্রবা লোংমগী বা নিংশিংলক্লে। নুমিং অহুমম্ম অম্বয়া নোকখিবা খোঞ্জেলনা ইউরোপকী মায়োক্তা কয়াদা শাথৈনা হক্লোইবা কোংদোকখি। মথাক্তা অমুক হায়রকই, "অহুগা কৈ শওমগী উমং? নুমিং কয়ানি থমগ্রবনি, ভারতবর্ষ অসিদা মীওইবা লৈরমদহুনা করিগুম্বা গুপ্পদগী কৈ-শওমদমক লৈরম্লবদিকো! মীৈবাক্কগী মখোয় শিকার তৌবা লাক্লমদবা য়াই, অহু ওইরবদি অম্নমা অহিং নুংথিল লাইদনা ঙ্গ চুপ্পবগীদমক উমহুনা লৈরম্লোই।"

ভারতী ছুম্মিন্না লৈ। জাতি অপুম্বগী কনানবু ওইরবস্তু অম্মুক হাক্না য়েংথিবদি মহাক্কী থম্মোয়দা থোইদোক্না লুংঙাইজদে। মরুওইনা নুপা অসিগী চাউরবা থবাক কন্নোক্তুনা নুংশা মপী হোন্দোরকপা মতম অহুনা মহাক্কী মীংশু মাপোম অনিমক পীরংনা থুমহৎলকই। মশাগী থম্মোয়দা চেৎনা পাউমেজ্জরকই, "মসি কৈদৌঙৈদসু অচুম্বা নত্তে, অচুম্বা ওইপং নত্তে। অম্মুম্না ওইবা হৌনদে।"

ডাইজাক্কী মমাংদগী পুক্রিং শুম্মৎলবা নুংশিবা স্বর অমা মথোয়গী নাকোংদা তারক্লি, থঙহৌদনা চপ লেপ্লগা ডাক্তর হায়রকই, "ঐথোয়গী ওস্তাদজী ছুমদ্রে, অদুগা জ্ঞান তানা লৈরি, অম্মুম্না বেহলা থোংবদি নহাক কৈদৌঙদসু তারববিরোই ভারতী।"

অহুকম্মু থোক্তখাং থরা চংশিল্লগা ভারতী চপ য়ুংনা লেপতুনা লৈখ্রে। কদায়দনো করিগুম্বা অমম্না মকম অমদগী থম্মোয় শোকপা মীকপ মীর ওংথোল কয়া তারকপগুম্মী। অদুগী অহৌবা লৈতে, অরোইবা লৈতে, সংসার অসিদা মতুগা চংদম্নিংঙাই লৈতে। মিনিট অমিরোম ভারতী জ্ঞান মাংবগুম লৈ। ডাক্তরনা মহাক্কী মখুৎতা খজিক্তং পায়শিল্লগা হায়রকই, "চংলসি।"

ভারতীনা হংগ্রেক থংহুনা হায়রকই, "চংলসি। ঐনা করিগুম্বদসু অম্মুম্না থনথিদ্রি, করিগুম্বদসু অসিগুম্বসি তাথিদ্রি।

ডাক্তরনা হায়রকই, "পৃথিবীদা ঐনা মৌঙবা মকম লৈদ্রে

হায়বা য়াই, মসিগী হেন্না নিংথিবা ঐ খাওবা করিগুম্বা মতমদা ভাগ্রত্রা হায়বা লাম্বা কংদে।" নোকখেং তৌরগা হায়রকই, "অহুমু অঙাওবা অহুগী মথক্তা তাহুনা মরাইবক খিরবা বেঙালা অমসুং খুদোংথীবগী চমথৈ লৈত্রে। ঐনা মহুমু চংথরক ওলম্বা য়াই। হৌজিক অংকবগী মতমদা লুপা মঙাদা বঙ্কান থম্লি হায়না তাই।"

ভারতীনা হায়রকই, "বঙ্কান থম্লিবা! মাগী মমিংদা শেলকম অমসুং ঐনা মখেন্দা থংগ্রগনি।"

উ-বগী মকুমদা মাংলাক অনিগী উগী খুম অমা লৈ। লৈমায়গী মথোলদু লৈখোম, জেংগার কাংবকপগী ইশিং অমসুং কাওশীংনা দথল তৌহনা লৈ, মাংদা উগী সিংডি অমা লৈ অগুন মহুমক্তা খ্বাইগী মথক্তা থাক্তা লৈরিবা খোঙগী মংগোংগুম্বা অহুদা চীনা থাউমৈ অচৌব য়াম্লি! ইমুংগী মৈজাওলদা অচৌ অচৌবা অমুবা ময়েক্তা ইংরাজীদা ময়েক শেংনা উরি,— 'শশিতারা লোজ।'"

ভারতীনা হায়রকই, "মুখগী মমিং 'শশিতারা লোজ' হায়না খোমদোইরে? লোজ হায়বদি থক্তই, শশিতারা হায়বসি করিনো?"

ডাক্তরনা খিক খিক নোক্লগা হায়রকই, "শশিপদগী শশী অমসুং মখতাবাগী তারা অমত্তা ওইনা পুনশিন্দুনা 'শশিতারা লোজ' ওইখিবা ওইরমাল্লে!"

ভারতী শকক্ম হঞ্জিনগ্রে, হায়রকই, "মসি য়াম্না চুমদবনি। অসিগুম্বশিংসিবু দাদানা য়োকখৎপিরিবা করিগীনো ?"

ডাক্তর নোকখোরক্লে, হায়রকই, "নবুং ঐবু নহাক্কা পুম্নমক থঙহৈবসি হায়না থমজ ? কনানা কনাগী লোকনগী মমিং শগিত্তরা খোমগদগে, কনানা কনাগী প্যান্সেংকী মমিং অপূর্ব্ব-ভারতী খোনগদগে, মহা ঐবা কমদোনা থত্তবা ছমলুগদগে ?"

ভারতীনা বাংমোহনা হায়রকই, "মত্তে দাদা, অসিগুম্বা মওং চাদবা থৌদোকশিংসি খোক্তনবা নহাক্কা থিংবিয়ু। মহা নত্রবদি ঐ মাগী মুখদা চংলোই।"

ডাক্তরনা হায়রকই, "মখোয় থুবা লুহোংলগনি হায়না তাই।

ভারতীনা মপুক্কিং লাংত্তুনা হায়রকই, "কমদোনা লুহোং-গদৌরিবা ? মাগী মপুয়োইবা হিংলিবদায় ?

ডাক্তরনা হায়রকই, "লাইরক করবদবু শিবা হায়বসি মতম কয়া কুইনা চংবা থবক্লোমে ইচলসিদি ? হপাহ্ শিখিবা থাথায় কারে হায়না তাই।"

ভারতীনা খোইদোক্কা শাউনিংহুনস্তু নোকখোক্লগা হায়রকই, "মীনশা বা ওইরশা য়াই। মহুদা নত্তবা, য়ামত্রবদা চহি অমদি মখোয় তুম্বিনা লৈবা তাবদি। মহ নত্রবদি মহু য়াংম্না কজদনা খোকদি।"

মহাকী মপুক্কিং সুডাইত্তবহ্ উহুনা ডাক্তরনা শকক্ম হঞ্জিনা হায়রকই, "মহ মীনশন্ন ওইরজ্ঞা য়াই অহুম ওইনমক শক্তরগা কজদনা খোকত্রা পহুত্রগদা কজদনা খোকত্রা মহুমক থমলিংতাই হাকম্নি।"

ইঙ্গিত অসিগী মতুংদা ভারতী ঊকাইদুনা চুম্মিন্না লৈরে। সিঁড়িদা কানা কান। ডাক্তরনা খোংজেল কাক্লিন্না হায়রকই "অঙাওবগী চুম্নবক বারিবনি, তুপী অদুবু মাংনা য়াম্না তুংশিনে হায়ব্রা কবিরো ভাই। অদুদা কনাগুম্বা তুংশিরবদি—" খক্কৈদনা তুংদা মপী অমা লেপ্লোক্লগা হায়রকই, "অদুবু সংসারদা অক-অক্কপী পাউচক, মরুপ-মপাংশিংগী অপ্নাম-পামদ, —পুম্নমক অসি কবিগনু লৈতবা নকর্ম্ম ভারতী! অদুগী মাংসদগী লিঁ লায়নি ই, মাপী তুংশিন অহুদা করিগুম্বা অচুম্বা য়াউরবদি অচুম্বা অদুমক্তা মাবু কনবিগনি!"

ভারতা চক্কুরক্লে। অদুগা অম্মুম্মা কাক্সিন্নবা খোংজেলনা খঙ্গৌবনা হংলকই, "সংসারদা মতুং ওইনরবনে দাদা?"

ডাক্তরনা অমম্ব অহুদা অদুক্তং মমাই লৈশিন্দুনা য়েংলকই। অদুগী মতুংদা খোঙথাং মখোল খোক্লনা কাথংডুনা শশিপদকী থিংলবা খোঙ ময়াদা লেপ্লে।

কৌবা ভাহুনা বেহলা খোংবা তেক্কল্লে। ভ'ইহাক্তা লৈরগা ইমুং মনুং খোঙ কাংদেক্লগা শশিপদ খোঙ্কুমা লেপ্লরে ডাক্তরবু মহাক্না য়াম্না লায়না মশক খঙবা ঙম্মে, অমস্তা লেপ্লিপী ভারতীবু মশক খঙবা ঙমবদা অংশেংনা হন্নাওদুনা চোংলক্লে,—"এঃ, অদোম? ভারতী? লোংশিনবিরংউ, লোংশিনবিরকউ, ঐগী কানা লোংশিনবিরকউ।" অসি হায়রগা মহাক্না মখুং অসি শায়দুনা ইমুংদা পুশিনখ্রে। হন্নাওবনা মাইথোং লৌথংনা মহাক্না থম্মোয় শেংনা কৌশিনবা, ভাং

ময়াউদনা হৱা'ম তৌবা অদুনা ভারতীগী শাউনিংবা পুক্নমক থুম্না ঈশিং ওমল্লে। শরীনা ফমুংগী মচি অমদগী লোংথুনা থম্বা চিঠি খাও অচৌবা অমা পুথোকখ্রগা ভারতীগী মখুৎতা পীরগা হায়রকই, "হাংদোক্লুনা পাবিয়ু। নহল লুপা লিশিং তরাগী ড্রফ্‌ট থুলবনি,— নোট এ পাই লেস্‌। হায়রখিরবনে? ঐবু থীনম্ব তা'বা! ঐবু যু তাওবা! কমদৌবগে য়েংবিয়ুদ্রা? লুপা লিশিং তরা! নেট এ পাই লেস্‌!"

লুপা লিশি তরাগী ড্রাফট অসিগী মরিদা অরিব ইতিহাস অমা লৈ. মহু মতাং অসিদা পলহোবা দরকার ওই। মহাক্কী মরুপ-মপাং, য়েক্লুব-য়েংথিবা, শক খঙনবা শকনদবা ওহি গুম্বা কনাম্বু লৈতে মহুদি. ইকুহৈ বুইদনা শেঙ্গাও অমা যগ্নি হায়না শঙ্গী মকমদগী তাথিংবা। কনাম্বু থোইনা থ'জবিদে, থোইদোক্লুহুম করম-কথাইনবিম্লিবনি, অদুবু মসিমব ওস্মা জাগী অথোইবা লম্নি। মহুমক পন্দুনা মহাক্পা থোইদো'ক্লা চিংজবা লৈতনা মীচোন্দগী শেল পুই। অদুগা থিম্বদনা নোংমা শেন্দোয়গা শেল্লেপকা শিঙ্গনি হায়না বাশক্লুনা হায়। থোইদোক্লা অরেপ্পা লৈতবা শেল যঙ্গনি হায়বা অসিদা যুম্ফম ওইহনা মহাক্কী আশা কয়া তৌরে! চহি মতা-ত্তরুক্কী মমাংদা মহাক্কী মমা পোকপা ঈনাক-খুনবা মথৌ শিংথিবদা মহাবন্থু মমামা পোকপা মচিল-মনাওশিংগ লোয়নলা সম্পত্তি শরুক অমা ফংলৌই। অম্বুক কুইবসি মহুমক মথোয়গী মকমদা য়ে'ঙ্খোক্লুবা তা-নরক্লিবনি, থা অমরোমগী মমাংদা বাকয় অহু লোইশিনখি।

চিঠি খাও অহুনা কলিকাতাগী মশক মাইবা এটর্নি অমগী চিঠি য়াউরি, শেলকম অমু নেংম-নিনিদা ফংলগনি হায়না মহাক্না ইদুনা থজকলকখি।

ভারতীনা চিঠি পবা লোইরবদা ডাক্তরনা হংলকই, "লুপা লিশিং কুন্দগী য়াকম লৈখিবা মত্রা, শশী?"

শশীনা মথুং চংদুনা হায়রকই, "এঃ, লুপা লিশিং তঙাবু তরাইবা য়াকম্লনে? মহুগী মথক্তা ঐগী মামানা পোকপা ইচিল ইনাওশিংনি, সম্পত্তি মওং অমদা ইশাগী ইমুংমন্থদা লৈরবনি, ডাক্তরবাবু, অহুপা য়াকম পুম্মক তামোয়াইমনা ইরকপনি। করি ইরকপগে হায়বা অমুক্তং—"

অসি হায়রগা মহাক্ন এয়ম্না য়াইমগী চিঠিশিংদমক হোৎনকদবগী তৌরকপদা ডাক্তরনা থামদুনা হায়রকই, "য়ারে য়ারে, নঙগী তামোয়াইমগী চিঠিশিংদমক থোইরাংদে।" ভারতীনা হায়রকই, "অসিগুম্বা মনামা পোকপা তাচৎ-কৈচংনবা ইয়াম্বা ঐখোয়গী লৈজরবদি—" অসি হায়রগা মহাক নোক্লকই।

শশী মথরায় মুংতাইত্রে, মহাক্না সথর য় খুবাক্তা হাপদুনা প্রমাণ তৌনবা হোৎনরকই মহুদি, সম্পাত্তু মওং অমদা মোম্বোক্তনা লুপা অহুক য়াম্না ফংলিবনি, অহুপা মহু গুপ্তনগী তামো-য়াইমগুম্বা আদর্শ লৈবা মীশক সংসারদা লৈ হায়দুননি।"

ভারতীনা মোমোন নোক্তুনা হায়রকই, "মহু অচুম্বা য়াকম্লি য়াইকরেন, তামো-য়াইমহু মশক উত্রবগু মাগী তমঙ্গনং-তাই ওইবা লমচৎতু থম্মোয়না শং শং উরে। মহু অমুক প্রমাণ পীবগী দরকার ওইদে।"

শশীনা খুদক্তা হায়রকই, "অদুবু হায়ং ঐঙোন্দা লুপা তরা অমগা পীবিবা তাই। অদু ওইরবদি মুমিং অদুগী লুপা তরা, হয়েংগী লুপা তরা অদুগা অপুর্ব্ববাবুদা পীনিংঙাই লৈবা তম্বেং-মথ য়,— পুম্না লুপা কুন্থ্রাদক হংচিং-মশেম পীখোক্লগনি পৌবিগদবনি, লোয়েই হায়বিবা য়াম্বোই হায়জফৌ রিবসিন্নি।"

ভারতী নোকখোয়ক্লে। শশীনা হায়রকই, "ড্রাফ্ট্ অদু লাকপগা ব্যাঙ্কতা জমা তৌশিনগনি। য়ু ঙাওবা, জ্বর-কদর, স্পেশুখ্রিক্ট্ চিন্দা খোকপা অমা মীনা পংহায় হায়, অদুবু হন্দক্তি থঙহল্লগনি। শেল্লেপ্তা খুং থায়োই, তুপ্পগী শেন্দে য়গী শেলদনা ইমুং পুগনি, খোইদোক্লদুম লেম্বা কোয়ৈ হায়বা ইবিরকনি, পোস্ট অফিসতদ্দু একাউণ্ট অমা হাংবা তাই.— মুমদা কারিমত্তা থম্বা য়াদে। চহি মঙাগী মমুংদা য়ুম-ইস্থোল লৈবা পাম্মী অদুগা লৈবমকদ্দু তাবনি,— মুম্বামবদা খোঙদায়বনিদনা!" অয়ায়বা নত্তে হৌজিক-কালগী বাজায়।"

ভারতীলোমদা ওনশিন্দুনা ডাক্তরনা হাঃ হাঃ নোক্লকই, অদুবু মহাক্তি মাইথোং মকশিন্না অতোপ্পা ম.ইকৈদা মমাই ওন্থোক্লুন লৈ।

শশীনা হায়রকই, "য়ু থাদোয়ক্লে হায়বা তাবিরৈনিনে?"

ডাক্তরনা হ য়রকই, "মপুংফানা থাদোক্লে। নবতাবানা য়াশকহনক্লে।"

চৌরম অসিদা মখোয়গী নৈনবা শাংথয়ম্ব' য়াবনি, অদুবু ম শক অমগী থঙজিংবগী য়াহং-পয়েং অদুগা অ:তোপ্পা অমগী

থাম্না ইচংথৌনা পাউখুম পীবগী মতাংদা ভারতী থোইদোক্লা হৈনিংঙ্গে। মহাক্না করিমতুম্ব বা কোংদোমক্কবা অদু উবদা ডাক্তরনা অত্তোপ্পা বাকম কাংথোক্লুনা দরকার ওইবা বা পল্লক্লে। হায়রকই "শশী, অদু ওইরবদি মহাক মকম অসিদগী থুনা অমুক চৎপা তারোই।"

শশীনা হায়রকই, "চৎপ? ওইথোক্তবনি।"

ডাক্তরনা হায়রকই, "করে, অদু ওইরবদি মকম অসিদা ঐখোয়গী লেংদবা পুমকম অমা লৈরে।"

শশীবা খুদক্তা পাউখুম পীরকই, "মদু করম্দৌনা ওইবা য়াগনদে? অদোমখোয়গদি ঐ অমুক মরি থম্বা তারোই। ঐগী পুন্সি সেক্ ওইরোই।"

ডাক্তরনা ভারতীদা য়েংদুনা খোমোন তৌনা হায়রকই, "ঐখোয়গী ওস্তাদকী দোষ কনা লৈজরবস্ম মীনা কার থনখিপদগে হায়বগী কারনদবা ঙৈকাইবা লৈ হায়বা ওইদবা য়াকনা অসিদি শাখীব য়েক্লবনা কাওবা হায়জিনব তারোই। করিগুম্বা তম্বা থোক্লবদি বিদ্যা অসি মতোন্দগী তমহৌ ভারতী।"

মহুগী পাউখুম পীবদা শশীগী মাইকৈদা লেপ্তুনা ভারতীনা অকবা মীগী মতৌগুম হায়রকই, "অদুবু ওইরোইদবা আশা পীবিবগী মতুংতা শেংনা শেংনা হায়দোকপিবনা হৈ। ঐদি তমজগে, অদুবু য়াইকরেল বাবুগী মফমদগী বিদ্যা অসি তমহৌবা তম্নবদি তসি ঐ ছুটি ওইরগদবনি বাবা।"

মহাক্কী খোঞ্জেলগী মচৈ খংবা শরুক্তা খঙহৌদনা কনদোহূমনো লুমথরকপগুম ভৌই। শশীনা মক্সিং চংলুদে. চংলুরবস্থু তাংদাংবা অর্থ খঙবা হন্নোই. অদুবু মাসিগী অর্থ খঙহল্লিংবা মীশক অহনদি খঙবদা কুইনা চংখিদে।

মিনিট অনিরোম মথোয় পুম্নমক ভুম্মিন ভুম্মিন লৈ। অহানবদা ডাক্তরনা র' ভাংলকই, হায়রকই, "শশী, মুমিং নিনিগী মখুংদা ঐ চংগ্রগনি। খোঙ লম্বৈদা চীন কাওহূনা প্যাসিফিকী আইল্যাণ্ড পুম্নমক অমুকা কোইকুগনি। জাপানগী অমেরিকাদসু চংলগা যাই। কৈখোইদৈ হল্লকদগে খঙদে, হল্লকত্রা হল্লক্লোইদ্রা কনাংনা খঙগনি,— অদুবু, খঙহৌদনা করিগুম্বা হল্লকপা খোক্লব'দ শশী, নহাক্কী মুখদা ঐগী চ'ঙকম কংলদগ্না য়াই, নত্রা ?"

শশীনা মহাক্কী মাইথোংদা মমিং কুপ্তরমথৈ যেংলকই, অদুগী মখুংদা মহাক মশাগী মাইথোংগী শক্লোম অমম্বং ওয়াক্লেল অঙকপা কংনা ওরক্লে। মঙক নোমহূনা হায়রকই, "কন্সি। ঐগী মুখদা অদোমগীদমক মঙম চুম্লবা খোঙ হাংহুনা লৈগনি।"

ড'ক্তরনা কাপ্পি তৌহূনা হায়বকই. "মহ করি বাকো শশী, ঐবু চংঙকম পীবদগী হেম্রা খুদোংশ্রীনা মীঙ্গইবগী অমমুক লৈরিত্রা ?"

শশীনা মীংকুপ অমা কাওবা খঙহূনা শং হায়রকই, "মহ খঙদৈজে, ঐ লেপ্ল চংগনি। মহ ওইকসদু।" অসি হায়রগা মহাক ভুম্মিনা লৈরক্লে। ভাইহাক লৈরবা অমুক্তীদা খঙহূনা

তপ্পা তপ্পা হায়রকই,"মহ'ককুম্বা মরুপ অময়ুক লৈতে। খ্রীস্টাব্দ ১৯১১ দা জাপানগী টোকিয়ো সহরদা বোম থাদবগীদমক্তা কোটোকুগী দল-বল পুম্নমক হাংপগী দণ্ডি পীখিবা মতম অদুদা ডাক্তরনা মাংগী পাউ-চেগী ইংলিস সব-ইডিটর ওইরম্মী। মহাক্না লৈখিবা য়ুমহুগী মথাংদা পুলিশনা কোইশিল্লম্মী, ঐ কপ্লম্মী, মহাক্না হায়রম্মী, শিবনা য়ারোই শশী, ঐখোয় চেনবা তাবনি।' মনিংগী খোঙনাওদা খৌরি পুল্লগা ঐবু কুমথনবা তাপিরম্মী, মশামকম্ কুমথরকখি, ডাক্তরবাবু উ - অদোম্বু নিংশিং বিরিব্রা?" অসি হায়রগা হৌখিবা বাকম নিংশিংলকপগী মৈশাদা মতু চুংহনপ্রে।

ডাক্তরনা নোক্লুনা হায়রকই, "কৈদৌনা থিং শংদনি।"

শশীনা হায়রকই, "নিংশিংকদ খোকপা য়াকম্নি। অদুবু আকিমগী মতেং কংলমত্রবদি মতাং অদুদা ঐখোয়গী পুন্স লীলা থুপচিল্লম্নগদবনি ডাক্তরবাবু। সংহাইগী বে'টত্তা অমুক খোঙ থাংজিল্লমোইদবনি। উঃ— থিকনেম্বা মখোয়মহুগুম্বা তমথীবা পৃথিবীদা অমমুক লৈত্রে। ঐদি তশেংনমক ডাক্তরবাবু-খোয়গী খোমগী দল অদুদা য়াউকবা মত্রে—বেহাল, তমহুনা য়ুমদা লৈজবনি। অদুবু কনানা মহু তাবিগদগে? তমথীরবা মখোয়মহুগী লৈতে আইন, লৈতে কোর্ট! ক.থিরম্বা খোক্রবদি ৬ক কেল্লমগনি। ৬সি বাকম অসি তম্বা কংলিব', চংখোক চংখিন জৌবা ভল্লিবা অসি তপ্নগী মহাকী খোজালদমনি।" অসি হায়রগা মহাক্না থিংকী ইঙ্গিতনা ডাক্তরবু উংলকই।

হায়রকই, "অসিগুম্বা মকুম সংসারদ' লৈতে, অসিগুম্বা দয়া-মায়াস্থ সংসারদা উত্র।"

ভারতী মপী ঈরা চেল্লক্লে, হায়রকই, "নহাক্কী য়ারী পুম্নমক ঐখোয়দা লিখিয়ুদনা দায়া। ঈশ্বরনা নত্তেন্দা বুদ্ধি অদুক হাক্না পীবিবক্নি, অদুবু মমল নাইত্রবা থর ম অদুগী মমল থগবা ঙম্নবা বুদ্ধি অহৌদংদি কাউরক্রম'গে। জাপানীশিং অদুগী লৈবাক অদুদা অমুক হন্না চংপ পাম্বিকিত্রা?"

শশীনা হায়রকই, "ঐস্মু তশেংনা য়াকম অদুদক হায়নিংলম্নি-বনি ভারতী। হায়নিংই, অদুক হাক্না মপাদগী থনবা, অপাম-মিংশী মাউবা, হিংসা তৌবা জাতিগী মকমদা করিগুম্বা আশা অমত্তা তৌবিরুগদ্রু। মখোয়ন কৈদৌম্নুংদস্থ অদোমগী করিগুম্বা মতেং অমত্তা পাংলক্লোই।"

ডাক্তরনা নোক্লুনা হায়রকই, "মথাংদা থৌনি থাংখিবগী থৌদোক্কুম্দু শশীনা কাউথোকপা ঙমদ্রে, জাপানীশিংবু মহাক্না পুন্সি অসিদা ঙাকশিবস্থ ঙমদ্রে। অদুবু মহুনা মখোয়গী পুম্নমক নত্তে ভারতী, অদুক ওকপা জাতিস্মু পৃথিবীদা অমমুক লৈতে। গুপ্তগী ঙসিগী য়াকমদা নত্তে, অহানবা মিংশেংমক্তদা মখোয়না উনপা তৌবদু মশক য়ুমা থগথি। চহি চনিয়াইফুগী মমাংদা আইন শেমদুনা হুমিং-থা খোক্লিবমথৈ মখোয়গী লৈবাক্তা খ্রীস্ট'ন চংহন্দনবা অদুগা চংলক্লবদি অকমবা চৈথাক পীননা খোয়াংখিবা জাত অদু ফনা অমবু ওইর স্থ মখোয়দি ঐগী থুক্কমজনিংঙ'ইনি।"

মা ভাংলিবগী মখিং অমি থিংকুপকী মতুংদা অচাকপা মৈথিগী মতৌগুম লংথংলক্লে। শাথীদা তমথীবা থিংবেং অহুগী মমাংদা শগী ককতাওনবগুমখ্রে। মহাক্না কীবগা লোয়ননা হয়া হয়াঁ মতক নোমহুনা হায়রকই, "মহ অচুম্বনি! মহ অচুম্বনি!"

ভারতীগী মচিন্দগী মাইহ অমত্তা থোরক্লে, মহাকী থম্মোয় খুংহ মমাংদা অমুক্তা থোকখিত্রিবা হায়রকপ থওদবা ঈথক অমা কুকংলক্লুনা থক থক থিক্লক্লে। ওসি অথেংবা অহিং অসিদা বিদাগী মতম মকশিল্লক্লবা মতম সদা থিংকুপমুক্তং মুপা অসিগী অশেংবা শক্তম উবা ফংলবগুম নিংলকই।

ডাক্তরনা থম্মোয়দা মথুং থিন্দুনা হায়রকই, "করি হায়বা ভারতী, মসিগী মমল থওজবা ওস্নগী বুদ্ধি ঈশ্বরনা ঐহোন্দা পীবিদবা? ওইদবা রাজি! ঐগী ইতিহাস পুম্নমক ভাসিংত্রা? ক্যান্টনগী অহোনবা লম্তা অমদা স্নুনিয়াং লেম ঐহোন্দা অমুক্তং হায়খি—"

ভারতীনা থওহৌদনা কীরক্লুনা হায়রকই, "কমা কনাহো সিন্থি কায়কপগুম—"

ডাক্তরনা মনা থাঙ্গংতুনা ভারকই, পকেটতগী তপ্প-ঈংমা পিস্তল লৌথোরক্লগা হায়রকই, "অমম্মা অসিদা ঐবু কায়বা ঙমগদবা পৃথিবীদা কনা-স্থু লৈতে।" অসি হায়রগা মহাক হৌশংলক্লে, অহুবু মহাকী মাইথোংদা খুংনাংথগী মখি ভাই।

পাখংতবদি ওপ্রগী শশীদদি। মহাক্না মঙক থাঙ্গংহুনা হায়রকই, "ঙসি নবতারাগী অমুক্তং লাকপগী রাকম লৈবনি, ওইরম্বা য়াই—"

ডাক্তরনা নোকখোক্লগা হায়রকই, "ওইরম্বা য়াই মত্তে মহাকমক্তি। খোইদোক্না অচম্বা য়াকম্নি। অহুয় মহাকা লোয়নরকদৌরিবা মখোয়হুনা কনা কনানো?"

শশীনা হায়রকই, "অদোম খঙবিদ্রা? ঐখোয়গী প্রেসিডেণ্ট লাক্লিবনিনে। ওইরম্বা য়াই—"

ভারতীনা হাইহৈং তক্লুনা হায়রকই, "কনা প্রেসিডেণ্ট? ইচে-বেম্মা সুমিত্রা?"

শশীনা মঙক নোমহুনা হায়রকই, "হোয়।" অসি হায়রগা মহাক্না মপুক্লিংদা খল্লকই, হৌজিকথক্তা ডাক্তরনা মকম অসিদা লাকপগী মরম খঙবগুম। ঙসিগী অহিংসি অরেম্বদা হৌগ্রয়োই, ইকুই কুইদনা মশাগী অতাবী ওইনা লম্বীগী দাবীগী অবোইবা কলাকল ঙসি লোইশিন্নগনি। আইরায়, তলবারকর, য়ুউরক্লগা য়াই, কনামা খঙগনি থুদোংচাবা মকম্নি খঙহুনা ব্রজেন্দ্র মহয় থাদোক্লুনা উমং অসিদা চংলকখ লৌরম্বা। ডাক্তরনা মাগী হৈনবী অমদি চেকশিনবগী মতুং ইন্না পিস্তল লোংশিন্দে, মহু মথুং ওইনা অহুম পায়হুনা লৈ। মহাক্না ঈংলবা মাইথোং খোইদোক হেন্দোক্লা কাহংগ্রে।

# কুনমঙা

অমমম ওইনা ইমুংদা চংলক্লিবা মখোয় পুম্নমক মশক খঙই। ডাক্তরনা মমাই নোংখংভুনা হায়রকই, "চংলকউ।" অহুবু মাইথোং অহুগী মওং উবদা ভারতীনা খল্লকই, মরু ওইনা ওলিগীদমক্তদি মহাক হৈনিংদবগুম্মী।

সুমিত্রাগী পাউ মহাক্না খঙ্গ্রবনি, অহুবু চৈরক অসিদা ময়াম পুম্নমক্না মহাকী মতুং ইন্নফুনা লোম য়াংবদা পুন্নগনি হায়বা পাউ অসিদি মহাক্না খঙলমদে। মসি তপওই ওইথোক্লবা থৌদোক্তি নত্তে, মরম অহুনা মহাক লৈতবা মতমদা করিগুম্বা অকুবা বাকম অমা তামগ্রে হায়গ্রে হায়বদা চিংমনিংঙাই লৈরে। চংলক্লিবা কাংবু অহু লোয়র মথক্তা চুম্মিন চুম্মিন ফয়রে, কনাগী শাক্তংতম্ শয়া অমা কাওবা ঙকপা নত্রগা ফিঙ্গংপা উংতে; ময়েক শেংনা খঙলে, ভারতীগী ময়মদা মত্রবস্ত, ডাক্তর লাকপগী বাকম মখোয়না করিগুম্বা মওং অমদস্থ ওইরবস্ত হায়না খঙ্গ্রমারে। অপূর্বগী বাকমদা দল মমুংদা লাকপাক তাম্রবা অমা থোররকনি হায়না ভারতীনা চিংনজরক্লিবনি, ওসিমক মপুক্লিংদা খল্লুবদা ভারতীগী থম্মোয়মুং তনিক তনিক্লক্লে।

সুমিত্রাগী মাইথোং তাইকেং তাই অমস্তুং মকই। মহাক্না ভারতীনা বা তাংলে, নিংথিনা কাওবা য়েংদে। ত্রফেত্রনা

গেকয়। মচুগী অচৌবা কোকয়েংতু লৌথোক্লগা মথুংতা প্যায়রকপা চৈজাওহনবা মনুগা থম্মী, অচুগা মহাক্কী চাউ-প্যাংলবা হকচাং অহু উবাক্কী কক্লাংদা ঙাথহনা লুংঙাইনা কমথরে। মহাক্কী কোইরাওনবা মমিংকী হিংসাগী মিংয়েংনা ভারতীদা অমুক ডাক্তরদা অমুক ময়া হয়া য়েংলকই। রামদাস তলৱারকর চুম্মিনা চপ য়ুংনা লৈ, ব্যারিস্টর বৃদ্ধ আইয়ার সিগারেট চমথংতুনা থক্লকই, মরামদগী লাপ্না মবতারা কম্ভি। কৃষ্ণমতুগা মহাক্না করিস্নু মরি লৈনদবগুম্মী, ঙসি ভারতীবু মহাক্না মশক কাওবা থঙবা ঙমদবগুম্মী। কনাগী মাইথোংদসু মোকপগী মমি তাদে, বা ঙাংদে, মাং তাকপা নোংলৈ-নুংশিৎ হৌরক্লমদাবগী মতৌগুম থেংলবা অহিং অসিদা ঙাইহাক্কী ওইনা থোইদোক্লা চিকক্লে।

তুমিং অচুগী তমথীবা অহিংগী মতৌগুম ঙসিসু ভারতীনা হোৎনংতুনা লাক্লগা ডাক্তরগা থোইদোক্লা নকশিনা মশা থেংনা কয়রে। ডাক্তরনা নোক্তুনা হায়রকই, "মথোর পুম্বকপু ভারতীনা কীবা হৌরক্লে, মানা গুপ্তগী কীক্লিবসি ঐবুদনি।"

অসিগুম্বা বা অসি পনকপগী দরকার করিস্নু লৈতবনি অমমুং তাবক্কী নত্তনা কনানসু উবা ংংলমদবা যাই মচুদি, সুমিত্রানা মমিংনা ইঙ্গিত তৌহনা ব্রজেন্দ্রবু থামজিল্লকই। অহুবু কন করিস্নু ওইরে। মহাক্না মসিগী অর্থ থঙলমদবা যাউ, নক্লগনা থোৎহনবা ওইরবা যাই। মহাক্না রাক্লবা থোক্লাওথাহনা মরাংসু ব্রজেন্দ্রনা হায়রকই, "অদোম্না নীং-থা

তৌববু ঐখোয়না লিন্দা তৌই অতুগ শাথীনা য়াক্লিংদে ! অপূর্বগা করিগুম্বা সুমিত্রা থেংনবা থেক্লদদি ঐনা মাবু –"

মপুং ফাদবা য়াহৈ পরেং অসিবু ডাক্তর মশামক্না মপুং ফাহন্দুনা হায়রকই, "মাগী মথরায় লৌগনি।" অসি হায়রগা মহাক্না মরু ওইনা সুমিত্রাদা মিংয়েং থম্লদুনা হংলকই, "নখোয় পুম্নমক্না মুপা অসিবু শৌগংপগা?" সুমিত্রা মমাঙ লুকথদুনা লৈ, অমস্তুং অতৈ কনামত্থ য়াহং অসিগী পাউথুম পীদে। মিংকুপ থরা চপ য়ুংবা লৈরগা মহাক্না হায়রকই, "মঙং-নতৌ ভবদা নখোয়না শৌগংলি হায়বা নি ই। অতুগ চৈরক অদুদা নখোয়না থম্র-নৈনবত্থ লোইগ্রমাক্লে !"

ব্রজেন্দ্রনা হায়রকই, "হোই লোইগ্রে, অদুগা মসিগী প্রতিকার অমা তৌবা দরকার ওই হায়না লিংই।"

ডাক্তরনা মঙোন্দা মিংয়েং থমদুনা হায়রকই, "ঐস্থ মতুমক খল্লি, অদুবু মতুগী মমাংদা দরকার ওইবা য়াফম অতু নি শিংবা পাস্মী, কা-হেম। শাস্তবদগী নখোয়না মতু ফাউথোকখিবা শোয়দনা ওইরমগনি। অহমেদ তুরানীনা ঐখোয়গী অরাং চীন 'পুম্বগী সেক্রেটরি ওইরম্মী, মাগুম্বা কাংগন্দবা, মথৌ থঙবা মীশক ঐখোয়গী দলদা অতোপ্পা অমা লৈরমদে। খ্রীস্টাব্দ ১৯১০ দা জাপান্না কোরিয়া লেবাক য়োংশিনগ্রবা মতুং থা অমরোম লৈরগা মহাকপু মঞ্চুরিয়াগী রেলয়ে স্টেশন অমদা ফাখি। সংহাইদা মাবু ফাঁসি তৌখি। সুমিত্রা, তুরাণীবু নহাক্কি উহোবা নত্র্ন ?"

সুমিত্রানা মতক নোমহুনা উংখোই হায়বা থঙকল্লকই।

ডাক্তরনা হায়রকই, "ঐ মতম অহুদা ছিতাদা কায়রবা দল অমুক শেমগাংপনা থৌ চিল্লম্মী, ঐগী থুং নাম্মা তেক্কে হায়বা পাক্তি অমা কাওবা ঙংলমদে। অহু ওইরংসু মাগী মায়োক্তা কোর্টতা বিচারগী লৈলা শান্নবা কন্না চংথখিবা মতম অহুদা মাবু কনবা বিন্দু অমা কাওবা ঙংনিঙাই লৈতে। ঐখোয়গী অয়াম্বা মী একম অহুমক্তদা লৈরম্মী। অচুম ওইনমক, অহুক শাথীবা থুদোংথীবদু করিগী খোকপ্রিবনো থক্ত্রা? কয়জাবাদকী মথুরা তুরেনা মতম অহুদা কাতু-কারন হন্না হন্না হায়জিন্দুনা দলগী মপুক্লিংদা ছপেংনা হু চেলহনখি। তুরানী শিন্দা ময়াম পুম্নমক থুনা তুশিংপগুরম্মী। ঐনা কল্লকপা মতম অহুদদি তুরানীসু লৈত্রে। মথুরাসু টাইফয়েডনা সাহনা শিখ্রে। প্রতিকারগী লেমহৌবা করিস্ত লৈহৌত্রে, অহুবু তুংগী চিংনবদগী অহিং অহুগী অরোনবা সভাদা খোইদোক্ত মক ওইনা আইন অনিথক পাশ তৌখি। কৃষ্ণ আইয়ার, নহাক্তি মাউদবদায় নহাক তম্মু।"

কৃষ্ণ আইয়ার মমাই মকশিল্লক্লে, হায়রকই, "অদোম্না কনানা ইঙ্গিত তৌরিবনো হায়বা ঐদি খঙবা ঙমদে ডাক্তর।"

ডাক্তরনা থক্তিক্তসু নীংহন্নদনা হায়রকই, "ব্রজেন্দ্রনা। আইন অমনা ঐগী ইতুংদা ঐগী মবক্তা থক-নৈননা মাখোই হায়বনিনি,—"

ব্রজেন্দ্রনা করেম্নগী খোন্থাংদা হংলকই, "থম্ন-নৈনবা কাওবা য়াম্নোইদবা ?"

ডাক্তরনা খুম্লকই, "য়াবোই. ইমুংদা য়াবোই। অদুবু মহু তৌই হায়বা ঐ খঙই। মহুগী মরমদি, তুমিং অদুগী ক্যাপ্টেনগী সভাদা তৌনবা খুদিংমক চুরানী শিবদা লাংঙক্লুখিবা অদুক ঐদি লাংঙক্লুখিদে, মরম অদুনা মহু চংনচুনস্ত লাক্লিবনি, ঐস্ত খোঁশাবক্তে। অদুবু অনীশুবা ওমথীবা মরাল, ব্রজেন্দ্র !"

ব্রজেন্দ্রনা অদুম থীওইদবা মঙংদা হায়রকই, "মহু শংনা শেংনা হায়রিয়ু।"

ডাক্তরনা হায়রকই, "শেংনা শেংনা হায়রিবসিনি। ঐগী মায়োক্তা ইরাং তৌনবা শিনবা ওমথীবা মরালনি। চুরানী শিগ্রবা তুংদা হীরম কসিদা ঐ চেকশিলহৌবা দরকারনি।"

ব্রজেন্দ্র ফিংগংলক্লে, হায়রকই, "চেকশিলহৌবা দরকার অতোপ্পগীস্ত মচুম্নমক ওইবা য়াই। দরকার গুপ্লগী নত্তে মদগী নত্তে।" অদি হায়রগা মতাক্তা মরামদা য়েংলকই, অদুবু মরাম তুম্মিনা নৈ, কনানস্তু মহুগী পাউথুম পীদে।

ডাক্তর মশামক কনা কুইনা চঙক্লুদুনা নৈ, অদুগী মতুংদা তপ্না তপ্না হায়রকই, "শাস্তি অসিগী দণ্ডদি য়াম্না শাথী। চংত্রিবৈগী মমাংদা করিমত্তা অমুক তৌরম্লরোই খল্লম্ননি, অদুবু ব্রজেন্দ্র, নহাক নশানা নপুক্লিং কাথকবা ওমত্রে। মীগী মথরাম লৌসনবা মতম চুপ্পদা শেম-শাদুনা নৈ, অদুবু নশাগী মতাংদা ওইরবদি করি কনদোগনি হায়না খনবগে ?"

ব্রজেন্দ্রগী মাইথোং কাহংঙ্গে। মিংকুপম্মক মশাবু কাথ-জরপা চাউথোক্লা হায়রকই, "ঐ এনাকিস্টনি, ঐ রিভোলুশনারিনি থরাম ঐগী ইকমদদি করিস্নু লৈবা নত্তে.— লৌবস্নু ঙম্মী, থাদোকপস্নু ঙম্মী ."

ডাক্তরনা খোঞ্জেল ঈংনা হায়রকই, "মহু ওইরবদ ঙসি অহিং মহু থাদোপা তারে,—অদুবু বেল্টতগী মহু শংথোক্লবা মতম ফংলোই ব্রজেন, ঐনি মিং পাল্লি - জলাকপু ঐনা মুন্না থঙই।" অসি হায়রগা মহাক্লা পিস্তলগা কোয়মা মথুং ওই তাপ পায়ক্লে. ভারতীনা মুংশা থীহুনা খুং অদু ফাগে হোংনক্লবমক্তদা মহাক্লা মথুং য়েংনা মহাকপু ইস্থোকপ্রগা অস্নুয়দা হায়রকই, "অচ্চ !"

ইমুংদা মিংনা কুপ্পদা বজ্র তাবগুমক্লে।

সুমিত্রাগী চিনবাম ঙনিক্লক্লে, হায়রকই, "ঐখোয় ইশেল মরক্তা তৌরিবহু করিনো হায়বিয়ুদনা ?"

কলরারকর ঙসায়মথে রা অমত্তা ঙাংলক্লে, হৌজিক মহাক্লা তপ্না তপ্না হংলকই, "অদোমগী দলগী নিয়ম পূম্নমক ঐ খঙজদে। অদোমগা মতখেন্নবগী দন্ডিবু যফম অসিদদি হাংগ্রে ? অপূর্ববাবু হিংখিবা অদুদা ঐগী থম্মোয়দদি হরাওরবমক্কি, অদুবু অদোমগী চুমদবস্নু মহুদা হস্তবদি নত্তে, অচুম্বা অসি ঐ হায়দোক্তবা ঙমদে।"

কৃষ্ণ আইয়ারনা মঙক নোমহুনা যাখিংবা ঙংলকই, ব্রজেন্দ্রগী খোঞ্জেলদা কবেম কথাইনবগী সুর চেননা অমুক

ঙম্লনত্রবনি, অহুবু অয়াম্বনা শোগংনরকপহ্নদা মপাঙ্গল কংলহনা মহাক্না হায়রকই, "মী অমগী থরায় মাংবদ, মতাম্বদি ঐগী থরায় মাংগে মাংজরসনু। ঐ শেম-শারে।"

সুমিত্রানা হায়রকই, "ত্রেটরগী মতুংদ কম্বিগুম্বা ট্রায়েড কমরেড অমগী ঈমক 'হাক' দরকার লৈরবদি ঐস্পু থরায় থাদোকপা ঙম্মী ডাক্তর!"

ডাক্তর চপ ঘুংনা ফমহনা লৈ, বারোবা অসিগী কম্বিগুম্বা পাউথুম অমত্তা পীননবা হোংনদে। মিনিট অনিয়োমগী মতুংদা মপুক্রিংদা হাইফেং খোইকুম মোমোন তোরগা হায়রকই, "মহু পুম্নমক্তু অম্বিবা বানি, মতম অহুদা নখোয় কদায়দবু লৈরমগদগে? ট্রায়েড কমরেড অসিবু মতম অহুদগী হৌনা ঐনা মশক থঙরবনি। মহু তোক্রসি। টোকওগী হোটেল অমদা ফমহনা সুনিয়াং সেম্না নোংমা হায়খি, 'নিংবা কায়বগী থাংবা ঙম্বগী শক্তি বাংপা মীশক্তি লম্বী অসিদগী অহুক হাক্না থপ্না চংপগুম্মী।' মত্তৌ অহুম্না, মসি ঐ থাংবা ঙমগনি। অহুবু ব্রজেন্দ্র, নঙোন্দা ঐনা তৌশন্নহনা কীহন্নবা হোংনবা নত্তে। ঐহাক অতোপ্পা লমদা চংপা তাব্রি, অহুবু ডিসিপ্লিন কায়বদি ঐ থাংবা ঙম্লোই! সুমিত্রাবু কম্বিগুম্বা মহাকী দলদা পুশিল্লবদি, আই উইশ হউ গুড ল্যক। অহুবু ঐগী লম্বী নহাক থাদোক্লো। সুরভায়াদা অমুক এটেমট্, নহাল অমুক্না অমুক তৌগ্রে, অহুবু মসিগী মতুংদা ইফ্ উহ মিট— ইউ নো!"

সুমিত্রানা পাখংনা চঙক্লহনা হায়রকই, "অসিগুম্ব' রাসিগী অর্থ? এটেমট্ তৌবগী অর্থ?"

ডাক্তরনা হাঙং অসি মনাদা কাওবা হাপ্তে, হায়রকই, কৃষ্ণ আইয়ার. আই এম সোরি!"

আইয়ার মরু লুকথগ্রে, অদুবু পাউথুম পীদে। ডাক্তরনা পকেটতগী ঘড় লৌথোক্লগা য়েংলকই, ভারতীগী মথুং পায়দুনা হাইক্লেংতং চিংলগা হায়রকই. "হৌজিক্তি চংলসি. নহাকপু নঙগী লেকমদা খিনবিরম্লগা ঐ চংখিগে। হে গংলো।"

ভারতী মঙত্রং চুবগুম ফমদুনা লৈরম্মা; ইঙ্গিত কংবমক্তদা তুশিন্না হৌগংলক্লে। মহাকপু মাং থাহন্দুনা ডাক্তর কা মনুংদগী থোকখ্রে, গুপ্নগী খোঙজিল ময়াদগী ময়ামদা অমুক্তং হায়রকই, "গুড নাইট্।"

বিদায়গী বাহৈ অসিগী পাউথুম কনানম্মু পীদে, নুংঙংনবগী মতৌগুম ময়াম চপ য়ুংনা ফমদুনা লৈ ভারতী মথাদা কুমথখ্রবদা ডাক্তরনা মথক্তা মিংয়েং থম্মদুনা তপ্না তপ্না কুমথরক্লি, মতম অসিদা ইথঙ থঙবৌদনা থোঙ হাংদোক্লগা শশীনা মমাই লিংথোরক্লগা হায়রকই, "অদুবু অদোমদি ঐগী দরকার য়াম্না লৈ ডাক্তর।" অসি হায়রগা মহাক থুম্না য়াংনা কুমথরক্তুনা মাগী মনাক্তা লেপ্লরে। শোর হোন্দবমখৈ হায়রকই, "ঐদি মীওইবগী মরক্তা চন্দে ডাক্তরবাবু, করিগুম্বা সুমিতুম্বু অদোমগী করিগুম্বা থবক অমত্তদা চম্নবা শক্তি ঐগী লৈতে, অদুবু অদোমগী লমান্দ ঐনা পুন্সি চুপ্নগী নিংশিংদুনা লৈরগনি। মসি ঐ থক কাউররোই।"

ডাক্তরনা নুংশিঁবগা লোয়ননা মহাকী মথুং পায়দুনা চিংশিল্লগা হায়রকই, "কনানা হায়বগে মহাকপু মী নত্তে হায়না,

শশী ? নহাক্তি কবিনি, নহাক্তি গুণ লৈবা মীনি, নহাক্তি মীওইব খিবিংগী অথোক্পনি। অদুগা ঐগী ইকমদা নহাক্না লমন করিগুম্বা থরা তশেংনা তোঞ্জবদি মদু কাউদবা নৈ।"

শশীনা হায়রকই, "নঠে, ঐ কাউরবো। অদুবু, মফম অমদদু লৈরিবস্তু ঐগী লৈচবা পুম্নমক অদোমগীনি— মাফম অসি অদুম ওইনমক অদোমগী কাউহিরোইদবনি।"

মখোয় অনি ভারতগী মনাক য়েংকপমক্তদা মক্কা নুংশা-থীনা হংলকই, "করিনো দাদা ?"

ডাক্তরনা নোকপা হায়রক্কই, "মতম কপ্রেইদা মাগীদি করিগুম্বা খুদোংথীবা অমত লৈরমদে, অদুবু থত্তোকদনা মতম ফরক্রবসিদদি মহাক চিন্তা যাম্না তৌরমল্লে, তুংদ পৌবিমগী লমন অদু নিংশিংলক্রি হায়না। অদুনা চেক্তুনা হংজবা হাক্লিনি, মাগী লৈচপা পুম্নমক ঐগীনি হায়বা"

ভ ভীনা হায়রকই, 'মদু ওইরে শশীবাবু ?"

শশী চুপ্মন লৈ। ডাক্তরনা কাপি তৌদুনা খোইগুম্বা খোঞ্জেলনা হায়রকই "নিংশিংগনিনে শশী, নিংশিংগনি। অসিগুম্বা পোৎশক অসি তরায় তরায় কাউদ্রা নত্তেনে, কমানা পাক চেক কাউথোকপা য়াবা।"

শশীনা হায়রকই, "অদোম কৈদৌউনা চৎপিগদৌরিবনো ? অদুগী মমাংদা অমুক উনবা ফংলরোইদ্রা ?"

ডাক্তরনা হায়রকই, "উনবদোই হায়না লৌরো। অদুবু নহাক্তি ঐহোক্পগী নহানি, ঐনা আশীর্ব্বাদ তৌরম্লিবসিনি, নহাক নুংঙাই-য়াইফনা পাম্নব।"

শশীনা নোল্লুক্লা হায়রকই, "লাক্লিবা থাংজ নুমিং ফাওবদদি লৈখবিখিবা য়াৱোইদ্রা ?"

ভারতীনা হায়রকই, "থাংজ নুমিত্তা মখোয়গী লুহোংবনি।"

ডাক্তরনা মচিম উমশিন্দুনা য়েঙ্লুকই, অদুবু করিমত্ত' হায়রক্তে। মাংদা লৈরিবা তুরেলগী হিথাংকয়গী উগী উচুক ময়াদা হি মচাদু লৈখোম মথক্তা লৈ, ভারতীবু যত্তন তৌনা মখুং শম্বিদুনা কাখৎহল্লগা মহাক মশামকপু কাখৎতুনা ফময়ে। শশীনা হায়রকই, "অদোম থাংজ নুমিং ফাওবা লৈখরগা চৎপিগদবনি। পুন্সিদা ভিক্ষা কয়া পীবিখ্রে, মসিদংসু ঐংতান্দা পীবিয়ু। ভারতী, নহাকসু নুমিং অদুদা লাকপিগদবনি।"

ভারতী তুম্মিল্লা লৈ। ডাক্তরনা হায়রকই, "মা লাক্লোই শশী, অদুবু ঐ করিগুম্বা লৈখবা য়ারবদি অমম্বদা লোৎতুনা লাক্লগা আশীর্ব্বাদ তৌবিরগনি, ঐ ইশাগী অয়াবা পীরম্ববসিনি। অদুগা করিগুম্বা লাক্তবা থোক্লবদি সব্যসাচীগী মফমদসু মদু ওইখোক্লে হায়বা তশেংনা খঙলো। অদুবু মফম অমদবু লৈরবসু নুমিং অদুদা মখোয়গীদমক্তা প্রার্থনা অসি তৌগনি, পুন্সিগী লেমহৌরিবা নুমিংশিংদু নখোয় নুংঙাইনা লেম্লনবা।" অসি হায়রগা মখুৎতা পায়রিবা নৌনা উগী উচুক্তা কল্লা ইনব-মক্তদা অপিকপা হিদু লৈখোম-লৈমাং মথক্তগী শিথদুনা ঈশিংদা তাখ্রে।

মতম অদু ফাওবা ঈথক হৌরক্লি, অদুবু হিনা ঈশিংদা তাউথরকপদা ঈপোম মচা মচা হৌরক্লে। ঈচেল তপ্পবী তুরেল

অহুদা- তাম্বিবা অয়'ংবা লৈবাক্কী অমম্বা বম্বিগী মকুমদা মখোয়গী ফি মচা অহু তপ্পা তপ্পা চেন্থরকই, য়াংবা লাম্নবগী দমক নৌ ফোনগদবা মতম অহুমক্ত ফাংলি, ডাক্তরনা মথৃক্ত পায়রিবা নৌ মতম চাম্না থম্লগা চুম্না কমলে।

চোকথংবী ভারতীন' মহাক্কী ভম্পাক্তা মখুং থম্লগা ভাথহুনা কম্লগা হায়রকই, "ভসি ইত্তোমদা ঙৈরম্নবদি ঐ অম্মক্কী মতিক পোম্না কপচম্মগদবনি মহুদি, ভুবেনগী ঊশিং ঐহোম্মগদবনি। দাদা, ভুংদা পুম্নকক্কীদি যাইফনবা অদিকায় লৈ, লৈত্রিবদি ভুপ্পগী নহাক্কমীবা? শশীবাবুনা খোইদোক্লা মঙং চাদবা থবক তৌগদবগী খৌরাংলি, মাবু কাওবা থম্মোয় শেংনা আশীর্বাদ তৌবিরম্লি,—ভুপ্পগী পৃথিবীদা মুংঙাইমু কাবনা নঙোম্দা আশীর্বাদ তৌবিনবা কনাম্ন লৈতত্রা? নহাক গুরুজনম্ন ওইমম্ন অহুপা ওইনিংবা ওইদম্ন, নঙোম্দম্ন ভসি ঐনা তশেংনা মহু হায়রুন আশীর্বাদ তৌগন্নি, নহাকম্ন ভুংদা মুংঙাই-যাইফনবা।"

ডাক্তরনা নোক্তুনা হায়রকই, "নহাগী আশীর্বাদদি সিদ্ধ পাক্লে। ওম্নহুম কদ কংই।"

ভারতীনা হায়রকই, "মীনম্মা য়াম্নি। মতুদা নত্তুনা ঐদি ভুপ্পগী অঙাং ওইবা নত্তে, অহুপা মাইকৈ অমমদি ঐম্না হল্লি চল্লিভৈদা পুম্নমক ছাবথাব শানা খুগাম্বহনা ইচে ইবেম্ম সুমিত্রাগা পুম্নিগী কাম্বনবম্নগা চংপা শাম্বিবি। মহু ঐ ম মোই।" ভাইহাক ভুম্বিনা লৈরগা হায়রকই, "নহাক্তা সুমিত্রাবুদি মুংশিদে

হায়রগনি। সুংশিদসমু, নখোয় সুপা ওইবশিংগী মককী সুংশিবগী মশক করা য়াম্বগে দাদা, ঙসি সুংশিরম্বহ হয়েংদি সুংশিরোইদ্রা? অপূর্ববাবুনসু ঐবু সুংশিবিবা ঙমদে. অহৌবু নৈনদি ঙম্মী। ঐনা ঙম্বা অসিমক্তা পুম্নমক্কি। উনাখোই নৈহি চুপ্রবা শক্তি নৈতে হায়দুনা কমাগী থৌমকুপদগে? অহৌবু ঙসি মহোন্দা হায়রিবসিনি দাদা, তাইবংপান অসিবু শেম্বিবা করাঙম্বা মপু অমা নৈরম্বা খোক্রবদি নুপীগী থম্মোয়গী অন্থুক য়াংবা প্রেমগী লমম শিংনমবা মহাক্তা ঐগী খুংতা অপূর্ববাবুবু শোয়দনা শিন্নরগনি।" অসি হায়রগা ভারতীনা করিঙম্বা খবা পাউখুমগী আশাদা চপ য়ুংনা নৈরুরগা হাইরকই, "দাদা, নহাক্তা মপুক্কিংদা নোকপিরিব্রা?"

"কদায় নোক্কেদা।"

"ত্তশেংনা নোকপিরিবনি। অহৌ মত্রবদি পাউখুম পীবিব্রিবা করিনো?" অসি হায়রগা মহাক্তা অমম্বা অহৌদা কমা হোংনহুনা সব্যসাচীগী মাইখোংদা মিংমেং কুপ্না য়েংলকই।

ডাক্তরনা মরু লুকচায়না মহোন্দা মুম্না য়েংলগা হন্দক্তি নোকখোরক্লে, হায়রকই, "পাউখুম পীনিংডাই করিদু নৈতবনি ভারতী। মখোয়গী তাইবংপান শেম্বিবা মপু অহৌবু করিঙম্বা নমহুনা খাজবা তাবা খোক্রবদি নহাক্তী মচে-মেম্না সুমিত্রাগী করি ওইগনি খঙত্রা ত্রজেন্দ্রগী মখুংমক্তদা মূলাবু মওং পুম্নমক্তা শিন্নখোক্রগা নীংঙাইদনা হিংলমগদবনি।"

ভারতী খোইদোক্না ওক্লে। ওসিগী থৌদোক অহুগী মতুংদা চিংনবা অসিমক মাগী থম্মোয়দা চেংশিনগ্রবনি, হংলকই, "ব্রজেন্দ্রনা মাবু নঙোন্দগী হেয়া,— ঐনা হায়বদি অহক য়োনা মুংশিত্রা?"

ডাক্তরনা পাক হেক পাউখুম পীবা ঙমদ্রে। অহুগী মতুংদা হায়রকই, "হায়বা থরা লুই। মসি করিগুম্বা তৌ-শিন্নবা লিচিং অমা ওইরম্লবদি মীওইবগী মথাক্তদা মহুগী চাংদম্নিংঙাই লৈরোই। ঈকাইবা লৈতে, হঙ্গোইবা লৈতে, সন্মান লৈতে,— অক-কক্ত রাখল মাউদবা শাগী শারিংবেন্দু যিংমা উত্রিবা মহাক অহুনা মাগী থম্মোয়গী পরিচয় থক্তবা ওম্লোই। ভারতী, নঙগী দাদা ঐগী থুং অনি হায়বা পোৎশক অসি করিগুম্বা সংসারদা লৈরমদবা থোক্লবদি আত্মাঘাট তৌবা নত্তনা সুমিত্রাগী অত্তোম্না লম্বী লৈরমদবা য়াই। নহাক্কী তাইবংপান শোঙ্খিবা মপু অহুমা ফাওবা অস্থক কুইবমি মথোয়সিবু থাগত্তবা ওম্বা নত্তে।" অসি হায়রগা মহাক্না ভারতীগী লুকথরিবা মকোক্তা মখুং অনি অহু থম্লগা ওগ্না ওগ্না পাম্শিন্নকই।

হৌখিক্তা ভারতী চিংনমনা তৌকম থঙলক্লে, হায়রকই, "দাদা, অহু য়োনা থঙলবা ফাওবা নহাক্না মামকী মখুংতা সুমিত্রাবু হন্দোক্লম্লহুনা চৎপা পাম্বিব্রা? অহুক হাক্না ঙমথীবা মীশক নহাক্না ওইবা ওমগনি হায়বা ঐদি থজবা ওমদে।"

ডাক্তনা হায়রকই, "অহুমনিনে ওসি চৎফিংঙৈগী মমাংদা

পুম্নমক লোইশিন্নবগা চংগা পাবখিবা,— অহুবু সুমিত্রামক্না মহু ওইহনখিরে।"

ভারতীনা কীনা হংলকই, "ওইহনখিজিবদি মতৌ কমদৌনো? নহাক্না তশেংবম ব্রজেন্দ্রবু হাংগা পাখিবিরা?"

ডাক্তরনা মতক মোমহুনা হায়রকই, "হোয়, তশেংবমক পায়রমী। চৈয়ক অসিদা পুলিশকী মীনা করিগুম্বা বাবু জেলদা থাজিনজরবদি হল্লক্পা নোংমা অমুক ঐমক্না থবক অদি পাংথোক্লবা তাই।"

ওসায়রথৈ ভারতী মহাক্কী তম্পাক্তা ভাথহুনা কয়ম্মী, মা অসিগী মতুংদা হৌশংতুনা কয়রগা তশেংনা থুংবংনবগুমরে। মহাক্কী থম্মোয়দা অকনবা চৈথেং অমা কংলে হায়বা ডাক্তরনা থতলে, অহুবু করিগুম্বা বা অমত্তা ভাংদনা অশোম য়াংমা লামবা নাকল অদিদা লৈরিবা নৌ অনিছু মথুং অনিনা পামহুনা হোল্লক্লে।

কনা কুইনা লৈরবা তুংদা ভারতীনা তপ্না তপ্না হংলকই, "করে দাদা, ঐনা করিগুম্বা নহাক্কী সুমিত্রা ওইরম্ব থোক্লবদি অমুম্বা অহুম ঐহাকপুস্থ হন্দোক্নুনা চংপ: তবিগরা?"

ডাক্তর নোক্লকই, হায়রকই, "অহবু নহাক্তি সুমিত্রা নত্তে, নহাক্তি ভারতীনি। অহুগা নহাকপু ঐনা হন্দোক্তুনা থমগ্রোই, থবক্তীদমক্তা থনবগনি।"

ভারতীনা মপুক্কিং নাত্তকুনা হায়রকই, "ভাইপীবু দাদা,

মখোয়গী হাংনে-শুনবা ঈমু-মাইমু তানবা মরক অসিদা ঐ অমুক মাউরয়োই। নখোয়গী অরে'ম্বা সমিতিগী থবক ঐহোন্দা শিন্নবিয়বগী অমুক কাময়রে ই।"

ডাক্তরনা হায়রকই, "মতুগী অর্থদি মখোয়গী মতৌশুম নহাক্কুম্ন ঐবু থাদোক্কুনা চংশা পাঙ্গত্রা ?"

বা অসি তাবদা ভারতী নুংনাংবা অমদি লাংতক্নবনা। নৈতাকম থগুলক্লে, হায়রকই, "অচুক হাক্কা চুবদবা বা নহাক্কা ঐহোন্দা তাকশিবা ওয়রবা দাদা ? নহাক্কা অপাম্বদা তৌথিবা যাউ, অদুবু ঐগী মাইকৈদগী নহাকপু থাদোক্কুনা চংগ্রে হায়বা বাক্ম অসি থল্লবদি ঐ নোংমা কাওবা ঙিংবা ওয়গদি হায়না থনবিত্রা ? ঐহাক নহাকমক্কী থবক তৌদুনা লৈগনি, নহাক লপ্পানা ঐবু চুটি পীবিব্রিবমথৈ।" লেপকক তৌরগা হায়রকই, "অদুবু ঐদি থগই, মী হাংদুনা চংশমক মহাক্কী অশেংবা থবক নত্তে, নহাক্কী থবক্তি মঁওইবনু মীওইবগী মতৌশুম হিংবদবনি। মহাক্কী থবক অচুমক্তদা ঐ যাউশিন্দুনা লৈগনি, অদুগা মতুমক থন্দুনা মখোয়গী মরক্তা ঐ লাকথিবনি।"

ডাক্তরনা হিংকুপমুক্তি নৌ হোৎনবা লেপ্লগা হংলকই, "ঐগী থবক হায়রিবমু করিনো ?"

ভারতীনা হায়রকই, "ঐখোয়গী লমদাংগী দাবীশীদি করিগুম্বা দরকার শেতবনি অরোনবা মরিশিং [illegible]গী। কারখানাগী মজদুর-মিস্ত্রীশিংগী কিতবদি ঐ [illegible] উবরমবনি। মখোয়গী পাপ, মখোয়গী কষ্টবা হৈনবা, মখোয়গী শাগী মতৌশুম্বা দুর্মা-কৈদৈ,— মসিগী প্রতিকারমসু করিগুম্বা পুন্সি চুপ্পদা মরিক অমত্তং তৌবা ওয়রবদি, মতুদগী হেন্না বাংবা মাইপাকপা ঐগী

করি অমুক লৈখিগদগে ? শেংনা হায়বিয়ু দাদা, মশিবু নহাকপকী থবক নত্তব্রা ?"

ডাক্তরনা মতম অহুমক্তদা কয়িগুম্বা পাউখুম অমত্তা পীদে, ফনা কুইনা তুম্মিঙ্গা করিনো থম্মুনা লৈক্কবগুম থহুহৌদনা নৌ অনি অহু ঈশিংদগী থাঙ্গংলগা তপ্না তপ্না হ'য়রকই, "অদুবু নহাক্কী থবক্তি মসি নত্তে ভারতী, নহাক্কী অতোপ্পা পৌদাং লৈরি। থবক অসিদি স্তুমিত্রাগীনি,— অদুনা, মাগী মথকমক্তদা ঐনা পোংলুম অসি ন৽শিন্দুনা থম্লিবনি।" মতম অদুদা তুরেলগী শরুক লোইশিন্নক্তনা ঈপাক্কী ঈথক হৌবা হৌরক্লে, অদুবু স গরগী অকনবা ঈথক হৌজিক কাওবা অদুক লাপ্পা য়ৌরক্লি,— ঈচেল লেপ্পবগুম্বগা ঈয়ায়দা মথোয়গী হি মচা অহু য়াম্না তপ্না তাউহুনা চংলি, ডাক্তরনা অহুম খোজেল শিক্লা হায়রকই, "নত্তোন্দা হায়দোকপমক যে ভারতী, কুলি-মজহুর মী থরগী য়াইফনবগীদমক ঐনা লম্বীগী দাবী লিংখৎখিবা নত্তে। মসিগী পান্দমদি খোইদোক্পা বাংই পান্দম অসিগী মথয়াত্তা মোংবা মখোয় হ'মেং-ঈরোইগী মতৌগুম বলি তৌববা য়াই,— মহুগী মরক্তা মহাক লৈক্কনু ইবুংগী ইবেম্মা, মহু নহাক্কা চয়োই।"

ভারতীনা চত্তক্ষুনা হায়রকই, "হায়বিদিবদি করিনো দাদা ? মীওইববু বলি তৌবা ভাবা!"

ডাক্তরনা অহুম খোজেল ঈনো হায়রকই, "মীওইবাদি কনায় ? পাদগী হেনবদি নত্তো!"

ভারতীনা অমুক কৈরকুনা হায়রকই, "মীওইবগী মরমদা মহাক্না করেম্বুহনবু ওইরবদু অসিগুম্বা বাদি চিন্না পনবদিগদবু হায়জখিবসিনি, মতম খুদিঙমক্তা নহক্কী থ পুম্নমক মপুংফানা থম্বা ঙমদে— থগুলুবদু ঙমদে, মন্থু থংদে; অহুবু মহাক্না কায়দোয়কপা বাদগী হেন্না মতাকপু ঐনা য়াম্না যুম্না থম্বই দাদা, ওইরোইদবদা ঐবু কঁহম্বা হোংনবিগদবু।"

ডাক্তরনা হায়রকই, "নত্তে ভারতী, ওইরোইদবা নত্তে, নত্তোন্দা ভপেংনা অকঁবা উংহম্বা কোংনবনি. ঐ হুংখ্রবা তুংদা মহাক অমুক হন্না কারখানাগী কুলি-মজদুরশিংগী য়াইফনবা তৌবগী মরক্তা লৈকুদনবা। মতৌ অদুম তৌহনা মখোয়গী য়াইফহ-বা য়ারোই.— মখোয়গী য়াইফবা পুরকপা যাগদবদি গুপ্নগী বিপ্লব (রিভোল্যুশন) গী মপুংদনি। অদুনা বিপ্লব অহুগী লম্বীদা চংহনবগীদমক্তনি ঐনা লম্বীগী দাবী লিংখৎলিবা। বিপ্লব শান্তি নত্তে। হিংসাগী মরক্তা মহাক মতম চুপ্পা থোক্ত থাংচুনা লাকপা তাবনি,— মসিনি থাগী বর, মসিনি থাগী অভিশাপ। অমুক্তং ইউরোপকী যাইকৈদা হন্না য়েংউ। হক্সেরিদা মতুমক ওইখিবনি, রুশিয়াদা হন্না হন্না অপুম্বা থোকখ্রবনি, খ্রীষ্টাব্দ ৭০ গী জুন থাগী বিপ্লব ফরাসীশিংগী ইতিহাসতা ওঁসিদু অমাং-অক্তা লৈতবা লৈরি। কুলি-মজদুরশিংগী ঈনা থুমিং অদুনা সহরগী লম্বী পুম্নমক ঈঙাং পাতক্লখি। অসিনিদনা থুমিং অদুগী আপান,— লৈবাক অদুদগী লংইরবা মজদুরগী অরাব ইতিহাস যরিক অমা কাওবা তোঙানবা

নত্তে। মীওইবগী চংননবা লম্বীদা মীওইবমা করিগুম্বা হৌরিবসু নৈরাব-খিনগায়বা থোকহন্দবা নৈতে ভারতী।"

ভারতী মতু চুংলক্লে, হায়রকই, "মহৌ ঐ খঙদে, অদুগুম্বা ভমখীবা উংপাত অদু ংহাক্ক নৈবাক অসিগী চিংশিন্দুনা পুখিরকদৌরিব্রা? ঐখোয়না মরিক অমত্তা ওইরবসু হাইকনবা অহিং-হুংথিল নাইদনা হোংনরিবা মথোয়গী ঊনা কারখানাগী লম্বীদা ঈথোং ওইনা চেলহনবা পাম্বিব্রা?"

ডাক্তরনা থৌ-রা শাদনা হায়রকই, "ভলেংনমক পাম্বী। অথোইবা মীওইবগী মুক্তিগী সমুদ্রদা মীওইবগী ঊনা ঈথোং ওইনা ঈথক হৌনা চেম্বা অদুমক্তিদনা ঐগী মরুপ। অদুক কুইনা চৌংমুক হা'না নৈরক্লবা পাপ মহৌ মরমদি করদৌনা চাদথোকদগে? অদুগা চাদথোকপগী থবক অদুনা নহাক্কী মথুং ঐগী ঈ মরিক অনিমংসু করিগুম্বা মরকায় ওইরগদি হাদিংদবা তৌরোই ভারতী?"

ভারতীনা হায়রকই, "মহৌ কাওবদি মহাক্কীসু খঙই দাদা! অদুবু নৈবাক মহুংদা শান্তি কায়হনবা শিল্পনবনীদমক অদুক চাউনা লাং থাক্লবা শিনবিরিব্রা? মশিদগী হেন্না হাংবা আদর্শ নহাক্কী নৈতব্রা?"

ডাক্তরনা হায়রকই, "ভসি কাওবদি থিবদা হংগ্নি ইচল। কয়া কোইকরে, কয়া পারে, কয়া থরে। অদুবু নত্তোন্দদি ঐ হা'ম্না হায়রবনি ভারতী, শান্তি কায়বগী অর্থ অমঙ্গল পুরকপা নত্তে হায়রবা। শান্তি! শান্তি! শান্তি। ত্তুমন্দুনা নাকোং

ওশেংবা য়েশিনখ্রবনি। অতোপ্পগী শান্তি হুরপা অতোপ্পগী লম্বী থিংহুনা ফুড়া-দোলান শাগংলগা ফমহুনা নিংঙাইদবা লৈরিবা মখোয় অহুমক মীনম্বা মপ্পগী ঋষিনি। তাম্বোকপিরবা, মৈহংপিরবা ওংপিরবা নুপা-নুপীশিংগী মনাকোংদা ওম্ভনা মস্ত্র অসি কায়শিন-কায়শিন্দুনা মখোয়বু অসিগুম্বা কিভমদা য়োইহনখ্রে মহুৎ, ঙসি মখোয়মক শান্তি কায়বগী মথিং তাবদা মীপাইনরি,— খরৈ, মসিদি পাপনি, মসিদি অমঙলনি! পুম্নবা মগনা চাবা কংদহুনা লেপশি শিবা উম্ভিত্রা? মনাক লেপ্পা লেপ্পা শি, অহুম ওইনমক শোন্নবা থৌরিহু থদংতুনা মপুগী শান্তি থুগায়দে। মহুমক ওইরিবনি, মহুমক্ন ঙসি লাইর-অনংবশিংনা চংনমবা লম্বী ঙশেংনা পুমথিং থিংজিনখ্রিবা? অহু ওইরবস্থ মখোয়মকী ফুড়া-দোলান থুগায়বগী থৎক্লা মখোয়গা লোয়মনা খোঙ্কেল অমম্ভদা করিগুম্বা ঐখোয়নস্থ শান্তি হায়হুনা কপতুনা লৈখোক্লবদি, লম্বী কনায়দগী কঙ্গপগে? নত্তে ভারতী, মহু ম্নারোই। চংনবী অহু ফমস্থ নিরমগু, ফনস্থ শেংলমগু,— ঙসি পুম্নমক অহু ঐখোয়না থুগায়হুনা মাংহনগদবনি। উমুলদি শোয়দনা থাঙ্গনি, লৈত্তোয়দি শোয়দনা থিংখায়রকনি, নুং-চেক কিল্হরক্লনা মীওইবগী কোকথক্তা ঙ্গরবদি শোয়দবনি ভারতী, মসিদি মশাগী অতাবীনি।"

ভারতীনা হায়রকই, "মহুস্থ করিগুম্বা ওইরবদি দাদা, শান্তিগী লম্বাং থাদোক্লুনা হায়দগী অশান্তিগী লম্বীদা খোঙ থাংজিনথিরক্লিবা করিগীনো?"

ডাক্তরনা হায়রকই, "মহুগী মরমদি, শান্তিগী লম্বীবু মখক্তা পনখিবা সনাতন, অশেংবা অহুগা অৱিবা সভ্যতাগী সংস্কার অহুনা কৈগাক কৈনা থিংহুনা কৈ লায়হুন্নবি। শুপ্রগী বিপ্লবকী লম্বী অহুদদি ওসিন্থু হাংহুনা লৈ।"

ভারতীনা হংলকই, "ঐখোয় লুমিং অহুদা কারখানাগী শিল্পীশিংগী অপুনবা অমা শাগৎতুনা শান্তি ওইবা ষ্ট্রাইক অমা তৌফমবা থৌয়াংখিবা অহুম্ম মহ ওইরবদি মখোয়গী মঙ্গলগীদমক নত্রব্রা? নত্তাক চংংখিবগা লম্বীগী দাবীগী ঐখোয়গী থৌরাং অহুম্ম লেপ্পা তারব্রা?"

ডাক্তরনা হায়রকই, "নত্তে। অহুবু থৌদাং অহু নহাক্কী নত্তে, সুমিত্রাগীনি। ঐখোয়গী থবক্কি তোঙানি। ভারতী, ষ্ট্রাইক কৌবা পোংশক অমা লৈ, অহুবু শান্তি ওইবা ষ্ট্রাইক কৌবদি কদায়দম্মু কয়িগ্ধু লৈতে। সংসারদা কয়িগুম্বা ষ্ট্রাইক অমত্তা কৈদৌংওমম্মু মাইপাক্কে, মতুংদা মাগী পাম্বোমগী মপাঙ্গল লৈত্রিবমথে। অথোইবা চাংবেংদি অহুমক্তা তৌবা তাবনি।"

ভারতীনা ওক্কুনা হংলকই, "কনাবু চাংয়েংহনগদৌরিবনো? শিল্পীবু?"

ডাক্তরনা হায়রকই, "মানি! নঙনা থওদে, সুমিত্রাদি মুমা থওবনি মহুদি, ঈনাক-খুনথগী মরল-মথুম মাংবা অহুগা লাইরবগী চরা হেমথা পোংশক অমত্তা মল্লে। মাগী উপায় লৈতবা, থবক লৈতগা লুমিংশিংহুনা লোংথা লোংমগী মাবু

চম্মা হেনবগী ঙৈরক্তা ঈমশিন্দুনা পুশিল্লি। মাগী মুপী অতাং পরিবারনা চাক লাম্বতুনা কপতুনা লৈ,— মখোয়গী লেপ্পা মাইদবা মীকপ-মীরাওখোলনা মমৈথ দা লোংমা মাযু তাওচং-নহল্লি,— মতম অদুদ মীগী মচিঞ্জাক মুন্দুনা চাবা নত্তনা হিংনবা অতেপ্পা পাম্মৈ অমত্তা মদাক্তা ফংদে। ঈনাক থুমদনা য়াইক্ববা লুমিং অদুদমু ডাইদুনা ভু ম্মগা লৈ। লনগী পাঙ্গল, লাম্মীগী পাঙ্গল, থুংলাবগী পাঙ্গল পুম্নমক মাগী মথুওনি মশক্তি রাজশক্তিনি। পুমিং অদুদা মংাক্তু, অমুক থোঙাদবা তৌদে,— মখোয়গী সনতন, শাক্ত অদুগা অশোংবা কায়বা অদুগী অম ওইসনু, লুমিং অদুদা থুংলার য়াউদবা উপায় লৈদ্রবা লাইরবগী ভৈনা তুরেল ওইনা চৎলি।"

ভারতীনা শোর থিংনা হায়রকই, "মদুগী মতু দদি?"

ডাক্তরনা হায়রকই, "মতগী মতুংদদি লোংনা অমুক তুরুংপী-রবা, মীখাপে রব, চদংরবা শিন্মাগী কা'র অদু লোইনা লাক্তুনা মীতাংপা অদুগী খোঙাজম্মা মপুং তিংথোক্তুনা লৈগে। তিক্কা ফংই।"

ভারতীনা হায়রকই, "মদুগী মতুংদি?"

ডাক্তরনা হায়রকই, "মদুগীগু মতুংদা? মদুগী মতুংদা লোংমা অমুক কাংলুপ শেমদুনা মমাংগী অত্যাচারগী প্রতিকাররগী আপাদা স্ট্রাইক তৌই, মতম অদুদা হানগী রাজী অদু মথুং হন্দুনা অমুক হন্না অভিনয় ঊংলি।"

ভারতগী মপুক্কিং থাইহাক্কী ওইনা নিংবা পুথকায় কায়থবা থুমহৎখ্রে, তপ্না তপ্না হায়রকই, "অহু ওইরবদি অহুগুম্বা হৈক্লা করি কায়গদগে?"

ডাক্তরগী মাংমৎ অমসা অহুদম্ভ ইর' লংখংলক্লে, হায়রকই, "কায়রবা? মসিদি থোইদোক্ক' কায়রবনি ভারতী! মসিদি ঐখোয়গী বিপ্লবকী পাক্লবা লম্বীনি। শেংনিংডাই লৈতবা, চানিংডাই লৈতবা, লাইরবগী মাইথীবা অহুমক অচুম্বা ওই, অহুগা মহুগী হুন খম্মোয় থুমহৎলক্লবদি জগৎতা শক্তি অহু অচুম্বা ওইরোইদ্রা? মহুমক্তি ঐগী অথোইবা লম! কদায়দম্ভ করিগুম্বা লৈবাক অমগুম্ভ অয়েম্বদা বিপ্লবক নমক্ত' ংপ্লব শেমগৎপ নাত্তে, ভারতী. করিগুম্বা পাম্বে থবদি মহুগী পাম্বৈবমক্তি পাম্মবা। মহুমক্তি ঐগী পাম্বে। রাকম অসি থজেবা অপঙবা মীনা মঙ্গরর য়াম্রবম্ভ-য় মদ্রবম্ভ হ্রাইক তৌহল্লি, মহুনা মখোয়বুম্ভ মাং-তাকহল্লি, লৈবাকশু মাং-তাকহল্লি।"

ভারতীনা শুদক্লা হায়রবই, "মখোয়গী হি ফনা লংপ্লা তাউথরক্লমাল্লে দাদা?"

ডাক্তর নোক্লকই, হায়রকই, "মহুদম্ভ ঐগী মিং থল্লি হচল, কদায়রণা চংকদৌরিবনো হায়রম্ভ কাউদে।"

ভারতীনা হায়রকই, "করিগীদমক ৎসিগী মরক্তগী ঐথাকপু নহাক্লা বিদায় পীবা পাম্লিবনো হায়রবা হৌজিক্কা ভাব তাবে। ঐদি পাংদে। ওইরম্বা য়াই, মাগী মতৌগুম্মক পাংদবা। ঐদি করিস্থ নত্তে,—উসিন্দু নহাক্কী আশা পূম্নমক ইচে বেম্বা

অহুগুম্বা খুদোংচাবা অমত্রা কদায়দম্ভু লৈররোইত্রা ?"

ডাক্তরনা হায়রকই, "লৈবাক্কী অফবা থবক তৌনবা লম্বী মশীং নাইদনা লৈরি ভারতী, অহুমু খুদোংচাবা য়েংলগা মশাবু শেমজগদবনি।"

ভারতীনা কয়াও কয়াওনা হায়রকই, "ঐদি তুমদে দাদা, নহাক্না শিনবিরম্মু"

ডাক্তর মনা কুইনা তুম্মিল্লা লৈ। মহাক্কী মাইথোং থঙহৌদনা শককম চঙ্কিনগ্রে, অমম্বদা ভারতীনা মহু উবা ফংদে; ডাক্তরনা হায়রকই, "লৈবাক মমুংদা অচৌবা মচা সংস্থান কয়া লৈ, লৈবাক্কী মাইকনথা কয়া কয়া তৌবা। তুহং-লৈহৎপীরবশিংগী সেবা, মুপা মপীগী পুণ্য তানশিন্নবা পাউতাক পীবিবা, মীগী অমা অয়েক্তা হিদাক-লাংথক্কী থৌরাংবিবা, ঈশিং ঈচাওদা তংবাংবিবা অহূগা মপুক্কিং থৌগংপিবা— মথোয়মুমক্না নহাক্কী লম্বী তাকপিরক্ননি, ভারতী, অহুবু ঐদি মিথ্রবীনি। ঐগীদি মায়া লৈতে, দয়া লৈতে, মুংশিবা লৈতে,—পাপ-পুণ্য ঐগী ইকমদদি কাম্নদবা কাগিনি। অহুগুম্বা অযবা থবকশিং অহু ঐগী হৃফমদদি অঙাংবা শাম্নবগুবনি। ভারতকী স্বাধীনতা-দনা ঐগী অমত্তা তাইরবা পান্দম্নি, ঐগী অমত্তা তাইরবা লাইনিংনি। মসিনা ঐগী অকবনি, মসিনা ঐগী ফত্তবনি, —মসি নত্তনা পূন্সি অসিদা কদায়দম্ভু ঐগী অপাম্বা করিম্ভু অমুক লৈত্রে। ভারতী, ঐহাকপু নহাক্না অমুক চিংশিল্লগদ্রু।"

ভারতীনা অমম্বদা মতোন্দা মুমা য়েংহনা লৈ, শোর থিঙ্গংতুনা চপ মুংনা কমতুনা লৈ।

# কুমগুরুক

ঙসি থাংজনি, শশী অমসুং নবতারাগী লুহোংবা সুমিৎনি। শশীনা থম্মোয়দা চেংনা থৌনিজখিবদি অসনি মতুংদি, অহিংগী অমম্বদা লোৎতুনা মতম অমদবু ওইরম্লু ডাক্তরনা ভারতীগা লোম্বনদুনা লাক্লগা ঙসি মখোয়দা আশীর্ব্বাদ তৌখিবগনি। মতাংগি পালবগী থা মচেৎ হৌজিক্কী উগী মরুমদা লৈথক্লি, ভারতী অমুবা ম্যাপার অমনা মশা পুন্না কুপশিন্দুনা শঙ্কম নাইদনা মশাক্কী মী তাদবা মাটং অহুগী মচি অমদা লাক্লুমা লেপ্লরে। ডাক্তর হিদা ঙাইরম্লবনি, ভারতীনা কাখৎলগা হায়রকই, "চৎলা চৎলা করি করিগনো কয়া অমক। অহুগী ঙমখে লৈতে। ঐখোন্দা তাক্লমদনা করিগুম্ব মওংদম্ব মহাক চৎখিরোই হায়বা খঙতে, অহুম ওইনমক চিংমবদি থক কোক্কে। সুমিৎ থবানদমিদনা, অহুবু, যুগ কয়া নহাকপু উব ফংদবগুম মিংই, দাদা। ঐ শোয়দনা নহাক্কী ভুং ইন্দুনা চৌনাশিংগী লৈবাক্তা চৎকনি হায়বা হায়জহৌরিবসিনি।"

ডাক্তরনা নোককেং তোনা হায়রকই, "ঐস্নু হায়হৌরিবসিনি, নহাক্না অহুগুম্বা করিম্ব তৌননবা হোৎনরোই।" অসি হায়রগা মনাক্তা লৌনা ইপ্তোকুনা হি তাংডথক্লরে! হায়রকই,

"অশিখক্তনিদনা, করে চংলা তারে, অদুবু তুরেল অচৌবা তাম্নগা ঈচেন্দা হোনগংজুনা চংপদা ভুক্তিদি ঐখোয় য়াম্না থেংনগনি।"

ভারতীনা হায়রকই, "থেংজনু। অসিগুম্বা অকনবা থোরম য়াউবা চংলিব্রনে মতম হেক্নোকক্নবসি য়ারোইদবা? ঐদি চংমিংলমদবনি,—ভূগ্রনী নংক চংকলি কাংবদুদা লাক্লিবনি। করাদা ফজদবা মওং চানবা থোদোকনো হায়বিয়ুদনা!"

ডাক্তরনা ভাইহাক তুম্মিন্না চৈরগা হায়রকই, "শশীগা নবতরাগা লুহোংবা অয়াম্বা সংস্কারদা অথিংবা লৈ, লৈবাক্তা আইনসু য়াদবা লৈরম্বা য়াই। অদুবু দেশ অদুদি শশীগী নত্তে, আইন শেম্না শেমদবগীদমক দায়ী ওইরিবা মখোয় অদুগী মরামনি। ঐগী খিজুং শুংজাইজদবা হায়বদু শশীনা অত্তোপ্পা কনাবুমো কন্নিগুম্বা লুংশিবা ওন্নবদি অসিদনি ভারতী!"

ভারতীনা মেকথোক্লগা হায়রকই, "শশীবাবুনা অত্তোপ্পা কনাবুনো লুংশিজরদসু য়াই, অদুবু মহাক্তুমদি কমদোনা মাবু লুংশিগদগে? মাগী মত্তোওম্বা মীশকপু জ্ঞান ভাবী কমাওম্বী লুপীনা লুংশিবা ওমগনি হায়বদি ঐ থজবা ফাওবা ওমজদে। করি নহাক হায়বিয়ু, লুংশিবা ওমগত্রা?"

ডাক্তরনা মোমোন নোক্লকই, হায়রকই, "মাবু লুংশিবা কন্নিগী লুদনি! অদুনদি মাবু আশীর্ব্বাদ তৌবিবা চংলিবা। অদুম্বা মওংগী অকনবা মাথলগী কন্নিগুম্বা শক্তি লৈজরবদি শশীনা মতুংগী ফল ফংজনসু হায়না থল্লিবনি।"

মতাক্কী খোঙেল থজহৌদনা লুমথরকপদা ভারতীনা হনা কুইনা তুশিন্না লৈরুরগা হংলকই, শশীবাবুবু নতাক্লা অংশেংনা হুংশিখি, নত্রবে দাদা?"

ডাক্তরনা হায়রকই, "হোয়।"

"করিগীনো?"

"নহাকমকপু অমুক তাক্লা হুংশিরিবসি করিগীনো তায়রবগী মরম. করি হায়বনা পীগদবে ইবুংগী ইবেম্মা? চুয়া অদুম ওইরম্বা যাই।"

ভরতীনা হয়াওড়ন হংলকই, "করে দাদা, মতাকী নফমদা অহু ওংরবদি এখোয় অনি অমওরা?" অহুবু থংনবা খিংদুণ মতমদা নোক্তুনা হায়রকই, "অদুম ওটকমক ঈশ্বরগী মমল অমুক কুইরবগী তুদা থজ্জবা ওয়ে। চংলসি, এদু ডুইন্দুনা চংলগা হৌজিক হয়াওনা মখোয়বু আশীর্বাদ— নঙে নঙে, খুরুমজরকে।"

ডাক্তরমু নোক্লকই, হায়রকই. "চংলসি"

ঈথকী রাথলদ তুবেলগী সোম রা'মদা মফম কদায়বু ওইরবমু মতম শাংনা পন্থুনা লৈবা খুদোংচাদে, অদুন' নৌ হোন্দুনা যম্না রানা চংলকই। ঈরৈ হজিনকমগী ঈশাক মচিন অহুদা জাপানগী জাহাজ অমা লুমিং থংনিদগী পুল্লুনা লৈরি, মফম অহু মনা মনিল নাংদনা লাংস্থাক্লগা ভারতীনা বা ডাংলকই। হায়রকই, "লুমং থরমি অসিদগী ফুক্লিংদা

অসুমদা হেক হেক খল্লকই, দাদা, সমুদ্রগী অকুবগী ওমথৈ লাইদবগুম নহাক্তাগ্দ অকুবগী অবেপ্পা লৈতে। চানবিবদগ্দ হায়রো, দুংশিবদগ্দ হায়রো, করিমগুদা নহাক্না পাঙ্গে ওইদুনা খোঙকম চেংনা লেপ্পা ঙমদে। পুম্নমক কনায়দনো ওন্থদুনা চংখি।"

ডাক্তরনা হায়রকই, "অকানবদা, সমুদ্রগী অকুবগী ওমথৈ লৈ, মরম অদুবা নহাক্কী প্রমাণ অসি মতাং অসিদদি চানদ্রে।"

ভারতীনা হায়রকই, "মসিগী মরমদা নঙোন্দা চায়রক হল্লা হায়জরম্লগনি নিংই মতুদি. নহাক নঙনা সংসারদা ঐগীদি হায়বা অতোপ্পা কনাগ্দ লৈতে, নহাক চংগ্রবদি ঐহাক কনায়দা চংলুগনি! অদুবু রা অসি নহাক্কী নাকোংদা চংদে। অদুবু কমদৌনবু চঙ্গদগেদে, দাদা, থম্মোয়দি পান্দে। ঐ ভগেনা খঙই, অমুক্তং উরখিদবদা নহাক্কু ঐবু শোয়দনা কাউথোকপিখিগনি।"

ডাক্তরনা হায়রকই, "কাউরোই! নহাকপু শোয়দনা থম্মোয়দা লিংশিংগনি।"

ভারতীনা হংলকই, "করিগী পাঙ্গনা ঐহাক সংসারদা হিংদুনা লৈগদগে?"

ডাক্তরনা হায়রকই, "লাইবক কবী লুপীমচাশিংনা হিংদুনা লৈনরিবা পাঙ্গে অদুম্না! নপুরোইবা, মচা-মচু, বিষয়-সম্পত্তি, যুম-কৈ —"

ভারতীনা শাউদুনা হায়রকই, "ঐনা অপূর্ব্ববাবুবু থম্মোয় চেংনা দুংশিজরম্মী হায়রবসি অদুখনি হায়বা নহাক্কী নকমদা

লোংখিদে, যাবু ফংজরবদি নোংমা ঐগী পুলিসকী মাইকবনি খক্তরম্মী হ'য়বা অসিন্দু নহাক্না খঙবিরিবনি,—নহাক্কী নকমদা করিন্দু লোংলুবা যাদে— অদুবু মতুনি হায়দুনা ঐবু দাদানা ঈকাইবা পীবিরিদদি করিগীদমক্তুনো ?"

ডাক্তরনা নক্তুনা হায়রকই, 'ঈকাইব পীবা! ঈথাংবাদ ঐ নঙেন্দা করিমত্তা পীখিদে, ভারতী "

খঙহৌদনা শীরাং থাংলক্তুনা ভারতীগী খোঙজেল লুমথরক্রে, হায়রকই. "নঙে কৈদৌন. ঈকাইবা পীগনি ! নহাক্না খঙবদিবনি পল লিশিং লিশিং লৈ হায়ব, নহাক্না খঙবিরিবনি মহাক্না ঐবু লৌশিনবিবা শুপংতম ওয়েইহাই হায়ব:—অদু ওইরবসু অসিগুম্বা বা হায়বিরিবা !"

ডাক্তরনা নোকফেং তানা হায়রকই."মসিনি সুপীশিংগী দোষ। মখোয় মশাক্না মোংমা হায়খিবা বা অদুমক অতেংপ্লনা মোংমা অমুক পল্লকপথক্নদ মখোয়ন। চি পুংনা ফুগদবদগী কোংফিল্লকই। সুমিং অদুদা সুমিত্রাগী রাকমদা হায়খি, মহাক্না কনাবুনো নোংমা খোঙ মরাদা চিংশিরক্তুনা হৈনথুরগমি: অদুগা ওসি ঐনা মতুমক অমুক পল্লুবদদা করিংবমা নহাক্কী খোঙজেল কাজিল্লক্লি !"

ভারতীনা মপী তৈথোক্লগ ফংলকই. "নঙে, নহাক্না কৈদৌউঙ দম্ম অদুগুম্ব রা হায়নবা খুদোং ফংবিরোই ।"

ডাক্তরনা হায়রকই, "ফরে, হায়রোই। অদুবু খোঙচৎ অসিদগী হিংলক্তুনা করিগুম্বা হল্লকপা খোল্লবদি ইচল, ঐমক্কী ইখোঙ মরাদা নক্তু, নকি য়েংতুনা নশানা য়াজরগদবনি, দাদা, ঐহাক্না লিশিং লিশিংলক লানগ্রে,— শোরদনা নহাক

খুংলো য়েংবা লৈরমগনি, মহু নত্রবদি লইবক অমগী অচুক রাংবা অচুম্বা রা মতম অমুদা হায়রিবদু কমদৌনবো ?”

ভারতীনা মসিগী পাউখুম পীদে। ডাক্তরক তুম্মিন্না লৈকরগা ডাক্তরনা অমুক হন্না রা হংলকই। হন্দক্তি কদায়দগীনো মহাক্কী খোঙ্জেলদা চাদম্লিংঙাই লৈতনা নিংথি বা মুর অমা তীল্লবগুম্বা, হায়রকই, “অহিং অমুদা সুমিত্রাগী রা ভাবনে ভারতী, মতম অমুদা ঐ শুম্বা ওমখিদে। মসী অসিগী মথী চংপা নত্তে ঐ, অতুম ওইনমক ঐগী হকচাংদা হন্না হন্না তুম য়ুরকপগুমখি সংসারকোইকুহনা লোং কয়াগী মশক খঙলক্লে, খঙবা ঙম্মকত্রিবদি শুম্বগী মুপা মুপীগী প্রেমগী তত্ত্ব অসিদনি। ইপুংগী ইবেম্মা, শুইখোক্লবা হায়বা শব্দ অসি সংসারদা শুম্নদগী মখোয় অসিমক্কী ডিক্সনারিদা ইরম্বা য়াই।”

রা অসিদা ভারতীনা মঙ্কিক অমা কাওবা ফিজংপা উংতে। নীংবা কায়বগী খোঙ্জেলদা হায়রকই, “নহাক্কী রাইমক অচুম্বা ওইবা ওইসমু, দাদা, শব্দ অমু নখোয়গী ডিক্সনারিদগী মুথাংথ্রবগুম্বা। ইচে-বেম্মগী লাইবক নোংম্বা কন্নকপা ওইসমু।” লেংকক ডৌরগা হায়রকই, “ঐগা কন্না খন্দুনা য়েংলবনি, ঐ হংলগীদি, অহুন্নু মহুদা অমুক হরাওনিংঙাই লৈতে, মহু ঐনা অমুক পাম্মুবস্তু লৈতে।” অসি হায়রগা মহাক্না ডাক্তাক অমুক তুম্মিন্না লৈরগা হায়রকই, “অপুর্ববাবুবু ঐনা তশেংনমক নুংশি। অফবা ওইসনু, ফত্তবা ওইসনু, মাবু ঐনা অমুক কাউবা ঙমদে ই। অহুন্নু মহুনি হায়দুনস্তু খাগী মুপী ওইদুনা মহাক্না

যুদ্ধানমিন্নবা কংগ্রেসনবু ঐগী পুন্সি অরেঙ্গ। ওইগদৌরিবা কম্রিগীনো। মসি ঐগী মৈচাকী বা নত্তে দাদা, নহাকী নফমদা অয়োন-অথুপ লৈতবা অশেংবা অহুমক শং হায়দোকচরিবসিনি, ঐবু মহাক্না পুক্নিং মন্না তপ্না আশীর্ব্বাদ তৌবিদুনা লথী তাকপিন্নু —নহাকী মতৌগুম ঐস্থ মীগী থবক্তদা ইপুন্সি অসি কংখোকচগে। লৌশিনবিয়ুদনা দাদা, নহাকী চঙ্গুকন লৈত্রবী নচল-মপীবু খোঙলোই ওইনা।"

ডাক্তরনা বা ডাংদনা হি হোল্লি, অদুক শেংনা চেংনা হায়জবা অসিগী পাউখুম পীদে। অমম্বদা মহাক্কী মাইথোংগী ফিজম ভারতীনা উবা ফংদে, তুশিন্না লৈথিবা অসিদা মহাক আশা কংলবগুনকই। হন্দক্তি মহাকী খোজেলদা নুংশিনা হায়জবগী থুমবা মৈচাক চেনবগুম তৌই, হায়রকই, "পুবিগন্না দাদা? নহাক মতুনা অমম্বা অসিদা মতাল মচেং অমা কাওবা মকম কদায়দম্ভু উজবা ফংদে।"

ডাক্তরনা তপ্না তপ্না মতক হাইদুনা হায়রকই, "ওইথোক্তবনি ভারতী। নহাক্কী বাসিদা ওসি ঐগী জোয়াবু নিংশিংলকই; নহাকমকী মতৌগুম্না মাগী মমল নাইত্রবা মপুন্সি মরম চাদনা মাংহজখি। ভারতকী স্বাধীনতা মতুনা ঐ ইশাগী অতোপ্পা পান্দম অমা লৈতে হায়বা শোয়দুনবু ওইরবদু করিগুম্বা নুমিত্তম্ অহুয়া থক থরমদে। স্বাধীনতাদনা স্বাধীনতাগী ওমৈথৈ নত্তে। ধর্ম্ম শান্তি,কাব্য, আনন্দ—মথোয়সিনা অমুকম্ভ বাংই মথোয়গী মতিক

লাংতক্লবগী মৈশা চেনবা মুংশিং ভসি মুমিৎ চুপ্পা শিংলকখি। মচুমক নিংশিংলক্লুনা হায়রকই, "ইংরাজনা পানবা লমদমদা নহাক্কী লৈফম লৈতে হায়বা ঐ খঙই। অদুবু সংসার 'পুম্বদি মখোয়গী নত্তে! মকম অদুদা চৎলগা মখোয়দি লায়না কোংনা মখোয়গী অপাম্বা অদু পাংথোক্লুবা হোৎনক্লবা য়াই।"

অসি হায়রগা পাউখুমগী আশাদা মিৎকুপ থন্না ভাইচুনা লৈরগা মহাক্না হায়রকই, "অমম্বদা নহাক্কী মাইথোং উবা ঙমদে হায়বা য়াই, অদুবু পুক্লিংদদি লোয়া নোক্লি হায়বা ঐ মুম্না খঙজে। অদুবু, নহাক্না নহাক্কী তোঙান তোঙানবা দলশিংগদদি নত্তে, অতৈম্মু লৈবাক্কী থবক তৌরিবা,— অহল ওইরবা, জ্ঞান লৈবা, রাজনৈতিজ্ঞতা,— ফরে দাদা, ঙমাংগী বাংলা খবরদু—"

রা ভাংবা লোইদ্রে, ডাক্তরনা নোক্লুনা হায়রকই, "ভাকপিন্ন ভারতী, ঐখোয়গা চাংদমদুনা পূজা তৌনিংভাই ওইবশিংবু লৈথা তাহনগনু।"

ভারতীনা হায়রকই, "থোইদোক্লদুম, নহাক্না মখোয়বু করেম-নবিরি।"

ডাক্তরনা মঙক কম্না হাইদুনা হায়রকই, "ভপ্পং নত্তে। মখোয়বু ঐনা ভক্তি তৌদে, মখোয়গী লৈবাক তুকিম্বগী বক্তৃতা ঐখোয়দগী হেন্না সংসারদা কনানম্ভু মমুং তাম্না লৌশিনবা ঙম্বা নত্তে।"

ভারতীনা মুংঙাইজদনা হায়রকই, "লম্বী নখোয়গী অমত্তা ওইদবা য়াই, অদুবু পান্দমদি অমত্তনি।"

ডাক্তরনা ওইহাক চপ মুংনা লৈরগা হায়রকই, "ওসায়নবৈ নোক্কপী চুপ্পী, অদুবু হন্দক্তি শাক্তরক্লগনি ভারতী। লম্বী ঐখোয়গী অমত্তা মত্তে হায়বসি থওনরবা য়াকয়িগ, অদুবু ঐখোয়গী পান্দমদি মতুঙগীদ্দু হেয়া নীংতম্বী হায়বসি মহাকপু অদুক কুইবসি থওবা ওয়ক্তিত্রা? পৃথিবীগী অয়াম্বা জাতি মনীং তম্বী—মতুপগী হেয়া লেমজনিংঙাই মীওইবগী মপোক্তা অমত্তুক লৈত্রে, স্বাধীনতা অদুগী দাবী জানবা হোংনবদদি থোইদোক্পা থাপ্না থমখো, মদুগী পান্মুবা থক্লুবা কাওবা ইংরাজী আইন্দা ভারতবাসীগী রাজদ্রোহনি। ঐহাক মরাল অদুগী ময়াল লৈবা মীশক্তি! মতম চুপ্পা মীথাপোলবমক লৈবাক অসিগী আইননি। মরম অসিনা আইন অদুগী রাংমদা অহল-লমন পুম্বা তৌনিংঙাই মশক ওইরবা মীশকশিং অদুনদি কয়িগুম্বা অমত্তা দাবী তৌদে। চীনাশিংগী লৈবাকী মাক্ষ নিংথৌশিংগী মতৌগুম লৈবাক অসিদম্মু কয়িগুম্বা ইংরাজনা আইন শেম্মদি — মী পুম্মমক কাপ মত্তা পাংনা শিথা থাকদবনি, অদু ওইরবদি শিথাগী মায়োক্তা মখোয়না কয়িগুম্বা মওংদম্মু আইন পুগায়রমা হায়জরোই। মখোয়না অসি হায়রমা আন্দোলন তৌপনি অদুদি, কাপ মত্তাগী আইয়া লৈবাকী মক্ষমা থোইদোক্পা বিচার চুমত্রে, মসিনা লৈবাকী মাংনমব! ওইরগনি, মতৌ অদুম্না

মসিবু কাপ অনিগা মত্তঃ ওইহনবিবা ওইসনু!" অসি হায়রগা মহাক্না মশাগী কাগিদা খঙহৌদনা হৌনা নোক্লক্লুনা ভুরেলগী অমম্বগী অচিকপা থুগায়রকই।

নোকপা লেপ্লবদা ভারতীনা হায়রকই, "নহাক্না কনা হায়লিংবা হায়বিরবসু মখোয়বু লৈবাক্তা থুক্রমলিংঙাই ওইবা নত্তে হায়বদি ঐ করিগুম্বদা মঙংদপু য়াজবা ঙম্মোই। ঐনা পুম্নমক্কী বা হায়জবা নত্তে, অদুবু ভপেং ভপেংনমক রাষ্ট্রনীতিবিদ ওইবা থম্মোয় পেংনা লৈবাক্কী য়াইকনবা খল্লিবা মখোয়গী হোৎনবা পুম্নমক থৌরেম্নি হায়বা বা অসি চিংনবা লৈত্তনা য়াবা লুই। মত্ত অমদি লম্বী তোংঙাল্লি হায়রুনা কনাবু করেম্লবা লেমজনিংঙাই ওইদে।"

মহাক্কী খোজেলদা চীংলেম্বা চেল্লকপা ভাবদা ডাক্তর ভুম্মিরা লৈত্রে। ভুংলোমদগী স্টিম লঞ্চ অমা মতিক চানা মখোল হৌনা ঙংহনা মখোয়গী অপীকপা হি মচাহু কেং কেং হাইরহনা চংগ্রবদা সব্যাসাচীনা ভপ্পা ভপ্পা হায়রকই, "ভারতী, মঙোন্দা নৈচাক পীবসু ঐগী পান্দম নত্তে। মখোয়গী রাজনীতিবিদ্যাদা পণ্ডিত ওইবগী মরিদা ঐগী ভক্তি হন্দবা নত্তে, অদুবু খঙদত্রা ইবুংগী ইবেম্মা, যগবু করিগুম্বা থৌরি ভেম্না পুল্লবা মতম অদুদা যাগী থৌরি মচা অদুদা নীতি অমখক লৈ। ঐ মহুদি খঙই। যগনা লাম্বা কংবগী রাংমদা লৈরিবা মচিঞ্জাক্লোমদা মঙক ভিংথোক্লুনা মরৈ ভিংথোক্লুনা লায়নবা হোৎনবগী মহুংদা

লিংথানিংঙাই ওইবা করিস্সু লৈতে, মতুদা নত্তবা থোইদোক্না হায়বা য়াবা! থৌনা হাপ্লিবা ভুম্বগী থম্মোয় পাল্লবদি হাপ্লিবা য়াই, সরকারগী অথিংবা লৈতে, অহুবু হু চেল্লিবা অহুগী মপালদগী করিগুম্বা উরক্লবদি, য়েংলিবা মথোয় অহুগী নোক্লিংবা খিংবা লুগনি।"

ভারতীনা নোক্লগা হায়রকই, "দ'দা, নহাক য়াম্না তমথী।"

হায়রগা মশাবু ফাথজরগা হায়রকই, "অহুবু মসি ঐদি খনবদা থোক্কে, মথর.য় কুপ্লবা থৌরিদা অহিং নুংথিল চুপ্পা য়াল্লিবা মকাক্লা কমদোনা নোক-থেম্লিবা মীগী মীবা ভাংমহুনা।"

ডাক্তরনা অচম্বা থোঞ্জেলনা হাইরকই, "মহুগী মরমদি পুনবা অহুগী কিশি হাম্রনা থোকপ্লবনি ভারতী, বিপ্লবকী থবক্তা থোঙদাখিবা মুমিং অহুদা। ঐগী থল্লুনিংঙাই লৈত্রে। ঐ থঙই, ঐবু মথুং চল্লবদম্সু রাজশক্তি শিজিন্নদবা মহাক অহু ওইরম্বা য়াই পাংদবা অঙাওবা, নত্রগনা মাগী ফাঁসি তৌননবা থৌরিহুদং ফাওবা লৈতবা।"

ভারতীনা হায়রকই, "অহুননিনে ঐ মহাক্না লোয়নহুনা লৈমিন্নবা পামজরিবা দাদা। ঐ লেনা লৈনা নহাক্কী নথল্লায় লোয়বা ভুমগদবা সংসারদা অহুগুম্বা মীশক কনাম্সু লৈতে। মহু ঐনা করিগুম্বা মওংদম্সু ওইহল্লোই!" ভাংনা ভাংনা মাগী থোজেল মিংনা কুপ্পদা লুমথরকই।

ডাক্তরনা মহু থঙলে। মথোল থোক্তনা সুংশা মপী

হোংদোক্লগা হায়রকই, "হিদা ঈথক য়ৈরবা হৌরক্লে. মৌগদবা ঐখোয়গী অমুক কুইরবোই।"

মহুগী পাউখুমদা ভারতীনা অস্তুমদা হায়রকই, "শিজসন্নু। কব্রিমতদা ঐ হৈনিংবা পোক্লে।" মিনিট অনিগী মতুংদা হংলকই, "অহুক চাউবা রাজশক্তিব্ মখোয়না হকচাংগী পাংজলনা ইমথুবা ঙমগনি হায়বসি নহাক্না তশেংনমক থাজবিব্রা দাদা?"

পাউখুম শং পীরকই, "থাজে, মহু থম্মোয় চপ মংবা থাজে। অহুক হাক্না থাজবা লৈরমদ্রবদি অদুক কনবা ব্রত ঐখোয়গীসি রাম্না কুইমগী মমাংদা কাবরম্নগদবনি!"

ভারতীনা হায়রকই, "অহুমক্না ওইরিদিদে তপ্না তপ্না মখোয়না ঐবু থবক্তগী ভাদোক্লিবা নত্রা, দাদা?"

ডাক্তরনা খোইরুম মোমোন তৌনা হায়রকই, "নত্তে মহু নত্তে ভারতী। অহুবু থাজবদনা শক্তিনিনে, থাজবা লৈত্রবদি সংসারদা চিংনবনা নহাক্না থোদাংবু খোঙথাং খুদিং অপনবা পীরগনি। সংসারদা নহাক্না অত্তোপ্পা থবক লৈ ইচল — রাইফলগী মশক ওইবা, শাস্তিগী মশক ওইবা লমী, নহাক্না মপুক্লিংদা চেংনা থাজজরিবহু,— মহুমক নহাক তৌরুচো।"

মপাল মাইদনা চানবিবনা মরম ওইহুনা মুপা অসিনা মহাক্না খুদোংথীবনা শো শারবা বিপ্লবকী লম্বীদগী মহাকপু থাপ্লা থাদোক্তুনা থম্বা পাম্লিবনি হায়বহু চিংনবা লৈতনা থওজবা ওয়্নহুনা ভারতীগী ঈরা চেন্নবা মমিং পীথাংনা থুমহংলক্লে।

অমম্বদা লোম্না তপ্না তপ্না মপী তৈথোক্লগা হায়রকই, "দাদা, ঐগী বাদা অহুম ওইনমক বারোবিগা ছল্লোই। অহুক চাউবা রাজশক্তি, লাম্নাগী পাঙ্গল কয়া, থুবিল-থৌরাং কয়া, লানগী অঙকপা কংনা তমথীবা থৌরাং কয়া অহুগী মফমদা নখোয়গী বিপ্লবী দল কয়াবু য়াথংদগে ? সমুদ্রগী মফমদা যথ থোঙ্গ্‌লদগী ফাওবা নখোয়না পিক্লিখনি। মসিগ নখোয়গা শক্তি চাংয়েংবা পাম্বিবিবদি করম্না লাইননো ? থরায় কথোকপা পাম্নবদি কংথোকউচো—অহুবু অমুক শাখীনা ছাওশিন্নবা ঐদি সংসারদা অইভে অনিশুন উবা কংদ্র। নহাক্না হায়রক'ন, অহু ওইরবদি ইরৈবাক কল্লরোইদ্রা ? থরায় মাঙ্গনি কীবদগী থৈদৌতুনা লৈরগদ্রা ? অহুবু মহুদি ঐ হায়জদে। নহাকী নকমদগী নহাকী লমচংঙগী ইয়াং পোক্লফম লমদম অহু ঐ মশক খঙজদে। মাগী থুমাথাদা পুম্নমক কথোকচবা ওম্বদগী হেনবা অথোইবা মাইপাকপা মীওইবগী অমমুক লৈত্রে হায়বা নহাকপু উজবদসু করিগুম্বা বাকম অসি ওসি কাওবা খঙজবা ওন্নমদবা থোক্লবদি ঐহোক্নগী হেন্না তোম্নবীদি কুপীগী মপোক্তা কনাসু পোকখিদ্রি হায়বা যাই। অহুবু অরেম্বদা থরায় যাংজবনা করম্না লৈবাক স্বাধীন ওইগ্রবগে ? করিগুম্বা মওংদসু নহাকী ভারতী ওপ্নদগী হিংজনা লৈনিংই হায়বদি—কনা শাখীনা লাম্না লৌখিহুনসু ঐগী মমদা অহুম্না খনবিরুসু দাদা!"

ডাক্তরনা নুংশা মপী হোম্পোক্লগা হায়রকই, "অহুনিনে।"

"অদুনিনে হায়রবদি করিনো ?"

"নহাক্কী মরমদা লায়না লৌরম্ব্রা য়াই !" অসি হায়রগা ডাক্তরনা ভাইনাক তুশিন্না লৈরগা হায়রকই, "বিপ্লব হায়বগী অর্থদি ভারতী, হাংনর শুনবা, ঈমু-মাইমু ডানবা নত্তে। বিপ্লবকী অর্থদি অওনবা খুনা পুরকপনি। ঙসি য়েক্কুরিবা মখোয় হয়েং মরুপ ওইরবস্ব্রা য়াই ! নীলকান্তনা শক্তি পরীক্ষা য়েংবদা চংলুদে, মখোয়গা মরুপ শায়বা চংলুবদা মথক্তায় য়াংখি। ওস্তোকপনিকো নীলকান্ত ! কনামবু নত্তগী নমিং খঙবিবি।"

অমসুদনা ভারতীনা ময়েক শেংনা খঙবা ঙম্লে, লৈবাক্কী মপালদা লৈবাক্কী থবক্তা মীনা উবিদনা তুশিন্না মথক্তায় কথোক-খিবা পাথং অদুবু নিংশিংলকপনা ক্রিডম কায়বা লৈত্তবা মপুক্কিং খুরুম চনবা নুপা অসিগী থম্মোয়গী লৈরোমদুংবা ভাইহাক্কী ওইনা লৈহন্‌লকই। খঙকৌদনা মহাক চপ সুংনা কন্নগুন ৎৌই, হায়রকই, "করিনো হায়খিবদায় ভারতী, যন-খোঙগুল ? অদুমক ওইবস্ব্রা য়াই। অদুবু য়ুম-কৈ তুম্না উং ওনহল্লিবা লৈরিক অদু করা য়াম্না চাউবগে খঙত্রা ? সহর চাকপা মতমদা মশামা লৈচাক ফবা খিজ-খিজদুনা চাকই। অদুগা উং ঙাইদুনা মকথক্তুদা অদুম পৈদুনা লৈ, জগৎ শেংবগী নিয়ম অসি করিগুম্বা রাজশক্তি অমত্তনা করিগুম্বা পুমিঙস্ব্রা ওস্তোকহনবা ঙমদে।"

ভারতীনা হায়রকই, "দাদা, নহাক্কী না ডাবদা তু চুংলকই। নহাক্না চাকহনবা পাম্লিবা রাজশক্তি অদুগী দোশি ওইপদে, রিবাদ

ঐখোয়মক্তি ইহৈরকী মীনি। অছুক চাউবা লঙ্কাকাণ্ড কল্পনা শাগৎপদা মংখাকী থম্মোয়দা মীহুৎশি থজিক্কা কাওরক্কদ্রা?"

মহুগী পাউথুম পীরকপদা মরিক অমা ফাওবা নঁংহন্নদে, ডাক্তরনা চেনা পন্দনা হায়রকই, "নত্তে! প্রায়শ্চিত্ত হায়বা বাসি ভুপ্পগী চিনবানখোঙগী রাবা? পারোন-পুয়োন্দগী যুগ কয়ামগী শৈখৎলক্লিবা পাপকী মপৈ কমদৌনা মাংহনবা য়াগদগে হায়বা ওবগদ্রা? মীহুৎশিদগী ন্যায় ধর্মনা খোংনা হেন্না য়াংবা লোৎশক্লি, ভারতী।"

ভারতীনা মৈশা লাংহুনা হায়রকই, "মসি নহাকী অরিবা য়া অছুবি দাদা। ভারতকী নীংতম্নবগী য়াকমদা নহাক কয়াগী মত্তিক ভমথীবা ওবগদগে হায়বহু ঐ থনবা ফাওবা ওমজদে। ঈমু-নাইমু নত্তনা অতৈ কয়িস্থু নহাকী থম্মোয়দা থল্লুবা ফাওবা ওমদবগুম্মী। ঈমু নাইমুগী পাউথুম ঈমু-নাইমুনা করিগুম্বা পীবা তাবব', অহ ওইরবদি মহুগী পাউথুমস্থু ঈমু-নাইমু ওইদ্রোইদ্রা? অদুগা মহুগীস্থু পাউথুমদা ঈমু-নাইমু অদুমক নত্তনা অতৈ করিস্থু ফংলোই। য়াম্নং পাউথুম অসিদি মৈহৌরোলদগী হৌনা চৎথরক্লিবনি। অদুমদি ওইরগা মীওইবগী সভ্যতানা মসিদগী হেন্না য়াংবা পাউথুম করিগুম্বা মুথিওস্থু পীবা ঙম্রোইদ্রা?" লৈবাক চৎস্ত্রে, অদুবু মহুদগীস্থু হেন্ন য়াংবা মীওইবা অদুদি ওসিস্থু লৈরি। মীওইবগা মীওইবগা হাংন-শুনদনা করিগুম্বা মওংদস্থু চায়-চিন্ননা লৈমিন্নবা য়ারোইদ্রা?"

ডাক্তরনা হায়রকই, "ইংরাজগী অচৌবা কবি অমনা হায়রম্মী, "মোংচুপকা নোংপোক্কা করিগুম্বা সুমিত্তম্ থীম-তোংনবা ঙমদে।"

ভা'রতীনা হাস্রোমা হায়রকই, "চম্নদবা ৱনি ! হায়রগে হায়জসনু মহাক্তা। নহাক্তি অখোইবা জ্ঞানীনি, মখোম্বা কয়ারক হন্না হংজখ্রবনি; ঙা'সম্থু হংজবি, ওইসনু মখোম মোংচুপকী, ওইসনু মখোম ইউরোপকা মী, অদুবু অহুম ওইনমক মীনিদনা ? মীওইবগা মীওইবগা করিগুম্বা মওংদম্থু মরুপ ওইবা য়ারোইদ্রা? দাদা, ঐ ক্রীশ্চনি, ইংরাজগী মকখদা লমন য়াম্না তোম্লিব'ন, মখোয়গী অকবা গুণ কয়া ঐ ইখিংমক্তা উবরক্নি,—মখোমবু অচুক হন্না খল্লুবদা ঐগী থম্মোয়দা তাশোন্না খিনবগুম্বনি। অদুবু, ঐবু নহাক্ত' লান্না লৌখিগনু দাদা, ঐ বাঙালী ইমুংমক্তী নিংথৌ'অনি,— মচাকমক্তী মচলমুপীনি। বাঙলাগী লৈবাক, বঙলাগী মীবু ঐনা ইথবায়দগী হেন্না নু'শিজৈ। কমানা খঙগনি, নহ'ক্তা খন্দোকচনুনা লৌখিবা পুন্সি অদু ঙসিমক ঐখোয়গী অরোইবা উবা ওইবা য়াই। ঙসি ঐঙোন্দা নহাক্তা পুক্নিং মরা তপ্না পাউথুম অসিদদি পীবিরম্মু, মাইকৈ অসোমদা ফিংঙ্গং থমহনা ঐহাক পুন্সি চুপ্না মাই বোনখংজুনা চুম্না চংপা ঙমজনবা ঙাংনা ঙাংনা মথৈ তারকপা শকঙ্ক্তা মহাকী খো জল কপ্পিংবা খাংবদা ভংশংনা নিরুপ তৌরকই।

ড'ক্তর চুম্মিন্না হি বোল্লি। থিন্থবা উবদা ভারতীনা খল্লকই, মহ'ক্তা মসিগী পাউথুম পীনিংনবা ওইরম্বা য়াই !

মহাক্না মখুং থিংখোক্নুমা তুরেলগী জৈশিংদা মমাই মথিং তাখোক্লে, মথি কিজিনা হয়া হয়া মপী পেংনা থৈখোক্লগা অমুক হন্না করিনো হাংং অমা হঙ্গদবগী ভ্তোরকই, ডাক্তরনা মা প্রাংলকই। খোইথুম্লে, খোজেল নেম্বি, কপারদগী কিরংপা নক্রগা লাংথক্নবগী মখি মচেং অয়ভা তাদে,— মী অমগী মা অথোম্না মী অমনা থাংবা মতৌ অহুভগ্না ভম্রি, চম্মী। ভারতীনা অহানবা পরিচয় থক্নবা মুখিংকী স্কুলগী পাংদবা অপংবা ওজা ইবুংঙোহ মপুক্লিংদা নিংশিংলক্লে। ইংরাজীগী উচ্চারণ লানবা মতৌ অহুয়া ব্যাকরণগী লাল্লি,— ভারতীনা মানা নোক্লিংবা খাংহুবা রারী শাখি। ফিগংতবা অচম্বা খোজেল অহুদা হায়রকই, "মখল অমগী লিন নৈ, ভ'রতী, মখোয় লিন চাহুনা হিংই। উবত্রা?"

ভারতীনা হায়রকই, "নত্তে উক্রি, তাদি তাগ্রে।"

ডাক্তরনা হায়রকই. "শাংয়োকশঙদা লৈ। হদক কলকতাদ চংলগা অপূর্ব্বদা হুকুম তোক্ল, মহাক্না য়েংকনগনি।"

"হন্না হন্না লক্লবিগনু দাদা, করোই হায়জরিবসিনি।"

"নত্তে, করোই হায়বহু ঐম্ম হায়রিবনি। চাম্র-চিমনা নৈমিমবা হায়বহু তশেংনা ওইথোক্কে হায়বদি মাই, অহুবু সমুকম্ম হেম্না চাম্র-চিমদা অমগী পুকচুংদা অথোম্পা অমা যাম্না মুংতাইনা যাতাবা কংই। খাজমবদি শায়োকশঙ পামরিবদা হংহুমা য়েংউ।"

ভারতী ভুম্থিন্না লৈ !

ডাক্তরনা হায়রকই, "নহাক্কি মখোয়গা থর্ম্ম মান্নবা চংশীনি, মখোয়গী ংকমদা ভমথৈ নাইদনা লমন তোল্লিবনি, মখোয়গী অকবা গুণ ক্রুয়া নমিংনা উবনি,— উরব্রা মখোয়গী প্রুথিবী 'পূম্না য়োংনিংবদ্রা খোয়াংবগী কল্লাকল ? লৈবাক অসিগী মপুনি মখোয়,— মপু ওইখিবগী তাবিথ নিংশিংলিদ্রা ? ঙসি বৃটিশকী মরল-মপুমগী চাংদম্লিংতাই লৈত্রে। জাহাজ কয়ানি, কল-কারখানা কয়ানি, বিল্ডিং লিশিং লিশিং কয়ানি। মী হাংনবগী লাংলৌ খোয়াং ভোবগী ভমথৈ লৈত্রে। মচুগী অরাং-অপা পুন্নমক, মথল খুদিংমকী খোয়াং পুন্নমক লোইহনদ্র খ্রীস্টাব্দ ১৮১০দগী চহি হুমফুতরাগী মনুংদা ভপ্লগী মপালদা শেন্দোম শিংদোকখিবা লুপা কোটি লিশিং অহুমথক্কি। থত্রা, অচৌবা ঐশ্বর্য্যগী কোংফম কদায়দনো ? মপাবু নহাক্না বাঙলা লৈবাক্কী নিংতোলনি হায়জখি, মত্রা ? বাঙলাগী লৈবাক, বাঙলাগী ঈশিং-মুংশিং, বাঙলাগী মীবু নহাক্না মথবায়দগী হেন্না মুংশিলৈ, মত্রা ? বাঙলা অসিগী মুপা-মুপী লাক্ষ তরাদি চহি খুদিংগী ভপ্লদগী ম্যালেরিয়াদনা বাম্না শিরি। লানগী জাহাজ অমমমগী মমল কয়ানো থত্রা ? মচুগী অমথকী থবচনা মযা লাক্ষ তরাগী মিংকী পীরাং মপুন্সি চুপ্পা কংফনবা য়াই। থনপ্রত্রা কবিগুরুদা য়াকম অসি ? কবিগুরুদা উপ্রত্রা খঙ্গোমনুংদা ইমাগী মুক্তি ? শিল্প মাংপ্রে, লয়োল-ইতিক মাংপ্রে, জ্ঞান মাংপ্রে,—

তুরেলগী খোংহুং কংখিদুনা মরুভূমি ওইরক্লে, লৌমী মবুক হাপ্লে চাবা কংল্লে, শিল্পী মীরৈবাক্কী খোঙজিলদা থবক তুরি,— লৈবাক্তা ঈশিং লৈত্রে, চেং লৈত্রে, দুস্থানবগী থ্বাইদগী অথোইবা পাম্বৈ ওইরিবা লনগী মবেপ্পা মগনী লৈত্রে, শক্লোম কংদবনা অঙাংশিং কংশি শিবা উরত্রা ভারতী ?"

ভারতীনা লাউ খোংদুনা খাম্বা পাম্রকই, মহাক্কী চরমদগী তপ্লগী শেংকাওবা শব্দ অমথক্তং থোরকই ।

সব্যাসচীগী তপ্ল-ঈংলবা খোঞ্জেল অদু করম্বা মতমদমো যাংল্লে, হায়রকই, "মহাক্তি ক্রৌশচম্রি, নিংশিংলি নোংমা নহাক্কা নপূক্লিং লাংতক্লদুনা ইউরোপকী ক্রৌশচন সভাতাগী শক্তম থঙবা পামথিবদায় ? সুখিং অদুদ থম্মোয়দা চৈনাথোল কংখিগত্রা কৌবদগী হায়াখদবনি, অদুবু তসিদি মচুগী পাউথুম পীগনি । নখোয়গী লাইরিক্তা করি য়াউরমগদগে থঙদে, অফবা রা য়াম্না য়াউই হায়না তাথি, অদুবু শাংনা লোয়নদুনা লৈরকপদগী মসিগী অশেংবা শক্লোম ঐচোম্দা তুপশিংদা কাওবা অয়োংপা লৈত্রে । ঈকাই-শেঙ্গোই হাংনা ওইজবা থিবা, অদুগা শাগী শক্তিগী খোইদোকপা অথোইবমক্লা মসিগী মরু ওইবা পাল্লম্রি । সভ্যতাগী মখিংদা অশোনবা পাংদবগী মায়োক্তা অদুক চাউবা মীহাং-কলাদ মীওইবগী লৌশিংনা মসিগী মমাংদা অমুক্তা পুখোকপা ঙমখিম্রি । পৃথিবীগী মানচিত্রগী মাইকৈদা অমুক্তা হয়া য়েংউ, ইউরোপকী পৃথিবী য়োংপা খোৱাংবদগী করিগুম্বা অশোনবা জাতি অমত্তা

ওসি মশাবু কননা অমুক ওয়ত্রে। ইরৈবাকী ময়লদগী ইরৈবাক মচাশিংবু ইশোকঙ্খিবসি কয়ম্বা ময়ালবগীনো খওত্রা ভারতা গী শক্তি লৈজদবা হায়বা ময়াল অসিগীদমক্তগীনি। অহুম ওই-নমক ন্যায়-ধর্মমকা পুন্নমক্তগী বাংই, অহুগা মাইথীরবশিংগী চখৈ মাইদনা থাইকনবগীদমক হায়দুনা মীখাপোনবগী য়োঙ্লিং-কলাং মথোও অনিদা থাংজিনবিদুনা "প্যারেলাইজ ওইহল্লগা মথোয়গী দায়িত্ব পুবনা ইউরোপকী ওইবা সভ্যতাগী খোদাংনি— খোইদোক্লা চুমদবসি ইথদা বক্তৃতা পীবদা, মিশনারিগী ধর্ম শন্দোকপদা, অওংশিংগী তম্বা লাইরিক্তা তন্তনা প্রচার তৌবদা মখোয়গী ক্রীশ্চন সভ্যতাগী রাজনীতিনি।"

ভারতকী মিশনারীগী মথুক্তা মী ওইরকপনি, অরাম্বগী অরাংবা লমচং তশেংনা মহাক্লা মমিক্তা উরক্লবনি; মক ওইনা মহাকী ধর্মগী থাজমদা মতৌ অন্থুম্বা মরম চাদনা লান্দারক্লবদা মহাক্লা মৈশা লাংদুনা হায়রকই, "দাদা, মরম অমগীবু ওইরমদু নহাকী অতপ্পা বুদ্ধি ওসিদি চায়থাম্লে। ক্রীশ্চন ধর্ম শন্দোকপা লৈবাক অসিদা লাক্লিবা মখোয় অহুগী মরমদা নঙোংগী ত্রৈনা খোইনা হেম্না থওই। মখোয়বু ওসি নহাক্লা মরম চাদনা লাম্না লৌরে। ইউরোপকী সভ্যতানা নখোয়গী কয়িওম্বা অর্কবা অমত্তা তৌদত্রা ? সতীদাহ, গঙ্গা সাগরদা অচাঙ্গুপাবু হিংনা থাদবা—"

ভাক্তরনা মরক থংদুনা হায়রকই, "চড়ক পূজাগী মতমদা

মঙ্গলদা ঈহিং-নাইহিং শানা ফুবা, সন্ন্যাসীশিংগী থাং মরা মথক্তা চোংবা, লুট তৌব, ঠোগ তৌবা, লুট তৌবা লাম্মীগী ওং-নৈবা, গোড় অমদি খাসিশিংগী ইঙাগী মী বলি,— অতৈদি মিংশিংবা খোক্লে ভারতী—"

ভারতী বা ঙাদে।

ডাক্তরনা হায়রকই, "ঙাইখো অতে অমি অমম্ব মিংশিংলক্লে। বাদশাহশিংগী মতমদা যুস্বানবশিংগী মো মীনাই ওইনা য়ুমদা এবা য়ার-দে,— নবাবশিংনা সুপীশিংগী মপুক হোগায়হনা মচানুপারা সুপীরা য়েংই,— ওম্থোকপনিনে ওম্থোকপনি, মতৌ অমুম্মক মীরৈবাক মচাশিংনা হেবা ইতিহাস চম্মী অহুগা কয়িম্ব লৈতবা পোংশক্লা থম্লি. হেজিন্না হায়জিন্নুনা লৈবাক্তগী লৈবাক্তী মীগী থম্মোয় মমাই লৈখোকহল্লি! মিংশিংলি, এরনা অঙাং ওইরিঙৈদা স্কুলগী তম্নবা লাইরিক্তা অমুক থেংনখি, বিলাত্তা কমহুনা ঐখোয়গী য়াইফনবা খনবদদা রাজমন্ত্রি মমিং কল্লা অমত্তা তাইশিনবা ঙমত্রে, অহুগা চারিবা চিঙ্গাক হূ ওল্লে। অচুম্বা অমি অঙাংশিংনা চিনকা পুগদবনি, অহুগা দায়িত্বগী মতুংইন্না ওজাশিংনা চিনকা পুহন্দবা য়াদবনি। সভ্য রাজতন্ত্রগী মপিনি রাজনীতি ভারতী। ঙসি অপূর্ব্বদা দোষ পীক্লবা অরেবনি।"

অপূর্ব্বগী কলঙ্কদা ভারতী নপুক্লি'দা ঈকাইজরক্লে। হাইরকই, "মহাক্লা তাকপিরিবহু অচুম্বা ওইরম্বা য়াই, কদায়দনো কনাঙম্বা কাহেনবা রাজকর্ম্মচারীনা অহুম্মা তৌরম্ব য়াই, অহুবু

অদুক চাউবা সম্রাজ্যগীবু কৈদৌঙৈদসু অরানবনা যুক্তি ওইবা নীতি ওইবা য়ারোই। মসিগী মথক্তা পল থাদুনা অসুক চাউবা সাম্রাজ্য নো মত্তা ওইরবসু লেপচব' ঙম্লোই। নহাক্না হায়রকনি, মতমগী খোঙচৎতা মসিবু কয়া শাংবা ঙমিংনে? অসিগুম্বা সম্রাজ্যদি মসিগী মমাংদসু লৈখি, মদু মতম কয়া শাংখিবগে। নহাক্কী য়াকয়মসিনা করিগুম্বা অচুম্বা ওইরবদি মসিন্দু মতম শা'লোই। অদুবু লিচিং অমত্তদা পুল্লিবা, নিংথিনা লৈঙাক্লিবা য়াজা,— কনা নিন্দা তৌজসনু কৈদৌই,— মসিগী অমত্তা ওইবদগী, মসিগী শাক্তিদগী করিগুম্বা অফবা কান্নবা অমত্তা কংদত্রা? নেংচুপ লমদমদগী ওইবা সভ্যতাগী তৌবিমল উংনমবা করিগুম্বা মরম অমত্তা লৈত্রা? নখোয়গী স্বাধীনতা মাংলকপা মতম কুইরক্লবনি, চৈরক অসিদা য়াজশক্তি খোংথ্রে অচুম্বনি, অদুবু নখোয়গী লাইবক্কী অঙবরবদি লৈতে। ক্রীশ্চন্নি হায়দুনা এবু নহাক্না লাম্না লৌবিগনু দাদা, অদুবু ঐখোয় ইশাগী ইয়াল পূম্বক থীরৈবাক মচাগী মকোক্তা থোজংলগা মুংশাংদুনা লৈবনা করিগুম্বা স্বদেশপ্রেমগী আদর্শ ওইব' ভাবরবদি নখোয়গী মদুগুম্বা আদর্শ অদু নহাক্কী মথুংগী ওইরবসু ঐ লৌবা ঙমজরোই। অদুক হাক্না থম্মোয়দা য়েংথিবা কুমদুনা নহাক্না ইংরাজ জাতিগী মাংনমবা তৌবা ঙম্বস্ত্র য়াই, অদুবু মদুনা ভারতবাসীঁগী য়াইকবদি ওইরোই হায়বা অচুম্বসি তশেংনা খঙজিনবিয়ু।"

থঙহৌদনা মহাক্কী য়াক্লকপা খোঙ্জেলনা তুরেল ঈপাক্তা মৈরুঙপা সব্যসাচীগী নাকোংদা প্যান্দুনা মহাকপু চঙক্লহনখ্রে। ভারতীগী শক্লোন অসি মশক থঙদে, মপুক্লংগী ভাব অসি অংশাগী য়াংমদনি। অহুম ওইনমক ধর্মহুগী থাজবা অমসুং সভ্যতাহুদা ঈরে ইননা অত্তাং ওইরিবেদগী চাউরকপনা মহুগী প্রভাব মহাক্কী থম্মোয়দা চেংন তারক্লবনি, মহুগী চৈনাখোলনা কিক্লংতুনা অমদি খাংতমদ্রুন মহাক্লা তৌরক্লিব অকৌবা থঙদনা উংলকপা য়নিংদবহু কক্তসন্নু অহুগা মাংহোক্তস্নু ওইজসন্নু, সব্যসাচীগী মিংথেংদা মহুনা মচেৎন্দা অৌবা ঈকাই খুম্নবা অমা দান তৌবগুম খোকখ্রে!”

মহাক্লা পাউগুব পীরক্কবা উবদা ভারতীনা হায়রকই, “কদায় পাউখুম পীখিদ্রেন দাদা? অতুক তমথীবা হিংসাগী মৈনা থম্মোয়দা চাক্লুনা মহাক্লা কম অমত্তু তৌরবস্থ লৈবাক্কী য়াইফনবা তৌবদি ঙম্লে’ই।”

ডাক্তরনা হায়রকই, “মচেৎন্দা কয়ায়ক হন্না হায়খ্রবহুনি, লৈবাক্কী য়াইফনবা তৌরিবা মখোয়না চান্দা থায়হুনা মাইকৈ খুদিংদা অনা-আশ্রম, ব্রহ্মচর্যাশ্রম, বেদান্ত-আশ্রম, লাইরবা লোইশঙ অসিনাচিংবা য়াইফবা থবক কয়া তৌরি, অথোইবা মীনি মখোয়দি, ঐনা মখোয়বু ভক্তি তৌজরি।—অদুবু, লৈবাক্ক য়াইফনবা তৌনবা ভার ঐন লৌদে, ঐন স্বাধীন ফংনববা ভার লৌখিবনি।” লেপকক তৌরগা হায়রকই, “ঐগী থম্মোয়গী

হৈ মুথংপা চমগদবদি পোংশক অনিদননি। অমসু ইশাগী চিতা উৎ ওনপ্রবা, অহংগা অমন মুংকনি হৈ ইউরোপকী ধর্ম, সভ্যতা, নীতি সমুদ্রগী ঈরোম্-দা লুপল্লে তাবা মুমিংতুদা।"

ভারতী চপ য়ুংনা লৈ।

ডাক্তরনা হ য়বরই, "শিক থল্লবা হু চকু অহু য়োম্নবা সমুদ্র লান্দুনা ইউরোপনা অহানবা তুকান কপ্পা লাকখিবা মতম অহুদা শুপ্পদগী জাপান্দনদি মশক থণ্ডবা ওমখি। অহুনা ওসি মাগী লাইবক করিবনি, অহুনা ওসি মহাক ইউরোপকা থাক মান্না ঈকাই-খুম্নবা কংহুনা মরুপ ওইরিবনি। অহুবু খণ্ডলুবা ওমখিদে ভারতনা, খণ্ডলুবা ওমখিদে চীনানা। মতম অহুদা স্পেন রাজ্য পৃথিবী শিন থুংলম্মী, শিক্লবা জাপান্না স্পেনগী হিরোই অমদা চংলম্মী, অমুক চাউনা রাজ্য শম্পোকপা ওমপ্রিবসি নখোয়না করি তৌহ্‌নো? হিরোইনা হায়রম্মী, য়ায়া লায়না মশনা মশাবু বাংহল্লবা পায়রবা লৈবাক অহুদা চংলগা অহানবদা অখেনপোং কংতুনা মখোঙ-মখুং পায়হুনা হায়জহুনা ললোন-ফমগীদমক লৈবাক অহুগী নিংথৌদগী লম মচেং অমত্তং নি। অহুগী মতুংদা মিশনারি পুশিল্লি, মখোয়না খারিবমখৈ ক্রীশ্চন ওলহল্লি, মখোয়না থোইদোক্লা লৈবাক অহুগী ধর্ম হুন্দুনা ভাংই। খণ্ডহৌদনা ইরাং হৌরক্লবদি মী অমা-অনি হাংতোকই। মতম অহুদা পুশিল্লি ঐখোয়গী থোম-তোপ-নোংমৈ, মেছিন্না চাউখংতবা লৈবাক্কী কয়াগী মতিক হেনবগে হায়বা ইকুই

কুইদনা প্রমাণ পী। মহু তাবদা জাপাম্না হায়রম্মী প্রভু! নখোয় অহু ওইরবদি হৌগংপিগ্রো, মখোয়গী কম্লোনবগী কান্নবা লৈরে। মসি হায়রনা পিকপ্রবা মশাগী মরৈবাক মন্নুংদা আইন জারিখি,— হুমিং থানা থোক্লিবমখৈ ক্রৌশচন মখোয়গী লৈবাক্তা অমুক হন্না খোঙদাহনমবা। মহুগী চৈয়াক্তি হাংপনি।"

মহাক্কী ধর্ম্ম অমম্নুং ধর্ম্মগী লুচিংবশিংদা তমথীবা ইঙ্গিত তৌরকপসিদা ভারতীনা মপুক্লিং খোইশাউনহনা হায়রকই, "রাকম অসি নহাক্কী মফমদগী ঐ হায়ম্নু তাগ্রে, অদুবু নহাক্না ভক্তি তৌরিবা জাপানদু করিনো?"

ডাক্তরনা হাংরকই, "ভক্তি তৌবা? ওটনবা রানি। মখোয়বু ঐনা তক্কচৈ। কোরিয়াশিংদা হন্না হন্না থাজবা পীরবা অদুগা কৌদনবা খঙহন্দুনম্নু মরাল লৈতনা মীওইশিংবু থাক্লুনা মখোয়গী নিংথৌবু বন্দী তৌহনা খ্রীস্টাব্দ ১০১০ দা কোরিয়া লৈবাক খুদুম চনশিন্দুনা লৌশিনখি, মতম অদুদা ঐ সংগাইদা লৈ। হুমিং অদুগী শারমচংকী ওইবা ওং-নৈরবা মরাম অদু কাউনিংঙাই ওইদে ভারতী। অদুবু কৌদনবা খঙহনখিবা অপুনবা জাপান মতোমদনব? ইউরোপপু খঙহনখি। শক্তি লৈবগী মায়োক্তা ইংরাজনা রা চাংদে, হায়খি, এঙলো-জপানী-সন্ধিগী লিপুনা ঐখোয় পুনশিনখ্রে। অদুগা রাকম অদুমক আমেরিকা যুক্তরাজ্যগী সভাপতিনা খোইদোক্লু মমেক শেংবা লোন্দা কোংদোক্লুনা হায়রখি, থাজবা পীবা করি!

পাংদবা শক্তি লৈতবা জাতি, মশাবু নঙবা ওমদবা মখোয়গী লৈবাক মাংহনদি কনাগী মাঙ্গদগে ? মতিক চাবনি ! হৌজিক ঐখোয়না মখোয়বু কনবা চংনুগদ্রে ? ওইথোক্তবনি ! অমাংওবা রানি !" অসি হায়রগা সব্যসাচীনা মিংকুপ অমরোম তুম্মিন্না লৈরুরগা হায়রকই, "ঐস্সু হায়গনি ভারতী,— 'ওইথোক্তবনি' মরম চাদবনি, অঙাওবা রানি। অকন্নবনা অশোনবগী মরূপ কনিগী মন্দুনা লৌরোইদগে. বাকয় অসি চাউখৎলবা ইউরোপকী জ্ঞান লৈবা বুদ্ধিনা থনবমক ওমদে !"

ভারতী চঙক্লে।

ডাক্তরনা হায়রকই,"তরানিপাল শুবা শতাব্দী লোইশিল্লকপদা ব্রিটিশকী দূত ম্যাকার্টনি লাকখি চীনগী দরবারদা কন্নোংবগী খুদোংচাবা থরা লৌননব। মাঙ্গু নিংথৌ শিন্লুঙ্ন মতম অদুগী চীন পুম্বগী সম্রাট ওইরম্মী. থোইদোক্লা থৌজাল হৈ দূতনা নোল্লুক্লা হায়জবা অদুদা হরাওদুনা আশীর্ব্বাদ তৌদুনা হায়রম্মী. য়েংঙো হৈবুংঙো, ঐখোয়গী লৈবাক অসিদা কয়িন্সু অরাং-অপা লৈতে, অদুবু নহাক য়াম্না লাপ্না অরাবা কয়া থাংদুনা লাক্লে। করে, ক্যানটন সহরদা লল্লোন্নু. মকনা পীরগনি, নখোয় য়াইফগনি। নিংথৌগী আশীর্ব্বাদ অরেম্বদা মাংহন্দে, য়াইফবমক ওইথি চহি য়াম্না ফাওবা লাক্লে, চীনাগা ইংরাজগা লান্থোক্লে।"

ভারতীনা চঙক্লদুনা হায়রকই, "করিগীনো দাদা ?"

ভারতীনা হায়রকই, "অদুবু দাদা, খুবাক নাম্বদনা খুবা হৌরা ? চীনগী মরাল করিস্তু লৈখিদত্রা ?

ডাক্তরনা হায়রকই, "লৈরম্বা য়াই। অদুদা কুইম্বদি অসিনি মহুদি, ইউরোপকী ওইবা সভ্যতানা লাল্লি হায়না খনবদুগী মথক্তা হেঙ্গৎ-থোইগংনা হায়জিল্লবমক্তি, মথোয় মশাগী লৈবাক্তদি মহুম্না তৌবা উবা ফংদে।"

"অদুগী মখাদি ?"

"তবগে জার্মান সভ্যতানা উরম্বী, বা বা! মসি ওন্থোক্না মুংঙাইগ্রবা জাংনি! ঐস্তু ছিত্র অমা ফংলেদনা! মহাক্না মিশনারি জাহাজ মপোং অমা পুরক্তুনা থাজিল্লি। খ্রীস্টাব্দ ৯৭ তা মখোয়না মখোয়গী যিশুগী মতিক-মগুণ, শান্তি, অদুগা ন্যায়ধর্ম্ম কয়া শন্দোয়কপা মতম অদুদা চীন কাংলুপ অমনা ইয়াং হৌরক্তুনা ধর্ম্মগী লুচিংবা অনিগী মকক ককথংখি। চুমদবনি! চীনমক্না লাল্লবনি। মরম অদুনা, শ্যানটোঙ প্রদেশ জার্মানিগী মখয়াতা তাখি। অদুগী মতুংদা বক্সারগী বিদ্রোহ লাকখি। ইউরোপকী সভ্যতা পুম্নমক অমত্তা ওইনা পুনশিন্নগা খুমখিবা লমন অদুগা চাংদম্নিংঙই কদায়দস্তু লৈতে। মশাগী মপাল মাইদনা মাংজখিবা অসিগী লমন মতম কয়া কুইনা লৈরগা চীনাশিংনা শিংলকদগে হায়বদুদি যিশুখ্রিস্টতনা খঙলম-গনি। চৈরক অদুদা বৃটিশ লোংশা, জারগী শগম, জাপানগী কোয়ৌহনবা—অদুবু মখাদি তোক্লসি ইচল, ঐ চরম কংশিল্লক্নে।

অরাবগী চাংদম্নবদা ঐখোয় থক্তা নত্তনা মখোয়গীস্ন মরুপ অতৈ অতোপ্পা অমমুক লৈরমদবা য়াই। সনাট শিননুঙ অরান-খুভম ফংবা ওইসনু, মগী অশীর্ব্বাদ মতিক ময়াই লৈ।"

শাংলবা লুংপ মপী অম কোন্দোক্লগা ভারতী তুম্মিন্না লৈক্রে।

"ভারতী!"

"করিনো দদ?"

"তুম্মিন্না লৈরেনা?"

"মচাক্ত রায়ীগী রাফম্নমক থল্লিবনি। ফরে দাদা, মসিগীদমক চীনাশগী লবাক্তা নহাকী থবক মফম ওইবিরিব্রা? অত্যাচার কয়া কয়াদা লৈহলক্লম্বা মখোয়বু শাউগংহনবদি অক্লবা নত্তে, অহুবু রাকম অমদি থমবিরব্রা? উপায় লেজদবা জ্ঞান লৈজদব লৌউ শিংউবনা ফলিনা অরাবা অসিংক্তা মতিক চাম্মল্লবনি, মহুগী মথক্তা অমুক্তা হাংন-শুনকদুনা ঈমু-নাইমু জানহল্লবদি মহুদগী হেনবা অরাবগী ভুমথৈ অমনুক লৈরোই!"

ডাক্তরনা হায়রকই, "উপায় লৈত্রবা লৌউ-শাউবগীদমক্তা নহাক্তা অয়াবা বাথল তৌক্লবগী কান্নবা লৈতে ভারত, করিগুম্বা লৈবাক্তম্নু মখোয়না স্বাধীনতাগী থবক্তা যাউক্লবা লৈতে। থোইদোক্লহুম অপনবা পীরিবনি। মখোয়বু শাহংগংহন্নবগী মতৌগুম্বা থৌয়েম তৌনিংঙাই মতম এগী লৈতে। ত্রগী কান্নবামদি লাইরিক লৈবা ময়াই ওইবা থাক্তী মী, অহুগা

লৈবাক-মচা তাবা মচাশিংগনি। করিগুম্বা সুমিত্রা করিগুম্বা ঐগী থবক্তা য়াউমিংলকপা খোঙ্গবদি ভারতী, রাকম অসি কাউগনু! আইডিয়াগীদমক্তা থরায় থাদোকপা গুম্বা অতুগুম্বা থরায়, শান্তি পাম্বা, বাথল য়াউদবা, উপায় লৈতদবা লৌউবগী মকমদা আশা তৌরুবা অরেম্বনি। মখোয় স্বাধীনতা পামদে, শান্তি পাম্মী। শান্তি কংজদব', শান্তি লৈজদব—খোঙতেকপা লেংঙম-শাঙমদবা কাংবু অতুনা মখোয়গী থ্বাইদগী হেন্না পামজবা পোংশক্লি।"

ভারতীনা মপুক্লিং লাংতক্লরকুম্না হায়রকই, "ঐস্সু মতুমক পামজে দাদা, ঐহাকপু খোইদে'ক্লতুম লেংঙম শাঙমদবা কাংবু অতুগী থবক্তা নহাক্না শিজিন্নবিয়ু, নহাক্কী লম্বীগী দাবীগী লৌতুনবগী মনিলদা ঐ য়ম্ন কুনগংলক্লে।"

সব্যসাচীনা নোক্লুনা হায়রকই, "করে।"

ভারতীনা তুম্মিন্না লেখোকপা ঙমদ্রে, অতুগা য়াম্না লাংতক্লবগা লোয়ননা হায়রকই, "করে হায়বা বাহে অতুমদগী হেন্না নহাক্কী হায়নিংঙাই করিম্নু লৈবিদ্রব্রা দাদা?"

"অতুবু ঐখোয় হিদেন ভাকম য়োরেনে ভারতী, থরা চেকশিন্না কম্মু ইবুংগী ইবেম্ম, থেংজিন খোংচিন্দনবা।" অসি হায়রগা ডাক্তরনা অকনবা মথুংতুনা নোগী মচেংনা কম্না ইনশিন্দুনা মাগী হি মচা অতু অমম্বদা লৈরায়দা থা'লরে। থুনা হৌগংতুনা লাক্লগা মথুং শম্বিতুনা কুমথ কুমথনা হায়রকই, "লৈখোম খোক্তে ইচল, উনা বানা লৈ, মদিদা নেংলু।"

অমম্বদা মকম খঙদনা লৈবায়রুদা মথোঙ পাক হেক থাংথ-গদবা ভারতীনা হঙ্গাইনে, অদুবু মথোঙ থাংখরবদা মহাক্না পেঙ্গবগী মুংশা মপী হোন্দোক্লগা হায়রকই, "দাদা, নহাক্কী নখুত্তা ইশাবু শিন্নজবগী মতৌ গুম্বা লৈবায়-থিনগায় লৈতবা য়াইকবা অমমুক লৈতে!"

অদুবু অতোপ্পা মাইকৈদগী ব্রা অসিগী পাউখুম পীরক্তে। মবানি অমম্বদা খরা চংশিল্লক্লবদা ডাক্তরনা অঙকপা খোঞ্জেলনা হায়রকই, "অদুবু কর্রি মতৌনো হায়রুদনা? মসিবু লুহোংবগী য়ুম্না? মৈ থাম্দে, লাংদে, বেহলাগী মুর তাদে— কদায়দা চংগ্রবগেনে মথোয়বু?"

খরগা অমুক চংশিল্লক্লবদা মথোয়না উরক্লে, সিঁড়িগী মথক্তা মচু মচুগী চেগী থাউমৈ অদু। ভারতীনা চিংনবা কোক্লুনা হায়রকই, আদা চীনা-থাউমৈ থাল্লে। চৈরক অসিমক্তদা শশী-তারাগী খরচ লিকশিনবসি য়েংবিংঙাই মশক্কি, দাদা!" অসি হায়রগা মহাক নোক্লকই।

মথোয় অনিনা সিঁড়ি কাদুনা মনা-মনিল নাইদনা মথক্তা কাখংলকপা মক্তদা হাংদুনা লৈরম্লিবা থোঙগী মপা য়োরকপদা ইখান হাম্না উরে,— শশী মপুক্কিং চংনা চে অমা পারি। ভারতীনা হয়াওনা খোঞ্জেল মুংশিনা হাইরকই, "শশীবাবু, ঐথোয় য়োরক্লে,—চাননবা শিন-লাংবিরো নবতারাদি কদায়? নবতারা! নবতারা!"

শশীনা মঘাই নানথংলুনা য়েংলকই, হায়রকই, "লেংশিন-বিরকউ। নবতারা মকম অসিদা লৈতে।"

ডাক্তরনা মাইথোং মক লাম্না হায়রকই, "য়ুম্বুরেনবী লৈতবা কয়দৌননো কবি? পৌথোরকউ মাবু, ঐখোয়বু তরাম্না ওক্লসয়, মপ্রবদি লেপতুনা লৈগনি। করিস্ম চাদব য়াই।"

শশীনা মাইথোং কহংনা হাইরকই, "নবতারা মকম অসিদা লৈতে ডাক্তর। মখোয় পুম্নমক কোইবা চংখি।"

খঙহৌদনা মহাক্না মাইথোং উবদ চিংনরক্লুনা ভারতীনা হংলকই, "কদায়দা কোইবা চংখ্রিবনো? ঙসিগী য়ুমিত্তবু? কয়া ওকখ্রবা রাখলনো?"

শশীনা হায়রকই, "মখোয় লুকোংলবা মতুংদা য়েংগুন্দা কোইবা চংখি। মক্তে নক্তে, ঐগা নক্তে,— আমেদ অচুগা কুচ্ লংবা—উবদা অঙকপা ফংব,—কুট সহেবকী মিলগী টাইপ কিপর,— উবিখ্রিব্রা? ঙসি পুং খল মহাক্না নবতারা লুহোংখ্রে। মখোয়না পুম্নমক হায়না শিন্নখ্রবনি,—ঐঙোন্দা তাক্তে।"

ভাক্তরবা মখোয় অমিমক ওকপনা চপ য়ুংনা য়েংহুনা লৈ,—হায়রিবচ্ কবি রানো শশী?"

শশীনা হোগংতুনা চংখ্রগা য়ুমগী কাচন অমদগী ফিগী খাও অমনবা অমা পুরক্লগা ডাক্তরগী মখোঙ নয়াদা থম্লরে, হায়রকই, "শেল ফংলে ডাক্তর। নবতারাদা লুপা লিশিং মঙা পীগনি হায়দোকখ, পীখোকখ্রে। লুপা লিশিং মরি-মথায় লৈরি, লুপা ময়াইদ্ধ ঐনা, লৌরে, অদুবু—"

ডাক্তরনা হায়রকই. "শেল অসি ঐহোন্দা পীরিব্রা ?

শশীনা হায়রকই, "হোয় । ঐনা অমুক কৈদৌঙরুগদগে ? অদোম লৌবিরো ! থবক্তা কাম্নবা লাকনি।"

ভারতীনা হায়রকই, "অদুবু মহোন্দা শেল কৈদৌঙৈ পীবিথিবগে ?"

শশীনা হায়রকই, "ওরাং শেল কংবগা মহোন্দা পীরুবনি।"

"লৌহৌব্রে ?"

শশীনা মকোক নোমহনা হায়রকই, "হোয়। অহবেদদি থাগী ভনব লুপা কুন্থ্রাদমক ফ'ই। মখোয় য়ুম অমা লৈগদৌরি।"

"শোয়দনা লৈগনি!" অসি হায়রগা ডাক্তরনা লোক্তুনা মমাই লৈখোক্তুনা য়েংবদা উরে, কিজিনা মপী তৈথোক তৈথোক-তুনা ভারতী মাঙোলগী মচি অমদা তুম্মিন্ন' হন্দোক্তুনা চংখ্রি।

শশীনা হায়রকই, "প্রেসিডেন্টনা অদোম্বু উন্ননিংই হায়জরকই। মহাক শুরবায়া চংশিগদৌরে।"

ডাক্তরনা অঙকপা ফোংদোক্লক্লে, অদুম ওইনমক হংলকই, "কৈদৌঙৈ চংকদৌরিবনো ?"

শশীনা হায়রকই, "থুনা চংলনি হায়। মাবু লৌরবা মী লাক্লে।" রাসি ভারতীগী মমাকোং য়োক্লে, মহাক্না হজিল্লরুগা হংলকই, "ইচে-বেম্মা সুমিত্রাবু তশেংনমক চংলগনি হায়ব্রা শশীবাবু ?"

শশীনা হায়রকই, "হোয়, অচুম্বনি। মাগী মখুড় অমগী

সম্পত্তি মপাল নাইদবা নৈ। শিখিবদা ভাইরি,— মহাক মতুনা উত্তরাধিকারী অ'তৈ কনাম্থ নৈত্রে। মহাক চংতবা য়াত্রে।"

ডাক্তরনা হায়রকই. "চংতবা য়াত্রবা মতমদদি চংশমক তাইদনা।"

শশীনা ভ'রতীগী মাইথোংদা য়েং'হুনা হায়রকই, "চাননবা য়ায়া নৈ, খিতং চাবিগেরা ?"

অহুমু ভারতীনা য়ানিংদ। ভিংলক্রিংডদ' ডাক্তরনা হর'ও হরাও হায়রকই "শোয়দনা শোয়দনরক,—চংলসি করি লংগে য়েংলুসি।" অসি হায়রগা মচাক্লা শশীগী মখুং পায়হুনা মওং অমদা নমহুনা ইমুংদা পুসিন'খ্র। চংনা চংনা শশীনা তপ্প তপ্পা হায়রকই, "পাউ অমা নৈ ডাক্তর, অপূর্ববাবু হল্লক্লে।"

ডাক্তরনা ঙকুনা চপ লেপ্লগা হায়রকই, "করি হায়বা শশী, কনানা নঙোন্দা হায়'গে ?"

শশীনা হায়রকই, "ওরাং বেঙ্গল ব্যাঙ্কদা ভশেংনা যাম্মোক্লকই। "মাগী মমা কয়া নারি হায়ত্রা করিনো।"

শশীনা হেক্সংনা চায়জিনবা নত্তে। ইমুংদা চংবদা উরে, অচা-অথক থোইদোক্না কাহেম্না কাথুগী মখা থংবা মচি অমদা তশংনা পৈথুনা লৈরি। ডেকচি, প্লেট, চেথাও চীনা-গ্নে অচৌবা মচা থন্না থন্না মথল মথলগী অচা-অথক দুকান্দর অমম্তুং হোটেলৱালাগী কাংবুনা মশাগী অপাম্না অমদি অমিংবা মতুং ইন্না অসোম ৱাংমদগী সোম ৱাংমদা পোথাবা লৈতনা হোল্লক্নুনা লৈপুংশুম পৈরম্মনি, - অৱাংবা নত্রগা অশোয়-অহাম করিস্সু য়উদ ৱৱাংপ হায়ববু শুপ্নগী মথুশিংদু চাবিনবা মীদনি। ডাক্তরনা মিংকুপম্নক্ত' ময়ামদু য়েংলগা য়াম্না হরাওনা লাউ না হায়রকই, "মপাল নাইদে! মপাল নাইদে! অঙকপনি। শশী কয়াদা য়াথল লৈবা নীনো হায়বা উৱেদনা ভারতী, কমানা করি চানিংবগে করি তানিংদবগে হায়বা পুম্নক রাথল তৌদুনা য়েংই। য়াম্না নুংঙাইরে।"

ভারতী অতোপ্পা মাইকৈদা মমাই লৈথোক্নুনা লৈ অমম্তুং শশীনা নোক্নবা হাইফেত্তুং শুইরে ইদবদা হোৎরকপদনি। মাইকৈ অমত্তদগী চেক-মোক করিমত্তা লাউরক্রবম্ম ডাক্তরনা হরাওদুনা হোনা নোক্রকই, "হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ!" দুম্নানবা ইমুংগী য়াইফবা ওইসনু,—শশী! করি! হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ।"

ভারতী অমুক থাংদুনা লৈথোকপা তমত্রে, মমাই ওনশিল্লক্লগা পীরাং থাংবা মমিংনা থানা য়েংদুনা হায়রকই, "নহাক্কী থম্মোয়দা

দয়া-মায়া খজিক্লস্নু লৈতব্রা দাদা ? কম্বিনো তৌরিবহ্নু হায়বিযুদনা ?"

"বাঃ ! ঙসিদি অহাও অহাওবা ডাক্তা পুক থন্না চাবা কঙ্গদৌরি মখোয়গী যাইফনবগীদমক,— মখোয়বু আশীর্বাদ থয়মখৈ—বাঃ। হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ !"

ভারতী শ উইহনা মাঙ্গোলদা থোকখ্রে। মিমিট অনি-অহুমগী মতুংদা শশীনা চংলগা মহাকপু কৌশিন্দুনা পুশিল্লক্লবদা মহাক্না প্লেটতা শাহুম, পোলাও, উইহে-রাইহে, মিঠাই-মুংঠোইনচিংবা যতন তৌনা থেনগংলগা ডাক্তরগী মমাংদা থম্লগা শাউশিন্নবা থেংল্লেলনা হায়রকই, "লৌবিরে, হন্দক্তি নখুং তম্না তিংথোক্তুনা হিংচাবগী মতৌগুম চাবিরো। নোকপা তোকপিরেং, লৈকাইগী মী তুম্বা-হিপ্পা কায়রগনি।"

ডাক্তরনা নুংশা মপী হোন্দোক্লগা হায়রকই, "ওম্থোকপনি ! অহাওবা চিঙ্গাক ! মসিগী মহাও কাউখ্রে, মনমম্লু থঙদ্রে।"

রাসিনা ভারতীগী থম্মোয়দা য়ুররে। অহিং অহুমগী মহাক্নী চাক ইঙ্খাংগী রাফম কহু থঙনিং মিংশিংলক্লে।

ডাক্তরনা চাবদা মপুক্লিং চংলুরগা হায়রকই, "কবিদদি পীদ্রব্রা ভারতী ?"

"পীজনি !" হায়রগা ভারতীনা প্লেটতা থেনগংতুনা পুরক্লগা শশীগী মনাক্তা থম্লগা ডাক্তরগা য়ায়োক্লনা কম্লরে, হায়রকই, "অহুবু লোইনবা চাবিগদবনি দাদা, হুন্দোক্লস্বা য়ারোই।"

"হুন্দোক্লম্লোই— অহুবু, নত্তদি চাম্লোইদ্রা ?"

"ঐবু ? মুপী-মচাং কনানা অসিগুম্বসি চানবগে ? নহাক হায়বিয়ু।"

"অহুবু থোং-থাকপসি অম্বত্তগুম্মী।"

ভারতীনা হায়রকই, "মসিদগী হেন্না নিংথিনা অমুত ওইনা ঐনা থোংহুনা মুমিং খুদিংগী পজোন্দা পীজনা হুম্‌গনি দাদা।"

ডাক্তরনা মথুং ওইনা মশাগী লাইবক পায়হুনা হায়রকই, "করমদি ভৌনি ইচল, ইরাইবকুনি! পীজবগী বা হায়রিবা মহাক অহুদি পুম্নমক অসি চারোই, চাগদৌরিবা মহাক অহুদা নোংমদগী হেম্ন মিনি গুনা পীজনবা হোংনকুবদা নহাক্কী মিংচং থিবা লৈবাক শিন-থুংনা শন্দোকখিগনি। ঈশ্বরগী অসি-গুম্বা তাম্লোনব বিচরনি। করি হায়বগে কবি, চুমজ্রনে? হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ!"

হন্দক্তি ভারতী মশামকম্ভ মোকথোয়ক্লে; অহুবু খুদক্কা মশাবু ফাথজয়গা ঊকাইহনা হায়রকই, "নহাক্কী ডাক্তশিন্নবা মতৌদা নোক্কবা ওমদে, অহুবু মসি নহাক্কী মাম্না চুমদবনি। অহুগী মতুংদা পুক থম্না চারগা শেলগী থাও অহুস্থ পুহুনা চংপিগদৌরিত্রা ?"

ডাক্তরনা মচিন্দগী চখোম য়োংশিল্লগা হায়রকই, "শোয়দনা শোয়দনা,— তত্থায় অমদি নবতারংগী য়ুম শাবগী থজাদা চংগ্রে, লেমহৌরিবহু অহমেদ-অবদুল্লা সাহেবকী গাড়ী-মুংলি লৈহমবা থনম্লগদ্রা ? কুম্মে খ্বাইদগী হেন্না ফজহমবা নহাক্লা

থোইনা কত্তবা পউতাক পীরকপা মতেংদনা ভারতী। করি হায়বগে শশী? হাঃ হাঃ হাঃ —"

ভারতীনা হায়রকই, "দাদা, নহাক্না নোক-খেবা হান্নষ্ণু উখ্রে হায়বদি য়াই, অদুবু, অঙ্গম্না অঙাংও চুবগুম নোকপদি কৈদৌঙৈদম্ভু অমুক্তা ঙখদ্রি।"

ডাক্তরনা পাউখুম পীগদবগী তৌরকই, অদুবু ভারতীগী মাইথোংদা য়েংলুবদা পাক হেক করিস্থু হায়দোকপা ঙম্দ্রে। ভারতীনা অমুক হায়রকই, "লুপা-লুপীগী সুংশিনবু নহাকী মতৌগুম থাইদগী কয়েম্বনিংঙাই যশক্না মহুদি, তাসকী ছকা পঙ্গা যাংবগী মতৌগুম মসিগী মাইপাকপদা মাইথীবদা খেক্না নোকপা নত্তনা করিম্ভু তৌনিংঙাই লৈতব্র? নীং-খা কপ্পা মীথাপোনবা নত্তনা মীওইবগী মৈশা লাংনিংঙাই সংসারদ, অদৈত্তে করিমঙা খল্লুবা ঙম্মিদব্রা? য়েংবিয়ুদন, শশীবাবুগী মাইথোঙনা হন্না অমুক্তদি শো যথক্কী মন্নুংদা মহাক করিনো অমা ওইখ্রে! অপূর্ববাবু চংখিবা সুমিৎ অদুদম্ভু ঐবু য়েংহনা নহাক্না মতৌ অঙ্গম্না নোকপিরম্বা য়াই"

"নত্তে, নত্তে, মতুনা—"

ভারতীনা মদক থংদুনা হায়রকই, "নত্তে নত্তে কায়বিরিবা করিগীদমক্তনো দাদা? শশীবাবু নহাকী সুংশিরবা মীশক্তি, নহাক্ন মসিমক খন্দুনা হয়াওবিরব্রা মহুদি, অপাঙবা যাবু লাংদা থুকন্দুনা নবতারানা অরাবা শাথীনা পীরম্লে হায়দুনা। তুংদা থোক্লগদবা অরাবা অদুগী মথুঙগী মহাক নাম্বোক্তুন

চেনখ্রে। অদুবু তুংগীদনা মীওইবগী পুন্নমক্লা ? মাগী মৈচাক পুন্নমকসি তু দা মতমগী ঈচেলদা তাউথত্লবদা মহাকী ছসি লোংমথকী মৈচাক অসি নহাক্না মতৌ করম্না থত্তবা ঙমগদ্রগ হায়বিয়ু ? নহাক্নদি কৈ দাইদ্দেদস্পু কনাবুস্পু মুংশিন্দে !"

শশী খোইদোক্লা চৈনহক্লে। মহাক্না মওং অমদ হায়নি লকই মতুদি, মশাকমক্ত' মরালনি, এশাকমকী অশোয়বনি, সংসারগী চংনবোলগী সাধারণ জ্ঞান লেপ্তে হায়দুনমক—

ভারতীনা ফিঙ্গংপা খোজেলনা হায়রকই, "ঈকাইবিবিবা কবিগীনো শশীবাবু ? অশোয়বা অসি সংসারদা নত্তোমদনা তৌব্রা ? অদ মদগী শরুক চাম্মা হেন্ন' এনা শোয়খিদব্রা ? মতুদগীস্পু শরুক লিশিং অমা হেন্ন' শোয়হুনা তুম্মিন্না লৈনাক অসি থদোক্তুনা পুন্সিগী ওইনা চংখিগদবগী হোংনবিবা লাইমক থিরবী মহাক অতুবু ঙংক্তরনা মশক থত্তবিদব্রা ? মবত্তারানা ঠোগ তৌরম্বা ? ঠাগ তৌজরমসনু। অদুম ওইননক এখোয়মকী মুংশি-মৈচাক শৈশক্তুনা চংকী কানা তশ্বায় অমা অমর ওইহনুনা' লৈরি।"

ডাক্তরনা অঙকপা মিংয়েংনা মঙোন্দা য়েংলকই, অদুবু ভারতীনা থেংশাক্তদে। হায়বকই, "শশীবাবু, সংসারগী চংনবোলগী বুদ্ধি অদোমগীবু য়াংগ্রা ? অদুবু এগীদি য়াংলমদব্রা ? ইচে-বেম্মা সুমিত্রাগী বুদ্ধিগী চাংদম্নিংঙাই লৈতে। অদুম ওইনমক, কন্নিমত্তা কনাগী থবক্তস্পু চন্নদে। মসি ঙপ্নগী মথাই চমখ্রিবনি দাদা, নহাকী বুদ্ধিগী মফমদা। মতম চুপ্পদা জয় তৌঙমব্রবা,

লম্বীদা কৈংদৌদৈদম্ভু অপনবা পীগুমত্রবী মহাক অহুম্ভু নহাকমক্কী নুংগী থোঙদা য়ৈশিন্দুনা মচেং মচেং তাপ্লে,—থম্মোয় মহুংদা চংননবা লম্বী শুপশিংদম্ভু কংদে!"

ডাক্তরনা রাকম অসিগীম্ভু পাউথুম পীদে, মহাক্কী মাইথোংদা য়েংহুনা ওপ্নগী মোকফেংতমক তৌরকই। ভারতীনা হায়রকই, "শশীবাবু, ঐ অদোমগী মফমদা ইরাল য়ায়া লংশিনগ্লে, ওসি মহুগী ওাকপিবা পামজৈ।"

শশীনা ভাব ভাবা ওমগ্রে, অহুবু মপুক্লিং মৌরক্লে। ভারতীনা মিংকুপমুক ভুম্মিন্না লৈরগা হায়রকই, "মোংমা দাদাগী মফমদা হায়জখি, কনাগুম্বা মপী ওইবী অমগুনা কর্ণগুম্বা মুমিত্তম্ভু অদোম্বু মুংশিবা ওম্লোই। মুমিং অহুদা ঐনা অদোম্বু থঙবা ওম্মুদে। অপূর্ব্ববাবুবু মুংশিজরম্বী মহাক অহুনা অদোম্বু ফংজরবদি ধন্য ওইগনি হায়না ওসি থল্লকই। মফাম পুন্নমক্কা অদোম্বু থৌওইবিদে, ওপ্নগী মী অমথক্কুনদি থৌওইদবা তৌদে, মহাক অহু ডাক্তর অণিনি।"

ডাক্তর মরু লুকচান্ননা শহুম মচেং অমদগী মরু লৌথোকপা কমা হোংনরি, মমাই মোনথংনবা মতম ফংদে। ভারতীনা মঙোন্দা কৌহুনা হায়রকই, "দাদা, মীবু মশক থঙবদা মহাক্কা শোয়বা লৈতে, অহুনা মুমিং অহুদা থরায় রাহুনা ঐঙোন্দা হায়রিবিখি, শশীনা অতৈ কনাবুনো মুংশিরম্লবদিকো। অহুবু মোংমহুম্ভু নহাক্কা ঐঙোন্দা থামহুনা হায়রিবা য়াগ্রা, ভারতী, অহুক চাউবা অশোয়বহু নহাক তৌক্কনু! মুংগী আদর্শ

ওইরিবা মথোয় অসি ঐগী মাংদা ফম্লি,—ঙসিদি ঐগী পেঙ্গবগী ঙমৈখ অমুক লৈরে !"

ডাক্তরনা শনুম মচেং অমা মচিন্দা ভুকচিল্লগা হংলকই, "অপুর্ব্বনা করি হায়রকপগে শশী ?"

পাউখুম ভারতীনা পীরকই ! হ য়রকই, "মমা মাখি ! লায়েংবা দরকারনি, মরম অতুন শেল তান্দবা য়াদে। হল্লক্লগা লোংতুনা মীনাই ওইরবদা কনানসু থঙবা ঙম্লোই। তলৱারকরবু কী, ব্রজেন্দ্রবু কী। অতবু, মথুড়া পুলিশ কর্ম্ম-চারীনি,— মহাক্না কিতম অমা শোয়দনা শিল্লম্লগনি দাদা। নঙ-ঐবু ফাওবা হৌজিক অমুক লেম্না থারদবা য়াই। মী মচানি ! অপাম-মীকৌ চাউই। থম্মোয় পিকই। তুকচৈ !"

ডাক্তরনা মোমোম ভৌরকই। ৎপ্না তপ্না হাইরকই, "লেপেংবা সুংশিবা নংলমত্রবদি অস্তুম্না থম্মোয় শেংবা মতিক-মগুণ শক্লম্লোইদবনি,— করি, হন্দক্তি নহাক্কী পালিমি। সরস্বতীবু থাগোঙ্জতুনা নহাক হন্দক্তি নবতারাগী মগুণ শকপা কৌরে',— ঐখোয় থঙকৌরগে।"

ভারতীনা ভক্কুম্না হায়রকই, "দাদা, নবু চৈরিত্রা ?"

ডাক্তরনা মঙক মোমতুনা হায়রকই, "মত্ ওইরম্বসু য়াই।"

রাখোবনা নৈচাক্না শাউবন ভারতীগী মাইথোং ভাংলক্লে, হায়রকই, "মহাক্না কৈদৌনুংদসু ঐঙোন্দা ভাংবা ঙম্লোই। মীপুম খুদিংমক শশীবাবুগী মতৌগুম মিং উইশিন্দুনা থাংবা ভুমগনি

থমত্রা ? মীওইবগী করি ওইবগে মহাক্না করি খঙবিগনি ! ফুকৎলক্রিবা মৈচাক্না মহাক্বী খোঞ্জেল যুমগৎলক্লে, হায়রকই, “নহাক হক্লক্লে, হন্দাক্তি ঐবু নহাক্না কদ য়দনো পুহনা চৎপিয়ো দাদা, — ঐ মরাইবক খিব। কনানো অসিগী খুরাখাদা ঐগী পুরমক কখোকচহনা কমহন্না লৈরি ।” ভাংনা ভাংনা টেবিল মথক্তা মকোক থমহনা ভারতী অভাং মচাগী মতৌগুম কপখোৎক্লে ।

ডাক্তর মাইথোং মকা লাম্না তুম্মিন্না চারি। মাগী হোংবা মাইদবা শক্তমহু উবদা অশুম্না খল্লি মহুদি, সুংশি-মৈচাক অসিগুম্বনা মহাকপু নরিক অমা কাংবা মপূক্লিং শুলহনবা শুমদে । মিনিট মঙা-তরুক্তী মতুংদা ভারতী হৌগৎতুন থংনবা কাদা চংলগা মমাই-মমিং নিংখিনা তাক্লে'ক্লুনা তৈথোক্লগা হায়গী মকমদা হক্তিল্লক্লুনা কয়রে। হ লকই, “দাদ', নখোয়গী চানবা থরগা হাপখোরা ?”

ডাক্তরনা পকেটতগী রুম'ল লৌখোক্লগা হায়রকই, “বাযোন মচানি, পুখিনবা মযোম থরা য়োম্মু, মুমিং নিনিদি রাকনি'ঙাই লৈতনবা ।”

অমোংপা রুমালহু পীশিল্লয়গ' ভারতীনা খিক্লহনা শুদোক্লবা তাবেল অমা পুথোরক্লে অমম্বুং অচাপোং মথল মথলগী মযোম অমা য়োমহনা পু শল্লক্লগা ডাক্তরগী মনাক্তা থম্লবে, হায়রকই, “সিদা লৈরে বাযোন মচানা পুখিনবা মযোম ! অতুগা শেলগী থাঙ মচা অহুদি ?”

ডাক্তরনা মোক্তুনা হায়রকই, "মতুদি খাযোন মচাবু পীজ-পীথকপগী দক্ষিণানি !"

ভারতীনা হায়রকই, "হায়বদি করিম্ব লৈতবা লুহোংবগী খোদোক্তু নত্তবা ভশেংনা দরক'র ওইবা থবক পুম্নমক অপমবা লৈত্তনা পাংখোক্লে ।"

ইখঙ খঙহৌদনা, হঃ হাঃ— নোকপা হৌগংলকপমক্তদা ডাক্তরনা মথুংনা মচিন চেংনা মেন্দুনা নোকপা লেপহল্লক্লে, শককম হঞ্জিন্দুনা হায়রকই, "ঈশ্বরগী কন্নঙ্গা শাপ্লো, ভারতী, ঐ হৌন নোক ।। নত্তনা চিন্দগী কয়িম্ব খোকত্ত য়াদে । খোঞ্জেল হৌনা কপ্পনবগীদমক নহাকপু লোয়নহুনা পুরকলমদবা খোক্লবদি ওসি শক উংপা লুরমগদবনি ।"

"দাদা, মৈচাক অমুক হাপ্লিরক্রা ?"

"মৈচাক হাপ্লিবা ? ঐদি তৌবিমল উংননবা হোংনবনি ।"

ভরতী শাউহুনা অতোপ্পা শাইকৈদা মমাই লৈথোকল্লে, পাউখুম পীদে ।

শশী ভুম্মিন্না লৈরকই, হৌজিক্তা য়া ওংলকই । খঙহৌদনা খোইদোক্লা চীংলেম্বগা লোয়ননা হায়রকই, "অদোম য়ারৌবি-য়োই হায়রবদি য়া অমা হায়জবা ওমগনি । কনা কনাগুম্বনা কন্না চিংনৈ মতুদি, অদোমগা লোয়ননা নোংমা ভারতী লুহোংলগনি হায়না ।"

ডাক্তর মিংকু'মুক ওক্লুনা লৈ, অহুবু থ.নবা মিংকুপমক্ত দা

মশাবু কাথকরগ নোকমি মোকমি হায়রকই, "কল্লিনোনে হায়ল্লিবহু শশী, নহাক লাইবক ফবা ওইয়ু, অদুগুম্বা য়াইফবা মুখিং অহু অমুক লাইবক থিরবা ঐগী লাইবক্কবু তম্লমখিগদ্রা ? মসিদি মগুদা ফাওবা থমজমদবনি, কবি !"

শশীনা হায়রকই, "অদুবু অয়াম্বনদি অদুম্মা থম্মে।"

ডাক্তরনা হায়রকই, "ওস্তোকপনি। ওস্তে কপনি ! অয়াম্বনা থম্মদনা করিগুম্বা মীশক অমথক্তা করিগুম্বা মিংকুপ অমত্তা ওইরবম্লু থম্লবদিকো !"

ভারতী নোকখোরক্লে। মাইথোংদা য়েংলহুনা হায়রকই, "লাইবকথিবগী লাইবক্তি মিংকুপ অমত্তদা ওনবা য়াই দাদা। নহাক্তা হুকুম তৌহুনা করিগুম্বা তাকপিরবদি, ভারতী, হয়েংমক ঐহোক্দা নহাক লুহোংগদবনি, ঐনা নহাকপু পন্দুনা রাশক্লিবসিনি, নোংমত্তদি ভাইবিখো কাওবা হায়জরোই।"

ডাক্তরনা হায়রকই, "অদুবু মরাল লৈজদবা অপূর্ব্বনা মথরার পাম্মুবা লৈতবা হল্লক্লে, মদুগী উপায় করি ওইগদগে ?"

ভারতীনা হায়রকই, "মাগী মো ওইগদবা কন্যা মরৈবাক্তা লৈ মাগীদমক নহাক্তা রাবিক্ল'ন'ভাই মরম লৈক্তে। নহাক থম্মোয় কারহুনা শিরোই।"

ডাক্তরনা শকক্‌ম হঞ্জিন্না হায়রকই, "অদুবু লুহোংবা ঐবু য়াথলপনি, নহাকী আশা অসি য়াংদবা নত্তে ভারতী !"

ভারতীনা হায়রকই, "নহাকী খুংতো তারবদা অমুক করি কৌরুখিগদগে ?"

ডাক্তরনা শশীদোবদা ওনশিন্দুনা হায়রকই, তাশিলহৌ কবি! ভুংদা কবিগুরগা যারক্তবা থোক্লবদি নহাকপু সাক্ষী ওইনা পুথোক্তৌরিবনি।"

ভারতীনা হায়রকই, "কনাবুন্নু সাক্ষ ওইহন্নিংডাই যরম লৈতে দাদা, ঐনা নংগী মিং পন্দুনা শক্লিবা অস্তুক কনবা রাশকপু হৈদোক্তৌদন্নু থুগায়রোই, গুপ্রগী নহাক্তা য়াবিরগা লোইরে।"

ডাক্তরনা হায়রকই, "হয়ে, লেংবা তারে যতমহৃদা।"

"ভাবিয়ু।" অসি হায়রগা ভারত মা নোক্তুনা হায়রকই, "দাদা, ঐনা হৈদোবা ওমগনি, অদুগা সুমিত্রানা হৈদোবা ওমগনি, - স্বর্গগী ইন্দ্রদেবনা কবিগুরগা উর্ব্বশী মেনকা রম্ভাবু কৌহনা হায়রবদি, মতম অদুগী মুনি-ঋষিশিংগী যজুংতা নখোয়গী মতম অসিগী সব্যসাচীগী লাইনিং থুগায়রুগদবনি, অদু ওইরবদি ঐনা তশেংনা হায়রিবসিনি দাদা, মদাইদা হামুক তৈত্নুনা মথোয় হনবিগনি। ঈ-ভোংশাগী থম্মোয় অয় তৌবদি য়াই, অদুবু নুংগা লাংহনবদি য়াদে! মীথাপোনবগী মৈনা চাক্লুনা নহাকী থম্মোয় ফশেংনা নুং ওমগ্রানি।"

ডাক্তরনা নোকখেং তৌরকই। ভারতীগী মমিং অনিমক মবুংবু শ্রদ্ধা লৈজবা অমম্থুং হুংশিজবনা পীরাংন থুমহংলক্রে, হায়রকই, "থাজবা অসি লৈরক্রবদি মত্তৌ অদুম্না ইশাবু নহাকী নকমদা শিরথোকপা ওয়মগত্রা? ঐদি নবত্রায়া মত্তে। ঐ খঙই, ঐ শাখীনা শোয়ত্রে,— মদুবু পুক্সি অসিদা চুমথোক্লবা অমুক লৈত্রে। লোংমদং ওইরবন্নু ইপুক্লিংদা মহাকপু —"

ভারতীগী মমিংতগী মপী অমুক শিন্থরক্লে। থাথু থাথু মখুৎনা তৈথোক্লগা মোক্লনবা হোৎনরগা হায়রকই, "দাদা, ঙনবা মতম ওইদ্রিব্রা? অকনবা ঈথক হৌবা লেপ্লক্তদবা কয় য়াম্না য়াংলিবগে?"

ডাক্তরনা ফক্লাং মড়িরোমদা য়েংলগা হায়রকই, "মৌজিকসু য়াংলি ইচল।" অদুগী মতুংদা তপ্না তপ্না মখুৎ য়েংথিংথোক্তুনা ভারতীগী মকোক্তা থল্লগা হায়রকই, "অঙকপনি! অমুক খুদোং-থীরবদস্থ মমল নাইত্রবা মণি অ'স ওসি ক'ওবা বেঙ্গলগী মাংত্নথিদ্রি। চৎচথিসসু নংত্তায়া, অদু ওইরবসু ভারতী ফাওবদি ঐখোয়গী লৈরি। শশী. পৃথিবী 'পুম্বদা মসিগী তোঙা তনা কংদে। অসিগুম্বা সব্যস'চী লিশিংগীসু মতিক লৈতে করিসু লৈতবা অপুক্সবু মরুমদা থজিন্দুনা লেপ্লনবা! ফজবা য়ানি শশী য়ু লিক্লিদি কদায়?"

যথ: অসি তা:বদা শশী হাইকেং ঈকাইবগুম তৌই, "লেকুদে ডাক্তর। মহু ঐ অমুক থক্লয়োই।"

ভারতীনা হায়রকই, "নিংশিংবিদ্রব্রা দাদা, নবতা:র'মা মাবু য়া.শকহনখিবহু?"

শশীনা মহুমক চুম্না হায়বা শোপৎতুনা হায়রকই, "তশেংনমক নবতায়াগী মকমদা য়াশ কগ্রবনি য়ু অমুক হন্না থক্লয়োই হায়না। য়াশক অসি ঐ থুপায়রয়োই, ডাক্তর।"

ডাক্তরনা নোক্তুনা হায়রকই, "অদুবু কমদৌনা হিজদগে শশী? য়ু থাদোকপ্রে, নবতায়া চৎপ্লে, লৈজবা থিবিক

যোম্বোকপগী শেল পীখোকখ্রে, অমুক্তদা অম্বুক য়াম্বসি কমদৌনা খাঙ্গদগে ?"

শশীগী মাইখোংদা য়েংলুবদা ভারতীগী খম্মোয় পুংম্লক্লে, হায়রকই, "কুম্মৈ তৌবদি লায় দাদা, অদুম্বু ঙসেং তসেংনা অমুক্তা খঙ্ছনা য়েংবিয়ুদনা ?"

ডাক্তরনা হায়রকই, "খঙ্ছনা য়েংছনমক্কি হায়রিবসি ভারতী! শেলকম অদুদা শশীগী আশ-ভসা কয়া য়াম্বা লৈরম্বগে হায়বদু ঐঙোন্দগী হেন্না কনানম্বু খঙবা ঙম্বা নত্তে। মাগী খঙন-চায়বা অসিগুম্বা মীশক অমত্তম্বু লৈত্তে মহুদি, মসিগী য়ারী তাদবা। অদুগী মতুংদা নবতারা থু লৈ। থা তক্লক-তবেং মাগী য়াখলদা লুপ্লবে। অদুগ যু? মহুদি শশীগী অরা-মুংঙাইগী অমত্তা ঙাইরবা মরুপ্নি। ঙরাং পূম্নমক লৈরম্মী, ঙসি মাগী লৈজরম্বা মুংঙাইবা, মপুক্কিং কাজিঙ্জনবা মশক ওইরম্বা পুম্নমক অমুক্তদা হৌনছনা মাবু থাদোক্তুনা চংখ্রে। অদু ওইরবম্বু মহাক্না কনাদম্বু য়েংথিরুবা লৈত্তে— য়াকংহুবা লৈত্তে,— অদুদা মত্তনা অতিয়াদা ওনখংত্তুনা অমুক্তম্বু পীয়াং থাংনা হায়গক্লবা ঙংদে মহুদি, হে ঈশ্বর! ঐনা কনাগীম্বু কত্তনবা তৌনি'দে, অদুবু মহাক্ন অচুম্বগী করিগুম্বা ওইরবদি মসিগী বিচার তৌবিয়ু।"

ভারতীগী মচিন্দগী মুংশা মপী হোন্দোরক্লে, হায়রকই, "মহুমক্না নহাক্না অহুক হাক্না মুংশিবিরিবনি।"

ডাক্তরনা হায়রকই, "শুপ্নগী মুংশিবদা নত্তে, শ্রদ্ধা লৈরিবনি।

শশীদি সাধুনি, মখোয় 'পূম্বা গঙ্গাজলগী মহৌশুম শেংই, তক্ক তক্কই। ভারতী, ঐ চৎথ্রগনে ইচল, মাবু থরা য়েংবিথিবিয়ু। নহাক্না নখুংমক্তদ শশ'বু ঐনা শিন্নয়ম্বনি, মহাক অরাবা নঙ্গনি, অদুবু অরাবা কৈদৌঙৈদসু কনাদসু পীরোই।"

শশী ঙৈকাইবা অমদি তৌফম শঙদবনা মমাই ঙাংলক্তে। মসিগী মতুংদা ফনা কুইরবা কান্দ্রবা বা হৌদোক্লিংঙাই লৈতবনা ওইরমাল্লে মখোয় অচুম্মক তুম্মিন তুম্মিন লৈ।

ডাক্তরনা হংলকই, "অদুবু হৌজিক্তগী করি তৌগদগে, কবি? নহাক্না লেমহৌরিবা হায়বদু বেহালা অদুদা ঙাইরে। ম হৌশাগুম মচু থোংহুনা দেশ কোইনা চৎকত্রা?"

হন্দক্তি শশীনা নোকমি নোকমি হ'য়রকই, "অদোমগী থবক্তা ঠেবু য়াউহনবিরে',— তশেংনমক ঐ য়ু অমুক শোক্লরোই।"

মহাক্কী বাহৈ অমদি রাঙাংগী মঙং-মঙৌ উবদ ভারতী নোকথোরক্লে ডাক্তর মশামকসু নোক্লকই, মুংশিংবা থে'ক্লেলনা হায়রকই, "নত্তে, কবি, মহুদা নহাক্না চংলুবগী কামবা অমুক লৈতে। নহাক ঐগী ইচল অসিগী মনাক্তা লৈয়ু, মহুমক্তনা ঐগী থে ইদোক্লা অচৌবা থবক ওইগনি।"

শশীনা মডক নোমহুনা য়ানিংবা উৎলকই। মিৎকুপ অম তুম্মিন্না লৈরগা চিংনবগা লোয়নদা হায়রকই "মহৌশাদি ঐ কবিতা ইবা শুন্মী ড'ক্তর— হৌজিকসু শুহা য়াই।"

ডাক্তরনা হরাওদুনা হায়রকই, "মহুসু ওইরম্বা য়াই। অদুগা মহুমক্তনা ঐগী অচৌবা থবক পাংথোকপা য়াগনি।"

শশীনা হায়রকই, "ঐ অমুক কৌবগনি। লৌউ-শীংউবা কুলি মজদুরশিংগীদমক্তা কন্দ্রিভ অমগী মহুদা ইগনি।"

"অহুবু মখোয়দি পাবস্তু কৈত্তন কবি ?"

শশীনা হায়রকই "কেত্তসন্তু, অদু ওইরবস্তু মখোয়গীদমক ঐনা ইগনি।"

ডাক্তরনা নোক্তুনা হায়রকই, "মহ কাব্যদব ভাগনি, অহুবু কাব্যদবদ মথং শাংনা থাংলোই। লাইরিক হৈত্তবশিং দমক্তা কোকৈ লন'গ হাংদোকপদি য়াই, মরমদি মখোয় অরাম-খোরাংবা অহুক্ত অহুবু সাহিত্য য়েক্কবদ কাম্নলোই! কবিগুরুদা ওথোকপা থোক্কবদি মতম অদুদা মখোয়গী সাহিত্য মখোয়না ইজরকনি, - মহ নত্রবদি নহাক্কী থনাওগী লাঙ্গোলগী ঈশেনা লাঙ্গোল পায়গী গী হেকাবা ওইনা য়ারোই ওইথোক্লোই-দবদা হোংনবসি তৌরুগন্তু কবি ?"

শশীনা মমুং তানা ভাব তাবা উদ্ভ্রা চিংনবা খোঙ্গেলনা হংলকই, "অহু ওইরবদি ঐ কবি তাগদগে ?"

ডাক্তরনা হায়রকই, "নহাক অমুক বিপ্লবকী ঈশৈ শকউ। পোক্তকম, চাউবকথম, অপগী মহুগীদমক—লাইরিক হেব, নৈবাক মচা-তাবা জাত অহুগীদমক।"

ভারতী ওকথ্রে, মথরায় মুংঙাইরক্রে, হায়রকই "দাদা, মহাকপু জাত থায়বা য় বিনিত্রা ? নহাক্কী পান্দমস্তু অপগী নৈবাক-মচা-তাবা জাতি অহুগী মাইকেদদরা ?"

ডাক্তরনা হায়রকই, "ঐদি বর্ণাশ্রমগী বা পনবা নত্তে, ভারতী, নমহুনা জাতি থায়বগী ইঙ্গিত অহুদি ঐ তৌদে। তোথায় তানবগী রাখল অহু ঐগী লৈতে, অহুবু লাইরিক হৈবা লাইরিক হৈতবা জাতি থায়দোকপা, মহুদি ঐ য়াদব ঙমদ্রোই। মসিদি অচুম্বা মওংগী জাতিনি,— মসিদি ঈশ্বরগী মথুংনা মেংতুনা শারকপা লৈশেম্নি ক্রৌশচন্নি হায়তুনা নহাকপু ইম্বোক্তুনা থম্বা ঙমদ্রনে ইচল! নহাক্কী মতৌগুম্বা ঐগী মী কনা লৈরিবগে?"

ভারতীনা শ্রদ্ধানা মপী ঈর' চেন্না মঙোন্দা য়েংলগা হায়রকই, "অহুবু নহাক্কী বিপ্লবকী ঈশৈদি শশীবাবুনা শকপা পকচরোই দাদা। নহাক্কী লাহেন্লোবগী ঈশৈ, নহাক্কী অরোনবা সমিত্তিগী—"

ডাক্তরনা মরক থংতুনা হায়রকই, "নত্তে. ঐগী অরোনবা সমিতিগী ভ র ঐঙোন্দা অহুম লৈসনু ইচল,— পোংলুব অহু থাংবা ঙম্বা মতিক চাবা পাঙ্গল— নত্তে নত্তে, মহু লৈরসনু— মহু গুপ্তগী ঐগীনি!"

অসি হায়রগা মহাক্না মশাবু কাৎজনবা ঙাইহাক হোৎন-বগুম তৌই। হায়রকই, "নঙোন্দদি হায়খ্রবনি ভারতী, বিপ্লবকী অর্থ গুপ্তগী ঈমু-নাইমু তানবা' থোদোৗদা নত্তে,—বিপ্লব হায়বদি থোইদোক্না থুনা অকবা অওনবা পুরকপনি। রাজনৈতিক বিপ্লব নত্তে,— মহু ঐগীনি কবি, নহাক্না নপুকচেল শেংবা গুপ্তগী সামাজিক বিপ্লবকী ইশৈ শকপা হোৗরো। সনাতন,

অয়িবা, মরু কুম্লবা, অমনবা, ধর্ম্ম, সমাজ, সংস্কার, পুম্নমক কায়-তোয়দুনা মাংজগ্রসনু, অতৈ করিস্থ ঙমদ্রবস্থ শশী, অথোইবা অচুম্বা অসি খোঞ্জেল হৌনা শন্দোকউ—মসিদগী হেনবা ভারতকী য়েক্লবা অচোবা অমমুক লৈত্রবনি— অছুগী মতুংদা লৈয়সনু লৈবাকী স্বাধীনতাগী পোংলুম এগী কোকথক্কা ! কনানো ?"

শশীনা মনা থাঙ্গংতুনা তায়গ' হায়রকই, "লিঁড়িদা খোঙথাং মখোলগুম্বা অমা—"

ডাক্তর মিংনা কুপ্পদা পকেটতা মখুং হুমজিন্দুনা নাশোল পিক্লা থুনা য়াংনা অ-স্বা মাঙ্গালদা খোকখ্রে. অদুদু ডাইহাক্তং লৈরগা হঞ্জিল্লরগা হায়রকই, "ভারতী, স্থমিত্রা লাক্লে।"

## কুন্নিপাল

অহিং মোংয়াই অসিদা স্থমিত্র' ল'কপগী পাউ অসি থাজনিংডাই ওইদবা অছুক কজদন: থোকই। ভারতী নিংজিং-মাংজিংনখ্রক্লে অমস্থং কৌথি-কৌরুম্নরক্লে। ডাইহাক লৈরগা মহাক চংলক্লবদা ডাক্তরনা অচম্বা খোঞ্জেলনা তরাম তরাম তৌদুনা হায়রকই, "ফম্মু। নতোমদা লাকপ্র ?"

সুমিত্রান হায়রকই, "হোয়। ভা'রতীদ য়েং'হুনা হংলকই, "সুং'ঙাইনিদ্রা ভারতী?"

মিনিট অমত্রে'পগী ১তম অসিগী মতম'দা ভা'রতীনা মওল মওল কয়া খল্লকখিনা অদুগী ওয়া'খ লৈতে। মখোং অদুগী মতৌগুম ওসিন্তু সুমিত্রনা মহাকপু থোঙৈবিরোই হায়বসি মহাক্না তশেং তশ' খঙজবন্ন', অদুবু হৈশি'বা রাজ, অসিদনা নত্তে. মহাকী খোঙ্জেল শুংশিব' অমদি থোংপনা ভা'রতীনা খঙহৌদনা থাজ খুংনা লাম্ন ফংবগুমত্রে। মতম লৈত্তনা তৌবিমলনা থম্মো'য় থুমহংলক্লুনা হায়রকই, "সুংঙাইজরি ইচে-ংবেন্ম্বা। অহোম মাইকফিরদনা?" ওসি মতৌ'দা নহাক অমুক হন্নরকননা থোনা ভরতীগী লৈখদ্র।

"হোয়, মাইক'দ," হায়হুনা গাউগুম পীরগা সুমিত্রা মচি অখদা ফম্নরে। মা ম'ম্ম' ভা'বগী হৈনব' মাগী লৈতে, — মশাগী হৈনবী অমদি অতপ্পা চৌ'লেম্বা অমগী মতৌ'না মতম চুপ্পদা মহাক্না মশাবু লাপথোকচন্দুনা থম্মী. ওসিন্তু মতুগী নিয়ম অদু শুগায়দে। তরাম্না তৌবা অ'স শাউবগী নত্রগা' বাক্লোবগী মও'দি নত্তে হায়বা খঙজহুনম্ন ভারতীনা রাহং অনিশুন' হ'লুনবা থোন' ফরুব' ওমদে

ডাক্তরনা রা টাংলকই। হায়রকই, "শশীগী মকমদগী মহাক মপাল নাইদব, সম্পত্তিগী উত্তরাধিকারী ওইহুন; জ'ভাদা হনগ্রগনি হায়বা জ'রে।"

সুমিত্রানা হায়রকই, "হোয়, ঐবু লৌরব মী লাক্লে।"

"কৈদৌঙৈ চংখনগে ?"

"অহানবা স্টিমরমক্তদা— থাংজদা ।"

ডাক্তরনা নোকখেং তৌদুনা হায়রকই, "চংলো, হন্দক্তি অদু ওইরবদি মহাক অচৌবা মী ওইরগনি।"

সুমিত্রানা মঙক নোমদুনা চুম্মী হায়বা খঙহনলকই, হায়রকই, "হোয়, পূম্নমক ফংলবদি মদুম্ন হায়বা য়াই।"

ডাক্তরনা হায়রকই, "ফজনি। এটর্নিগী য়া নঙনা করিস্ম তৌরুগদ্রু। অদুগা থরদি চেকশিন্না লৈয়ু। মহাকপু লৌরবা লাক্লিবা মখোয় অদুদি শক খঙনবা মীনিদনা ?"

সুমিত্রানা হায়রকই, "হোয়, মখোয় থাজবা য়াবা মীনি, মখোয় পুম্নমক ঐনা মশক খঙই।"

"অদু ওইরবদি হায়নিংঙাই লৈত্রে," অসি হায়রগা ডাক্তরনা ভারতীদা ওনশিন্দুনা করিনোমা হায়গদবগী তৌরকই, খঙহোদনা লপীনা য়া ঙাংলকই, হায়রকই, "মসিদি কত্তবা নত্তে ডাক্তর, অদোমগী বাঙালী মহিলা অদুমগী মগুংদা নবতারা চংখ্রে, প্রেসিডেন্ট মশামকপু চংখিগদৌরে, গুপ্লগী ভারতীদদি—"

ডাক্তরনা মোক্তুনা হায়রকই, "নখোয়না থরাম্ন রাক্‌লিংঙাই মরম লৈতে, কবি, ভরতীন্দ্র মীথোই-মীহেনবগী লম্বা মতুং ইনগনি হায়না মখং অমদা লেপ্লখ্রে।"

মহুগী পাউখুমদা ভারতীনা গুপ্লগী শাউরংনম থানা য়েংলকই, অদুবু পাউখুম পীদে।

ডাক্তরগী করেমবগী মলুংদা মৈচাক য়াউই হায়না ভ বনা খঙলহনা -শশীনা হায়রকই, "অদোমসু থুনা চংশিন্দিগদৌরবনি। অহু ওইরবদি য়েংবিয়ু, অদোমগী লম্বীগী দাবীগী একটিভিটি বর্ম্মাদা মরু ওইনা লোইশ্রগনি। কমানা অমুক চলাইগদগে?" অসি হায়রগা শশীনা শাংলবা মুংশা মপী অমা হোন্দোরবই। মহাক্কী মুংশা মপী অসি শৌশিন্নর নত্তে অমসুং থাঙ্গেশংবমক মৈচাক্কা থম্লি, অদুবু অঙকপদি অসিনি মতুদি, ডাক্তরগী মাইথোংদা মতুগী মমি-মচেং অমা কাওবা ত'দে। অদুম মাইথোং মখা লায়না হায়রকই, "মদু কবি রামো কবি? অদুক কুইনা অমুক য়'ম্না উরক্লগ মমৈথংদা নহাকমক্কা সব্যসাচীগী সার্টিফিকেট সি পীরম্বা। মফিদা অদুম চংশ্রগনি হায়দুনবু লম্ না ন'ব লেংশ্রগদ্রা? য়ু থাদোকপদগী তৌরক্লিবসি কবিনো? মতুগী শঙ্কুকপুদি থোইদোক্লগম নহাক অমুক য়ু পায়য়ু।"

ব। এসি ফাগি ওইনা ভারতীনা কাপি নত্তে হায়বা খঙলহনসু ভারতীনা চপ চানা ভাব ভাবদি ঙমদ্রে। হুরান্দুনা য়েংলকই, সুমিত্রা মরু লুকখহনা ভুস্মিন্না কমহনা লে। মতম অদুদা মহাক্কা মমাই লৈশিন্নক্লগা ডাক্তরগী মাইথোংদা মিংয়েং লেংদনা থমহনা হায়রকই, "দাদা, ঐদি ভাব ভানবগীদমক য়ু পায়ক্লমবগী দরকার অমুক লৈতে, অদুবু, অদুম ওইনমক ভাব ভাবদি ঙমজদ্রে নবতার করিস্ন লৈবা মত্তে, অদুগা ঐদি মঙোন্দগীস্ন য়ম্না হঙ্গিরবনি, অদুবু ইচে-থেম্মা সুমিত্রা— নহাক নশামক্কা

প্রেসিদেন্টকী আসন পীবিরিবা মহাক অদু চংখিবা তার মু মহাকী লম্বীগী দাবীদা অপনবা খোক্লোইদ্রা ? শেংনা খুম্বিয়ু দাদা, তপ্পগী কনাদনো চৈথেংপীনবগীদমক শাউদুবদি হায়িংগনু।” অসি হায়রগা মহাক্না মিংচানক্লপদ্র হায়না তংশেংনা চিংনদুনা মিংকুপমুক্তং সুমিত্রারোমদা য়েংলুরগা অতোপ্পা মাইকৈদা মিংয়েং হোংল্লে। মিংকা মিংকা মিংচাদদে, সুমিত্রা মম ই লুকথদুনা মূর্ত্তিগী মতৌগুম ফমদুনা লৈ।

ডাক্তর ছাইহাক তুম্মিনা লৈ, অদুগী মতুংদা তপ্পা তপ্পা হায়রকই, “ঐ শাউদুন হায়বা নত্তে ভারতী, সুমিত্রা থৌওইদবা য়াবা মীশক নত্তে। অদুবু মপাক্তি খঙলমদবসু য়াই, অদুবু সুমিত্রা মশানদি তশেংবা মুম্র খঙবনি মধুদি, অনিগুম্বা থৌদোকশিং অসিদা ঐখোয়গী মাংজবগী চাং পাক্লপদবা নত্তে। মদুগী মথক্তা থর'য়গী অস্থুম্না অরেপ্পা লৈত্রবা মখোয়গী মমল করিনা লেপকদগে হায়য়ুদন ? মীদি চংখিবা তাবনি। ফমা অচৌবস্থ ওইসনু, কনাগী অরাংপবু ঐখোয়না মাং-হাকপগুম থন্দে, মী অবগী মকম ঈশিং ইচেলগী মতৌগুম মী অমনা চিংনবা লৈফনা থোইদোক্লা লায়না মচুং শিনবা য়াই হায়বা শিক্ষা অসিমক ঐখোয়গী অহানবা অমদি অখোইবা শিক্ষানি ভারতী।”

ভারতী-না হায়রকই, “অদুবু মসিদি সংস'য়দা ফশেংন অস্থুম্না চংনবা য়াদে। থুদম ওইনা হায়য়বদ, নহাক। নহাক লৈতবদা

বনামম্ভ করিগুম্বা খুমিত্তম্ভ মচু মেন্দশিনবা য়াগনি হায়বা য়াকম অসিদি ঐ থনবদা লাম্বা ফংদে দাদা।"

ডাক্তরনা হায়রকই, "নহাক্কী য়াংলগী ঈচেলদি মনীং তম্মী। অচুগা নঙবু খঙবা ঙম্মখিবা নুমিৎ অচুদগী হৌন নহাকপু ঐগী দলগী মপুংদা অমুক চিংশিনবা ঙমদে। ঙগংতা নহাক্কী অতোপ্পা থবক য়াম্না লৈরি, শুপ্নগী অন্থুম্নদা খল্লকই।"

ভারতীনা হায়রকই, "অচুগা অন্থুম্নদা খল্লকই, ঐ মতিক চাদে হায়চুনা নহাক্না থাপ্না থৈদোক্নবা ওনম্লগা চৎখিবা পাম্বিরিবনি! করিগুম্বা ঐগী অতোপ্পা থবক লৈরবদি মদুমক ,তৌনবগীদমক ঐ হৌজিক্কী সংসারদা থোক্লগনি, অদুবু ঐগী য়াংগী পাউথুমদি পীবিদ্রে দাদা? অশেংবদি য়াকমচু করিম্ভ লৈতবনি। নহাক্কী অহাংবা মফমচু ঈশিং ঈচেলগী মতোপ্পুম মেনশিনবা য়াগদ্রা? নহাক্না ফাংবিবকনি, য়াগনি— ঐনা হায়নিংই, য়ারোই। য়ারোই হায়বা ঐ খঙই, মসিম্ভ খঙই, মীওইবা শুপ্নগী ঈশিং ঈচেল নত্তে,—নহাক্তি শুপ্নং নত্তে।"

মিংকুপমুক ভুম্মিন লৈরগা মহাক্না অমুক হায়রকই, "শুপ্নগী য়াকম অসি খঙনবগীদমক নত্তোন্দা ঐনা তক্কুমগ্নোই-দবনি। অদুবু ওইবা য়ারোইদবা, ঈশামা অচুম্বা নত্তে হায়বা থঙবিরিবা, মচুনা ঐবু লাম্না লৌহন্নবা হোৎনবিরিবা করিগীনো?"

ডাক্তর পাক হেক পাউথুম পীবা ঙমদ্রে, পাউথুমগীদমক ভারতীনা ঙাইবম্ভ তৌদে। হায়রকই, "লৈবাক অসিদা নহাক অমুক লৈবা য়ারয়োই,- নহাকম্ভ চৎকদবগী থোঙ থাঙংহনুনা

লৈরে নহাক্তা অদুক হয়া উম্বা কংথগী অরেপ্পা লৈতবা য়াকনা অদি খল্লুবদনা কাওবা থশোয়বদা ওমচাক্লুয়কই, অদুনা মহ ঐ খল্লে, অদু ওইরবস্তু অচুম্বা অদি থিংকুপ থুনিংগী থিংথিংববস্তু ওমদে। মৈচাকী ওমখৈ লৈদ্রে; অদুবু মতুংগী হেয়া কনবা মৈচাক্কি নহাকপু মতৌ অম্বুয়া ক'ক্তুনবু কংদবসিদি! দুখিং করানিদগী য়াহং কয়া ঐনা কংনিংবা পোক্লকই দাদা, অদুবু হংলুয়বস্তু নহাক্না অচুম্বা হায়থিরিত্রা, লাপ্পা হায়জিনথিরিত্রা, অচুম-অয়ান য়ামনা হায়থিরিত্রা— অদব করিমত্তুদা অচুম্বদি ওপথক থঙহনবিদে; নহাকী লম্বৈগী দ'বীগী সেক্রেটরীনি ঐহাক, অদুম ওইনমক নহাকী থবক্তী শিল্লম ঐ খজিক্তসু থঙলুবা ওমদে, য়াকমদি নহাকী মফমদা ঐনা নোংমত্তসু লোৎপ কৈখিদ নহাক শাউদে, থাজবিদবা তৌদে,— নোকনি নোকমি তে চন শুপ্নগী হয়া হয়া য়া লৈখোক্তুনা তোকখি। অপূর্ববাবুগী পুন্সি কনখিখিবগী য়াকম ঐ কাউদ্রি। ঐগী তোল্লবা পুন্সিগী য়াইকনবা লম্বী ওপ্নগী নহক্তনদি তাকপিবা ওমগনি হায়না থল্লি। চানবিয়ু দাদা, চংলবদায়দা নশাবু লোংতুনা চংপিখিগদবু— নহাকী, ঐহাকী, পুম্নমকী অথোইবা অচুম্বতু ভসি অখিংবা লৈতবা কোংদোকপিয়ম্মু।"

অহুকপা কংলবা হায়জবা অসিগী অর্থ থঙত্রতুনা শশীগা জুমিত্রাগা মবাজিমক চঙকুনা য়েংচুনা লৈ অমম্মুং মখোয়গী থঙমিংবদা লাংতক্লুয়বা মখিত্তা মিংয়েং তাক্লবদা ভারতী মশামক মশানা ফিজংচক্লবগীদমক ঊকাইজয়ক্লে। ঊকাইব আদ ডাক্তরগী

মিংয়েংদগী মাঙ্গোকখিদ্রে। নহাক্না মোক্তুনা হায়রকই, "অচুম্বা অয়ানবা, অহূগা অচুম-অয়াম য়ামহুনা মী পুম্নমক্না ভাংবে ভারতী, মসিদা ঐগী থোইদোকপা দোষ কদি লৈবগে? অহূগী মথক্তা ঈকাইবা কংফম থোকপা লৈরবদি মহূ ঐনা ফজদবনি, অহূবু ঈকাইরি নহাক্না!"

ভারতী মরু লুকথহুনা তুম্মিন্না লৈ। সুমিত্রানা মখিগী পাউখুম পীহুনা হায়রকই, "ঈকাইবা কয়িগুম্বা নহাকী লৈতবদি য়াই ডাক্তর! অহূবু মূপীশিংদি অচুম্বা রা ওইরবস্তু হকথেংননা মরেক শেংনা হায়দোকপদা ঈকাইরিবনি। কনা কনাগুম্বদি হায়দোকপা ফ'ওব' ভমজদে।"

পল্লক্লিবা রা অসি কনাদ পান্নবা কয়িগীদমক্তা হায়রক্লিবমো হায়বা অহু থঙদবা কনাস্তু লৈত্রে, অহূমক্না অতৈ পুম্নকপু পাউখুম পীঙমহন্দবগুম তৌই। মিনিট অনি-অহুম অম্মুন্না চিক্না লেল্লবদা ডাক্তরনা ভ'রতীদা অতয়না হায়রকই, "ভারতী, সুমিত্রানা হায়রি, ঐ ঈকাইবা থঙদে, নহাক্না দোষ পীরি, ঐনা ইশাগী থুদোংচাবা মতুংইন্না অচুম্বা অমদি অয়ানবা অমিমক ভাংই হায়না। ঙসিস্তু অস্তুন্না কয়িনো থন্না হায়হুনা রাফম অসি থুপচিনবা ঙম্নমগদবনি। মসিগী অক-ফত্তমক্তদা ঐগী অচুম অদানগী য়ুম্ফম ওই। মসি ঐগী নীতিসাস্ত্রনি, মসি ঐগী অশেংবা মুক্তিনি।"

ভারতীনা চঙক্লহুনা হায়রকই, "হায়বিরিবহূ কয়িনো দাদা, মসিবু নহাকী অশেংবা মুক্তিরা?"

সুমিত্রানা হায়রকই, "হোয়, মসিমক্তি। মসি মাগী অরেপ্পা শক্তি। দয়া নৈতে, মায়া নৈতে— নুংশী মুক্তি অসি ঐ মশক থগুই ভারতী।"

মহাক্কী ৱাশিংসি ভারতীনা থাজদে মতুংদি মস্তে, অদুবু মহাক নুংৱংবনা নৈতগ্রে।

ডাক্তরনা হায়রকই, "নখোয়না হায়রিবা লেংদবা অচুম্বা অখোইবা অচুম্বা,— অর্থ য়াউদবা কান্নদবা ৱাহৈশিংসি নখোয়গী মকমদগি য়ায়া মমল য়াম্মী। অপগুববু শিজিন্নবা অস্তুক চাউবা মাতমস্ত অমমুক কৈজ্রে। মনম্নগী মতৌগুম মীওইবা জাতিনা অহিং মুখিল নাইদনা মসিবু মখোঙ শোমগংলি। লেংদবা, অরেপ্পা মস্তে,—মসিগী পোকপা নৈ, শিবা নৈ। ঐনা দরকার মতুং ইন্না অচুম্বা শেম্মী।"

মসি ফাগি নত্তে সব্যসাচীগী থম্মোয়গী অশেংবা ৱাফি। ভারতী তাইকং তাইনা, শেফাঙবা খোঙেলনা হায়রকই, "দাদা, মসবু মফমক্কী লম্নাগী দাবীগী নীতিনো?"

ডাক্তরনা পাউখুম পীরকই, "ভারতী, লম্নাগী দাবী ঐগী তর্কশাস্ত্রগী স্কুল নত্তে—মসি ঐগী লম্বী চংননবগী অধিকারগী পাঙ্গললি। কনানা বেদোইঙ করিগুম্বা নফম থম্দবা দরকারগী-দমক্তা নীতিকাবা রচন তৌদুনা থনম্বা অদুনা লম্নাগী দাবীগী অহুমক অচুম্বা, অদুগা মসিগী মরিদগী মতক্তা ফাসিগী থৌরি থাংলিবা মীশক অদুগী থম্মোয়গী ৱা অরানবা ওইগনি?

নখোয়গী অথোইবা অচুম্বা করিবো থওদে, অদুবু ঐগী অয়াববা কনিগুম্বা কদায়দনু ওইরবস্তু লৈবা তাত্তবদি মতু অসিনি।"

লাংতক্লবনা স্থমিত্রাগী মিংথেং শুক্লরে, অদুবু অকৌবা কংলবা রা অসি তাবদা ভারতীদি চিংনথা অমদি মুংনাংবনা তশেংবা চময়খ্রে।

"কবি!"

"আজ্ঞা।"

"শশীগী ভক্তি উরেদনা?" অসি হায়রগা ডাক্তর নোক্লকই, অদুবু নোকপা অসিদা কনাস্থ য়াউশিল্লক্তে। ডাক্তরনা ফক্লাং-থক্তীরোমদা য়েংলগা হায়রকই, "ঈশ্বর কৌবা লেমখিগদবা অমুক কুইরমোই, ঐগী চৎপা মতম ওইরক্লে। নহাক্কী তারা য়াউদবা শশী-তারা লোজদা অমুক লাক্লবা মতম কংলরোই।"

শশীনা হায়রকই, "হয়েংমক ঐ য়ুম থাদোক্লগনি।"

"কদায়দা চৎকদগে?"

শশীনা হায়রকই, "অদোমগী য়াথং মতুং ইন্না ভারতীগী মনাক্তা লৈক্লরগনি।"

ডাক্তরনা নোকুনা হায়রকই, "উরেদনা ভারতী, শশীনা ঐগী য়াথং হিক্তোক্তে। য়ুম অদুগী মমিং করি থোনগদগে কবি? শশী-ভারতী লোজ? অদুমক চেনখিবদি ঐ উরে, হৃদক্তি চানরবস্তু য়াই। ভারতী অফবা মুপীমচানি। মাগী থম্মোয়দা দয়া-মায়া লৈ।"

অমুক য়াবদসু ভ'রতী লোকখোরক্লে। সুমিত্রা নোকখেং নোকখেং তৌনা মকু লুকথক্লে।

ডাক্তরনা হায়রকই, "নহাকী শেলগী খাওহ্নদি পুরপনি। ভারতীগী মনাক্তা থনমগনি, মানা দুম অমা লৈননবা।"

ভ'রতীনা হায়রকই, "দাদা, অশোকপা মফমদা থুম থাকপা নহাক তোকপিরম্লাইদ্রা?"

শশীনা হায়রকই, "শেল লৌবিয়ু ডাক্তর, অদোমগী মফমদা ঐনা পীজগ্নবনি! ঐগী ইরৈবকী য়ুম-ইস্কোল লৈজবা পুম্নমক য়োনবগী শেল ইরৈবাকী থবক্তা শিজিন্নবা।"

ডাক্তর নোক্লকই, অদুবু মাগী ৺মিৎতা ঈরা চেল্লক্লে। হায়রকই, "শেল ঐগী লৈ, শশী, হৌজিক দরকার অমুক লৈতে। অদুদা নত্তনা, শেলগী অবাংপা অমুক লৈরদবা য়াই।" অসি হায়রপা মহাক্তা মাইথোং মকা লাম্না সুমিত্রাদা য়েংলকই।

সুমিত্রাগী মখিৎ অ'নমক তোবিমললনা লংখৎলক্লে মহাক্তা মচিন্দদি করিমু হায়দে, অদুবু মাগী মশা 'পুম্বদা বাকম অসিমক পোমশাংলদুনা কায়জরকপগুম তৌই, পুম্নমক নহাকী নদদা, অদুবু নহাক্তা মদুবু শোকপিগদ্রবে?

ডাক্তরনা মিৎয়েং তাম্না য়েংদুনা মিংকুপ থরা চপ য়ুংনা লৈরপা কৌরকই, "কবি!"

"তাকপিয়ু।"

"ব্রাহ্মণ ভোজন্দু শেন্দোয় থরা রাউনা লেইশিল্লি হায়দুনা নহাক নথরায় সুংঙাইতবা তৌরুসু। মরমদি, অফবা পুংকম

তশেংনা থুংলরবা মতম অতুদদি ঐ অমুক হল্লা লাক্লনবা মতম অমুক ফংলরোই। অদুবু নুমিং অহ লাকখিগনি। মখল-মথেলগী হাওর-হাওরবা অচা-অথক্তা শেন্দুন হুসি ঐনা বন্ন পীরবনি, মহাক নুংঙাইনা পাল্লু। অদুবু থবক অনিখক্তি কৈদৌঙৈদন্দু তৌরোইদবনি। যু থক্কনু, অদুগা রাজনীতিক বিপ্লবকী মরক্তা চংলুনু। নহাক্তি কৈবাক্তী অচৌবা শিংলৌন— রাজনীতিদগী নহাক্তা রাংই হায়বা রাকম অসি কাউরোইদবনি।"

শশীনা মপুক্তিং শুংনান হায়রকই, "অদোম্না কৈরিবা মতম অদুদা ঐ চ লুবদা দেশ কৈগদ্রা,— ঐনা অবেমদগী ফাওবা হেম্না চাউত্রা?"

ডাক্তরন হায়রকই, "করিগী চাউদনি! নহাকী পরিচয়মক্তা জাতী অশেংগা পরিচয়নি। নথোয় নত্তনা মসিগী অকন্বা করিনা থল থ গনগে? নোংমা মীতম-মা খাপোনবগী সমস্যা শোয়দনা লোঙাশনখিগনি,— মসিগী অরা অমাগী বারী মতম অদুদদি ভাবিনবা মীওই ভাংমা থোকনি, অদুবু নহাকী থবক্তী মমলদি কমানদু লেপ্পা ঙমগদগে? নহাকমক্তা কৈবাক অপুন্নগী মচেং-মকায় তারবা ঈচেলনু কৈপরেংগী মতৌগুম লেংশিন্দুনা থম্লম গদৌরিবনি।"

সুমিত্রানা নোকচেং তৌনা হায়রকই, "কদৌঙৈ লপরেং লেঙ্গদগে মহ মতাক্তনা খঙলিগনি, অদুবু নহাক্তা রাঙৈগী শরেং লেংলংলোংলৎনা মাগী মমল হৌজিক কাহনবিত্রে, ভারতীনা মতুগী তাক্ত মতুং ইনবা কমদৌনা ঙমগদগে?"

অসি ভাবদা ময়াম নোক্লকই. ডাক্তরনা হায়রকই, "শশী ঐখোয়গী জাতিগী ওইবা কবিনি হিন্দুগী নত্তে, মুসলমানগী নত্তে. খ্রীশ্চনগী নত্তে,— শুপ্নগী ঐখোয়গী বাঙলা লৈবাক্নী কনি। তু-খোং লিশিং চেল্লিবা ঐখোয়গী বাঙলা লৈবাক্কি, ঐ থায়গী নোং মরাং-কায়ন তারবা, মচৈ-মরোং মরিক চুল্লবা হালৌনা লেং লেং চংলবা লৌবুক লমম্পান থল্লবা বাঙলা লৈবাক্কি। অয়েম্বদা অমাংবগী বাক্লবা লৈতবা. অয়েম্বদা চাক্রাংবগী লাম্বা লৈতবা, মীয়ৈবাক্কী শাসনগী অরাংনা থল্লবা ঈকাইবা নংবগী মৈচাক থজদবা, মীওইবগী ওইবা গুণ চেন্দংগী লুংনুংলুবা লৈতবা,— নহাক্না ওইগদৌরিবনি শশী, মতুমক্কী অথোইবা কনি। তম্লোইদ্রবে ইনাও?"

ভারতীগী মশা 'পুম্বদ' তুম্না হিল্লকপগুম্না, মচিন মনাংগী ওইবা মিঙ্গোল অতুদা মাধুর্য্যান থল্লজুনা শশীনা মপী ঈন্না চেম্না হায়রকই, "ডাক্তর, হোংনরবাদ ঐহাক ইংরাজিদসু শৈরেং ইবা হৌমগান অতুদা নত্তনা—"

ডাক্তরনা থামহুনা হায়রকই, "নত্তে নত্তে, ইংরাজি নত্তে, ইংরাজি নত্তে— শুপ্নগী বাঙলা. শুপ্নগী মী কোটি তরেংকী মমালোন! শশী, চাউরাক্লা পৃথিবীগী লোন পুম্নমক ঙম্ভই, অদুবু কাংলুপ লিশিং থোক্লা তাম্মোইরিবা অসিগুম্বা খোইহিনং থল্লবা লোন অমমুক লৈতে! ঐনা অয়াম্ব মতমদা খল্লিবান ভারতী, অসিগুম্বা অমুক্ত অসি লৈবাক অসিদা কৈকৌদৈ কনানা পুশিল্লকখিবনো!"

ভরতীগী মিৎলু মাথোংম অনিদা মপী ঊরু' চেল্লক্লে, মহাক্না হায়রকই, "অদুগা ঐনা থ'ম্লে হ'দা. ইবৈবাকপু অদুক হাক্না' মুংশিননবা কনানা তম্বিখিবগে হায়।। কনায়দসু মসিগী ওয়াখৈ অমুক লৈতবগুম্মী!"

মসিমক্কী খোন্থাং মৈয়তুনা শশীনা তনিক্লবা খেঞ্জেলনা হায়রকই, "লৌপ্রাংগী চাউখোকচবা অসিগী ঊশৈমক্না নৈগী ঊশৈ ওইরগনি. মুংশিবা অসিগী মুরমক্ক ঐগী মুর ওইরগনি। ইবৈবাকপু বাঙলা' লৈবাক্কী মীবু অমুক হন্না মতৌ অসুম্না মুংশিবা ওয়ুনবা— শিক্ষা অসিমক ঐনা পীবা শিক্ষ ওইরগনি।"

ডাক্তরনা চঙরুনা' মিংরুপ অমরোম শশীদা য়েংদুনা লৈরুরগা সুমিত্রাগী মাইথোংদা মিংশং থম্লগা মমৈথংদ মবানিমক নোক্লকই। অদুবু মীনোক অসিনা অথুপ্পদু অতৈ মী অমিনা ভাব তাবা ওমপ্রদুনা মবানি থাদোক্লে। ডাক্তরনা হায়রকই, "অমুক হন্না মতৌ অসুম্না মুংশিনবগদৌরিব্রা? নহাক্না তৌরিবা ইঙ্গিত অদু শশী. মুংশিবা অদুমবু বাঙালীনা করিগুম্বা মতমদসু বাংলা লৈবাকপু মুংশিখিদে। মতুংগী খোইদিং মথায় অমতং ওইরবসু মুংশিরম্লবদি বাঙালীনা মীবৈবাক-মচাগা লোইনদুনা মচল-মচে মচিল মমাও কোটি তরেৎপু করিসু খৌশানবা মীতোপকী মখুত্তা' লাম্বোকখিনা ওয়ুম্লমগদ্রে'? ইমা পোক্লকম লমদম মসি তপ্নগী বাকৈগী বা'কৈ হাম্বদুনা ওইরমগদ্রা? মুসলমান বাদশাহগী খুমাথাদা কংনমবগীদমক্তা হিন্দু মানসিংনা প্রতাপাদিত্যবু শা-ঙাগী মথৌগুম পুন্দুনা পুখি। অদুগা

লাপ্নীগী চিক্লাক শীংন্দুনা লশী তাকহন্দুনা পুরুকখিবা বাঙালী বাবু! লৈবাক লুট তৌবশিংনা লৈবাক লুট তৌবা লাকখি, বাঙালীনা লাম্ফংনবিদে, মকোক্তা চকু থোক্কংতুনা ঈশিংদা কয়হুনা লৈথোকই। মুসলমান ডাকুশিংনা মন্দির থুগায়হুনা দেব-দেবীগী মমাতোন মমা ককথংলগ পুথি, বাঙালীনা চেন্দুনা লোংখি, ধর্মগীদমক মঙক য়োনখিদে বাঙালী অহু ঐখোয়গী কমাল্ম মঙ্গে, কবি, চাউথোকচনিংঙাই ওাবা মখোয়গী করিম্ম লৈরমদে। মখোয়বু ঐখোয়না মপুংফানা থৌওইদন চংকদবনি— মখোয়গী ধর্ম, মখোয়গী পাউতাক, মখোয়গী পাংদবা, মরৈবাকী য়েক্লবা পুন্নমক। মহুমক্তা ওইগদবনি ঐখোয়গী বিপ্লবকী ঈশৈ, মহুমক্তা ওইগদবনি নহাকী দেশ প্রেম!"

শশীনা নুংঙংনবগী মতৌগুম য়েংতুনা লৈ, হায়বিগা অসিগী অথুপ্পহু লৌশিনবা ঙমদ্রে।

ডাক্তরনা হায়রকই, "মখোয়গী কাপুরুষ ওইবা অহুনা ঐখোয়বু তাইবংপান্দা তোম্বহল্লিবনি, মশাগী ওইজবদা য়েংবা অহুগী পোংলুম্না নম্বররিবনি, পঙথহল্লিবনি! তপ্পগী লৈবাক্তয়া? মখোয় মশানা চংলিবা ধর্ম, মখোয় মশানা ইরাংচরিবা দেবতাশিং, মহুগী মথিংদা জাতি পুন্নমকী থোঙ-তোন অর্থ থোক্কবা চংনরোলগী অথিংবনা লিশিং থোক্তা পুনশিন্দুনা থনম্মী। মীথাপোনবা অসি য়াম্না অরাবগী মশক্তি।"

শশীনা তপ্না তপ্না হায়রকই, "করিনো অদে মা হায়বিরি-বশিংসি?"

ভারতী য়ানিংদবগী ওমথৈ লৈখিগ্রে, হায়রকই, "দাদা, নসি ঐ ক্রীশ্চন ওইরে, অদুবু মখোয়দু ঐগীসু ইপা-ইপুনি। মখোয়গী দোষ অতৈ কনসু লৈসনু. অদুবু ধর্মগী থাক্তবদা তাং য়াউথিদে,— অসিগুম্বা চুমদবা অখিবা বাদি হায়বিগনু "

সুমিত্রানা তুপ্সিন্না তাদুনা লৈরম্মী, হৌজিক বা ঙাংলকই। ভারতীরোমদা ঙনশিন্দু'না হায়রকই, "কনাগী মরমদসু খিন্না ঙাংবা চুমদে, অদুবু নোঙ্মুক্লিংঙাই ওইরবদা নোঙ্মুকপসু চুমদে। মহাক কনা ইপ-ইপু ওইরবসু! মহুদা ফজবদি চেনবা য়াই, অদুবু অর্থদি থোক্লোই তারত্তে, কত্তবা সংস্কার অদুবু থাদোকপা তম্মু।"

ভারতী চত্তক্লে। ডাক্তরনা শশীদা হায়রকই, "করিগুম্বা পোংলক অমবু শুপ্নদগী থাইনগীনি হায়বগী পাঙ্গলদনা অচুম্বা ওইহনবা য়াবা নত্তে, কবি। অরিবগী মগুণ শকপা শুম্বদনা গু। চাউবা নত্তে। অদুদ নত্তন', ঐখোয়দি বিপ্লবীনি, অরিবগী মীকৌব' ঐখোয়গীদমক নত্তে। ঐখোয়গী মিংয়েং, ঐখোয়গী লম্বী, ঐখোয়গী পান্দম শুপ্নগী মাংলোয়দদনি! অরিবা থুগায়-য়ৈথারহনমক ঐখোয়গী লম্বী শেমগদনন! মসিগী মনুংদা মায়া-মমতাগী মফম কদায়? পংলবা, শিরবনা লম্বী থিংহনা লৈরবদি ঐখোয়গী লম্বীগী দাবীগী লম্বা কদায়দা কঙ্গদগে?"

ভারতীনা হায়রকই, "ঐ শুপ্নগী তর্কগীদমক্তা য়েংচবা নত্তে, ঐ তশেংনমক নহাক্তা মকমদগী ঐগী পুন্সিগী লম্বী থিজরিবনি। মহাক্তি অরিবগী য়েক্লবনি, অদুবু কারগুম্বা সংস্কার

লল্লগা রীতি-নীতিবু শুপ্নদগী লিবে হায়হুনমক মহু কাৱদবা, অয়েম্বা অহুগা থাদোক্লিংঙাই ওইবা পোৎশক ওইরগদ্রা ? অহু ওইরবদি চিংনবা লৈতনা মীওইবগী খোঙনেৎপম ওইহনা করিদা লেপকদগে দাদা ?"

ডাক্তরনা হায়রকই, "অহুক হাক্না লুম্বহুবু থাংবা ঙম্বা লংসারদা কপ্পি লৈবগে মহু খঙদে। অহুদি ওইরগা রাকম অসিদি থহুই, ভারতী, চহিগা লোয়নবা নোংমা পোৎ খুদিংমক লিশিল্লকই, মহুরকই, অহুগা চমরক্তে, মরম অসিনা ভুপ্দোক্লিংঙাই ওইরকই। লমিং খুদিংগী মীওইবা মাংদা চংশিনগনি, অহুগা মাগী মপা-মপুনা লিংখৎলম্বা চহি লিশিং লিয়বা রীতি নীতি মখম অমত্তদা লেংদনা লৈগদনি. অম্মুমবু ওইরবদি করম্বম্ য়াই, অহুবু মহু ন.ও। শুপ্নগী খুদোংথীবা অমা ওইরিবদি অসিনি মহুদি, শুক্নগী চহিগী মশীংদদা করিগুম্বা স ন্ধার অমবু লেংদব ওইনা শেমগংদা য়াদে। অহু নংলমদ্রবদি নহাক্তম্ ভুলি ঐখোয়গা লোয়ননা খোঙ্গেল অমত্তদা হায়রমগদবনি, দাদা, অরিবা অমমবা লৈবরবা পুয়মক চিংনবা লৈতনা লুংশি-হৈতনা মাংহন-তাকহনদ্রো, অমুক হন্না অনৌবা মীওইবা অনৌবা জগৎ শেমগৎলসনু।"

ভারতীনা হংলকই, "দাদা, নহাক নশাদি ঙমগদ্রা ?"

"করি ঙম্বনো, ইচল ?"

"অরিবা, পবিত্র ওইবা পুয়মক লুংশি-হৈতনা মাংহন-তাকহনবা ঙমগদ্রা ?"

ডাক্তরনা হায়রকই, "ঙমগনি। মতুমক্তি ঐখোয়গী ত্রত। অরিবগী অর্থ পবিত্র নত্তে, ভারতী। চহি হুমবুক্তরা ভরথা লিরবা মীশি হায়নুনা মহাক্না চহি তরাগী অভাংদগী হেন্না পবিত্র ওইবা নত্তে। নহাক নপারোমদা হন্থনা য়েংল্বো, মীওইবনা অতং-অথম লৈতনা চংনরক্লব। লম্বীদা ভারতকী বর্ণাশ্রম ধর্ম্মদি মাইকৈ থুদিংদা মীনম্বা ওইখ্রে! ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, শূদ্র কনাম্ভু অমুক আশ্রম অদুগী মতুং ইল্লে। আশ্রমদুদা লৈরিবা মহাক শিবা ভাবনি। যুগ অদুগী লিপুন অদু মতং মতং তংখ্রে। অদু ওইরবস্তু মহুমকপু পবিত্রনি হায়না চেংনা থল্লিথসি কনানো থত্তব্রা, ভারতী? ব্রাহ্মণ। মতম চুপ্পগী ওইনা থমম্বা থুজিল-খোয়াংবু হোংকল্লবা পবিত্রনি হায়না লৌহুনা চেংনা কোনশিনুনা থম্মিংলিবা কনানো থত্তব্রা? জমিদার। মসিগী মপাগী লক্তম থত্তবা ঙম্বদি অরুবা নত্তে ইচল! নহাক্নুগী মুপীমচাবু কাওবা হন্দোকপা ঙমহনবনবৈ অপূর্ব্ববু ঙমহংলিবা সংস্কার অদুদগী হেন্না শাথীনা চুমদবা অতৈ লৈরিব্রা? অদুগা ওপ্পগী অপূর্ব্বগী বর্ণাশ্রমদ্রা? নহাকী ক্রীশ্চন ধর্ম্মস্তু ওসি অদুম্না চুমদবা ওইগ্রবনি, ভারতী, অরিবগী ঙমহংপা অসি নহাক্না থাদোক্কদবনি।"

ভারতীনা মুংশাথীরক্লুনা হায়রকই, "শামজরিবা থাজরিবা ধর্ম্ম অদুবু নহাক্না থাদোকত্ত হায়রিব্রা দাদা?"

ডাক্তরনা হায়রকই, "হায়রিবনি। মরমদি ধর্ম্ম থুদিংমক মীনম্বনি,—মৈহোৱোলগী মতমগী কত্তবা সংস্কারনি। মীওইবগী অস্থুক চাউবা ঙমথীবা য়েক্লবা অমমুক লৈত্রে।"

ভারতী মমাই মকশিন্না তুশিন্না ফমহনা লৈ। ফনা কুইনা লৈরবা ভুংদা তপ্না তপ্না হায়রকই, "দাদা, মকম অমদবু লৈরবস্ম মহাকপু ঐনা মুংশিজগনি, অদুবু মসিনা করিগুম্বা নহাক্কী অশেংবা মত ওইরবদি ওসিদগী নহাক্কা ঐহাকগী লম্বী তশেংনা তোংওয়ে। মোংমতস্ম ঐনা খল্লুদে, অম্বুক শাথীবা পাপকী লম্বীমক নহাক্কী লম্বীগী দাবীগী লম্বীনি হায়না।"

ডাক্তর মোকখেং তৌয়কই।

ভারতীনা হায়রকই, "ঐ তশেংনা খঙই, নহাক্কী দয়া লৈতবা তমথীবা মাং-তাকপগী লম্বীনা করিগুম্বা মও দস্ম য়াইফ। ওইরোই। ঐগী মুংশিবগী লম্বী, মীমুংশিগী লম্ব, ধর্মবু থাজবগী লম্বী—লম্বী অদুমক্তা ঐগীদি অথোইবনি, লম্বী অদুমক্তা ঐগীদি অচুম্বনি।"

"অদুননিনে নহাকপু ঐনা চিংশিনবা পামজ্রিব', ভারতী। নহাক্কী মরমদা লায়া লৌখিবদি সুমিত্রানি, অদুবু ঐদি মোংমতস্ম লায়া লৌখিদে। নহাক্কী লম্বীদা নহাক চৎলু। মুংশিবগী থোয়াং মীমুংশিগী সংস্থান জগৎতা খিবদা মরাং কায়না কঙনি, কংলোইদবদি ওপ্নগী লম্বীগী দাবীদনি,— কংলোইদবদি ওপ্নগী—"

ওাংনা ওাংনা মহাক্কী মখিং মিংকুপ্তং মৈ হৌরম্লগা মৎখিবগুম্বী। খোজেল হোংদে, লুম্বী। ভারতী অমম্বুং সুমিত্রা মবানিমক্তা খওলে, সব্যসাচীগী ঈংলবা মাইখোং, পুক্লিং খুদুম চনবা, অরাং-অনেম নাইদবা লোন অসি তমথী।

ডাক্তরনা মরাই নোনথংতুনা হায়রকই, "মতোন্দা কয়ারক হয়া হায়গ্রবনি, ভারতী, য়াইকবা ঐগী অপাম্বা নত্তে, ঐগী অপাম্বদি স্বাধীনতানি। প্রতাপনা চিতোরদু মী জাববা থৌনং ওলহনখি, মতম অদুগী অকী-তুজ্জুংলবা শক্রোন অদুমক্ত ওলি কাওবা য়াইকবা লিশিংদগী হেন্না য়াংনা লৈ। অদুবু তোক্কসি অসিগুম্বা কায়দবা তর্ক অসি, ঐগী ব্রত অদুগী মরমদা ঐনা অরানবা, অমঙ্গল করিমত্তা লৈতে "

ভারতী তুম্মিনা কমদুনা লৈ। অমিং কয়ানি কয়ারক হয়া তর্ক তৌনখ্রে, অমম্ভং মত খেনবা কয়া থোকখ্রে, অদুবু অসিগুম্বা মওংদি নত্তে। ওসি মহাক্কী থম্মোয় 'পুম্বা নৈহংপগুম অহৃপা কপ্লিংবগুম তোরকই।

ডাক্তরনা ঘড়িয়োমদা য়েংলুরগা মহাক্কী মাইথো দা য়েংলকই, অদুগী মতুংদা থুংশিনা চয়া নোকমি নোকমি তৌনা হায়রকই, "অদুবু অনোমমদি তুরেল ঈথক অমুক হৌরক্লবা' মতম ওইরক্লদোরে ভারতী, হোৌগংলো।"

ভারতীনা হৌগংলগা হায়রকই, "চংলসি।"

ডাক্তরনা অচাংপোংকী মথোমদু মথুংনা প্যারদুনা হৌগংলক্লে, হায়রকই, 'সুমিত্রা, ব্রজেন্দ্রদি কদায়?"

সুমিত্রা খুমদে, মক্ত লুকথদুনা তুম্মিনা লৈ।

"মহাকপু থিল্লদু হায়ত্রা?"

সুমিত্রানা মতক হাইদুনা অস্নুমদা হায়রকই, "য়ারে।"

ডাক্তরনা কয়িনো অমা অমুক হয়া হায়গদবগী তৌরকই, অদুবু মশাবু কাখল্লবগা অস্তয়দা হায়রকই, "করে।" ভারতীদা হায়রকই, "অমুক পদ্মবগী ইচল, খাকও।" অসি হায়রগা খোকল্লে।

সুমিত্রা অদুম মরু লুকখদুনা কমদুনা লৈ। ভারতীনা মতোঙ্গা য়া ঙা দনা নমস্কার তৌরগা ডাক্তরগী মতুং ইনল্লে।

## কুনমাপল

মতম চৎপগী মতোঙ্গব ভারতী হিদা কাখৎতুনা কয়রে, অমঙ্গং ভুরেল-লম্‌দা মতম চুপ্পদা চঙ্কুনা য়া-লাং ভাংদনা লৈ অবিং য়ুথক অদুম ওইরম্বা য়াই; অতিয়াগী মগীং খিঙমত্রবা থরাঙ্মিচাকশিংগী মঙালদা পৃথিবীগী অমম্বা লংখৎলক্লে, হি লাক্কুনা ঘাট অদুদা থুংলরে। মথুং শমদুনা ভারতীবু কুমথ-হল্লগা সব্যসাচী মশামক কুমথগে তৌরকপদা ভারতীনা খামদুনা হায়রকই, "ঐবু খিনবিত্রবস্তু য়াবে দাদা, ঐ ইশানা অদুম চংচখিবা ঙমগনি।"

"মতৌমদা চৎপা কঁয়োইরনে?"

"কীগনি। অদুবু মদুনি হায়দুনা মহাকপু থিলহল্লোই।"

সব্যসাচীনা হায়রকই; "খিভদি মত্তে, চংসি মহাকপু শং খিন্দোক্লগা ঐ হল্লকে ইঁচল।" অসি হায়রগ। মহাক্না মথাদা

সিঁড়িদা মখোঙ থাংথরকপমক্তদা ভারতীনা মথুং লোয়ম্নুনা হায়রকই, "ডাকশিগনি দাদা, নহাক্তা চৎথিমম্নুনা ঐবু শরুক লিশিং হেনগৎনা কীহনবিরমু। নৈকম য়োৎবিক্লো।"

তপেংনমক চৎথিরবদা থোইদোক্না থুদোংবী নিংঙাইনি, মহুদা চিংনিংঙাই নৈক্তে। অহুনা ডাক্তরনা অমুক তক্লক্লে. অহবু ভারতী চৎশিনবদম্বু কনা কুইরবা ফাওবা ছুরেল মপান্দা চপ য়ুংনা লেপতুনা লৈ।

নৈকম য়োম্নবদা ভারতী শো হাংনুনা ইমুংদা চংলক্লে, মৈ চুথংলপা মাইকৈ মরি চেকশিন্না য়েংলকই, অহুগী মতুংদা করিগুম্বা মওং অমদা কম থাহুনা হিপ্লরে। মশা পথরে, মপুক্লিং চোকথরে, ঊইক্রুম্নরবা মমিং চোকথনুনা ঊইশিন্দুনা লৈ, অহবু করিগুম্বা মওংদম্বু তুম্বদি মঙ্গাক্লে। অতৈ অতৈ থনবমখৈ থল্লুরপা সব্যসাচীগী বা অহু মকাক্তী থম্মোয়দা হন্না হন্না নিংশিংলকই মহুদি, হোংবা নাইথা অগং অসিদা অচুম্বনি হায়না লৌবা য়াবা করিগুম্বা পোৎশক অমত্তা নৈক্তে। মহুদি পোকপা নৈ, শিবা নৈ; য়ুগ য়ুগক্তা, মতম মতমদা মীওইবগী দরকারগী মতুং ইন্না মতবু নৌথোকহনগদবনি। হৌখিবগী অচুম্ববু হৌজিক অচুম্বনি হায়না লৌদবা য়াদে হায়না থাজবা অসি লমুক্লবনি, রাফম অসি ফত্তবা সংস্কারনি।

ভারতীনা মপুক্লিংদা হায়জরকই, মীওইবগী দরকার মতুং ইন্না হায়বদি ভারতকী স্বাধীনতাগী দরকার মতুং ইন্না অচৌবা অচুম্বা শেমগৎপদনা ভারতবাসীগী খ্বাইদগী অথোইবা অচুম্বনি।

হায়বদি মসিগী মকমদা অতোপ্পা করিগুম্বা লম্বী অমত্তা অচুম্বা মত্তে ; করিগুম্বা উপায়, করিগুম্বা য়ানবা পুক্কপান্না অথোইবা মত্তে। মসিদি কায়খায়াগী লমচৎ নাইদবা কুলি-মজুরশিংবু অচুম্বা লম্বীদা পুরক্নবা শিমবনি, মসিদি মথোয়গী মচা-মশুশিংবু লাইরিক লাইৎত তমহনবা থৌরাংনি, মসিদি মথোয়গী অহিংগী স্কুলনি,— মসিগী পান্দম অতৈ কয়া অমা— রাকম অসি য়াজবদা সব্যসাচীনা করিমত্তা নীংহনবা লৈতে, করিগুম্বা ঊকাইবা অমত্তা লৈতে ! মীখাপোনবা লৈবাক্কী মুক্তিগী থোঙচৎতা অদুক হাক্না অক-ফত্তা বিচার তৌরুহনা কৈদৌনগদগে ? মোংমা সব্যসাচীনা হায়খিখি, মীখাপোনবা লৈবাক্কী মৈচাক পুরিবা অমম্তং নৈহংশিরবশিংগী নীতি ওইবা বুদ্ধি লেপ্পরবদি মহুদগী হেন্না শ.থীবা লাইবকথিবা অমমুক লৈবাক্কী লৈত্রে, ভারতী ! খুমিং অদুদা রাকম অসিগী অথুপ্পহ মহাক্না খঙবা ওমখিদে, ওসিদি অর্থ অদু মহাক্কী মফমদা ময়েক শেংলক্লে।

ঘড়িদা পুং অহুম তাখ্রে। মসিগী মতুংদা করম্ব মতমদা মহাক হিপ্পম্বদগী জ্ঞান তাদনা তুমখিবগে হায়বা মপুক্রিংদা নিংশিংবা থোক্লে, অদুবু নিংশিংলিবদি অসিনি মহুদি, মওওই-হাওই মশামক্না শৈরেং খিবগুম খিরি, দাদা, অথোইবা মীনি নহাক, নহাক্কী মফমদা ঐনা ভক্তি-শ্রদ্ধা লৈজবা পুংশিজবা অসি মতম চুপ্পদা লেংদনা লৈরগনি, অদুবু নহাক্কী বিচার-বুদ্ধি অসিদি ঐনা করিগুম্বা মওংদম্ লোশিনবা ওমজরোই।

ঙগংকী মরুংঙোনা খৌজালবিগনু, নহাকী পুংখাংদা মহাক্না ইরৈবাকী মুক্তি দান তৌবিগনু, অদুবু চুমদবনু অদুগী মুক্তি ওইনা লেপংনবিগনু। নহাক্তি অখোইবা পণ্ডিতজি, নহাকী লৌশিং মপাল নাইদে, তর্কদা নহাকপু মমহংপা ঙম্বা নত্তে— মহাক্না পূন্নমক ঙম্মী। ঐ রৈবাকী মথুংতা তাননা মীখাপোনবগী ছুহংপা করাদা, অরাবগী সমুন্নদা করাগী মতিক ঐখোয়দা দরকার ওইবগে হায়না খুদীমচা ওইনবগু ঐনা মহু থম্মদ্রবে দাদা? অদুবু মতুমি হায়তুনম্ম দরকারদনা করিগুম্বা থ্বাইদগী মথক্তা থাঙংতুনা খম্মোয় পোন্নবা মীওইবগী মকমদা অধর্মবু ধর্ম নি হায়না শেমগংলবদি, অরাবা অসিগী ঙমখৈ নহাক্না অমুক ক'লরোই।

মথংগী নুমিত্তা ভারতী মিংকপ খোয়রক্লে মতম অদু নুমিং য়াম্না কারে। অতাংশিংনা খোঙ ময়াদা লেপতুনা কৌখোক-কৌশিন তৌরি। মহাক্না হাথু হাপু মমাই-মমিং তাখোক্লগা মখাদা কুমথতুনা খোঙ হাংলবমক্তদা ছাত্র-ছাত্রী কয়ামক্তম লাইরিকা স্লেটকা পায়রতুনা ইমু'দা চংলকই। মখোয়দা ফম্মু। হায়রম্লগা ভারতী ফি খোংবা মথক্তা কাখংকনবগী তৌরকই, মতম অসিদা হোটেলগী মপূ ঠাকুর মহাশয় লাক্তুনা পুংলরে, "অপূর্ববাবুনা নহাকপু ঙমাং অহিং থিরম্মী ইবেম্মা।"

ভারতী ন' হক্তিলক্তুনা লেপ্লগা হংলকই, "অহিংদা লাক্লম্বরা?"

ঠাকুর মহাশয়না হায়রকই, "হোয়। ওসিম্মু অয়ুক্তগী কয়দি, হনগ্রগা খায়কউরা?"

ভারতীগী মাইথোং মিংকুপমুক্তি ভাইকেং ওাইরকই, হায়রকই, "ঐঙোন্দা মাগী দরকার করি লৈখগে ?"

ব্রাহ্মণনা হায়রকই, "মহুদি খঙজদে ইবেম্মা। মাগী মমা মাথগী মরিদা করিগুম্বা খরা হায়নিংবা মাল্লি।

ভারতী খঙশাঙ্ট শাঙ্টগংলক্লে, "হায়রকই, কদায়দনো মাগী মমা মারগা ঐ মহুদা কৈদৌরুগদগে ?"

ব্রাহ্মণ চঙক্রুব্রে। অপূর্ব্ববাবুগী মহাক্না মুম্না খঙ্ঙই, মহাক অচৌবা ফম্বাইবা মীশক্তি, হায়গী মতমদদি যুম অসিদা মাবু লুম্না তোঙ্ট অমস্তু' অওক-অচান্দা অশোয় অঙাম থোক্লে, মতম চাবা চাদবা মহাক্না চাননবা অচা-অথক কয়' হোটেলদা মাবু শিলহনখি। ঙসি ইথঙ খঙহোৗদনা শাঙ্টরকপা অসিগী মরম মহাক্না খঙবা ঙমদ্রে। হায়রকই, "ঐদি মহু করিস্তু খঙজদে, ইবেম্মা, হনগ্রগা মহাকপু থাজরক্রুগে।" অসি হায়রগা মহাক চংখিগদবগী তৌরকপমক্তদা ভারতীনা কৌশিন্দুনা হায়রকই, "অযুক্ত' ঐহাক থবক য়াম্না লৈ, লাক্লিবা অঙাংশিংসি লাইরিক তম্বিদবা যাদে,অহুনা কৌজিক মতম শংলরোই হায়না তম্বিক্লরে।।"

ব্রাহ্মণনা হায়রকই, "অহ ওইরবদি মুখিং যুংবা মতুংদরা মুংখিল মুমিদাংরাইরমদরা লাকউ হায়গ্রোরা ?"

ভারতীনা হায়রকই, "নত্তে. ঐগী মতম শ'দে।" অসি হায়হনা হৌদোরক্লিবা বাকমহু থুপচিল্লমগা থুনা-য়াংনা মথক্তা কাখংতুনা চংখ্রে।

ঈকু-মাইথ চুনা শেম-শাবা লোইরগা মহাক পুং অমরোমগী মতুংদা মথাদা কুমথরক্লে, মতম অদুদা সুপারচাশিংনা কা অদু থনম্মে অমম্তু' মখোয়বু লাইরিক তম্বিরবগী অকনবা থৌদাংদা লৈকাই অদু শিনখ্রে। হায়রদি অযুক সুখিদাং অনিমক স্কুল হাংলম্মী, হৌজিক্তি মী লৈতবদগী অহিংগী স্কুল শম্না হাংদ্রবদা থোক্ত শিংবগুম্মে, সুমিত্রা লৈত্রে, ডাক্তর মশা লোৎক্রে, নবতারা অতোপ্পা লমদা চৎখ্রে, শুপ্নগী মশাগী লৈফম্নি হায়দুনা অযুকী স্কুল অদু ভারতীনা চলাইরিবনি। সুংতিগী নিয়ম মতুংইন্না ঙসিসু মহাক লাইরিক তম্বিবা কম্নরে, অদুবু করিগুম্বা মওংদসু মপূক্লিং থোইজংবা ঙমদ্রে। পান্না তাকপিবা অমসুং পান্না হংবা ঙসি শুপ্নগী মওং তাদবদা নত্তে. মহাকী খম্মোন্নবু লৌনম-জবগুম থম্লক্লে। অদু ওইরবসু করিগুম্বা মওং অমদা মতৌ অম্মা পুং অনি লেপ্লবদা ছাত্র-ছাত্রীশিংদু ময়ুম ময়ুমদা হনখ্রে, মতম অদুদা করি তৌদুনা মহাক ঙসি সুখিৎ চুপ্পা লেনগদগে হায়বা করিগুম্বা মওংদসু খনবদা থোক্লে। অদুগা রাখাল ময়াম অসিগী মরক মরক্তা তংতনা অপনবা পীরে অপুর্ব্বগী চিন্তানা। মহাকপু মতৌ অম্মা থৌওইদবগী মতুংদা কজদবা ফনা লৈদুনসু মহুবু যোকখৎলুবনা থোইনা হেন্না ফজরোই হায়বা হীরম অসিদা ভারতীগী চিংনবা লৈরমদে। করিগুম্বা মওং অমদবু ওইরবসু উন্নরগা মহাক্না হায়গী মওং তাদবা মরি অদুবু অমুক্তা হেন্না মশক থিদনবা পান্নবা যাই, অদু

মতুংনা করিগুম্বা মমা নাহম্বা থোক্লবা, অদু ওইরদি মহাক মকম অদুদা কমদুনা করি তৌনরিবনো ? হনা মা-মীনি, ভারতকী পচ্চে। যাম্না কম্না মারিবা মমাগী কমুং মমাদা কমদুনা সেবা তৌবা মচানুপাগী অহানবা অমদি অথোইবা থৌদাংলা হায়বা মীতোপকা থক্ক-নৈনদুনা লেপকন্দ্রা ? অমাবগী মরমদা অপূর্ব্বনা শাথীবা কী হায়বা মপুক্কিংদা নিংশিংলক্লে। মহাকী থম্মোয়দু মপালদগী কংলকপা চৈমাথোলনা নৈনংতুনা ফনম্ব থাংগমজসনু, অনাবগী সেবা তৌনবা মহাকী শক্তি লৈতে, মথৌনা লৈতে। থৌদাং অসি মতোন্দা ননশিনবগুম্বা মাং-তাক্কিংতাই অমুক লৈতে। পুরুষক অসি ভাবতীনা থজই,— মহাকু মসিন্দু থজই, মমাবু অপূর্ব্বনা কয়াগী মতক দুংশিজনগে হায়বা। মমাগীদমক মহাক্না তৌবা ওম্মোইদবা অদুগুম্বা করিস্থ লৈতে। মহাক অদুমক্কী মনাক্তা চংবা ওমদবগী অরাবা অপূর্ব্বগী মফমদা কয়া শাথীনা থোকপগে, মসিমক থল্লুবদা মাইকৈ অমদা মতোন্দা মীমুংশি পোক্লকপগুম মাইকৈ অমদা অমথীনা য়ুম্বদা শাউরক্লনা মহাকী মশা পুম্বা মৈ হৌরক্লে। ভারতীনা মপুক্কিংদা হায়-জরকই, সেবা-দুংবা হৈতে হায়দুনবু মমাগী মনাক্তা চংলুবগী করিগুম্বা কান্নবা অমত্তা লৈতত্রা ? পাউত্তাক অসি ঐগী ইকমদগী আশা তৌ-লাক্লিত্রা ?

মতৌ অসুম তৌনা মাইকৈ অমত্তদা মহাকী রাখলগী ইচেল অত্তংপা লৈত্তনা চেম্বরক্লি, মমা নাবগী মরিদা অপূর্ব্বনা

করিঙুম্বা থব্রা হংনিংলম্বা য়াই, মসি নত্তনা অতোপ্পা করিমো থব্রা থোক্লম্বগনি হায়বগী মরিদা থল্লুনবা মহাক্কী রাখলগী ঈচেল পুমথিং থিংব্রে, মহুগী মনিল ফাওবা মহাক্কী মকোক্তা চংখিরে।

অরাম্বা মরিক অমত্তা পোক্তে হায়দুনা ঙসি ভারতীনা চাক থোংননবা হোৎনদ্রে। মতম য়ুথক অঙুম হৌব্রে, মতম অদুদা শগোল গাড়ী অমা মহাক্কী থোঙ ময়াদা খাম্লরে। ভারতীনা মথক্কী থোঙনাওদা মঙক থিন্দোক্তুনা য়েংলুবদা ঙকপা অমস্তুং চিংমবনা থম থেংব্রে। শম্না হায়রবদা অশেংবা রাকমদি গাড়ী মথক্তা ভোংদুনা শশী লাক্লে। কৌথিবা অহিংগী কাগি-জুগায়দুবু ঙগঙা কনাগুম্বা ম ওই অমত্তনন্দ্র মতো অস্তুম্না ভাইবংদা ওন্থোকপা ঙমগনি হায়বা ভারতীনা মমঙদা ফাওবা খনবা ঙম্মদবা য়াই। অদুবু মাগী মফমদদি খনঙমদনিংঙাই ওইবা করিস্ত লৈত্তবালে। ওইথোক্তবা অদুনা তশেংনা শক্তম পাম্না অচুম্বা ওইনা মশামক থুংলরে।

ভারতীনা থুমা য়াংনা মথাদা কুমথরগা হায়রকই, "মসিবু করি থৌদোকনো শশীবাবু ?"

শশীনা মাইথোং মকালাম্না হায়রকই, "লৈকমহোংলক্লবনি।" অদুগা খুদক্তা গাড়ীবালাদা হুকুম তৌরকই, "পোংচৈ পূম্মক মথক্তা পুথংগ্নো।"

ভারতীনা শাউনিংবা ফাথরগা হায়রকই, "মথক্তা জাগাদি কদায় শশীবাবু ?"

শশীনা হায়রকই, "করে, অদু ওইরবদি মথাগী কাদা থম্লসনু।"

ভারতীনা হায়রকই, "মখাগী কাদি স্কুলনি, মকম অহুদম্ থুদোংচায়োই।"

শশী চিন্তা তৌরক্লে। ভারতীনা মঙোন্দা আশা পীহুনা হায়রকই, "থবক অমা তৌবিয়ো শশীবাবু। হোটেলদা ডাক্তরগী কাহুদি ঙসি ফাওবা হাংলিবনি, অদোম মফম অহুদা লুংঙাইনা লৈবিক্লবা য়াগনি। অদুগা চাব-থকপগীদমক্ বাক্লনিঙাই লৈরয়োই, লেংলসি।"

"অহুবু থাগী ভাড়াদি তিংগনিদরা?"

ভারতী নোকথোর ক্ল, হায়রকই, "নত্তে, মহুদম্ তিংলোই, থা তরুকী ভাড়া দাদানা পীব্রবনি।"

পেন্দহুনম্ ফিভম অসিদা য়ারে। পোৎ-চৈ পুম্নমক্কা লোয়নদা দাদা ঠাকুরগী হোটেলদা শশীবু থনম্লগা ভারতীনা হল্লকপা মতম অহু হুমিং তারে। ঙসি মাইকৈ খুদিংমক্তা মহাক্কা চোকথবা অমম্ং চিন্তাগী ওমথৈ লৈখিক্লে, তুংদা শশী মত্রগা কনানো লাক্কুনা মশাক্কী মপাং য়াউদবা অচিকপা থুগায়রগদ্রা হায়না চিংনহুন মহাক্কা মথাগী অমম্ং মথক্কী খোঙ-খোঙমাও পূম্নমক থিংজিল্লগা মশাগী ভুম্ফম কাদা চংলক্লে।

হৈনরকপা মতু ইম্না মথংগী লুমিত্তা অয়ুক ওম্না মহাক্কা মিংকপ খোল্লকপা মতম অহুদা চন্না হেনবগী শোঙ্গবনা মশা পূম্নমক অম্বক্কী মতিক পগগ্রে মহুদি, ফম্ংদগী কুমংবা কাওবা বানা খোকপগুমগ্রে। খোৱাংবনা চন্নম গ্রুক ৬ক কংখিংনা

মরুভূমি ওইরক্লে, মরম অদুনা মথরায় হিংনবগী মাইকৈ অদোমদন্থু থৌশাক্লদনা ঙম্মুক ম্লাংপা নত্রে, মদু মশাংনা খঙ্ঙরে।

খ্রীস্ট ধর্ম্ম চৎতুনন্থু ভারতীনা চাব-থকপগী মরিদা বাখল তৌনা চৎলি, রা অসি হায়রবদি মহাক্কী মরিদা বিচার চুমদবা ওইগনি। অদুম ওইনমক, মপুংফানা সংস্কার থাদোকপন্থু ঙমদবগুম থল্লি। মহাক্কী মমাবু লুহোংখিবা মুপা অদু থোইদোক্লা লোমচং চুম্লমদে, মহাক্না কম্মিমদুনা ভারতী চামিন-থকমিন্নবা তাঝম্মী, অদুনি হায়দুনা হান্নদগী চায়ক্লবা পোৎপু করিগুম্বা নুমিত্তন্থু মহাক্কী মচিঞ্জাক ওইখিদে। অমাং-অশেংগী হেক্সিলবা মঙোন্দা লৈতে, অদুবু মফম অমদা অমদা মী অমগী অমগী মথুং চাবন্থু মহাক্লা থোইদোক্লা হঙ্গোইজবগুম তৌরম্মী। গুপ্নগী নাদুনা লৈরবা নত্রগা থবক চিনবনা থোইদোক্লা চোক-থরবা নত্রগা মতম ইফং ফংদ্রবা, অদু ওইরবদি করি করিগুম্বা মতমদন্থু ঠাকুর মহাশয়গী হোটেলদগী সাবুদানা, বার্লি, তল লৌহল্লুবপা চাই। ফমুংদগী হৌগৎতুনা মহাক মমাই-মমিৎ তাথোক্লগা মফি হোংদোক্লুনা অতৈ অতৈ নুমিৎকী মতৌগুম শেম-শারে, অদুবু ঙসিদি মহাক চাক থোংবা ঙম্বগী পাঙ্গল লৈরমদে অমত্থুং কিভম ওইরমদে, অদুনা হোটেলদগী তলগা ইঙ্খাং থরগা থৌয়াং তৌদুনা পুহল্লক্লবগীদমক ঠাকুর মহাশয়দা পাউ থাগ্রে। নিংথৌকাবদা মখোয়গী স্কুলগী থোঙ থিংই হায়দুনা মাইকৈ অদুগীদি মহাক্কী অরাম্বা লৈত্রে।

মতম থেংনা মীনাই নুপীদা চানবা পুবক্লগা খোইদোক্না ঊকাইজনা হায়রকই, "য়াম্না থেংগ্রে ইনাও ইবেম্মা—"

ভারতীনা মহাক মশাগী পুথম অমম্বুং তেঙ্গোৎ পুরক্লুনা টেবল মথক্তা থম্লে। হিন্দু হোটেলগী অমাং-অশেং চাক্লুনা মীনাই নুপীনা পাত্র অহুদা তলগা ছাক্তা হাপথরে অমম্বুং তেঙ্গোংতা হবাই হৈথ-হৈথনা হায়রকই, "চারো, অয়াবা থম্না পূক্তা চাহন্নু।"

ভারতীনা মহাকী মাইথোংদা অমুক্তং য়েংলকই, করিম্নু হায়দে! মীনাই নুপীনা ব্রা চাংবা মতম অহু কা'এবা 'লাইব্রি, মহাক্না হায়রকই, "অসোমদগী হল্লকপদা নহাক চকচাং চমগ্রে হায়না তাই। মতম অহুদগী পুক্রিং ইন্থং লুংচাইকক্রুবনি ইনাও-ইবেম্মা, অহুবু তল অনিদং ফাওবা তৌবিনবা অহুগুম্বা কনাম্মু লৈতে। অমুক খিন্নবম্মু, কম্রে।"

ভারতীনা নোকক্নেং তৌনা হায়রকই, "মহাক হন্দোকগ্রে', ঐ ফম্লগে।"

মীনাই নুপীনা হায়রকই, "চংলনি। মীনাইহুদি লোয়নহনা চংগ্রবনিদো, ইতোমদনা লোইনবা চদোক-চামথোকই, তৈথোক মানথোকই,—অমবু ওইরবশ্ম হজিল্লকপগা লুপা কুনথক এৈচোন্দা পীরগা বাবুনা কপতুনা হায়রকই, 'অরোইবা মতমদা মহাক্না তৌরিবা অম্নুম্না ইমাগী মচানিচোল মনাক্তা লৈরবম্মু তৌবা ওম্মোই।' মহাকম্মু য়াম্না কপ্লি, ঐস্নু য়াম্না কপ্লি, ইনাও-ইবেম্মা, ওহোকপনি, কয়াদা লুংচাইখিদ্রবা! মীরৈবাক মীয়ম অসিদা

মশাগীনি হায়রবা মী কনাস্থ মনাক্তা লৈতে—সমুদ্রগী নগীসি, টেলিগ্রাফ ফংহুমস্থ মচা-মমৌ পাইহুনা পাক হেক লাকপা য়াবা নত্তে— মখোয়না দোষ করি তৌরুরি !"

ভারতীগী থম্মোয় মুংহু অরাবা রাখল অমস্তুং নিংজিং-মাংজিংমবনা উম ওনজ্রে, অদুবু চিনবাম থোক্লদি করিস্থ হংখো ওৎত্রহনা ওপ্পগী চপ য়ুংনা মহাক্তী মাইথোং য়েংহুনা লৈ।

মীনাইমুপীনা মথা তরকই, "অঙ্গা-ইবুংঙোনা কৌহুনা হায়রকই, বাবুগী মমা য়াম্না ওৎমাল্লে, মঙ চৎলুবা স্তারি ক্ষান্ত। ঐ ঙংম্মাই হায়বা অংক ওয়রদে। মিমোনিয়াগী অমাবনিদো, অদুগী মথক্তা ধর্ম্ম-শালাগী মীয়াম্নিদো, খোঙনাও পুম্নমক তেকইদো, অমত্তম্ থিংবা নত্তে— করাদা খুদোংথিব্রবনো! শিখিবদি মুমিং তারমদাই পুং মঙ'দনি. অদুবু বোর্ডিংগী বাবুশিং'দা পাউ পীবদা, কৌথোক-বৌশিন তৌনবদা অশিবমু অহিং পুং অনি অনিমথায়দদা থাংদোকখিবনি। মখোয় হল্লকপদা মুমিং য়াম্না কাবে,—শুদোক চ মখোকপা তৈথোক নাম্বোকপা—"

হন্দক্কি ভারতীনা থঙদবা করিম্ অমুক লৈত্রে। তপ্না তপ্না হায়রকই, "থঙলে. অপূর্ব্বগী মমা শিরৈত্রেগিনে?"

মীন'ই মুপীনা মঙক নোমহুনা হায়রকই, "হোয় ইনাও ইবেম্মা, বর্ম্মাদা মাগী মোংফম লৈবগুম্মী।' করিনো হায়নবা বা অহুনি, মশানা মখোঙনা থোংমা শঙ থিবা চংচৈ,—অসি মহুমক্কি। অপূর্ব্ববাবু মফম অসিদগী চংখি, মর্ম্মান্থ মচাপা থংনহুনা মফমদুদগী অহাজ তোলকখি, ওপ্পদগী মীনাই মুপা

অমথক লোম্বনরকই। জহাজদগী নাবক্রুবনি, ধর্ম্মশালাদা রৌরকপমক্তদা তপেংঙা জ্ঞান তাদনা বাম্বুখি। ময়ুমদা চংলুবগা থাবু কল্লকপগী জাহাজদা তোংহুনা লাকপদা মমা শিগদৌরম্মে। শিবন্থ শিগ্রবহুলি,— অহুবু মিংকুপ অমা কাওবা লেপতুনা বাম্বী শাননবাংউপায় লৈত্রে ইমাওনইবেম্মা, হৌজিক মরাম অমুক চংলুগদৌরিবনি। লঙ্কাদা অমুক লাক্লে—" অসি হায়রম্নগা মহাক বাম্বী শানিংবগী মীহৌবা কাথহুনা থুনা য়াংনা থোকত্রে।

তলগী পুথম লেংদনা অহুম লৈত্রে, অহানবদা মাগী মমিং অমি পীরাং থাংলক্লে, অতুগী মতুংদা পী মরি চাউমা অর্ব শিন্থরক্লে। অপূর্ব্বগী মমাবু মহাক্লা মশক উংহৌদে, অমম্থং মপুরোইবগা মচাগগী মফমদগী মহাক মপূন্সিদা অরাবা কয়া নংলকপ্রবনি— মসি নত্তনা মহাক্কী মংমদা হয়াক্লা থোইনা করিস্থু খঙলুনা নত্তে, অহুবু পূমিং কয়ানি মশাগী অচিকপা কা মথুংদা মহাক আপং তুংদনা অহল ওইরবী লুপ্রাবী মপী অসিগী মরমদা কল্পনা কয়া শাগংগ্রবনি। তুংঙাইবদা মত্তে, অরাবা তাবদা করিগুম্বা মতংদা উন্নবা থোক্রবদি মহাক নত্তনা অতোপ্পা কনাম্থ মহাক্কী মমাক্তা লৈতবা মতম অহুদা ক্রীশ্চান হায়হুনা মহাকপু কমদোনা থাপ্পা ইস্থোক্রুমা থম্বা ওমগনি — বাফম অসি খঙনিংবগী অপাম্বা মত্তোন্দা য়াম্না কন্না লৈরম্বনি। খুদেংচাদবা মতমগী মৈ ইকপা চাংয়েংদা ঐগী মীগী বাফমগী অরোইবা অরেপ্পা অমা মহাক্লা খঙদোকপা য়াম্না পামজরম্বনি।

ধর্ম্ম খেন্নবগীদমক অগং অসিদা তোঙাম্ন ভানবনা মীওইবগী অথোইবা হায়বা অহুগী অচুম্বা চাংবেং তৌনবা অরাবা মতম অহুমক মহাক্কী লাইবক্তা তম্রব্রবনি, অহুবু মহাক্কা চাংবেং অহু তৌরুবা ঙমখিদে। কিশি অসি মপুন্সিদা খোকচমদনা লৈরে।

অহুগা অপূর্ব্ব! মহাক ঙসি কয়া শাথীনা সহায় লৈত্রবা মতোমদা কয়াদা তরুক তরক্রবা, ভারতীদগী মহু কনানো হেম্না খঙগদগে? ওইরম্বা যাই, মমাগী থুম্লবা থম্মোয়গী আশীর্ব্বাদ অহুমক্কা মহাকপু কবচগী মতোঙুম মতম খুদিংমক্তা চাক-শেন্দুনা থম্লকপা অহু ঙসি যাংজথিবা। ভারতীনা মপুক্লিংদা হায়রকই, পুম্নমক অসি যাগী মঙলান ফুড়ানি, মহাক্কী অথুপ্পা থম্মোয়গী মঙলানগী রচনা লাইরিক নত্তনা অতৈ করিস্ব নত্তে, অহুম ওইনমক অহুমক্কা মহাক্কী পল্লেপকম লৈতবা ভূংগী কয়াদা রস চেম্না নিংথিজরবা লৈতেংগী শক্তম লাক্কুনা থমজরকই হায়বা বাফম অসি মহাক নত্তনা অত্তোপ্পা কনানবু খঙগদগে? কনানা খঙগনি মতোন্দগী হেম্না মহুং অমদি মপালদা অপূর্ব্ব ঙসি কয়াগী মতিক উপায় লৈত্রবগে, অহুগা কয়াগী মতিক মঙ্গ লৈত্রবগে হায়বা।

মীরৈবাক অসিদা অপূর্ব্ব থবক ফংদবস্থ য়াই, ইমুং-মনুংনা যাবু তাংম্ভোক্লস্থ য়াই, যম্মী মীহৌ-চাউই পুকচেল পীকই হায়রুনা মরুপ-মপাংশিংগী মরক্তা যাবু থিনা ঙাংনরম্বা য়াই,—অহুগা অরাবা পুম্নমক অসিদগী থাইদগী হেনবা অবাবদি মমানা

খুদিংমক, লাইনিং লাইশোন পুম্নমক—ওইজনগী লমুক্লবা ওইজনগী মীরম্না, অদু ওইরবগুম করেম্নরকপা, লান্দাবকপা পুম্নমক অদুদা লেংদনা অদুম লৈরকপি ! মসিবু অপূর্ব্বগী মপূকচেল লেপ্পবগী অচৌবা খুদম্না ? অদু ওইরবদি ঙসি মুপা অদু বর্ম্মাদা লাক্লগা মওং অম্মুম্না ওইপ্রিবনা কমদৌরিননো ? অদুগা অম্মুক কুইবসি অম্মুক হাক্লা পাংদনা মতোন্দা লোৎতুনা কদায়দা লৈরম্মিবনো ? সব্যসাচীগী মকমদগী পাউখুম থগৎনিংদুনা মুমিৎ কয়া নি রাজ' অসিমক কানিংবদা মচিন্দা পন্দুনা লৈরম্রবনি। তুপ্পগী থগৎনিংবগী অমা ঙম্বা নত্তে, থম্মোয়গী মৈচাক্কী মরক্তা মহাক্কা কয়ারক নুংগা শনপ্রবনি, সংসার অসিদা থগবা য়াবা লৈরবমখৈ দাদাদ পুম্নমক থক্লই, অদুদা অপুনবা অসিগী কিশিম্ভ মহাক্কুনা থোকপিবা ঙমগনি। তুপ্পদগী চিংনজবা অমদি ঈকাই-জবনা মহাক্কা অপূর্ব্বগী রাজম কাংথোকপা ঙমখিদবনি।

মহা' মনা থগৎকোদনা অমৌবা রাজ' অমা মহাক্কী থম্মোয়দা কাওরক্কে। কর্ম্মগী দোয়না ময়াম পুম্নমক অপূর্ব্বদগী মমাই লৈথে কুখি, মতম অদুদম্মু তুপ্পগী মুপা অহৎপুংগী চানবিবদগীদি মহাকপু মখোকহনবিখিদে,—মহাক অদু সব্যসাচীনি। অদুমু মদু করিগীদমক্কনো ? তুপ্পগী মচলশুপীনি হায়দুনা মহাকপু নুংশিবিবদগীরা ? মহাক্কী নুংশিবনা সংজনবা মশাগী ওইবা অপূর্ব্বগী করিম্ভু লৈজদ্রা ? মহাক্কী থম্মোয় অম্মুম্না কোং কোং লাউত্র, অম্মুম্ন তম্রাং-তশোয়দ্রা ?

"চৎকদৌরিবা ওইরিনিনে ?"

"হোয়, অমুত্তুং করম তৌরগে হেংলুবা তাই"

হাক্তনা হায়রকই, "ঙসি অদুগা পাংথোকপুত্তো বয়না মীনুংশি থঙত্রবা ! মাগী বা তারগা ঐনা হায়, কর্ম্ম রামো ! বীওইবগী অরা-অনংদা থবক পোম্মুদবদি হৌদোক্তু অমুক নোম্মুগদগে ? খুংতা পায়রগা থবক অং চেন্দোক্তুনা চৎলুবনি। লাইবক হৈ, অহুম ওইনমক—"

পুম্নমক অহু অমুক হন্না পল্লক্লগদ্রা চিংনগন ভারতী তৌফম থঙলক্লে। খামহুনা হায়রকই, "নকান্না থৃদোংচাদবা মতমদা তৌরুরিবা অহুগী চাংশিন্নাক্তাক লৈতে। অদুবু অমুক থিগ্দরন্নু, গাড়ী অমত্তা লৌরুচো। ঐ চৎপা তারবদি পুমিং লৈরিঙ্গেদা চৎলুবা হৈ। য়ুমগী থবক-ইশ্বাং নংনা চৎশিন্নিদা লোইশিল্লবগে।"

মীনাই মুগী ফত্তবা মী নত্তে। মহাক গাড়ী কৌবা চৎত্রে, অমম্নুং অরাবা মতমদা ভেংবাংবগী অপান্না উৎতুনা অসিগুম্না রাগ্ম থঙহল্লকই মহুদি, ইমুংগী থবক-ইশ্বাং মহাকমক্তা হৌরবম্ন তৌগে। অহুদা নত্তনা অচাপোংশিংহু শোকবাও শোক্রুবনিনা মহু ফেংদোক-চাদথোকপদা অকায়বা লৈতে। লোইরগা ঙি কোংদোক্তুনা মকোক্ত গঙ্গাজল চাইথংলগা য়াই। মৈরেবাক-লুংলৈবাগুদি অহুম্নমক তৌগববনি, অশিনচিংবা অসিনচিংবা।

মিনিট তরামঙারোমগী মতুংদা গাড়ী থুংলরবদা ভারতী শেল থরা পুহুনা য়ুম-কৈ শো লোনশিন্নগা থোকত্রে। ধর্ম্মশালাদা

থুংলবা মতম অদু কাওবা ঙমিং লৈখি। অনিশুবা মরোলগী অরাং থংবা মচিগী কা তাক্লগা হিন্দুস্থানী চৌকিদারনা থেংনরক্লে মহৃদি, বাঙালী বাবু ইথুংদা লৈবনি ; অদুগা বাঙালী মুপীগী মকমদা বাঙলা লোন্দা কোংদোক্লকই মহৃদি, ঙমিং হুম্বিদগী হেন্না লৈবা যাবগী কল লৈতে, অদুম ওইনমক ঙমিং তক্কি হোৎলে, অদুনা ম্যানেজর সাহেবনা নোটিশ পিরক্লবদি মহাক্কী থবক্তা শান্তিগা গোলমাল থোক্লগনি।

ভারতীনা ইঙ্গিত থগুলে। কিজি থোক্লগা লুপা অমিথক লৌথোক্কুনা মঙোন্দা পীরম্লগা মহাকমক্তা তাকপহৃগী মতুং ইন্না মহাক্কী কাদা চংলকপদা উরে, লৈমায় শিন-থুংনা মতম অদু কাওবা ঈশিংনা লোক্তাক শারম্মী, পোং-চৈ মাইকৈ থুংনা চায়হৃনা লৈরম্মী, অমম্তুং মহৃমক্কী মচি অমদা কম্বল থাহৃনা অপূর্ব্ব চেপ্পা হিপত্তুনা লৈরম্মী। থুদৈওম্বা মমাক পিকপা ফি অহনবা অমনা মমাইদা কুপশিন্দুনা লৈরম্মী,—মহাক তুমদত্রা নত্রগা তুম্লিত্রা হায়বা খংবা ঙমদে। মীনাই লোয়নরকই হায়না ভারতীনা তাখি, অদুবু মনাক অদুরাই কদায়দম্ভু মহাক লৈবা উদে, মরমদি শকথঙবা মহাকপু কা মতুংদা চংলকপা উবদা কনামম্ভু খিংলক্কে। মিনিট মচা-তরুক তপ য়ুংনা লৈরগা ভারতীনা তপ্পা তপ্পা কৌরকই, "অপূর্ব্ববাবু!"

অপূর্ব্বনা হৌগৎতুনা কম্লগা মহাক্কী মাইথোংদা অমুক্তং য়েংলকই, অদুগী মতুংদা থুকই অনিদা মখদাং শৌহৃনা ফনা

কুইনা তুম্মিন্না চপ য়ুংনা ফমদুনা লৈরম্বগা মমাই মোনথংদুনা চুন্না কল্লকই। মমা শিখিবদা ডাইবগী তমথৈ মাইদনা কায়না-মৈচাক মহাক্কী মাইথোংদা পৈ শিন্দুনা ফম্লি, মপূক্কিং লৈতাদবগী তনিকপা লৈতে, কায়না-মৈশানা থল্লবা মিংশেং-মাংদা পৃথিবী অসিদা লৈরিবা খিবিক মহাক্কী মফমদা তশেংনা মীমশা ওইনা থোকখ্রে। মমানা হায়বা-চংপা ইনবা অপূর্ব্ববু মহাক্না মোংমা মশক থণ্ডখি, মসিদি মীশক অত্থ নত্তে। ঙসি মহাক্না মায়োক্নবা উবদা ভারতী অস্থক্কী মতিক চকপনা থম থেংখ্রে মতুদি, করম্বা রা হায়গদগে, করি হায়না কৌগদগে হায়বা খনবদা কন্নিমত্তা লাম্বা ফংদ্রে। অদুবু মসিগী থুদোংচাদবসি অপূর্ব মশামক্না কোকহল্লক্রে। মহাকমক্না রা ঢাংলকই, হায়রকই, "মফমসিদা ফিদা থ নিংঙাই করিস্থ লৈতে, ভারতী, লোইনমক চোংবে, মহাক থোইদোক্লবদুম তরঙ্গ-উপুদা কম্মু।"

ভারতীনা পাউথুম পীদে, থোঙবা পাক্নদুনা মক্ল লুকথদুনা লৈবা অদুগুম অদুম চপ য়ুংনা লৈ। অদুগী মতুং ফনা কুইরবা কাওবা মথোয় অসি কনাম্থু করিগুম্বা রা অমত্তা ঙাংথোকপা ওয়ত্রে।

হিন্দুস্থানী মীনাইদু থাউ লৈবা দুকান্দা চংলুবনি, মহাক মখুংদা চংলকপদা অহানবদা চঙৈক্ল, মতুংদা হরিকেন(*harricane*) থাউমৈ পুদুনা থোকখ্রে।

অপূর্ব্বনা হায়রকই, "ভারতী, কম্মু।"

ভারতীনা হায়রকই, "মতম লৈত্রে, কমথরবদি নুমিৎ তাগ্রগনিনে।"

"হৌজিকমক চংলগগ্রা ? ঙাইহাক্তসু কম্নরোইত্রা ?"

ভারতীনা তপ্না তপ্না চংশিন্দুনা তরঙ্গ উপু মথক্তা কমথহুনা থিংকুপ অমরোম তুম্মিন্না লৈরগা হায়রকই, "ইমা সিদা লেংলকই হায়বা ঐদি থঙহৌদে। মহাক্কী মশকসু উজহৌদ্রে, অদুবু ঐগী থম্মোয় ঙংদি লৈতাকম থঙত্রবনি। মহু পন্দুনা নহাক্না ঐঙোন্দা অবাবা অমুক হাপ্পিরকহ্!" ঙাংনা ঙাংনা মহাক্কী মমিত্তগী মপী তারক্লে।

অপূর্ব্ব চমম্লে। ভারতীনা ফিজিনা মপী তৈথোক্লগা হায়রকই, "মতম ওইহুনা ইমা স্বর্গ কাগ্রবনি। অহানবদা পুক্লিংদা থল্লম্মী, মপেক অসিদা নঙোন্দা অমুক কন্না মাই উংপা ঙম্নরোই, অদুবু মতৌ অশুম্না নহাকপু ভন্দোক্নুনা থনম্নগা ঐ কমদৌনা হিঙ্গদগে ? পাড়ী পুরকই, ঐগী লৈকযদা চংলসি।" মহাক্কী মমিং পীরাংনা অমুক খুমহংলক্লে।

অপূর্ব্ব মখেদ মপুক্লিং ফাজিনবা ঙম্নকলোইদ্রা হায়না ভারতীনা চিংনরম্মী, অদুবু মহাক্কী কংলবা মখিংতা পীগী মনিল ফাওবা লৈবা উত্রে, খোঙ্গেল তপ্না হায়রকই, "শোক্ল-শম্নবা য়াদবগী ইরাং য়াম্না লৈ ভারতী, মকমহুদা খুদোংচ'রোই। অদুগা থাংজ নুমিংকী স্টিমরমক্তদা ঐ য়ুমদা হনগ্রগনি।"

ভারতীনা হায়রকই, "থাংজ ঙসিদগী নুমিৎ মরিনি বাংলি।

ইমা নৈথিদবা মতুংদা ইরাং থরা নৈ হায়বা ঐ থঙই, অদুবু ইরাংহু থাংবা ঙম্লোইদ্রা ঐনা, অদুগা থাংবা ঙমগদ্রা অতিথি-শালাগী মীনা ? চংলসি।"

অপূর্ব্বনা মকোক থাইদুনা হায়রকই, "চংলরোই।"

ভারতীনা হায়রকই' "চংলোই হায় হায়দুনা করিগুম্বা ফিভম অসিদা নহাকপু হন্দোক্লমদুনা হনখিবা ঙমগদবা নৈরবদি ঐ লাক্লম্লোই, অপূর্ব্ববাবু!" অসি হায়রগা মহাক্না মিংকুপমুক ভুম্মিন্না নৈরগা হায়রকই, "অম্মুক কুইরবগী ভুংদদি নঙোন্দা ঈকাইদুনা হায়ঙম্লোইদবা ঐগী ক'রিম্ব অমুক নৈত্রে। ইমাগী অরোইবা থৌদাং রাংলি— থা'অগী অহাঙ তোংদুনা নহাক য়ুমদা হন্দবা য়াদবনি, অদুগী মতুংদা কবি ওইগদগে হায়বদুম্ব ঐ থঙই। নহাক্না করিগুম্বা থৌশিল অমত্তুদা ঐনা অপনবা পীরোই, অদুবু মতম অসিদা নুমিৎ থরনিদং অসি ফাওবা নহাকপু মিং-মাংদা থম্বা ঙমদ্রবদি নহাক্না মফমদা রাশকুনা হা'য়রিবসিনি, নৈফমদা হল্লগা ঙসি ঐ হু চাদুনা শিগনি। ইমাগী মৈচাক মদুদা হেঙ্গংপা নত্তনা মমেং তাবদি ওইরোই, অপূর্ব্ববাবু!"

অপুর্ব্ব মাইথোং লুকচাম্লনা মিনিট অনিরোম ভুম্মিনা নৈ, অদুগী মতুংদা কৌগৎচুদা লেপ্লগা হায়রকই, "মীনাইদু ওহ ওইরবদি কৌরো, পোং-চৈ পুম্নমক লোইনবা য়'মশিনহল্লবা।"

পোং-চৈ য়ামদে লোইশিন-থমজিন্দুনা য়োমশিল্লগা গাড়ীদা থাঙ্গৎপদা পুংখায় অমদগী হেন্না মতম চংদে। লম্বীদা ভারতীনা হায়রকই, "দাদা লেংলকপা ঙম্লরোই হায়ত্রা ?"

অরাবনা থল্লবা মৈচাক কয়াদা মতাম্গী নিংথিবা চেলহল্লে, মকশিলহল্লে, অশিবগী পাংথক ওইহল্লে। ভারতীগী মিংল্লুদা ঈরা চেল্লি,—সুমিত্রা মাইথোং লুকচামনা, তুম্মিন্না লৈ, লেংদে। তলৱারকর কাপ্লে; মপা ঈহিং-নাহিং শানা শোক্লুনা মহাক জেলগী হাসপাতালদা লৈ,— ঙসি কাওবা মহাক নিংথিনা জ্ঞান তাক্রি। মহাকী হূপী পিক্লিবা মচানুপীশু পুম্না কোইচং চংপমথৈ চংল্লুরগা য়াম্না রানা ওয়াং অহিং কমাদো মারহাট্টি ব্রাহ্মণ অমগী ময়ুমদা চংজকম চংল্লে। সুমিত্রানা পাউ লৌবগা মহাকী মপামদা ঙসি টেলিগ্রাম তৌরে, অদুবু হৌজিক ফাওবা পাউথুম লাক্ত্রে।

ভারতীনা তপ্না তপ্না হংলকই, "তলৱারকরবাবু কমদোগনদগে দাদা?"

ডাক্তরনা হায়রকই, "হাসপতালদগী করিগুম্বা হিংলকপা থোক্লবদি জেলদা থাজিন্নখিগনি!"

ভারতীগী থম্মোয় তনিক্লে, হায়রকই, "হিংদবম্নু য়াব্রিবা?"

ডাক্তরনা হায়রকই, "থোইদোক্না ওইথোক্তনিংঙাই নত্তে। অদুগী মতুংদা খিয়াং শাংনা তাগনি।"

ভারতীনা ঙাইহাক তুম্মিন্না লৈরগা হায়রকই, "মাগী হূপী মাগী পিক্লবা মচানুপী,—মথোয়গী করি ওইগনদগে?"

সুমিত্রানা য়া অসিগী পাউথুম পীদুনা হায়রকই, "মরৈবাক্কী মাগী মপা লাক্নুনা লৌরবস্নু য়াই।"

মিংকুপ অমত্তোম তুম্মিন্না লৈরগ হায়রকই, “মীরৈবাকী নিংথৌগী জেল মনুংদা করিগুম্বা ওমি তলবারকর শিবা তারবদি লাইরম্বেন্দা লেপতুনা মতু-মচানঃ লম্বীদা ভিক্ষা নিবা কোইচং-চংপা উবদা মমিত্তগী মপী তাগনি, অহুবু ঙশেংনা থাজৌ. ঈরৈবাকী মীগী মায়োক্তা মহাক্না ঈশ্বরগী মকমদা কাওবা কৈদৌঙৈদন্ন্ বাকং অমত্তা তৌরোই। ঐ মাবু খঙই, ঈকাইবনা মহাক বা ভাংবা ঙম্মোই।”

ভারতীনা শেংকাক্তনা হায়রকই, “উঃ!”

কৃষ্ণ আইয়ার বাঙলা ভাংবা হৈত্তে, অহুবু থর থরদি খঙই, মহাক্না মঙক থোমহুনা অস্থম্না হায়রকই, “য়েস, ট্রু!” ডাক্তরনা হায়রকই, “হোয়, মসিদি অচুম্বনি! মসিদি বিপ্লবীগী অথোইবা শিক্ষানি! কনাগীদমক কপকদৌরিবনো? কনাগী মকমদা ব্রাকংলুগদৌরিবনো? নবুং ঐ করিগুম্বা ফাঁসি তৌরে তারবদি খঙউ, মীরৈবাকী মাথংদা ফাঁসি তৌবা অহু ইরৈবাকী মীমক্না ঐগী ওকশমদা থৌমি কোঙ্গোয় হুকখিবনি হায়বা! হুকপা তাবনি! শা য়োনকবগী বংশী শহুম বণমক্না হোক্সিবনি মহুগী অচুক বাক্লৌগদৌরিবা করিগীনো ইচল?”

ভারতীদা খুংশা মপী হোন্দোক্লগা হায়রকই, “দাদা মসিনিদনা মখোয়না ফংলিবা কল!”

ডাক্তরগী মমিৎ ঊ কাররে, হায়রকই, “মসিবু করিম্নু লৈতবা কন্না ভারতী, খঙই, ইরৈবাকী মীনা মশিগী মমল খঙলোই,

লোক্লবস্থু মাই, অহুবু লমন অসি নোংমা মতেক পাইদা শিংলকপা তাবনি, অহুবু মাগী মচিন্দা পাক নোকপদি ওয়োই।" অসি হায়রগা খঙহৌদনা নোকখোক্লগা হায়রকই, "ভারতী, অহুবু নশাদা ক্রীশ্চন ওইরগা নখোয়গী হৌরককমগী বাকমচু নহাক কাউথোকপ্রব্রা? খিস্ত্রীস্টতগী তাখিবা ঈ সংসারদা অরেম্বদা মাংখি হায়না খনব্রা?"

ময়াম পুম্নমক ছুম্নিন ছুম্নিন ফমচুনা লৈ, ডাক্তরনা অমুক হায়রকই, "নখোয়দি খঙলিবচুনি অরেম্বদা মী হাংপবু এনা করিগুম্বা ছুমিত্তম্ন পোগংতে হায়বা, মচু ঐ খম্মোয় য়ুংনা হঙ্গোই। ইখুংনা ঐ ককচেং অমা কাওবা হাংশা ওমদে। অহুবু দরকার ওইরবদি,—করি হায়বগে সুমিত্রা?"

সুমিত্রানা মওক নোমচুনা হায়রকই, "মচু ঐ খঙবে, ইমিংমক্লদি ঐ অনিথক উত্রে।"

ডাক্তরনা হায়রকই, "অরাপ্পদগী লাক্লগা ঐগী পোক্লফম দখল তৌপ্রবা; ঐগী মীওইবগী গুণ, ঐগী মর্য্যাদা, ঐগী চাখবা চেং, থক্লবা ঈশিং—পুম্নমক মুন্দুনা লৌপ্রবা মখোয়মকী ওইপ্রে ঐবু হাংনবগী অধিকার, অমুক লেমহৌত্রব্রা ঐগীদি? ধর্ম্ম-বুদ্ধি অসি নহাক্লা কদায়দগী কংলকপগে ভারতী? অচ্চা!"

অহুবু ওসি ভারতী ওমহংতে, মহাক্লা য়াম্না কনা মওক হাইচুনা হায়রকই, "নত্তে দাদা, ওসিদি ঐবু নহাক্লা ঈকাইবা করিমত্তা পীবা ওয়োই। পুম্নমক অসি আয়বা বাকম্নি,—

তৌবা ঐ হায়বদি য়াই,” অদুবু নহাক্না অমুক হাক্না য়েংখিরবা ইংরেজ মিশনরীশিং অদুগী মকমদা মখোয় অয়াবনা তপেংনা লুংঙাইবা কালে হায়বা তাখি।”

ডাক্তরনা মথরায় লুংঙাইতনা হায়রকই, “মতুদি থোইদোক্লুরম মশানা তারবনি ভারতী। অসুবনা মতুংদা খুংলায় য়াউবনা লেপত্তুনা শান্তিগী পাউজেল শন্দোক্লকি কৈ-শঙম হন্নাওকম থোকপা য়ানি। মখোয়দি সাধু ওইবা মীশক্কি।”

করেন্দ্রবা অসি ডাক্তরনা মনানা হাপ্তে হায়রকই, “অসি ভারতকী অনা খুন্দাপীবা খোক্লুনম্ম মতম চুপ্পদা অমুক্না তৌরম্বা নত্তে। মোংখা ভারতবাসী সভ্যতা অরাংবা মতোংদা কাবম্মী। মতম অদুদা হিংসা অমদি য়েংথিবনা নত্তে. ধর্ম্ম অমসুং শান্তি মন্নবা ভারতবর্ষ অনিদগী য়াইকৈ য়াইকৈদা শন্দোকখি। ঐগী থাজবা ঐখোয়গী লুমিং অদু অমুক হন্নক্লখিগনি হায়বসিনি।”

অনা কুইনবী মমাংগী ভারতীগী রাদা শশীগী কবি-থম্মোয় শ্রদ্ধা অমদি লুপসনা থুনক্লক্লখি। মহাক্না পীরাং থাংবা থোজেলনা হায়রকই, “ভারতবু ঐনা মপুংফানা শোগংচরি ডাক্তর। ঐগী থাজবসু সভ্যতা অদু ভারতবর্ষদা অমুক হন্না শোয়দনা হন্নকখিগনি হায়বসিনি।”

ডাক্তরনা মবাক্নিগী য়াইখোং য়েংলগা হায়রকই, “নখোয়না ভারতকী করম্বা যুগকী সভ্যতাগী ইঙ্গিত তৌখিবনো ঐ খঙদে, অদুবু সভ্যতাগী ওমথে অমা নৈ। ধর্ম্ম, অহিংসা অমসুং শান্তিগী নেশাদা মহ লাপ্লোক্লুনা চংলবদি শিগা লাকই।

কনাগুম্বা দেবতা অমত্তনা মাথু কনবা ঙমদে। ভারতবর্ষদনা হুনগীশিংগী মকমদা করম্বা মতমদা মাইথীরে হায়বা মশাকা রাজশ্রিবনো হায়বা থঙত্র। ? মখোয়না ভারতবাসী অতাংশিংবু মৈরাগী মতৌগুম মৈ থাবা হৌরকখিবা, মুপীগী মউন থোক্লগা লামগী পুং তিংবা হৌখিবা মতমচুদনি। থনতমত্রবা হিংচা-রাইতহুগী লীচং অহুগী পাউথুম ভারতবাসীনা পীবা হৈখিদে! মহুগী ফল করি ওইখিবগে থঙত্রা ? লৈবাক মাংখি, শাসন মাংজখি, দেবমন্দির থুগায়হুনা লৈপুং ওনখি,— পাংদবা অহুগী চৈরাক ঙসিসু ঐখোয়গী কোক্ত্রি।"

ভারতীনা তপ্না হায়রকই, "শাক্তা কবিগী শ্লোক থিবগুম হায়রু, মাংজগ্রে লৈবাক রাজকনি করিগী, মী ওইরু নখোয় অমুক হম্না। অহুবু লৈবাক অমুক হন্দোকপা ঙম্নবগী মতৌগুম্বা মী ওইবা কদায়বু কৌবগে হায়রু তাসি ? থনবা, মী ওইনবা লম্বী নখোয়গী থুরো থাংদে ? হাংই ? মী ওইনা পোকপগী মর্য্যাদা কংমা হিংববু মী ওইবা কৌই। শিববু কীবদগী নাম্হোকপবু মী ওইবা কৌই।"

মিংকুপমুক ছুম্মিনা লৈরগা অমুক হায়রকই, "নহাক্কী খোইনা মরাল লৈতে ভারতী। মখোয়গী ঈশিং ঙংশিং মরক্তা নহাকপু য়োক্লকপনি, অহুনা নহাক্কী থম্মোয়দা ইউরোপকী ক্রীশ্চন সভ্যতাদগী হেম্না রাংবা সভ্যতা অমমুক লৈত্রে হায়না থম্মবা য়াই। অহুম ওইনমক, শাপ্পীনা ওইদবা রাম্ব অমমুক লৈতে। মীওইবগী সভ্যতাবু তপ্পগী মী হাংননবা মেছিনদা ? পুকচেল

শেংদবগী লৌশিংগী অরাংপা লৈতে,—মতৌ অদুম্না ইশা কমবগী লৌশিংদা নুংঙিগী অনৌ অনৌবা শাগৎপস্থু লেপ্পা অমুক লৈতে। অদুবু সভ্যতাগী করিগুম্বা অথুপ্পা অর্থ অমা লৈবা তারবদি মহু অসিসি মহুদি, পাংদবা অশোনবগী ফংকম থোকপা অধিকার অকনবগী পাম্বোমগী পাঙ্গলনা নমথরোইদবনি। মখোয়গী নীতি অচুম্বা বিচার অসিবু ঈকাই-খুম্নবিবা কদায়দা উগ্রবগে। নোংমা নঙোন্দা হায়খিবদায়, পৃথিবীগী মানচিত্রদা লৈশিন্দুনা য়েংননবা। নিংশিংলিত্রা রাকম অদু? নিংশিংলিত্রা ঐনা লিখিবা চীন লৈবাক্কী বক্সাগী লালদৌগী রারী? লৈবাক মচা-তাবা ইউরোপী-য়ান পব্বারগী দলনা ময়মদা লান্দাহুনা লমন খুনগিবা অদুদা নকশিন্নুদা য়াত্রা চেঙ্গিস খাঁ অদুগা নাদির শাহগী তমগীবা মীহাৎ রারীনা? নুমিংকী মফমদা থাউমৈগী মতৌগুম মহু করিস্থু লৈতবনি। মরম ফনা করিস্থু লৈতবস্থু ওইসনু, অদুগা ফনা চুমদবস্থু ওইসনু, লাঃমগী তাঞ্জানু ফংলবদি মখোয়দা অথিংবা করিস্থু অমুক লৈতে। অফল, অচ্চাং, লুগী,—চিংনবা নত্তে, নীংহনবা লৈতে—পাপকী তমখৈ অমুক লৈতে, ভারতী, হু চেনবা মদিলগী মীহাৎ অদুদস্থু অক-ফঙা বুদ্ধিনা মখোয়দা অপনবা থীবা তমদে। পান্দম য়োবগী দরকারদ, অফংবা লম্বীমা মখোয়গী মফমদদি অচুম্বা ওইরিবনি। নীতিগী অথিংবা, ধর্ম্মগী য়াদবা গুপ্নদগী তান্থোকপিরবা খোঙনেৎনবিরবা ঐখোয়দগী শরুক্রা?"

ভরতী পাউথুম পীদনা ফমহনা লৈ। হায়রিবশিং অসি ককপা য়াবা করি লৈবগে মহাক্না করি খঙগদগে? হিংসা চেল্লবা, থোইদোক্না থম্মোয় চেৎলব', অকীবা খঙদ্রবা, ডাকপি- লৈত্রবা বিপ্লবী, মীখাপোনবগী লাইশ্লনা পুক্নিং-হকচাং পুম্নমক দোপ্পীগী মতৌঙম চাক্লিবা, করি খুদম পীদুনা মকাকপু মাইথীবা পীননবা মহাক্না কদায়দা করি থিবা ফঙদগে? পাউথুম লৈতে, মকাকী লোন নুংবংনগ্রে, অহুবু মহাকী অমকপা চেন্দবা মুপীগী থম্মোয়দদি মকম খঙদবা মীপুংশিনা মখোল থোক্তনা মমাই ঙক্তুনা বপ্লি।

সুমিত্রাদি মুমিং ফনা কুইনগী মমাংদগী হৌনা অসিগুম্বা রা ককথোক ককশিন অসিদা য়াউশিনবা লেপ্লক্লবনি, ঙসিসু মহাক মাইথোং লুকচান্নমা চপ য়ুংনা লৈ, শুপ্পগী বৃক্ষ আয়ারদদি থাংঙম্লক্তে। লৈনরিবতুগী অয়াম্বা শরুক মহাক্না খঙবা ঙম্লমদে, অচিকপা অসিগী মরক্তা মকাক্ত' হংলকই, "ঐখোয়গী সভাগী থবক হৌগদবা অমুক করম্না য়াম্না রাংলিবগে?"

ডাক্তরনা হায়রকই, "অয়াৎপা করিস্তু লৈত্রে। সুমিত্রা, নহাক অভাদা হৌবদা লেপ্লত্রা?"

"হোয়।"

"কৈদোঙৈ?"

"য়ুমশকৈশ অসিদা চংলবা য়াই। হৌথিবা থাংজদদি ঙমদ্রে।"

"লম্বীগী দাবীগা মরি লৈবরা মহক খাদোক্লব্রা ?"

সুমিত্রানা মঙক নোমহুনা হায়রকই, "হোয়।"

মহুগী পাউখুম ডাক্তরনা শুপ্নগী নোকফেং ভোৎরকই। মহুগী মতুংদা পকেটতগী টেলিগ্রামগী চে কয়ামরুম লৌথোক্লুনা সুমিত্রাগী মখুত্তা পীরগা হায়রকই, "পাহুনা য়েংউ। হীরা সিংনা করাং অহিং পীরম্মনি।

আইয়ারন লুকথহুনা পারকই, ভারতীনা চাক্লিবা মোমবাত্তি প য়রি। অশাংবা টেলিগ্রামনি, লোন ইংরাজিনি, অর্থসু য়েক শেংই, অদুবু সুমিত্রাগী মাইথোং মকশিল্লক্রে। মিনিট অনি অহুমগী মতুংদা মক ক্লা মমাই মোনথংহুনা হায়রকই, "কোডকী রাহে অয়াম্বা ঐ নিংশিঙ্গ্রে। ঐখোয়গী সংহাইগী জ্যামেকা ক্লব অহুগা ক্রুগরন। টেলিগ্রাম থারকপনি, মসি নত্তবা অতৈ করিমগা খঙবা ঙমদ্রে।"

ডাক্তরনা হায়রকই, "ক্রুগরনা টেলিগ্রাম ভোরকপনি ব্যাঙ্কিনদগী, সংহাইগী জ্যামেকা ক্লব মোংডাক্লকপদা পুলিশনা কোইশিল্লি,— পুলিশ অলুম অহুগা ঐখোয়গী বিনোদ শিঙ্গ্রে। মহাত্তপ,, সূর্য্য সিংক মচিল-মনাও অনি অমুক্তদা কাপ্রে। অযোধ্যানা হোংকোংদা,— দুর্গা সুরেশ পেনাংদা,—সিঙ্গাপুরগী জ্যামেকা ক্লবক দমক্তা পুলিশনা সহর থুংনা মথক-মথা ওল্লি। চাওরাকপা পাউদি অসিনি।"

পাউ তাবদা কুঞ্জ আইয়ার তাইফেং তাইগ্রে। মহাকী মচিন্দগী শুপ্নগী মসিদং থোরকই, "ড্যাম!"

ডাক্তরবা হায়রকই, "মখোয় মনিম-মনাও অনি রেজিমেন্ট থাদোরক্লিবা কৈদোউঙনো, অদুগা সংহাইদা লাক্লিদা করিগীনো খঙদে। সুমিত্রা, ব্রজেন্দ্র ভশেংনা কদায়দা লৈবগে খঙব্রা ?"

য়াহং অসি তাবদা সুমিত্রা নুং ঙনখ্রে ।

"খঙব্রা ?"

অহানবদা মহাক্কী খৌরিদগী খোঞ্জেল খোয়কউ য়াদ্রে, অদুগী মতুংদা মঙক হাইদুনা হায়রকই, "খঙদে ।"

কৃষ্ণ আইয়ারনা হায়রকই, "মহাক্না থবক অসি তোৌবা ঙমগনি হায়বা ঐ খাজদে ।"

ডাক্তর হোয়-মাই করিস্ত হায়দে,— তুম্মিন্না চপ য়ুংনা ফমদুনা লৈ ।

শশীনা হায়রকই, "ব্রজেন্দ্রনা অদোম খোঙ-লম্বীদা থর্মাদগী থোকথিগনি হায়বা খঙই ।"

ডাক্তরনা য়া অসিগীস্তু পাউখুম পীদে, অদুম নুংঙংনা লৈ ।

য়া মচেং অমত্তা ঙাংদনা ময়াম পুম্নমক মূর্তিগী মতৌঙম তুম্মিন তুম্মিন লৈ। মাংদা টেলিগ্রাফকী চেদু ভারি। মোমবাতি চাকপা লোইদুনা মুথরক্লে, শশীনা অমুক অতোপ্পা অমা চুথংলগা লৈমাইদা য়ুংই। মিনিট তরা মতৌ অস্তুম্না লেপ্লবা তুংদা হান্না জ্ঞান তারকপগী থুদম উরকই কৃষ্ণ আইয়ারগী হকচাংদা। মহাক্না পকেটতগী সিগরেট অমা লৌথোক্লুনা মোমবাতিগী মৈদা চম্লগা মৈথুগা লোয়ননা মুংশা মপী হোন্দোরকই, হায়রকই, "নাউ ফিনিশ্ড !"

ডাক্তরনা মাগী মাইথোংদা য়েংলকই। মচুগী পাউখুমদা অমুক কমা চিংতুনা মৈখুনা মন্না কামথোরকই। শশী যু থক্লম্মী, অচুবু সিগরেটকী মৈখুদি খাংনা ঙমকদে। মৌজিক মহাক্না কায়দখদা চুরুট চন্নগা থংচিং থংচিং চিংতুনা কা অচু মমহল্লক্লে।

আইয়ারনা হায়রকই, "ব্লাস্ট লক্! ইউ মস্ট স্টোপ্!"

শশীনা হায়রকই, "ঐদি হায়না থঙলবনি। কৱিম্মু ওইবা য়ারোই, গুপ্তগী—"

ডাক্তরনা থঙহৌদনা হায়রকই, "নঙ কৈদৌঙৈ চংকনি হায়বা? যুমশকৈশদা?"

সুমিত্রানা মবাই নোনখংতুনা য়েংলক্লে, মঙক নোমচুনা হায়রকই, "হোয়।"

শশীনা হায়রকই, "পৃথিবী শিন-থু'বা অমুক হাক্না শক্তি লৈবা রাজশক্তিগী মায়োক্তা লাংহল্লোনবা হোংনকুবা গুপ্তগী কায়দখদা নত্তে, ঙাওচংনবনি। ঐদি হন্না হন্না হায়জরক্লিবনি ডাক্তর, অরোইবদা কনাম্মু লৈহৌরোই।"

আইয়ারনা কয়ি থঙবগে হায়বা মহাক্তনা থঙলিগনি, মচিন্দগী মৈখু কাবথোক্লগা মঙক নোমচুনা হায়রকই, "ট্রু।"

ডাক্তরনা ফুক হৌগংলগা হায়রকই, "ঙসিগী ওইবা ঐথোয়গী সভা লোইশিল্লে।

মচুগা লোয়ন-লোয়ননা ময়াম পুম্নমক হৌগংনরক্লে, মরাম্না মাগী মাগী মতু ফোংদোক্লরকই, কোংদোক্তবদি গুপ্তগী

ভারতীদনি। মহাক্না মনা-মনিল নাইদনা ডাক্তরগী মমাক্তা চংশিল্লরগা ডাক্তরগী খুং মেং পায়হুনা চিংশিল্লগা। ভুম্মিন ভুম্মিন হায়রকই, "দাদা, ঐঙোন্দা তাক্লমদনা কদায়দম্ব চংপিরোইদবনি।"

ডাক্তরনা মচিমদি কৱিস্নু হায়রক্কে. তুপ্পগী মহাকী বজ্রগুম কল্লবা থুবাম-হুংদা পায়রিবা পিক্রবা থোংলবা খুংহুদা তপ্পপ্পা চপশিল্লগা থোকখ্রে।

## কুন্থ্রামাথোই

মথংগী নুমিৎকী নোংঙাল্লকপদগী হৌনা অতিয়াদা তপ্পা তপ্পা নোং মংশিল্লকই, অহিংদা নোংলিক খরা খিকখি, নুমিৎ য়ুংবা মতুংদগী নোং তাবগা লোয়ননা নুংশিৎ য়াউরকই। ওয়াং ভারতীনা সুমিত্রাবু হলহনখিদে. হায়নখিবা রা নৈ, ওসি চাব থকপা লোইরবা মতুংদা মহাক বিদায় লৌহুনা নৈকমদা হনখিগনি। অদুবু অম্ৱা নোং কপ্পা তাররক্লে মহুদি মপালদা খোঙ থাংথোকপা লুই, ভুরেল লামবদি থাপ্লবা রানি। লেপ্পা নৈতে, পোথাবা নৈতে, নুমিৎ নৈথরকপগা লোয়ন লোয়ননা নোং-নুংশিৎ অন্থুম অন্থুম কনখৎলকই। শশী হিন্দু হোটেলদা নৈ, নুংথিল কোইথোরকই, হৌজিক ফাওবা হনবা য়াত্রি।

হুমিং করম্বা কালদনো তাগ্রে, সন্ধ্যা হৌগ্রে, খঙবা ফাওবা খঙহৌত্রে ! ভারতীগী মথক্কী কাদা খোঙনাও পুন্নমক লোনশিন্দুনা থাউমৈ থান্দুনা ময়াম পুম্নি। সুমিত্রানা মশা ঙিংখোঙ্কুনা অমাম চেয়ারদা ফিপ্লি, শশী কাংখোল মথক্তা খোংঙ্গোয় চন্দুনা ফম্লি, মথাদা কম্বল থাহুনা অপূর্ব্ব ফম্নি অমম্লুং মহাকমক্কী চানবা খোয়াং তৌহুনা লৈমাইদা ঙংশেন-থাং খিন্দুনা ভারতী হৈ খোক্লি। খোইনা লাপ্তনা মচি অমদা স্টোভ মথক্তা হয়ায় মুগকী খেচড়ি প্রুক প্রুক শৌরি।

অপূর্ব্বনা হায়রম্মী, সংসারদা মহাক্কী হৈনিংবা লৈত্রে, সন্ন্যাসমক্তা মতোন্দা থ্বাইদগী অথে ইবনি। শশীনা রাকম অসি শৌগংপা ঙম্রমদে, প্রমাণ খুদম পীহুনা মহাক্তা য়া কক্কুনা খওহন্নম্মী মহুদি, অসিগুম্বা বাখলনি অফবা নত্তে, মরমদি সন্ন্যাসদা সুংঙাইবা কান্নিম্ব য়াউদে ; খোইদোক্লুহুম, বরিশাল কলেজদা প্রোফেসার ওইরবা দরখাস্ত থাখিবহ য়ারকপা খোক্লবদি মহ তৌবা চুম্মী।

অপূর্ব্ব মথরায় সুংঙাইজত্রে, অহবু য়া ঙাংদে। ভারতীনা খঙই, অহুনা মহাকমক্তা মশিগী শাউথুম পীহুনা হায়রকই, "পুন্সিদা সুংঙাইখোকপা নত্তনা মীওইবগী অচৌবা পান্দম অতৈ লৈদ্রোই-ত্রা শশীবাবু ? পৃথিবীদা মী খুদিংমক্কী মিংয়েং চপ মান্নবা নত্তে !"

মহাক্কী য়াঙাংগী মওংহুদা শশী হাইরেং য়ারৌই। ভারতীনা

অমুক হন্না হায়রকই, "মহাক্কী মপুক্কিংগী কিভম হৌখিক কথা নত্তে, মতম অসিদা মাগী ছুংগী মরিদা থম-নৈনরুবা গুপ্নগী কান্নদবদা নত্তে, চুমদবনি। মহুগী শরুকপুদি থোইদোক্কহল ঐখোয় ইশাগী—"

"ঐ নিংশিংলুদ্রে ভারতী।"

শশীনা নিংশিংদবদা কনিস্থ ঙক্কিংঙাই নৈতে। চৈমক অসিদা অপূর্ব্বগী অতোপ্পা থোদোক অমত্তু থোকদ্রে, মহ ভারতী নত্তনা অতোপ্পনা থঙদে। সংসারগী হিসাবতা মহুগী কল অমত্তুং য়াওল অহু মমা কায়নবগী তাবা নত্তে। মমা শিথিবগী পাউ তাবদা অপূর্ব্বগী ময়াম্বা বিনোদবাবুনা রাহুল টেলিগ্রাম তৌরকখি, অদুবু মসিদগী হেমবা করিস্থ নত্তে। মমা পাউহনা, থোইদোক্কা মপুক্কিং সুংশিন্না ওইরম্বু য়াই, মহৈথংদা গঙ্গা চেপ্পবা ম্লেচ্ছগী লৈবাক বর্ম্মাদা মপাবু লোই থাজপ্রে হায়বা থঙলবদা অপূর্ব্ব মথরায় সুংঙাইতবনা য়াম্নোবনা পূমঙাক ঙাওখি। সুমিৎ নিনি কলিকতাদা লৈরম্মী, অদুবু মমুমদা চংদে, ছুমদে অমত্তুং হন্নমদায়দা মচিন পেম্না ঙাং-শরুম্নগা লাকই। অদুম ওইনমক অন্নুক হাক্না শাথীবা খুদোংথীবদা থ্বাইগী অতোপ্পা ওইবনা মহাক্কী অচেৎপা থাজবা লৈরম্মী, মহাকপু লৌরনবগীদমক কনানো নত্রগা কনানো অমদি শোয়দনা লাকনি। তেরাগী লৈরম্লবদি কন্নি ওইগদগে হায়বা খঙদে, অদুবু মাস্থ নৈতে, ছুটি লৌহনা মরমদা চংখি।

বাঙালী পুরোহিত মকম অসিনস্থু লৈ, ঙসি অয়ুকমক অপূর্ব্বনা ভারতীবু কৌরগা হায়রম্মী, মহাক কলিকাতাদা চংলরোই, মওং অমদবু ওইরবস্থু মমাগী শ্রাদ্ধ মকম অসিদকুদা পাংথোক্লগনি।

মমানা ইথঙ থঙহৌদনা লাকপগী মরমদি মপুক্তগী তাবা মচামুপাশিংদা থম্মোয় ফাঙমদনা পুক্নৌ-পায়োবদগীনি,— পাউ অসি অপূর্ব্বনা থঙলগা লাকপনি, গুপ্নগী থঙজবা ওমদবদি ক্রীশ্চন মিঙোল ভারতীগা কয়া হকচিমনা মরি য়েংশিনপ্রবগে হায়বা অসিদনি। কয়া নায়বী জ্ঞান তান্রবী মমানা মচাদা পাউদমজনবা মতম ফংখিদে, অমস্থুং বিনোদবাবুনস্থু শাউছুনা রা ভাংলকখিদে।

থঙহৌদনা ফিক্কক থুম্লিবা কি হায়দোক্লগা সুমিত্রা হৌগৎতুনা কয়ে, হায়রকই, "মথাদা থোঙ হাংছুনা কনাসো চংলক্লে, ভারতী।"

ম্নংশিং শিংগা অমস্থুং নোং চুবগী লেপ্তুবা মথোল ময়ক্তা করিস্থু অমুক তাবা কংবা লুনা থোকই। চিংনবমা ময়াম পুম্নমক থকংমরক্লে, ভারতীনা মিকুপথুক মমা থাঙ্গৎতুনা তাগা হায়রকই, "নত্তে কনাস্থু নত্তে! অপূর্ব্ববাবুগী মীনাইছু মথাদা ফম্লিবনি।"

অহুবু থংনবা মিংকুপমক্তদা মহাক্তা সিঁড়িদা মশক থঙবা থোঙথাং মথোল তাবদা হয়াংওছুনা লাউরকই, "হৈম দাদানিদনা লিশিংলক লিশিং তরারক, লিশিং কুনলক, লাক্কলক রেলকম!" মথুঙগী উইহে অমস্থুং ভাশেম-থাং ছন্দোক্লমছুনা সিঁড়িগী মচিন

তান্না চোঙ্থোক্লগা হায়জরকই, "ক্রোশমক, ক্রোশ কুমলক, ক্রে'র লিশিং লিশিংলক গুড্ ইভ্নিং দাদা, খুদা লেংশিনবিরকউ!"

সব্যাসাচীনা ইমুংদা চংলক্লগা মনঙ্গলদগী অচৌবা মখোঙ্ থাক্লগা নোক্লুনা হায়রকই, "গুড ঈভ্নিং। গুড্ ইভ্নিং! গুড্ ইভি্নিং!"

ভারতীনা মহাক্কী থুং অমি মথুং অমিনা পায়শিল্লগা হায়রকই, "অসি য়েংউ দাদা, নহাক্কীদমক খেচড়ি হৌরিবমি। ওভরকোটতু হান্না লৌথোকপিয়ু! ইঃ – থে.গুউপতুদি পুমচোং চোংলেদনা, ঙাইবিখো ঐ লৌথোকচগে।" অসি হায়রগা মহাক.কোর্ট হান্না লৌথোকত্রা, নত্তগা বুট মরি হান্না লৌথোকত্রা ভাব তাত্রে। চেয়ারময়াদা চিংশিন্দুনা নমহুনা ফমহল্লগা হায়রকই, "ঐ থোগুউপ লৌথো'কে; তমখিত্রে, মোং অসিদা গাড়ীদা লাকপিগে নৈতে! দাদা, ঙসায় কবি চাবিরকপগে? পুক থনবিত্রা? নুংঙাইহা বামি! আজ্ঞা-ইবুংঙোগী হোটেলদা ঙসি শা থোংই হায়বা ঐ পাউ কংই, লৌক্লচোয়া দাদা, চেন্দুনা তেঙ্গোং অমত্তং? চাবিগেবা? শেংনা খুম্বিয়ু!"

ডাক্তরনা মাইথোং মকালাম্না হায়রকই, "মামা ঐবু ঙসি ঙাওহনগদৌরিত্রা কৈবো!"

ভারতীনা থোগুউপ লৌথোক্লগা হোগংত্তুনা লেপ্লগা মহাক্কী মকোক্কা মথুংনা শোক্লগা হায়রকই, "ঐনা থজবমক থোকই।

অসি হায়রগা মহাক্না ফিরানখোঙ্গী তারেল লৌরুনবা থুনা যাংনা চৎখ্রে ।

মিদিট অমরোমগী মতুংদা অঙাংমচাগী মতৌগুম অসিগুম্বা থৌদৌ তৌরম্রে মহুদি, শশী নোকখোরক্লে । হায়রকই, "অদোম্বু ভারতীনা চহি মঙা-তরাগী মতুংদা উম্নবগুম্মী ।"

ডাক্তরনা হায়রকই, "মহুদগী কাওবা হেল্লি ।" অসি হায়রগা ভারতীগী মথুক্তগী তারেল চিংহুনা হায়রকই, "মামা লুমা তৌমনবগী মৈশানা ঐগী থরায় চৎখ্রে ।"

থরায় চৎখ্রবা ! অহুদি, কমহুনা লৈখিরো ।" অসি হায়রগা ভারতীগী শাউদিন্নহুনা ফুক হৌগৎলগা উইহে খোঙদবগী ভাগেম থাং ময়াদা ফম্লরে । মহাক্কী মরুপ, সখা, পোকন্নিরবা মরুং-মোংশ্রদগী হেনবা ইমুংগী মী ওইরিবা— ডসি কল্লবা মোং লুংশিং মরক অসিদা ইথা থাক্কদনা, থনঙমদনা, মহাক (ডাক্তর) লাকপসিদা মুংশিবমা, শ্রদ্ধামা, ওইজবা খিদবা পাগপক্তবা অপেনবমা মাগী থশ্মোয় থুমহংলক্লে—মশা.বু কল্লিনা কাখজগদগে? হেক্লিনবা কল্লিগুম্বা লৈরম্বা খোক্লবম্ মহুবু কল্লিনা থিজদগে?

সুমিত্রানা তুম্মিন্না য়েংলকলিবনি, তুম্মিন্না অহুম লৈ, অহুবু তুক্কচবা অমদি থুপচায়বা থবনবনা থল্লিবা মমুং য়োনা উঙমদ্রবা য়ুথলনা অস্তক কুইবসি মখাক্কী মিংয়েংবু থজিন্দুনা থনশ্রনি, থঙহৌদনা মহু হাইদোকখিহুনা অহুক্কী মতিক লুথনা উবা ফংলিবা মখৈ গুপ্পগী শেংলবা মঠিল-মৌপবাগী ওইবা

অক্কবা ঈচেল মপা-মচী অমি অসিগী মরক্তা উবা ফংলক্রে। মিংকুপ্তগী ওইনা ওইরবস্থু করিগুম্বদা মফম অমুদা পাপ্পা শোকলুরে থল্লুবদদা ছসি মহাক মমাই খোনথংপা ঙমখিদ্রে। লোংলু-নিংঙাই, ঈকাইকুনিংঙাই ভারতীগী করিস্থু লৈতে হায়হুনমক মহাক্তা মতৌ অস্তম্না ঈকাই-খঙদবীগী মতৌগুম সব্যসাচীগী মশাগী মী ওইবা ঙমগ্রিবনি, রাকম অসি ঙসি স্মুংত্রানা খঙজবা ঙম্নে।

অস্থুক কুইবসি মপাহুনদা ভারতীগী পূক্লিং চংলম্মী, হৌজিক কিয়োমহুদা মাগী মিংয়েং তাক্লরে। মপূক্লিং লাংতক্লনা চিংনবনা তৌফম খঙত্রহুনা হায়রকই, "করে, নোং-মুংশিং মদক অসিদা মরোম অদি পুরক্লিবা করিগীনো হায়বিয়ুদনা ? কদায়দমু ওইরবস্থু চংশিগদবদি নত্তেদনা ? মীনম্বা ঙাংহুনা ঠোগ তৌবা য়াবোই হায়জহৌবসিনি, দাদা।"

ডাক্তরমা মোক্লনবা হোংনরকই, অহুমু মহাকী মাইথোংগী ফিভম উবদা মশাগী মচিন্দা নোকপা চংল্লে, অহুম ওইনমক লৌলাঙ মঙংদা ঙয়াং ঙয়াং হায়রকই, "চেন্দ্রবদি রামদাসকী মতৌগুম ফাহল্লগত্ত্রনে ?"

শশীনা মঙক নোমহুনা হায়রকই, "তশেংনা অহুম্মমক।"

ভারতীনা শাউহুনা হায়রকই, "তশেংনা মহুম্মমক! অদোম্না পীরিবা মত অহু করিনো খঙবিত্রমাল্লে শশীবাবু।"

"এঃ—খঙদবা ?"

"করিস্থু খঙদে।"

ডাক্তরনা মাইথোং মকা লাম্না হায়রকই, "থংনরবদি খেচড়ি শোয়রনি। ফরে অপূর্ব্ববাবু, ভরাংগী অহাঅদা চংত্রবদি অদোম মতম চানা মৌথং য়ারোই।"

অপূর্ব্বনা শকফম হঙ্গিম্না হায়রকই, "ইমাগী শ্রাদ্ধ মফম অসিদা পাংথোক্লগনি ডাক্তর।"

"মফম অসিদা? মরমদি?"

অপূর্ব্ব ভুম্মিন্না লৈ, ভারতীনসু পাউথুম পীরক্তে।

ডাক্তরনা মপুক্লিংদা ভাব তারে, কোংদোকপা য়াদবা কন্নিনো অমা থোকখ্রে হায়বা। হায়রকই, "ফরে, ফরে। অদু ওইরবদি হল্লুবগীবু কন্নি দরকার লৈ রিবগে? অদোমগী হায়গী থংজু থাদোক্লিদনা?"

অপূর্ব্বনা মসিগীসু পাউথুম পীদে। শশীনা হায়রকই, "অপূর্ব্ববাবু সন্ন্যাস লৌগদৌরি।"

ডাক্তর নোকথোরক্লে, হায়রকই, "সন্ন্যাস? মসিনা অমুক কন্নি রা!"

মহাক্লা নোকপা অসিনা অপূর্ব্ব লুংচাইজত্রে। হায়রকই, "সংসারদা অপাম্বা লৈত্রবা, পুন্সিদা মহাও চেন্দ্রবা মীগীদি মসি নত্তনা অতোপ্পা করম্বা লম্বী লৈরিবগে ডাক্তর?"

ডাক্তরনা হায়রকই, "পুম্নমক অসিদি অরাংবা আধ্যাত্মিকী রাকয়ি, অপূর্ব্ববাবু. মসিগী মরক্তা ইথৌ নত্তবা ইথৌ শাহনা য়াউনবা ঐবু অমুক মীহোৎনবিরমু, মহুগী শরুকপুদি থোইদোকনহুম শশীগী মত লৌবিয়ু, মাদি থত-হৈবনি। স্কুলদা কেল

ওইহনা অমুক্তি মা চহি অমরোম চুপ্পা সাধু-বাবা অমগী চেলা ওইরুরবনি।"

শশীনা চমথোক্তুনা হায়রকই, "চহি অমগা মথারগী মথক্তনি। চাউরাক্লা চহি অনিনি।"

সুমিত্রা অমসুং ভারতী নোক্লকই। অপূর্ব্বগী চীংলেম্বা শক্তম মসিনা কায়দে, মহাক্লা হায়রকই, "ইমা শিবগীদমক ইশামক্তা ইরালগুম থজি, ডাক্তর। নুমিৎ অতুদগী হৌনা ঐনা অত্তনা রাকম অসিমক থরক্লিবনি। থাজৈমকশেংনা সংসারদা ঐনা দরকার লৈত্তে, মসি ঐগী ইকমদা শেন্দনা খোক্লে।"

ডাক্তরনা ওইহাক মহাক্তা থম্মোয়দা তশেংনা নৈশা ফাওরক-পগুম তৌরকই. মুংশিবিবগা লোয়ননা খোঙেল নেম্না হায়রকই, "ম'ওইবগী মাইকৈ অসিদি ঐনা থন্দুনা য়েংলুনবগী করিগুম্বদম্ব দরকার ওইথিদে অপূর্ব্ববাবু, অদুবু ঐগী অচম্বা বুদ্ধিদদি মসি লাল্লম্বদু য়াই হায়না থজি। শেন্দবা মরক্তা সংসার থাদোক্লগা গুপ্পগী লক্ষ্মী চেন্দবা পুন্সি লেনবদি য়াই, অদুবু বৈরাগ্য-সাধনাদি ওইরোই। মীনুংশিগী মরক্তা, নুংঙাইবগী মরক্তা লৈরবদি করি— অদুবু তাংদাংবদি থগুদে—"

থগুহৌদনা ভারতী অনৌবা জ্ঞান অমা ফংবগুমপ্রে। ফিংনা হায়রকই, "মহাক চপ চানা থগুঃ দাদা, কেদৌঙৈদম্ব নঙোন্দগী অরাপবা থোরক্লোই,— অরানবম্ব ওইরোই। মসি অচুম্বনি।"

ডাক্তরনা হায়রকই, "পুক্লিংদদি মচুম্না থজি। ইমা শিপ্রে। লাক্লিবা করিগীনো, করিগীদমক্তা অহোম চংশিনিং-ত্রিবনো, ঐ করিম্ব থগুদে, থগুনিংবগী লাংতক্লবম্ব লৈতে, অদুবু

কনাগী শাক্তংতবু ওইরবস্তু করিগুম্বা পেন্দবা লৈবিরবদি, লাকদবা তুংগী মতুদনা অচুম্বা ওইরগদ্রা, অদুগা অমুক্ত করিগুম্বা কদায়দগীবু কংলবস্তু পুক্নিদা মতুগী করিগুম্বা মমল অমত্তা লৈরম্লোইদ্রা ?”

অপূর্ব্বনা হায়রকই, “সংসারদা দাদানা করিগুম্বা—”

ডাক্তরনা হায়রকই, “সংসারদা অপূর্ব্বগীদি ময়াম্বা বিনোদ-বাবু লৈ, ভারতীগীদি মবুং সব্যসাচী লৈতব্রা ? য়ুম অদুদা অদোমগী লৈকম লৈতবস্তু য়াই, কলকাতাগী য়ুম মচা অদুথক নত্রবদি বামনগী বিশ্ব-ব্রহ্মাণ্ড থুংবা খোঙফমগী মতৌগুম পৃথিবীগী মফম কদায়দস্তু তদোংগী লৈকম অমমুক কংলরোইদ্রা ? অপূর্ব্ববাবু, থম্মোয়গী ঈথক মমল লাইদবা পোংশক্তি, অদুবু জ্ঞান মাংহন্দুনা থম্বা তারবদি অদুক চাউবা য়েক্লবা অমমুক মীওইবগী লৈত্রে।”

অপূর্ব্বন' য়াম্ন কুইন' তুম্মিন্ন' লৈক্লরগা হায়রকই, “অদুবু ধর্ম্ম-সাধনা নত্রগা আত্মাগী মুক্তি পাম্বদগী ঐ সংসার থাদোকপা পাম্বা নত্তে ডাক্তর, করিগুম্বা থাদোক্লবদি মঁগী মাইকনবা তৌগনি। ঐবু ময়াম্না থাজবিবা লুনা থোকই, থাজবিদ্রবস্তু দোষ তৌক্লনিংঙাই লৈতে, অদুবু মোংমা ময়াম্না অপূর্ব্ববাবুবু থঙবিখি, হয়া শিগ্রবা মতুংদগীদি অদুগুম্বা অপূর্ব্ব অদু এহাক নত্রে।”

ডাক্তরনা হৌগংতুনা চংশিল্লক্লগা মহাক্কী লেংবান্দা মখুং থমদুনা হায়রকই, “নহাক্কী য়াকম অসি অচুম্বা ওইবা ওইমদু অপূর্ব্ব।”

অপূর্ব্বনা কপ্লিংবনা ক্নুমগৎলক্লবা খোংজলনা হায়রকই, "হৌজিক্তগী ঐহাক নৈবাক্কী থবক্তা থরায় লুপশিল্লগনি।" অসি হায়রগা মহাক্না ডাইহাক চপ য়ুংনা লৈরগা হায়রকই, "ঐগী য়ুম কলকাতাদনি, সহরদা চাউরকপনি, অদুবু সহরগা ঐগা খজিক্তা ফাওবা মরি অমুক লৈনদ্রে। হৌজিক্তগী হৌনা খুঙ্গং-সেবাদনা ঐগী অমত্তা ডাইরবা ব্রত ওইরবনি। নোংমা লৌ উবনা অথোইবা ওইবা ভারতকী খুঙ্গংমক্ক থরায় ওইরম্মী, খুঙ্গংমক্কা মাগী য়াংলেন শরু ওইরম্মা। ডসি মতু লৈখা তাননা মাংখিগদৌরে। চাউখৎপা কাংবুমথৈ ডম্না খুঙ্গং থাদোক্তুনা সহরদা লাক্লে, মক্সম অদুদগী খুঙ্গংবু অহিং-নুংখিল নাইদনা শাসন তৌরি অদুগা ঈ ঢিং মসি নত্তনা অতোপ্পা করিগুম্বা মরি অমত্তা—লিপুন ধমত্তা থমদে। থমদসনু, অদুবু মতম চুপ্পদা মখোয়গী চাননবা চেং, শেংননবা কি থৌরাং তৌহুনা পীবিরিবা লৌমী কাংবু অদু ডসিদি চাবা ফংল্লে, লাইরিক লৈতে, অদুগা উপায় লৈজদবা ওইহুনা অশিবগী লম্বীদা কয়া চেমশিল্লি। হৌজিক্তগী হৌনা ঐহাক মখোয়গী য়াইফনবগী থবক্তা পুক্লিং চংলগনি, অদুগা ভারতীনস্তু মথরায় খুবাক্তা হাপতুনা তেংবাংগনি হায়না থাজবা পীরে। খুঙ্গং খুঙ্গংদা স্কুল হাংদোক্তুনা, দরকার ওইরবদি য়ুমথোং খুদিংদা চংহুনা মখোয়গী মচা-মচা লাইরিক তহনবগী থৌদাং মহাক্না লৌরগনি। ঐগী সন্ন্যাস লৈবাক্কী দমক্তনি, হশাগীদমক্তা নত্তে, ডাক্তর।"

ডাক্তরনা হায়রকই, "সাধুগী বানি।"

মহাক্কী মকমদগী শুপ্পদগী বাহৈ অনি অসিদদি কনামক্তু আশা তৌরমদে। ভারত"না যাইখোং মক্কা হায়রকই, "অহুগা মাইকৈ অমম্মোমদা য়েংলবদি মসিদি মহাক্কী থবক্তি দাদা। মখি লৌ উবদা অখোইবা শিনকম ওইবা লৌমীনা থাক য়াংখংজক্রুবদি করিক্তু ওইবা য়াবোই।"

ডাক্তরনা হায়রকই, "ঐদি য়াদবা তৌদে ভারতী।"

"অহুবু মহাক্কী হৈনিংবক্তু লৈতে দাদা।"

ডাক্তরনা হায়রকই, "লাইরবা লৌমীগী কমবা তৌবিবা পায়রবদি মখোয়বু ঐনা আশীর্ব্বাদ তৌবি। অহুবু ঐগী থবক্তা তেংবাংবনি হায়না খনবগী দরকারদি লৈতে। লৌমীশিং নিংথৌ ওইসনু, অহুবু তেংবাংদি মখোয়গী মকমদগী ঐ আশা তৌক্রুদে।"

অপূর্ব্বমোমদা ওনশিন্দুনা হায়রকই, "কনাগী কনবা তোঙ-দৌরিবনি হায়হুনা কনাগী মশাদা হামুক তৈংশিনবিগদবনি, মহুদি অর্থ খোক্তে অপূর্ব্ববাবু। মখোয়গী লাইরিক-অনংবগী মক্কদা লাইরিক লৈবা চাউখৎপা কাংবু নত্তে, মরু অহ খিদোকপা তায়বদি নহাক্কা অতোপ্পা মাইকৈ অমদা খুনিং কাংহুনা য়েঙ্গদবনি।"

অপূর্ব্ব মখবায় শুংঙাইরক্রে। হায়রকই, "অহুবু মসিদি ঙসি ময়াম্মা ঙাংনরি।"

"ঙাংনজসনু। অরানবা অহুদি মী কোটী কুন্থ্রাক্তুমদোই চংহুনা হায়রবক্তু অরানবনি। খোইথোক্কুহুম লাইরিক লৈবা চাউখৎপা কাংবুদগী হেন্না বদনাম চাবা, ঈকাইবা নংবা, খুদোংথীবা নংবা সমাজ বাঙলা লৈবাক্তা অতোপ্পা অমা লৈতে।

মহুগী মথক্তা মীমম্বা কলঙ্গী পোংলুম ননশিনবিহুনা মখোয়রু ইরাক্লুহনবা পাম্লিবা করিগীনো ? মীরৈবাকী রীতি-নীতি অহুগা সমস্যা পুম্নমক মশাগী মরৈবাক্তা চুশিন্নগনি খনত্রা ? মপালদগী অওং-অনৈনা মিংকুপ খুদিংগী মাংহন-তাকহল্লক্লি, অহুগুম্বা মতমদা অমুকস্থ ইমুং মশেল খংনকম্নবা শিনবা পাম্নিবা করিগীদমক্তনো হায়রু ? পেন্দবনা লৈবাক শিন-থুংগ্রে,—হুংশিবগী লিপুন, শ্রদ্ধাগী লিপুন শিংকুপ শারক্লিবা করিগীদমক্তনো খঙত্রা ? মখোয় খরগী লোযনা লাইরিক হৈবগী ম'য়োক্তা লাইরিক হৈবনা লান্দাবনা। শশী, নোংমা নহোন্দা ঐনা থবক অসি থিংখিবত্থ নিংশিংলিত্রা ? ঐখোয় মশেল মরক্তা বদনাম শন্দোক-পদা অচুম্বা হাংখোকপা গুম্বগী চাউখোকচবা অমদি লৈবা য়াই, মওং অমগী মমল য়াউদবা মিংচৎস্থ শন্দোক্লুরকপা য়াই, অহুবু মসি শুপ্নগী হশোয়রবদা নত্তে, মীনম্বনি। মখোয়বু মীপ্যাইহনগদবা নত্তে.—তাইবংপানবগী মফমদা মখোয়বু মীনোক চংহন্নবগী মচাক ওইহনগদবা নত্তে! মতম বুইমগী তুংদা মহু নোংমা থুলবস্থ য়াই; অহুবু ঙসি ফাঙবদি মহু য়াম্না রাংলি।

ময়াম পুম্নমক তুম্মিন তুম্মিন লৈ, ভারতীংনদি হপ্না ওপ্না হায়রকই, “করিস্থ খনবিগন্থ দাদা, অহুবু ঐ তত্তনা উত্তরক্লি, থুঙ্গংগী মাইকৈদা নহাক্কী মীন্থংশি রাংলি, নহাক্কী মিংয়েং শুপ্নগী সহরদদনি। লোমীশিংগী মাইকৈদা নহাক্তা থৌজালবিবা লৈরে, নহাক্কী মিং অনিমক শুপ্নদগী কুলি-মজুরগী মাইকৈদদা থম্মী। অহুনা নহাক্কী লম্পৌগী দাবী লিংখৎলিবনি মখোয়মকী

মরক্তা। অদুগা করিগুম্বা নহাক্কী থখোয় কোবা পোংশক অমা লৈরম্লবদি মতুনা তপ্পগী মরাই থংবা থক্কী মীদমা, লাইব্রিক কৈবা চাউথংপদদা য়েংহনা লৈ। মখোয় অসিমক নহাক্কী আশা থম্বিংজাইনি, মখোয় অসিমক নহাক্কী নশাগী মীনি। তকপিয়ু মসি মীনম্বা রাম্বা ?"

ডাক্তরনা হায়রকই "মীনম্বা নত্তে ইচল, থোইদোক্লা অচুম্বনি। কয়ারক শম্না হায়রবহুনি নত্তোন্দা, 'লম্বীগী-দাবী' লোমীশিংগী য়াইফনবা সংস্থান নত্তে, মসিদি এগী স্বাধীনতা তানবা খুংলায়নি। কুলি-মজদুরশা লোমীগা অম্না নত্তে ভারতী। অদুনা, এগাকপু ফঙ্গনি কুলি-মজুরগী মরক্তা কারখানাগী থ্য রাকতা, অদুবু থিবদা ফংলোইদবনি লোমীগী থাংপোক্লা। অদুবু বরিগুম্বদম্ম অখোইবা খোদাংবুদি কাউ-থোকহনখিরোইদবনি ইচল।" স্টেশনকী মাইকৈরোমদা মাগী মিংয়েং চিংশিল্লহনা হায়রকই, "লেবাক কনবদি মুমিং মিমি খিন্থরবস্থ থাংবা ঙমগনি, অদুবু খেচড়িহ কারবদি থাংবা ঙম্লোই।"

ভারতীনা চেনশিন্দুনা তোক্লগী মথুম কাংদোক্লুনা য়েংলগা নেংকখেং তৌনা হায়রকই, "কৌক্লুনিংঙাই লৈতে দাদা, নোংচুবা অহংগী খেচড়ি নহাক্কী চাকলুক্কগী শংলরোই।"

"অদুবু মতু কয়া য়াম্না থাংলিংগে ?"

ভারতীনা হায়রকই, "মিংটি ভরামণ্ডা-কুন্দনি। অদুবু কাথু হাথুবিরিবা করিগীনো হায়খিবুদনা ?"

ডাক্তরনা নোক্তুনা হায়রকই, "ঙসিদি নখোয়গী নকথংদগী হিদায় লৌবা লাক্লিবনি ।"

বা অহু ওইনিংদা অমা ওইসনু, মহাক্কী নোংমি নোকখিবা মাইথোংদা য়েংলুবদা কনানসু মহু থাজদে । মপালদা নোং-মুংশিং লেপ্পা লৈতে, ভারতীনা ঙাইহাক খোঙনাও হাংদোক্তুনা য়েংলুরগা হক্তিল্লরুগা হায়রকই, "ইমাই পেম্মা ! পৃথিবী থব-থা থোক ওনগথা মাল্লি । বিদায় লৌননবা মতম্মি হায়বা মাই, দাদা !" মিংনা কুপ্পদ মহাক্কী অতোপ্পা বা অমা থঙনিং নিংশিংলক্লে, হায়রকই, "অহুবু ঙসিদি কা মচা অসিদা তুম্বিবা তারে । ঐ ইথুংথক্লা অঙকপা ফংনা কম থাজগনি, করি হায়বগে ?" অসি হায়রগা মহাক থম্মোয়গী থুপচাম্নবা হরাওবনা থুমহংলক্তুনা খেচড়ি চৌবদ মমাই ওনশিনখ্রে । ডাক্তরগী মফমদগী করিগুম্বা পাউথুম অমত্তা পীরক্লে হায়বা অহু ফাওবা তার ওইক্লদে ।

মতম চানা চানবা শিনবা লোইরে, ডাক্তরনা মঙক হাইত্তুনা হায়রকই, "নত্তে মহু য়ারোই ভারতী, য়েনব-খোংপগী মমিংদা নহাক অমুক নৈলহৌবা য়ারোই । ঙসিদি ঐখোয় পুম্নমক পুন্না চামিন্নগদবনি ।"

ভারতীনা য়ারপ্তুনা হায়রকই, "মহুদা তারে দাদা, ঐখোয় মরি ইকোক্ত কোইশিন্না কমত্তুনা চামিন্নগদবনি ।"

ডাক্তরনা হায়রকই, "কোইশিন্দুনা চামিন্ননা য়াই, অহুবু মবুক লাল্লবা অপূর্ববাবুবু মাংলা খমত্তুনা ঐখোয় চাবদা হজম ওইররোই । মহু মতোম্দা হায়যু ।"

অপূর্ব্ব নোক্লকই, ভারতীনা মোককেং নোক্লকেং তৌনা হায়রকই, "মহুগী থকীবছু ঐখোয়গীদি লৈবা য়াই, অহুবু মহাক্কী হজম ওইবদা করানা অপনবা পীবা ঙমগদগে দাদা ? মৈ অহুদা চৎং-মান ক,ওবা হুপ্তিরবস্থু উং ওনগনি। খুংচা অহু উজগ্রে।" অদি হায়বদা ভারতীনা অতোপ্পা হুমিং অমগী চাবগী বাফম নিংশিংলকপদা থম্মোয়দা তু চুংবগুমগ্রে

চাবগী ভাক্কক হৌরক্লে। চাক-ইঙ্গাংগী থাগৎপদা অমম্লুং অচম্বা কাপি-কোগাইদা ইমুংগী ঈশিং-থুংশিং মিংকুপ্তা হোংব-গুমগ্রে। চাব-থকপা মপু ফানা চথরিডৈদা খঙহৌদনা রস অহু থুগায়রকই অপূর্ব্বনা। মহাক্লা হায়রকই, "হুমিং নিরিগী মমাংদা থবমদা মুংঙাইবা পাউ অমা থেংনাখ ডাক্তর। করিগুম্বা মহুনা চুম্লবদি অদোমগী বিপ্লবকী থৌরাং তশেংনা অরেম্বদা ভারগনি। ভারত গোভর্নমেন্টন মখোয়গী শাসনগী নীতি-নিয়ম মতিক চানা শেমদোক্লগনি হায়না থাজবা পীগ্রে।"

শশীনা মিংনা কুপ্পদা রায় পীরকই, "মীনম্বা রানি! নমথাক্লি!"

ভারতীনা তশেংনা থাজরে মহুদি নত্তে, অহুবু তৌপিরমবা হয়াও-লাংতক্লবগা লোয়নমা হায়রকই, "নমথাক ওইরমদবস্থু য়াই শশীবাবু, মেতাশিংমা শতাব্দী ভত্থায় অমা চংনা— নত্তে দাদা, মহাক নোকপিবা য়াম্মোই হায়রিবসিনি। —মখোয়না মথবায় খুবাক্তা হাপতুনা তৌবা আন্দোলনগী করিগুম্বা ফল অমত্তা লৈরোই থনবিত্রা ? শাসন তৌরিবসি মীরৈবাক মচা

ওইরবন্নু মখোয়না মীনি, ধর্ম্ম-জ্ঞান অহুগা অক-কন্তা বুদ্ধি অমুক ফংলকপা তশেংনা ওইখোক্রবদি নত্তে!"

শশীনা অহুম চিংনবা লৈতনা মাগী মত্ত কোংদোক্লকই, "ওইখোক্রবনি! মীনম্বা রানি। লাং থাকপনি!"

অপূর্ব্বনা হায়রকই, "অয়াম্বন অম্বুম্নমক চিংনৈ অচুম্বনি।"

ভারতীনা হায়রকই, "মখোয়না চিংনরিবশু অরানবনি। ঈশ্বর লৈতত্রনে?" অহুগা থংনবা মিংকুপমক্তদা য়াম্ন খঙনিং-বগা লোয়মনা হায়রকই, "শাসনগী নিয়ম শেম্বদোকপা, অং-নৈবা লৈচং চুমথোকপা,—পুম্নমক অসিনা করিঙুম্বা অচুম্বা ওইরবাদ নহাক্কী বিপ্লবকী থোয়াং, ইয়াং লৌহমনবা খোশিন,— মতম অহুদদি অর্থ য়াউদবা ওইরকনি দাদা।"

শশীনা হায়রকই, "তশেংবনি।"

অপূর্ব্বনা হায়রকই, "চিংননিংঙাই লৈতে!

ভারতীনা ডাক্তরগী মাইথোংদা য়েংদুনা হায়রকই. "দাদ, মতম অহুদ তমথীরবা মুক্তি অসি থাদোক্তুনা শান্তিগী মুক্তি অমুক লৌগদ্রা কায়বিয়ু?"

ডাক্তরনা ফক্লাং-ঘড়িরোমদা য়েংলগা মপুক্কি দা থবমথে মতোমদা শোক্লগুম হায়রকই, "মতম থোইনা অমুক লৈত্রে।" অহুগী মতুংদা ভারতীদা অতম্নবা খুদক্তা থোইদোক্লা চার্যবিবা ভাব উৎতুনা হায়রকই, "ভারতী, মসি ঐগী তমথীবা মুক্তিরা নত্রগা শান্তিগী মুক্তিরা ঐ ইশামক্লা খঙদে, মসিমংদি খঙই, পুক্নি অসিদা ঐগী শক্তম অসি অমুক হোজদবা লৈত্রে।

অতুগা নহাক্কী খুৎকিয়িংডাই ওইবা নেতাশিংগী,— কীনিংডাই লৈতে ইচল, ঙসিদি মখোয়গী না পন্দুনা ফাগি তৌনবা ঐগী মতমদু লৈত্রে, ফিভমদু নত্তে। মীয়ৈবাক শাসনগী শেমদোকপনা করিনো, মথরায় খুৎখাক্তা হাপতুনা আন্দোলন তৌবগী কল্পনা মখোয়না করি পাম্লিবনো, মদু কয়া য়াম্না অচুম্বনো, কয়া য়াম্না তাংবনো,— করি ফংলগা শৰীগী লাংথাকপা ওইরোইদোরিবনো অতুগা খুৎমখলিনিংডাই ওইবশিংগী মীকপ-মীরাউখোল লেপকদবে, মদু ঐ করিদ্বু খঙদে। মীয়ৈবাকমচাগী গোভর্নমেন্টকী মায়োক্তা মনিৎ ঈ কানা মখোয়না অথোইবা পাউজেল পন্দোকই, 'ঐখে য় অমুক তুমদুনা লেপোক্লে, ঐখোয় মিংকপ থোক্লে! ঐখোয়গী আত্ম-সন্মানদা শাথীনা শোকই। ঐখোয়গী না তাগে হায়রগনা তাও, নক্রগনা বন্দেমাতরম পন্দুনা রাপক্লুনা হায়রিবাসিনি, নখোয়গী মথাদা ঐখোয় স্বাধীন ওইগদবনি ওইগদবা। য়েংসি, কনাগী মতিক লৈবগে থিংনবা!' মসি কয়দা প্রার্থনানো অতুগা নসিগী অশেংবা শক্তমা করিনো হায়বা ঐগী বুদ্ধিনা লাম্না ফংদে। মসিদংদি খঙই, মখোয়না পাম্লিবা অমদি ফংনিংলিবদুগ এগা মরি লৈনদে।"

লেপকক তৌরগা হায়রগা হায়রকই, "শেমদোকপা হায়বদি মোরামত হায়বনি,— ফোংদোকপা নত্তে। অচৌবা মর লমা ঙসি মীওইবগী খাংতমদনিংডাই ওইহল্লিবা অহুমকপু থাংডমিংডাই ওইহনবা, মখোয়গী শিভিম্নবা য়াত্রবা মেছিন অদু মোরামত তৌদুনা মহুবু মতিক চাবা ওইনবা লৌশিংগী মথিংবু শাসনগী

নীতি-নিয়ম শেমদোকপা কৌরম্বা যাই। নোংমতগী ওইরবন্দু ঐ মসিদি হায়খিদে, নোংমতগী ওইরবন্দু কৈতুমশঙদা ঐগী লৈকম থরমখৈ পাকথোক-চাউথোকহন্দুনা ঐবু হরাওহল্লু। ঐগী অনিংবদা, ঐগী লাঃনিংদা ইশাবু লোনমজনবা মতম শংদে। লাইনিং অসি লোইশিন্নবা তুপ্পগী লগী অনিখক হাংলি,— অমনা শিবা, অনিত্তবনা ভারতকী স্বাধীনত।।"

মহাকী বাহৈশিং আসিদা অনৌবা করিম্সু য়াউদে, অহুম ওইনমক, শিবা অমম্মুং অকীবগী মশক কংলবা ব্রাশক অমুক হম্না পল্লকপসিদা ভারতীগী থম্মোয়-মুংদগী ঈহৌরক্তুনা মমিং অনিদগী পীরাং শিন্থরক্লে। হায়রকই, "অহুবু, নতোমদনা করি তৌক্লগনগে দাদা, অমমম ওইনা ময়াম পুম্নমক নহকপু থাদোক্তুনা থৈদোক্তুনা চংনথ্রে।"

ডাক্তরনা হায়রকই, "চংচখিসনু। ঐগী ঈশ্বরনা কাপি থাংবা ওমদেনে ইচল।"

ভারতীগী মচিন্দগী হায়দোক্লিংলকই.সংসারদা পুম্নমক্তি কাপি নত্তে দাদা, থম্মোয় নুং ওইরমত্রথদি থঙবিয়মগদবনি। অহুবু য়া অসি মহাক্লা পল্লুত্রে।

চাবা লোইরবদা ডাক্তর মচিন-মথা তেংথোক্লগা চংশিল্লক্তুনা চেয়ারদা ফম্লে। কনানম্ভু ভাব ওইক্লদে মহুদি, মহাকী মিংথেং থাংঙমদনা কম্বিনো ডাইবদা তপ্পা তপ্পা পীতম তক্লক্লে। অহুগা মনা অমা কনা কুইনগী মমাংদগী থোঙজাওদা থমহুনা লৈরকই হায়বা কনানম্ভু থঙলমদে। লগীগী মতামদা মথোল

অমা তাঙকই, মহ কনানস্থ খোঁপাকুবা অমুক লৈতে, অদুবু ডাক্তরনা তথক্না হৌগৎলগা হংলকই,"মখাদা অপূর্ব্ববাবুগী মীনাই লৈবা নত্র ? তুমথ্রিদনা ? হাই হন্নমক্ত, খোঙহু অমুক্তা হাংদোকউ।"

কদায়দা কনাগী করম্বা মওংদা কম থাগদগে হায়বা অহুমক ভারতীনা সুমিত্রাদা হংলম্লিবনি, চঙক্লহুনা মমাই লৈখোক্লুনা হংলকই, "কনাবুনো দাদা ? কনা লাকপগে ?"

ডাক্তরনা হায়রকই, "হীরা সিং। মহাক লাকপগী অাশাদা ঐ লম্বী য়েংহুনা লৈরিবনি। হৌয়ু কবি, থরমথৈ কাব্যগী মওং য়াল্লরনে ?" অসি হায়রগা মহাক নোক্লকই।

ভারতীনা হায়রকই, "অস্তুক কনবা নোংমুংশিং মরক অসিদা নহাক নথন্দগী কাব্যগী মৈশানা ঐখোয়বু থাংভমহন্ত্রে। অদুগা অমুক মাইখিবগী পাউ পুবা দূতনা করিগীদমক্তনো ?"

শশীনা হায়রকই, "মাইখিবগী পাউ পুবা দূত নত্তে ভারতী, মহাক লৈরমত্রবদি অস্তুক চাউবা 'মেঘনাথবধ কাব্য' লেংলম-লোইবনি।"

"য়েংসি, মহাক করম্বা কাব্য ইবগে!" অসি হায়রম্লগা ভারতীনা চেপথহুনা য়েংলকই, অপূর্ব্বগী মীনাইনা মপালগী খোঙ হাংদোকপমক্তদা চংলক্লিবা মুপা অদু হীরা সিংনি। থাইহাক্তং লৈরগা চংলক্লিবহুনা মথক্তা কাখৎলক্লগা ময়ামদা ঊকাই-খুম্নবা ঊংলকই, অমস্তুং মথুং লোম্নওম: সব্যসাচীনা থুক্লম্লকই নহাকা ফিজেৎতা য়াম্না মুম। খঙলবা সরকারী

য়ুনিফোর্ম, সরকারগী চাপরাসী, সরকারগী মুরাঠা, মখোয়গী টেলিগ্রাফ পিয়নগী শাউনগী ব্যাগ,— পুম্নমক অমিনা লুমথরে। চোংলবা য়াম্না চোম্নবা মকোয়দগী মচুম তাবি,— মথুং ওইনা তিংলি-য়াংবিদুনা মশাবু হ ইকেং য়াংহনবা হোৎনবা ওইরমাল্লে. অমম্পুং মচুমকী মরক্তা শেংকাক্তবা খোঞ্জেল অমা তারকই. "রেডি।"

ডাক্তর কন চোংথংলকই, হায়রকই, "থ্যাঙ্ক ইউ। থ্যাঙ্ক ইউ! থ্যাঙ্ক ইউ সয়দায়জী! করম্বা মতমদা?"

"নাউ।" অসি হায়রগা চীরা সিংনা ময়াম্বদা অমুক হন্না ঈকাই-খুম্নবা উংলম্নগা মথাদা কুমথখিগদবগী তৌরকই, অদুবু ময়াম্না খোঞ্জেল অমত্তদা লাউরকই, "করি তৌরবগে সরদারজী? করি 'নাউ' নো?"

অদুম ওইনমক ময়াম্না খঙই, লুপা অমিগী খৌরিদা ছুরিনা নম্বদা ঈদি থোক্তনি, অদুবু য়াথং য়াউদনা য়া ঙাংহনবদি ঙম্লোই। মরম অদুনা, পাউখুমগী মহুৎতা মহাক্তী মুনা লংবা মকোয়না কুপশিল্লবা মচিন্দু কাংদুনা ময়া উংলক্লুবা মতম অদুদা চঙক্লবা করাম্ব তৌদে। ময়াম্না খঙই, মহাক্তী মকমদা থ্যাংৎপ-থাদবা, সন্মান কংব-মাংবা, লুংশিবা-য়েংথিবা লৈতে, লৈবাক্তী থবক্তা সব্যসাচীবু মহাক্না লুংচিংবানি হায়না লৌদুনা পুক্ল অসিদা অক-ফত্তা পুম্নমক, অরা-লুংঙাই পুম্নমক কথোক্লুনা পুকচেল চেংপা লাম্মীগী লীচং মকোক্তা থোঙ্গংচরিবনি। মতুগী অমুক তর্ক লৈতে খন্ন-নৈনরু নংঙাই লৈতে, মতম চাব-চাদবগী হিসাব লৈতে, করিদো অকনবা থবক অমগী থৌদাং লৌরবনি,

মথৌ পাংথোক্লমদুনা। সুমিত্রা মপালদা থোকখ্রে। মরোমগী লাংতক্ষবা কোকহন্দুনা ডাক্তর মশামক্তা শায়রকপ অদুগী শম্বক্লা মওং অদুম হৌই—

কয়া য়াম্না অমাং-অতা থোক্লবগে হায়বা অরাপ্পদগী থক্তবা লুনা থোকই। হাইকেং নিংথিনা ওইরম্বা য়াই। অদুবু কনম্ব অমাং-অতা থোকসন্নু, থবক অসিদি মহাক্তা তৌদবা য়াদে। মখোয়গী জ্যামেকা ক্লবকী ব্রাঞ্চ অমা সিঙ্গাপুরদা লৈরিবা অদু কন্দবা য়াদে, অমস্তুং এক্ষম অমদবু ওইরবস্তু অদুগা মওং অমদবু ওইরবস্তু ব্রজেন্দ্রবু মহাক্তা থিদোক্তবা য়াদে। ডুরেলগী খায়োমদা সিরিয়মগী মনাক অদুবায়দা নৌনাগী জহাজ অমা মাল হোন্দুনা মরৈবাক্তা চংকদৌরি, হয়েং অয়ুক য়াম্না ডুমো মদু থাগনি. মদুমক্তদা করিগুম্বা মওং অমদা তোংকয় অমা ফংলে। পাণ্ড অসিমক হীরা সিংনা হৌজিক্তা পীরম্লগা চংথিবনি।

অসি তাবদা সুমিত্রাগী মাইথোং তাইকেং তাইখ্রে। ব্রজেন্দ্র হৌজিক সিঙ্গাপুরদা লৈরম্বা থোইদোক্তা ওইথোক্লিংঙাকনি। অদুগা, মহাক্তা থিবা চংলিবা মীশক অদু মহাকী মিংশেংদগী স্বর্গ-মর্ত্ত্য মক্ষম কদায়দসু নাহোকপা ঙম্লোই। মতম অদুদা বিশ্বাসঘাটকী থবক তৌবগী অরোইবা বিচারগী মতম থুংলগনি। মসিগী দণ্ডি করি ওইগনগে হায়বদু দলগী মসুংদা থংদবা কনাসু য়াউদে, সুমিত্রাসু থঙই। ব্রজেন্দ্র মহাক্তী কনাসু নত্তে, অমসুং মরাল করিগুম্বা লংশিল্লম্লবদি মহাক মতিক চাবা চৈরাক ফংজসনু, অদুবু করিগুম্বা মরম অমদগী সুমিত্রানা মতৌ অসুম্না

ওইগ্রিবসি ব্রজেন্দ্রগী বা থম্মুহনা নত্তে. মমম অহু অসিনি মহুদি. ব্রজেন্দ্র ছুম্মিল্লা য়েশিন্দুনা লৈগদবা মীত্তা নত্তে। মহাক মশা কঞ্জবা হৈ। অপূগী মহাক্কী পকেটতা অয়োংপা পিস্তোল থাপ্পদা নত্তে, মহাক্কী মতৌগুম্বা চালাক লৈবা, হৈ-শিংবা অমম্নুং থোইদোক্লা চেকশিনবা মীশক নংসাম্বদা অত্তানবনি। মহাক্না শাথীবা অশোয়বা লৈখিবদি অসিনি মহু'দ. ডাক্তর খোঙ লম্বীদা বর্ম্মা থাদোক্কুনা খোঙশানগ্রে হায়বা রাফম অসি মহাক্না চংক্রিঙ্ঙদা তশেংনা থাজখি। কৌক্কিক কক্কিগুম্বা মওং অমদা ডাক্তরগা থেংনবা খোক্লবদি হাংননবা খুংলায় অৱৈবমথৈ মহাক্না শিজিন্নবদা মিংকুপ অমত্তম্ম নীংকন্নখোই। মক্ক ওইনা, চংব-শিবগী রাফমদা অতোপ্পনা কাযনিংঙাই করি লৈগনি!

কক্কিম্ন লৈতে। অপূগী হীরা সিংগী ঈংনা তপ্পবা 'নাঙ' অমম্নুং 'রেডি' হায়ব রাহৈ অনি অহুনা মখোয় পুম্নমক্কী নাকোংদা শরুক লিশিং হেন্না তমথীনা মাইকৈ লিশিংদগী থেঙ্ঙনা খোঙ্গাং য়েরক্লি। ভারতীনা নিংশিংলক্লে. মখোয়গী মৌলমিনগী য়ুমদা নোংমা মপোক-নুমিৎকী থৌরম অমদা হয়াও-তয়াম্বনা থল্লবা মরক্তা অতিথি অমম্নুং থাইদগী অথোইবা মক্লপ রেভাবেণ্ড লরেন্স চাকচা-টেবিলদা থম্মোয় লায়নানা শিখি ঙসিম্ম মতৌ অম্মুম্নমক ইথঙ খঙহৌদন' হীরা সিং ইমুংদা চংলক্কুনা অশিব। দূতকী পান্দমঙ্ঙম পুম্নমক ছারখার শাহল্লম্লগা মপালদা থোকখি।

শশীনা খঙহৌদন' রা ঙাংলকই। মচিন তুমথোক্কুনা মুংশা মপী হোন্দোক্লগা কায়রকই, "পুম্নমক ইহাং হাংবগুম্লক্লে ডাক্তর "

বাকমসি থোইদোক্লা চম্বা করিম্থ লৈতবা বানি। অমুবু ময়াংগী থম্মোয়দা প্রলয়গী মৈ চুরকপগুমল্লে।

ডাক্তর নোক্লকই। শশীনা হায়রকই, "নোকপিয়ু অমুগা তৌনিংদনা তৌবিয়ু, অচুম্বা বানি! অদোম নক্লা লৈরক্লোই থল্লুবদা পুম্নমক ব্র্যাঙ্ক ওইবগুম,— ইহাং হাংবগুম, মশেল-মরাং উবগুম তৌরকই। অমুবু অদোমগী য়াথং খুদিংমক ঐ ইমা চৎকান।"

"হায়বদি।"

"হায়বদি, য়ু থক্লোই, পোলিটিক্স য়াউরোই, ভারতকী মনাক্তা লৈগনি অমুগা কবিতা ইগনি।"

ডক্তরনা ভারতকী মাইথোং অমুক্তং য়েংলকই, অমুবু উবদি ফংলমদে। মতম অমুদা মখো থাংনা হংলকই, "নোমগী কবিতা ইরক্লোইদ্রা কবি?"

শশীনা হায়রকই, "ইরোই। মখোয়গী কাবা মখোয়না ইবা ওয়গা ইজসমু, ঐদি ইরোই। অদোমগী বাকম অমু ঐ কয়ারক হন্না থন্দুনা য়েংলবনি। অমুগা পাউতাক অমুম্মু কৈদোইদদম্মু কাউজরোই মমুদি, আইডিয়াগীদমক্তা পুম্নমক কথোকপা ওবদি লাইরিক হৈবা চাউথংপা কাংবুদনি, লাইরিক হৈতবা লোমীনা ওয়ম্লোই। ঐ ওইগনি মখোয়গী কবি।"

ডাক্তরনা হায়রকই, "ওইনিংবা ওইয়ু। অমুবু মসিমক্তা অরোইবা বাদি নত্তে কবি, মীওইবগী ঈচেল মকম অমত্তদা লেংদনা থক লৈরোই। নোমগী মুমিংম্মু পোংমা লাকথিগনি,

মখোয়গী মথুং মক্তুদা মখোয়গী য়াইফব-য়াইফদবগী থৌদাং পুম্নমক শিন্নবা য়াবা মতম।"

শশীনা হায়রকই, "লাকসন্নু হুমিৎ অহু মতম অহুদা, কয়াও-কয়াও পুক্লিং মরা তপ্না তপ্না মথুংমক্তুদা পুম্নমক শিন্নবন্নগা ঐখোয় ছুটি লৌগনি। অদুবু ঙসিদি মত্তে। ঙসিদি আত্মা-বলিদানগী পোৎলুম মখোয়না পুবা ঙম্লোই।"

ডাক্তর যুক কৌগত্থনা লাক্লগা মাগী মরেংবান্দা মথুং থমহুনা তুম্মিন্না লৈ, য়া অমত্তা ঙাংদে।

অপূর্ব্ব ঙসাইমথৈ তুম্মিন্না চপ য়ুংনা তাহুনা লৈরক্লিবনি মখোয়গী করিঙুন্না থম্ন-নৈনবা অমত্তুদা য়ৈ অমা ফাওবা ফেক্লিন্নক্কে। অদুবু শশীগী অকোনবা য়া অহুদা মচোন্দা য়'ন্না হুংঙাইকদনা থোকপ্লে। লৌমীগী য়াইফনবগী পান্দমদা মশামক থোঙদাগনি হায়বা য়াফমদা মকাকী পূকচেল লেপপ্লবনি। মখোয় অহুগী ময়োক্তা কোংদোরক্লিবা মত্ত পুম্নমক অসিদা য়াম্মৌহনা অমদি পেন্দহনা হায়রকই, "য়ু থকপা ফত্তে, ফরে, মহু থাদোকপিয়ু; ক'ব্য নৈনবা ফৈ, মহু তৌবিয়ু; অদুবু লৌ উবনা অথোইবা ওইবিবা ভারতবর্ষদা লৌমীগী কাংবুবু অস্মুক হন্তবা, অস্মুক থোওইদবা য়াবা পোৎশক্লা? অহুগা মখোয়গী অসিমক্লা চাউথংত্রবদি মযাম্না পাশ্বিন্নিবা বিপ্লব অহু করাম্না ভোগদগে? অহুগা ত্তোগদোরিবনা করিনীনো? অহুগা পোলি-টিক্স! তশেংনা হায়জবিবসিনি ডাক্তর, লৌমীগী য়াইফনবা সন্ন্যাস-ব্রত করিঙুন্না লৌরমদবা থোক্লবদি ঙসি ইরৈবাকী

রাজনীতিগক্তা ঐগী পুন্সিগী অমত্তা ওাইরবা থৌরাং ওইরম-গদবনি ।"

ডাক্তরনা ওাইহাক মহাক্কী মাইথোংদা য়েংলকই। খঙহৌদনা অপেনবা মকা লাম্বা মীনোক্তা মহাক্কী মাইথোং লংখৎলক্লে। হায়রকই, "ঐনা থরাম্ন-হকচাং য়াউনা প্রার্থনা তৌরি, মহাক্কী অকবা পান্দম অহু ম'ইপাকহনবিসনু । রাজনৈতিক ক্ষেত্রদু থৌশাদবা য়াবা পোংশক নত্তে । নৈবাক্তা অমদি ওয়ামচাগী য়াইফনবগী কন্নিগুম্বা বৈরাগা ওইবা তান্নবদি কনাগম্মু নহাক্তা য়েংখিনবা নৈররোই । ঐ গুপ্নগী য়া অসিদদি হায়নিংই, অপুর্ব্ববাবু, অহুবু মী খুদিংমক থবক পুম্নমক্তা চন্নবা নত্তে।"

অপুর্ব্বনা য়ানিংলহুনা হায়রকই,"ঐঙোন্দগী হেন্না শিক্ষ' অসি অ.তাপ্পা কনানা ফংগ্রবগে ডাক্তর ? অদোম্না থৌজালবিরমগ্রবদি লান্না লৌবসিনা ঐলাক অকনবা দণ্ডি ফংবা য়াম্না কুইরম্লগদবনি."

অসি হায়রগা হৌখিবা নিংশিংবগী চৈথেংনা মহাক্কী মশা 'পুম্বা মতু চুংলকই ।

শশীদি থৌদোক অহু খঙলমদে খঙহনবা কনানম্মু দরকার ওই লান্নগা থনবা ফাওবা খন্দে । অপুর্ব্বগী য়া অহুবু মহাক্তা চংনরোলগী নোঙ্কুপা অমম্মুং শ্রদ্ধা-ভক্তিগী খুদম ওইবদগী হেন্দোক্তা কন্নিস্থ খল্লুদে । হায়রকই, "লান্নলা লৌবদি মী পুম্নমক্তা তৌনরিবনি, অহুবু দণ্ডি ফংলিবদি ইশাগী পোক্নফম লমদম্নি। ঐ খল্লিবনি, ডাক্তর, অদোমদগী হেনবা মতিক চাবা মীশক কনা নৈবগে ? কনানা অম্নুক হাক্তা জ্ঞান নৈবগে ? কনাগী অম্নুক মৈশা

লাংলিবগে ? অহুম ওইনময়, খবক্তা করিস্সু চন্নদে । চায়নাগী খোরাং কায়ৎক্রে,পিনাঙ্গী কায়ৎক্রে,বর্ম্মাগী করিস্সু লেমহৌত্রে,সিঙ্গাপুরগীসু কায়খ্রগনি শোয়দমক,—রাকম অমদা হায়রবদা, অদোম্না মতম অমুক চংনা হোংনবিরকপা পুম্নমক তোরখিগদৌবগী খোরাং তৌরক্লে, শুপ্নগী থরায়দমক মথাইহৌরে,মহুসু নোংমা চংখিগনি ।"

ডাক্তরনা চিনবান উমশিন্না মোমোন তৌরকই । শশীনা হায়রকই, "মোকশিয়ু অহুগা তৌনিংবদা তৌবিয়ু, মসিদি ঐগী থম্মোয়-মিংনা উবা ফংলবনি "

ডাক্তরনা অহুম নোকথি নে'কথি তৌনা হায়রকই, "থম্মোয়মিংভা অতৈদি করিস্সু উবা ফংদবা বরি ?"

শশীনা হায়রকই, "এ: ! অমুক্তদা তশে'না থক-খা ওয়বা রা অনি ।"

সুমিত্রানা মোকপা উখিদনবা মমাই নৈথোকপ্রে. ডাক্তর মপামকন্থু নোক্তুনা হায়রকই, "মহুগী মরম, মতোন্দা মীশক অনৈ লোংতুনা লৈ অপুর্ববাবু । মী অমন শশী, অতোপ্পা অহুনা কবি । মসিমক্তনা মহাক্তী হানা মীগী মপুক্লিংগী রাদা থেঙ্গায়হনা অস্থুম্না স্নুর কায়কল্লিবনি " লেপকক তৌরগা হায়রকই, "মীয়াম মরক্তা অহুম অতোপ্পা মী অমা লোংতুনা লৈ । মাবু পাক পাক উবা ঙমদে ।' অহুনা মীওইবগী রা অমদি থবক্তী মমুংদা চানবগী অরাংপা মহুমক্তুবু শাণীবা বিচার ওইনা লৌরবদি বিচার চুমদবা হায়বহু ওইবা রাই । অপুর্ব্ববাবু, ঐনা মহাকপু মুম্না থঙবি, অহুবু থঙবা ঙমখিদবদি

সুমিত্রানি। ভারতী, পুন্সি-খোঙচংতা লমথাংদা করিগুম্বা অস্থুরা চৈনাখোল কংবা খোক্রবদিনে, ইচল, নোঙ্গাপ্রবা নবুংগী বা অসি মতম অমুদা কাউগনুকো। অদুবু হন্দক্তি ঐ চোগংলগে। হিদেন্দা ঐগী হি পুন্দুনা থমম্মী, ঈচেলদা হঙ্গংনা নৌ কয়া হোন্দ্রবদি নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌরকপদা অহাম ত্তোংবা নংহৌরোক্ত।"

ভারতী মুংশাথ'বনা পাখংগ্রে, হায়রকই, "অস্থুক শাথীবা তুরেল অসিদা? তমথীবা ফংলবা নোং-মুংশিং তৌবা অহিং অসিদা?"

মহাকী পাখংপা খোঞ্জেলদা সুমিত্রাগী থম্মোয় কাথবগী অকনবা পল নিঙ্খায়গ্রে। মহাক্না মাইথোং কাহংনা হংলকই, "তশেংনমক নহাক সিঙ্গাপুরদা কুমগদৌরিব্রা? থবক অদু নহাক করিগুম্বদম্ম তৌরুগনু ডাক্তর, মকম অদুগী পুলিশনা নহাকপু মুম্না মশক থঙই। হন্দক্তি মখোয়গী মথুত্তগী নহাক করিগুম্বা মঙ'দম্নু—"

মহাকো বা লোইশিনখিগ্রে, পাত্তশুম লাকই, "মখোয়না মকম অসিদা ঐবু শক খঙদত্রা সুমিত্রা?"

মসিগী হীরমদা তর্ক তৌবগী কান্নবা লৈতে, মরম উংনবগী মঙম লৈত্রে,— বাহং অসি সুমিত্রানা তারমদবম্নু য়াই; মপালদা খোরকুবা হোংনরকপগী লাংতক্রবদ নোংমা মমাই ঙগায়রুহুনা শিগদবগী তৌখিবা বা অহুনন মমিং ত্তাংবা ঈচেলপা লোয়ননা মচিন্দগী হাথরক্লে,— "গুপ্নদগী অমুকথক। ডাক্তর, হন্দকমুক্ত'দ

ঐঙোন্দা নপাবু শিন্নখোক্তুনা য়েংবিয়ু, নহাকপু ঐগী সুরবালাদা পুন্থনা চেনকা হন্দনা ঙমদত্রা! অদুগী মতুংদা শেলনা ঙম্লোই-দবা করি নৈগদগে হায়বিয়ু!"

ডাক্তর লুকথদুনা খোঙউপ মরি কিরি, কিবা লোইরগা মমাঙ নোনথংলক্লগা হায়রকই, "শেলনা থবক য়াম্না তৌবা য়াই সুমিত্রা, মদু অয়েংবদা খরচ তৌখোক্লোইদবনি।"

মরাম্না খঙলে, খন্ন রবসি অরেম্বনি। উপায় নৈতবনা নৈচাক্না খম্মোয় ফুনগংলক্কুনা মপী ঈরা চেল্লক্লদবা সুমিত্রা মমাই নৈথোকখ্রে, ভারতীনা হায়রকই, "ঐবু মপাল নাইদবা সমুদ্রদা তাউহল্লমদুনা চংলত্রা দাদা, অদুম ওইনমক, হন্না হন্না ভাকপিখি ঐঙোন্দা,— অদুগা ঙপ্নগী ঐঙোন্দদা করিনো, ঐখোয়গী চহি লেঙ্গ'গী নৈরিবা কুপীমচা মখোয় পুম্নমকপু নহাক্না য়াম্না মীকোই, পুম্নমকপু নহাক্না থোইদোক্না ঙংশিবি, মদুবু অসিরা?"

ডাক্তরনা মঙক নোমদুনা হায়রকই, "তশেংনা ঙংশি, ভারতী। কুপীমচাশিংদা ঐনা করাদা মীকোজবা, করাদা আশা থমজবা, রাকম অসি ইশানদি নখোয়দা খঙহল্লমবা খুদোং কংদ্রে, অদুবু করিগুম্বা ঙম্বদি নবুংগী ওইনা রাকম অসিদংদি মখোয়দা খঙহল্লুকো ইচল।"

খঙহৌদনা ভারতীনা কপ্পুনা হায়রকই, "খঙলগনি মসিদি ঙপ্নগী ঐখোয়গীদমক নহাক বলি কৎপা পাম্বিরি হায়বা।"

ডাক্তরনা মিংকুপমুক মহাক্কী মাইথোংলোমদা য়েংলগা হায়রকই, "কৈ, মহুমক হায়য়ু। বাঙলা লৈবাক্কী তুপীমচা অমত্তনা ওইরবসু কবিগুরুনা মহুগী অর্থ খঙলবদি ঐ মহুদনা ধন্য ওইগনি।" অসি হায়রগা অচৌবা ফিরোমজু নলঙ্গলদা থোক্লেংখ্রে। মহাক্কী মতুং ইন্নহুনা লোইনমক মখাদা কুমথরক্লে। ভারতীনা অরাইবা ওইনা হোংনহুনা হায়রকই, "ইরৈবাক্কী থৌরাং অরেম্বা তারবা মঙোন্দা মীরৈবাক্কী থৌরাংনা করি কারগদগে দাদা? চায়রবা মরুপ-মপাং অমমম ওইনা নহাক্পু থাদোক্লুনা ঙম্মা চংনগ্রে, হৌজিক মহাক তশেংনা সঙ্গ লৈরে, —তশেংনা নতোমদা চাহৌরে!"

ডাক্তরনা মশানা য়ারহুনা হায়রকই, "তশেংনা মহুমক্কি। অহুবু, ইথন্দনা কৌবকথিবনি ভারতী! অদুগা মীরৈবাক? অহুবু, ঈশ্বরনা অসিথক্তংদি থোজালবিহুনা মীওইবগী অপাম্বা মতুং ইন্না চেকপল মচ-অচৌবা থাহুনা মাগী পৃথিবীবু কৈরুম-শঙ্ড লিশিং থোক্লা থায়দোক্লুনা থমনবা মহাক্লা থৌরাং তৌহুনা থম্বিরমদে। অরাংদগী থাদা, নোংপোক্কী নোংচুপ্তা মিংনা উরিনমথৈ বিধাতাগী সভক-লমজাও তশেংনা হাংনা থম্বিরম্মী। মসিবু থিংহুনা থম্নবগী লৌতুনবা মীওইবগী থুংবা লাম্বা কবগী রাংমা লানগ্রে! মচি অমদগী কাপথোরকপা। মৈ অতোপ্পা মচি অমদা পাইহন্দুনা পুরক্কদবনি পুরকদবা ভারতী, প্রলয় অদুনা ইরৈবাক মীরৈবাক থিরোই।"

অদুবু, মাইকৈ সোমগী মৈগী অচুম্বা মওং দি তাণ্ডব-লগোট অহুনা মপালদা অতাওবা মূর্ত্তি লৌথিবা মতমদুদা মনু'দাদি মদু কনামম্ভ উরমদে। নোংথা'দা নো'লৈ-মু'শিংতা, ঈশিং ঈগাউলা, বজ্র তাবদা মদু তশেংনা প্রলয় হৌরকপগুমবি। অদুগা, ডাক্তরনা পৌরোন শংলুবমক্তদা অমুকং থগুদুম ক্রম-ভিল্লকপা নোংলৈ-নুংশিংনা মনুংদা পাইশিল্লক্তুনা ময়াম্বু চোংহনখ্রে, থাউমৈ মুথংতুনা মথক-মথা ওলগন্দুনা মনুং অমম্বং মপাল মিংকুপ্তা অমম্বদা অমত্তা ওইনা তীনখ্রে।

ডাক্তরনা হায়রকই, "মরদায়রজী!"

মপালদগী খুম্লকই, "য়েস্ ডক্টর, রেডি।"

ময়াম চঙক্লখ্রে। খাংদ্রেনা নোং-মুংশিং মরক্তা কনা-গুম্বা মী অমথীবা যংনা মম্বা অদুদা লেপতুনা তুম্মিন্না চেক-মোক লাউদনা সম্বী তৌদুনা লৈরম্বা য়াহ হ'য়বা রাফম অসি কনামম্ভ পাক হেক খল্লুবা ঙমদে।

ডাক্তরনা মরৌ থা'না হায়রকই, "অদু ওইরবদি, চংলো হৌজিক। অসি হায়রগা মপালদা থোঙ হাংদোকখিবগা লোয়ন-লোয়নন অপূর্ব্বনা লাংতক্লবা খোঞ্জেলনা হায়রকই, "নোংমা ঐহাক্তী থরায় ফ'হনবিখি হায়বা রফম অসি পুন্সি চুপ্পগী কাউরোই ডাক্তর।"

অমম্বদগী পাউথুম পীরকই, "কয়িস্নু লৈতবা থোদোকমকপু ওপ্নদগী চাউথোকহন্দুনা য়েংলত্রা, অপূর্ব্ববাবু, থরায়বু অমুক হন্না পীখিবা হাবুদি নিংশিংলরে'ইত্রা?"

লুপতুনা লম্বী মাইদবা লমহাংদা অচৌবা পোংয়োয়া লুয়া লুপা অমা মনম পোল্লপ তৌনা চেকশিন্না মাং থাদুনা চৎখ্রি, অমসুং অতোপ্পা লুপা অমনা চাউরবা কোয়েংনা অচৌবা নোংলিক খন্দোক্লুপা য়া রবমথৈ মকোক চোংহন্দনবা হোৎনদুনা মহাক্না মতুং ইনখ্রি।

খিংকুপমুক্তনি। খিংকুপমুক্না মতুংমক্তদ, পুম্নমক মুৎথিদুনা ওথ্রবী অমম্বদা ওাইখ্রে।

খওহৌদনা লুম্নবা মুংশা মমী হোন্দোক্লগা শমীনা হায়রকই, "অবা-অনংমী মরূপ! নমস্কার সরদারজী!"

মহুগা লোয়ন-লোয়ননা অপুর্ব্বনন্থ মথুং অমি মরাইবক শোক্লনা মঙোন্দমক মমা-মনিল মাইদনা নমস্কার তৌরকই। মহাক্না থম্মোয়দগী পোংলুম অমা থাংথখিবগুমখ্রে।

ভারতী অহুম নুংগী মুত্তিগী মতৌগুম অমম্বদা য়েংদুনা লেপতুনা লৈ। শমীগী রাম্থ মাপী মনাকোংদা চংখিদবা মতৌ অহুগুম্না খওলুবা কাওবা ওমনদে, তপেংনা মহাক্না মতৌওমমক লুপী অমগী [illegible] অমিদা ঈহৌরক্লিবা পীরাং মতম অহুদা অহুম [illegible] শিন্দুরি হায়দুনা।

